থোংজবা :

মণিপুর ষ্টেট আর্কাইভস
ডাইরেক্টোরেট ওফ আর্ট এণ্ড কলচর



খোমজিনজবা :-

নাওরোইবম রাজ

ফোংবগী মতম :

জুলাইগী তাং ১২, ১৯৯৭

কোপি মশীং: ৫০০

মমল্ লুপা : ৪০.০০



নম্ফম :

ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স, মোইবাংখোম্ লোক্লাওবুং, ইম্ফাল।





RAJ BHAVAN
IMPHAL

# MESSAGE

I am glad to learn that the Manipur State Archives is going to have a seminar on Ningthouja, Angom, Khaba-Nganba and Chenglei clans on 12th and 13th July, 1997 and a book entitled "Seminargee Khomjinba Warol Vol-II" on three Meitei clans of Moirang, Khuman and Luwang will also be released on the inaugural function of the occasion.

Manipur has a rich political and social history, which deserves to be gone into in details A unique feature of Manipur's political and social history had been the existence of various clans from times immemorial, each having their own history I am sure a seminar on the clans and the publication of a book on the three Meitei clans of Moirang, Khuman and Luwang will lead to a deeper understanding of the various clans in Manipur

I convey my best wishes for the success of the book and the seminar.

2.4.6.97

(O.N. Shrivastava)




**M. BABU SINGH**
MINISTER
Economic & Statistics, Arts
& Culture and CADA
Govt of Manipur

Phone { Office 226495
Residence 310406
220657



Date 5-7-1997

# MESSAGE

I am glad to learn that the Manipur State Archives is organising a seminar on "Ningthouja, Angom, Khaba-Nganba and Chenglei clans" on 12th and 13th July, 1997 at the J.N. Manipur Dance Academy Hall, Imphal. The early history of Manipur depicts the existence of seven Independent principalities and in due course consolidated under the banner of "Meitei" in the 15th Century A.D. during the reign of Meidingu Ningthoukhomba. Modern research revealed that all these clans still exist with their families I am sure, the seminar will go a long way in their endeavour to sustain their clans. In connection with the seminar a book entitled "Seminargee Khomjinba Warol Vol.-II" is being brought out to highlight the function,

I wish the publication of the book and the seminar every success.

5/7/97
(M. Babu Singh)



**H. DEVASEKHAR SHARMA,** I.A.S.
SECRETARY, ART & CULTURE
Govt. of Manipur
Manipur Secretariat, Imphal 795 001

Phone { Office 220783
Residence 222977

Imphal, Dated 23/6/97



# MESSAGE

The Manipur State Archives is engaged in various activities to preserve and restore numerous old and ancient records for the progeny of Manipur as Historical Records. "Seminargee Khomjinba Warol Vol.-II" is one such activity. Under the dynamic leadership of its Deputy Director, the Manipur State Archives is constantly engaged in its multiferous activities to enrich the rich heritage of the State.

I wish the venture a grand success.

(H. Devasekhar Sharma)

# ৱাহৌদোক

মণিপুর ষ্টেট আর্কাইভসনা খৃ: ১৯৯৫ দগী লমদম অসিদা লৈরিবা মিওই কয়াগী শাগৈ কয়াগী হৌরকফম সলাইগী সেমিনার অমা কুমশি চহি হাইবদি খৃ: ১৯৯৭ ফাউবা চৎথরি। ওফিস অসিনা "সেমিনারগী খোমজিনবা ৱারোল"– অনিশুবা ভোল্যুম কৌবা হৌখ্রবা ১৯৯৫, ১৯৯৬ তা নৈনখ্রবা মোইরাং, খুমন অমসুং লুৱাংগী সেমিনারগী খোমজিনবা লাইরিক অসিবু ফোংননবগীদমক ঐঙোন্দা অমদি শ্রী কুলচন্দ্র শর্ম্মাদা ইদিট তৌনবা ওফিসনা শিন্নবি। ঐখোয়না থেংনবদা ৱাজরিবদি ১৯৯৫ দা মোইরাংদা পাংথোকখিবা মোইরাং সলাইগী সেমিনার অসি ইতিহাসকা মরি শম্নবা ৱাৎলম্লে। পেপর খুদিংমক সাহিত্যদা বেস্ তৌবা পেপর ঙাক্তা ওইখিবনা ইতিহাসকা শম্নবা ইতিহাসিক পেপপর খর রিসোর্স পার্সন খরদগী অমুক্কা খোমজিন্দুনা ফোংজরিবা লাইরিকসি খরদং মপুং ফানবা হোৎনজরে। অদুনা খৃ: ১৯৯৬ তা পাংথোকখিবা খুমন অমসুং লুৱাংগী সেমিনারদা পাথোকখিবা পেপরশিংদদি ইতিহাসকি মচাক নিংথিনা ফংঙি।

লাইরিক অসি পেপর ১২ (তরানিথোই) না শাই অদুগা তম্পাক্তা লৈরিবা মৈতৈগী সলাই অহুম হাইবদি মোইরাং, খুমন অমসুং লুৱাংগী মরমদা ঙসিগী মীরোন্না মণিপুরগী অঙনবা মতমগী ইতিহাসকি অশম্বা ৱারোল ইবা লাইরিক মচা অমনি হাইজনিংই। মসিনা য়াম্না মপুং ফাবা ইতিহাস অমনি হাইবদি য়ারোই অদুবু লমদমসিদা লৈরিবা মৈতৈশিংগী শাগৈ খুদিংমক অসিগুম্বা সলাই ৭ (তরেৎ) অসিগী মনুংদা য়াউবনিনা সলাইশিংগী অকুপ্পা ৱারোল কয়া অরীবা মৈতৈগী খুৎইদা লৈবনা ঙসিগী মিরোন্না নৈনবদা খুদোং চাদবা কয়া লৈবদু অসিগুম্বা অফোংবা অসিনা মিয়ামদা খরদং কান্নবা ঙমহনগনি হাইবা আশা থমজরি। লোইন্ননা পেপর ১২ (তরানিথোই) অসিগী ওইবা ওবজাভেসনস্‌ু থমজরি।

অহানবদা, ' মোইরাং কংলয়রোল অমসুং মণিপুর ইতিহাসকি মরী' – মোইরাংথেম নরেন্দ্রগী পেপরসি য়াম্না নিংথিনা মমুৎতানা নৈনবি অদুম্নদি ওইরগা পেপরসি ইতিহাসতগী সাহিত্যরোমদা খরদং নকশিল্লি। পেপরসি অইবনা খরদংগা থিজিনবিদুনা হাপচিনবিরবদি য়াম্না হেন্না মপুং ফাগনি।

অনিশুবা, ‘মোইরাং থোইবী অমসুং মণিপুর ইতিহাসকি নুপিশিংগী শক্তম’—প্রো: ক্ষেত্রি বিমলাগী পেপরসি পাজরে, ইবেম্মনা অরীবা মতমগী মণিপুর নুপীশিংগী মরমদা নিংথিনা নৈনে। মসিদা অহৈবীগী মোৎতা অচৌকোনগী (নিংথৌ—ফম্লাইবশিংগী) নুপীশিংগা অচম্বী প্রজাগী নুপীগা অসুক্কি মতিক খেন্নবা মণিপুর সমাজদা লৈ হাইনা উৎলি। মহাক্কী চেসিদা মোইরাংগী থোইবীসি তোঙানবা গুণ চেনবী, মিনুংশি লৈবী, অচৌ-অপিক খাইদবিনি হাইনা উৎলি। পেপর অসি ইতিহাসতগী সাহিত্যনা নকশিল্লি।

অহুমশুবা, ‘মোইরাং কংলয়রোল্দা উরা নহা খোঙজোম্বা অমসুং পিদোন্নুগী শাইওন: ফোকলোরিষ্টকী মীৎয়েং অমা’ — ডা: ওযনাম ইবোচাউবাগী পেপরসি ‘মোইরাং কংলয়রোল’ হাইনা ঙসিগী মণিপুরী সমাসদা কন্না লিনরিবা ৱারী লিখুন নিংথিনা মশক তাকই। পেপর ইবিবিবা ইবুংঙোনা ফোকলোরিষ্ট অমগী চপ চাবা মিৎয়েং য়েংদুনা পেপরসি নৈনবি। অচুম্বামক পেপরসিদা মোইরাংগী ৱারী লিখুন, শাইওনশিং ময়েক শেংনা থৱাই হাপ্পি। অদুবু পেপর অসিদা মোইরাং সলাইগী ইতিহাস নৈনবগী মচাক য়াউদে। অচুম্বামক্তি মণিপুর সরকারগী শিংবি-লাংবিরিবা কাংবুনা পেপর রাইটরদা শিন্নবিবা সবজেক্ অসিদা ইতিহাসকি ওইবা ৱা পন্দবনা পেপর রাইটরনা সলাইগী ইতিহাস হাপকতবনি হাইনা লৌজে।

মরিশুবা, ‘মোইরাং কংলয়রোল্দা খম্বা-থোইবী’—হেমামচা সোভাগী পেপরসি মোইরাং কংলয়রোনগী মশক নিংথিনা তাকই, কংলয়রোল্দা ফংবা মোইরাং নিংথৌ খরগী মমিং য়াউই অদুগা কংলয়রোনগী ৱারী মতেক মতেক হাপ্পি। অচুম্বামক পেপর রাইটরদা পিরিবা টোপিক ‘খম্বা অমসুং থোইবী’ ঙসিগী ইতিহাসকার অমসুং সহিত্যকার কয়ানা য়াম্না কন্না থিজিল্লিবা ৱারিনি মদুদি অচুম্বামক থোকখিবা কংলয়রোনগী ৱারীদা নত্রগা সহিত্যগী খুৎশেম লাৎ অচুম্বামক্তি মোইরাংগী কংলয়গী শাইওন লাংওনগী ৱারী খুদিংমক নুংশি-নুংওনগী ৱারী ঙাক্তনি। অসিগুম্বা পেপর অসিদা ইতিহাসকি মমি লৈতে। সহিত্যগী পেপর ওইবনিনা পেপর ইবনা সহিত্যগী মচাকশিং পুথোরকপনি।

মঙাশুবা, ‘লুৱাং সলাইগী অঙনবা মতমগী ইতিহাস’—নাউবোইবম ইন্দ্রমনিগী পেপর অসিনা মণিপুর ইতিহাসকি লুৱাং সলাইগী ইতিহাস অমসুং মণিপুরদা লৈরম্বা মীওইশিংনা খৃষ্টগী শতাব্দীগী অঙনবা মতমদা করমনা লৈরম্বা অদুদগী সলাই খাইরকপা অমসুং লুৱাং কনানো কদাইদা লৈরম্মী, মখোইগী সিমনা নিংথিনা তাকই। সলাইগী পুকোক, সলাই অসিগী মীওইশিংনা ঙসি-ঙসিমক লাইগী পুজা তৌবদা চংবা পোৎচং কয়া নিংথিনা পেপরসিদা তাকই। অমদি লুৱাংগী মৈহৌবরোল্দা য়াউবা কয়া

ইতিহাসিক ওইনা পুথোক্লবা হোৎনৈ, লুৱাংগী নিংথৌরোল, লুৱাংগী লৈমসিং মথং – মনাউ নাইনা ই। মসিনা ঙসিগী ইতিহাসকী ছাত্র কয়াদা মঙাল খর পিহনবা ঙমগনি । পেপর অসিমক ইতিহাসকি পেপর অমনি হাইনা লৌজরি।

তরুকশুবদা, 'লুৱাংনিংথৌ অমসুং খুমননিংথৌ অনিগী লৈনরম্বা মরিশিং' — বি: কুলচন্দ্র শর্ম্মাগী পেপরসি অরিবা মণিপুর সমাজগী মনিং তম্বা লৈবাক মচা অনিগী নিংথৌশিংগী লৈরম্বা ফিভম, সোসিও, ইকোনোমিক অমসুং কলচর নিংথিনা নৈনৈ। চপ চাবা ইতিহাসকি পেপর ওইদে। সহিত্যনা হেন্না নকই।

তরেৎশুবা, ' নিংখা তম্না পল্লিঙৈগী খুমনগী ইতিহাস' — ডা: মংশাতাবম লোকেন্দ্রগী পেপর অসিমক ইতিহাস ইনবগী নৈনবগী মচাক ওইহল্লি। খুমন হাইরিবা সলাই অসিমক খৃষ্টগী অঙনবা শতাব্দীদা মনিং-মখা তম্না পালম্বা লৈপাক মচা অমনি। পেপর অসিদা খুমন লৈবাক্কী সিমনা, খুমনশিংসি কদাইদগী হৌরকই, খুমনগী পুকোক কনানো, খুমনগী নিংথৌরোল, লৈঙাকলোন, মৈতৈগা খুমনগগী লৈনরম্বা মরী অমসুং খুমনশিংনা অপুনবা মৈতৈদা পুনশিনখিবগী ৱারীগী লীখুন খরমখে পি। পেপর অসি মণিপুরগী ইতিহাস নৌনা ইথোক্হন্নবগী মচাক কয়া য়াওরি।

নিপানশুবা, ' মৈতৈ নিংথৌগা খুমন নিংথৌগা অনিগী লৈনরম্বা মরি—ডা: খুমুজম রতনগী পেপর অসিমক লমদমসিগী মনিং-মখা তম্বা লৈরম্বা লৈবাক মচা অনিগী মরিনি। ইরিবা পেপর অসিমক ইতিহাস ইবগী অনৌবা মেথোডোলোজি অ্যাপ্প্লাই তৌই। নিংথৌজা অমসুং খুমনগী সিমনা, লৈঙাকলোন, লৈবাক মচা অনিগী লৈনরম্বা মরিশিং— অফবা ফত্তবা কয়া নৈনৈ। খুমন্না লৈখা তারকপা অমসুং মৈতৈদা লুপশিনখিবগী ৱারী—লিখুন অসি মৈদিংঙু কোংয়াম্বা (১৩২৪-১৩৩৫) হাক্তকতনি হাইনা পি। পেপর অসিমক ইতিহাসকি মচাক কয়ামুক য়াউরি।

মপলশুবা, ' মোইরাং অমসুং মৈতৈ অনিগী লৈনরম্বা মরীশিং' — ডা: কে: আইচ: সরোজিনী মশামক্না পেপর অমা ইবিরিবসি ঐহাক্না মোইরাং অমসুং মৈতৈ অনিগী লৈনরম্বা মরিশিং, মতমদুগী মনিংমখা তম্বা লৈবাক মচা কয়ামুক থোক্লিঙৈগী লৈনরম্বা মরীশিং অদুনি। অচুম্বামক মমাংগী মোইরাং সলাইগী ইতিহাসকি লিখুনসি ৱাৎখিবনা অনৌবা পেপর মরিখক হাপচিনবদা ঙসিগী ইতিহাস থিগৎপা কয়াদা কান্নবা পিহনগনি।

তরাশুবা, 'সোসিও-পোলিটিকেল হিস্ট্রি ওফ মোইরাং' — এম: রঞ্জনাগী পেপরসি মোইরাং সমাসগী ইতিহাস, লৈঙাকলোন, নিংথৌরোল, নুপীগী থাক, লাইনিং-লাইশোন, চারৌ-মৌরৌনবা, নিংথৌশিংগী লিষ্ট, সিমনা, খুন্দা-লৈতারোন নৈনৈ। পেপরসি ইতিহাস শাগৎপদা কান্নবা পিহনগনি।

তরামথোইশুবা, 'মোইরাং অমসুং খুমন সলাই অনিগী লৈনরম্বা মরীশিং' — ডা: বসন্তিগী পেপরসিমক ইতিহাসকি মচাক অমনি। লমদমসিদা লৈরম্বা মনিংতম্বা লৈবাক অনিগী মরি, মখোয়গী সিমনা লৈবাক অনিগী মীওইশিংগী মান্নবা-মান্নদবা লমচৎশিং, চৎনবিশিং, লাইশোন-তিশোন কয়ামুক ইরি। মমৈদা লৈবাক অনিসি পুনশিনখিবগী ৱারী লিখুন পী।

তরানিথোইশুবা, 'মোইরাং অমসুং লুৱাং অনিগী লৈনরম্বা মরীশিং' — ডা: পী: প্রভাবতিগী পেপর অসিসু মণিপুরগী মনিংমখা তম্নম্বা লৈবাক মচা অনি মোইরাং অমসুং লুৱাংগী ৱারী লিখুন, লৈনরম্বা মরীশিং নৈনৈ। পেপর অসি ইতিহাস ইবদা খরমখৈ মতেং ওইগনি। ফুরুপ অনি অসিগী মতমদুগী সমাজ লৈনরম্বা মরিশিং, লাইনিং-লাইশোন, য়ুমলৈ-কৈরৈ হরাউ কুম্মৈ অমসুং লৈঙাকলোনগী মরিশিং নৈনৈ। মসিতা নৎতনা অইবীনা অপুনবা মণিপুর শেমগৎলকপদা লৈরম্বা লৈবাক মচাশিংগী থৌদাংসু ইতিহাসকি ছাত্রশিংদা খংহন্নবা নৈনৈ।

অরোইবদা মণিপুর ষ্টেট আর্কাইভসনা অমসুং ঙসিগী মীরোন্দা অমদি তুংগী মীরোলগীদমক অঙম্বা মতেং পিনবা হোৎনরিবা ওফিস অসি চাউখৎপা ওইসনু অমসুং ইতিহাসকী লাইরিক কয়া মতুংদসু ফোংলকসনু।

(নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রা সিংহ)

# অফোংবগী ৱাহৈ খরদং

মণিপুর ষ্টেট আর্কাইভসনা লমদমসিগী ইনাৎ, কলচর অমসুং ইতিহাস য়োকখৎনবা হোৎনবা অখন্নবা থৌদাং কয়া ওফিস অসিনা খৃ: ১৯৮২ দা লিংখৎলকপদগী ঙসি ফাওবদা পাংথোকচদুনা লাক্লি। ওফিস অসিনা লমদমসিগী য়েক/শলাইগী সেমিনার অমা চহি অহুম চংনা হাইবদি খৃ: ১৯৯৫ দগী ১৯৯৭ ফাউবা চৎথজরক্লি। অসিগুম্বা সেমিনারশিং অসিদা লমদমসিগী অখং-অহৈ কয়াদগী য়েক ৭ ( তরেৎ) কী তোঙান তোঙানবা শাগেগী ফুরুপশিংগী অখন্নবা পেপর কয়া লৌথৎচদুনা লমদমসিগী অঙনবা মতমগী ইতিহাস অমা শেমগৎনবা হোৎনজ্দুনা অসিগুম্বা অখন্নবা লাইরিক অসি পুথোকচরিবনি। ওফিস অসিনা মমাংদসু লমদমসিগী অনৌবা অমসুং ময়াই ওইবা ইতিহাসকি লাইরিক কয়ামুক পুথোকচদুনা মিয়ামদা কান্নবা পিজখ্রে। হন্দক পুথোকচরিবা লাইরিক অসি হৌজিক্কি খুন্নাই অসিদা লৈরিবা মীরোল কয়াদা অমদি তুংদা লাক্কদবা মীরোলশিংদা কান্নবা খরদং পিগদ্রা হাইবগী থাজবগা লোইননা ওফিস অসিগী শেল-থুমগী অৱাবা ফিভম য়েংজদনা মীয়ামগী মফমদা খুদোল তমজরি। মসিদা চিংথ-নানথবা, অইবশিংনা চুম্না ইবিরকপদা ফোংনবা হোৎনজরিবা ঐখোইনা অশোইবা কয়া য়াউরন্নবসু পুম্নমক্কী ঙাকপিহৈবা গুম্না ঙাকপিদুনা চুমথোকচনবা শেমদোক্লবা তাকপিরক্লবদি থবক পুজরিবা ঐখোইনা হরাউনা লৌজগনি।

অহানবদা ঐহাক্না লমদমসিগী শকনাইরবা অখং-অহৈ কয়ানা সেমিনারদা শরুক য়াবীদুনা পেপর পুথোকপিরকপা অমদি অৱাৎপা শরুক ইবিরকপা ওঝাশিং ডা: পী: প্রভাবতী, এম: রঞ্জনা অমসুং ডা: বসন্তবু থাগৎচরি। লাইরিক অসি পুথোকচনবা হোৎনবদা সেমিনারদা রিসোর্স পার্সনশিংনা পুথোকপিরকপা পেপরশিংদা লমদমসিগী অরিবা লাইরিক নৈনরিবা শ্রী বি: কুলচন্দ্র শর্ম্মা অমসুং শকনাইরবা অহিংবা আর্কিবিষ্ট্ হাইনা মীয়াম্না খংনরবা পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা ইদিট্ তৌবীদুনা লাইরিক ওইনা পুথোকপা ঙমহনবিবগীদমক ভদ্রলোক অনি অসিগী মফমদা ইকাই খুম্নবা উৎচরি অমসুং তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

অরোইবা ওইনা পুম্নমক অসিবু তেক্ত—কাইদনা পুথোক্লবা হোৎনবিখিবা ওফিস অসিগী অ্যাস্‌সিষ্ট্যান্ট্ আর্কিবিষ্ট্, নাওরোইবম রাজু অমসুং আর্কিবিষ্ট্ কে: সুসিলাগীসু অচৌবা শিন্থা য়াউরি অমসুং মখোইবু থাগৎচরি। মসিগা ইরোইম্ননা তেল্লবা মতমদা লাইরিক অসিবু নম্বগী অচৌবা পোৎলুম লৌবিরিবা ইবোয়াই প্রিন্টর্সগী মিওই খুদিংবুসু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি।

(signature)

তাং ১০/৭/১৯৯৭

(ডা: কে: আইচ: সরোজিনী)
ডিপুটি ডাইরেক্টর
মণিপুর ষ্টেট আর্কাইভস।

# য়াওফম তাকপা

# মোইরাং কংলয়রোল্
# অমসুঙ
# মণিপুর ইতিহাসকি মরী

অয়িব — মোইরাংথেম নরেন্দ্র
খোংমন, ইম্ফাল

**ব্রাহৌদোক**

ইতিহাসকি ব্রা খন্ন নৈনবসিদি খঙ্ঙী হায়দুন কা হেন্ন হায়ব য়াদে। লয়বাক্কি অপুন্‌ব সক্তম্ ( Spritual integrity. social integrity. Political itegrity and Cultural integrity) ঙাক্তব য়াদব য়াম্ন লৈ। সক্তম্ অসিগি ব্রাংম হেক্ লান্‌বদ থাজব মাঙ্ঙী। ময়তৈগি পাউরও হায়রে ব্রাতা থীব, হায়দ্রে ব্রামাঙ্‌ব হায়বদু য়াম্ন লৈ। অদুন অপুন্‌ব সক্তম্ অদু খর ঙাক্‌ন খন্‌জগে।

## মোইরাং কংলয়রোল

মোইরাং কংলয়রোল্‌সি লয়পাক্ নিংথৌগি ব্রানি। মোইরাংগি মনুংদ লৈব লম্‌সিং সেম্‌খিব অমসুঙ্ থৌদোক্ ব্রাথোক্কি মতুং ইন্ন লম্‌গি মমিং থোন্‌খিবগি ব্রান মপুঙ্ ব্রোইব লাইরিক্‌নি। লম্মিৎ-তুমিৎকি ব্রানি।

মোইরাং কংলয়রোন্‌সি অথেঙ্‌ব মতম্‌দ ব্রারী মথং মথং হাপ্-কৎলক্‌পন লাইরিক খেন্নরক্‌লে। ব্রারী লোইবগি মতম্ খেন্নবন লাইরিক্‌সু খেন্নন লৈরে। ঈব্রাং পুরিক্‌লাই খেলয় নুঙ্নাং তৈলহৈব ময়তৈ নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্র ফাওব সম্‌থরকপন অমরোমদ লাইরিক্কি মগুণ মাঙ্‌থহল্লে। লোল্ মমাঙ্‌দগি থৈদোক্‌খরে।

মোইরাং কংলয়রোন্দ লাইরিক্কি মথরাই ব্রোইরিবসিদি (১) খোইরেন্‌তাক্কি মমিং থোন্‌বদ খম্ব থোইবীগি বারীন মহা কাব্য অম থোরক্‌প (২) খাম্রল্ পানবদ সিজ সমজুরয়ম - সিজ সমজমনিগি লয়বাক্ নিঙব অমদি মপাবুংগি য়াথং লৈপাক তাহন্দব, ময়বাক কন্‌বগি রাখল, পুক্‌চেল্ চাউবী অমগি ব্রান মোইরাং কংলয়রোল্‌সি হেন্ন মমিং লৈহন্‌বনি।

লম্ মমিং থোন্‌বগি ৱাসিদি অরিব লাইসোল্ লাইরিক্ উমংলোল্‌দ লাইগি ৱা ৱোইন খরসু লৈ। পোইরৈতোন্ খুন্‌থোক্‌পদসু লম্ মমিং থোন্‌বগি ৱা নিংথিন পী। ৱাখল্ খূৎ ফোঙদোর্ক খেম্নে। সাহিত্য অম ৱোইবগি ৱাফম পীদে। অদুগ মোইরাং কংলয়রোল্ হায়ব অসিদি অরি অনৌগি অপূন্‌ব পুয়াগি মসক্ ৱোইব মতম্ পুম্নমক্ত নৌদুনত লৈরগদব সাহিত্যনি।

অসিগুম্ব লাইরিক্ লম্মিৎ-তুমিৎকি ৱান মপূঙ্ ৱোইব অসিগি মতাংদদি লাই ৱোইখ্রব অয়িব মাইচৌসিংন মোইরাংগি ৱোইরগন কংলয়রোল্, ময়তৈগি ৱোইরগন লম্মিৎলোল্ অদুগ চিঙুগি ৱোইরগন চিঙ্‌গোইরোল হায়দুন লাইরিক্কি মমিং খেন্নন খায়রম্মী। অদুন মোইরাং লম্মিৎলোল্ লৈতে, ময়তৈদ কংলয়রোল চৎনদে। চিঙুগিদন চিঙ্‌গোইরোল্ হায়রগ লোইরে। অতৈ মমিং হায়নদে। মসি লয়বাক্ অসিগি চৎনবীনি।

কংলয়রোল্ অমসুঙ্ লম্মিৎলোল্ হায়রিব লাইরিক্ অনী অসিগি ৱাখল্ খূৎফোঙ্‌দোক্ writing style অসি অমত্তনি। লাইরিক্ অনি অসিদ মপূঙ্ ৱোইন খেন্নরিবসি (মিথ) লাইতিন্‌গি মতাং অসিদনি। লাইরিক্ অনী অসিদ লম্ অদু করম্ন কৈদৌবগি মমিং অসি থোন্‌খ্রিবনো হায়বসিদদি ৱারীগ কোম্ন তাকঈ। খূৎলান্‌থোক্ মান্নে। খেন্নরিবন লম্মিৎলোল্‌ন লাইসোল্ ৱোই অদুগ কংলয়রোল্‌ন মর্দুগি থাক্তু কাব ঙম্‌দে। Legendary History গি মৱোঙ্‌দ লাকই। অদুগ লাইরিক্ অনীসিমক্ ইতিহাসকি মচল্ ৱোইবসু য়াদে। চপ্ চাব তারিক্, চে-চাং রিকোর্ড পুথোক্‌প য়াদে। অদুন লাইরিক্ অনী অসিমক্ ইতিহাসকি মিৎয়েংদ চপ্ চান য়েংলবদি খুদোং থীব নঙবত নত্তন অরানব মিৎয়েং ৱোইগনি।

মোইরাং কংলয়রোল্ অসি সাইৱোন্ - লাংৱোনগি ৱাদ মপূঙ্ ৱোইন পুখিবন হৌজিক্তদি মোইরাংদ লাইসিংন সাইৱোন্ লাংৱোন্‌খিবগি ৱা ৱোইন লাক্‌য়ে। লাইচৎ - লাইৱোন্‌গ মরী সম্নদন লৈহল্লে। তিংসাং, চিন্‌হাও, লমচিন্, চিঙ্‌খুন্, কুকি অহোংব, লাইকি অচৌব হায়ব ইতিহাসকি ৱোইব লম্‌সিংদি নাথৈদুন থম্‌লে।

অদুম্ ৱোইনমক্ মোইরাং কংলয়রোল্ অসি "হুম্‌লেল্ লয়পাক ৱাক্, লয়কং লাংব কাংগ্রু তোংরেঙ্ ৱাক্, খানিং লেংব ৱাক্, য়াইথোঙ

সিঙ্সুব সিঙ্থা ৱাক্, নোংদা লাইরেল্ পাখংব লেরা খারোই ৱাক্মালেম্ লয়রোল্ সৈনে" হায়দুন আ লাই হাক্তক্তগি সক্লরক্লব লয়সেম্বগি ঈসৈনি হায়রি। (মোইরাং কংলয়রোল্ )

**মণিপুর ইতিহাসকি লৈন্ব মরী— মোইরাংসি মসাগি লয়সেম্লোল্, নোংসেম্লোল্, লাইরোল্, নিংথৌরোল্ অমসুঙ্ মৈহৌরোল্ লৈজে। অদুন মোইরাংন ঙল্লিগৈ মতম্দগি লয়বাক্ নিংথৌ পান্ব নিঙ্ তম্ব লয়বাক্ অমনি হায়ন লওজে। কংলয়ন ময়ত্রবাক্ হায়বদৌন মোইরাংসু মোইরাং লয়বাক্ হায়জব লম্নি। অদুন ইতিহাসকি মাইকৈদ মোইরাং হান্ন খঙ্ব তাই। মণিপুরগি ইতিহাসক্ চুম্সিন্নব তঙাইফদে।**

হৌজিক্ মণিপুরদ নিংথৌরোল্ অনি লৈ। (১) নোংদা লাইরেল পাখংবদগি হৌব অম (২) ঙাংনিংসিংদগি হৌব অমনি। অনী অসি ময়তৈ নিংথৌরোল্ মোইরাং নিংথৌরোল্ হায়ন লাইসিংন খঙনরম্মী। নিংথৌ অনী অসিগি মমাংদ কনা কনা নিংথৌন পালম্বগে হায়বদু অমত্তন সেংন হায়দে। লাইন নিংথৌ ৱোইরবগি ৱান হৌই। অতৈ কাংলুপ্ন মরক্ত পাল্লম্বগি বাসু তাক্তে। খুদম্ ৱোইন ময়তৈদ অঙোম্ন, খাবন পাল্লম্বগি ৱা মকা ফোংদে। অদুগুম্ন মোইরাংদসু ঙাংনিংসিংন হৌই। মমাংদ নিংথৌ কয়া পাল্লম্মী, কনা কনানো হায়ব ঙম্দে। উরেন্ হান্ব, লংব নিংথৌরোন্দ য়াওদে। অতৈ কাঙলুপ্ন মরক্ত পাল্লবগি ৱা মকা ফোংদে। যান্না সাইন্টিফিক্ ৱোইদব মরোঙ্দ চিঙ্দগি লাক্লগা নত্রগা নোংথক্তগি লাক্লগ নিংথৌ বোইরে। অনীমক্ মরক্তি নিংথৌরোল্নি হায়ব লোৎলি।

ময়তৈদ নোংদাগি মমাংদ নিংথৌ ৮৪ পাল্লম্বগি বাদি নিংথৌরোল সিঙ্কক্ত হায়। নিংথৌসিং অদুন "লয়ঙাক্প মকোক্ নাইরক্পগি ৱাদ" ফংবসি মতেক্ অম থম্জগে—

"অহান্বদ মঙাংন নিংথৌ ৱোইয়ে। অদু মতুংদ ঙান্বন নিংথৌ ৱোইযে। নিংথৌদি পোইরে নিংথৌ হন্ব, ঙান্ব খাইফব, থোংঙা তেম্ফব কৌয়ে। লয়মদি লোক্লাও খামেল্ লোক্পম চন্নে। মান তাংখুলনে, খাব্নে অনীম ৱোইখিয়ে। মতুংদ নিংথৌ কাংবন সিল্লে। মান সাগৈ মাপল্ পুথোকয়ে। মসিদি হয়ি চকনে। মথং খুনুং চক্ত সারাং লয়সাংথেম্ন লেপ্লে। লাংব চক্তি লুৱাংন নিংথৌ ৱোই। অদুগি মতুংদ

খুমন্ন সিল্লে। মথং কোন্ন চক্তি মোরিয়া ফম্বাল্ চা কৌন ফম্লে। মথং কক্সুব, ব্রানকক্ কৌন লেপলে খঙডো” হায়ন লৈ। অসুম্ন মোরিয়া ফম্বাল চাগি চাদা নাওদা পরেং অম পী। ঙানব খমতিংকোন্ য়ৌরক্পদদি সাইন্তিফিক ব্রোইদব অঙোম্ পুরৈরোম্বন ময়াদ উম্দুন পুরক্প পাখংবন নিংথৌ ব্রোই। মতাং অসিব্রাইদদি পাখংবন সৌগ্রি য়ুংলে। ইতিহাস চৈনেনরে। মথক্ত নত্রগ মরক্ত অতৈ সলাইন পাল্লম্বগি ব্রা পাখংব নোংগারোল্, পোইরৈতোন্ খুম্হোক্প অমসুঙ নুমিৎ কাপ্পদ খাব সল্লাইন পাল্লম্বগি ব্রা উৎতে। নোংদা লাইরেল্ পাখংবদগি অহৌব ব্রোইন উৎলি। মাগি চাদা নাওদাদমক্ উৎলি।

মোইরাংগি নিংথৌরোন্দসু অদুমঙাই। মোইরাং খুন্দারোলগি ব্রা নৈনরক্পদ খুয়োন্ খুন্দা হান্ব হায়। অদুগ খুয়োম্ন লয়বাক্ থুগাই হায়। কনা কনা পান্দুন করিগি খুয়োম্ন লয়বাক্ থুগাইরিবনো হায়ব ময়েক্ সেংদে। অব্রোন্ব লৈবদু ময়েক্ সেংন উত্তে। ময়তৈ নিংথৌরোন্দ কাংলুপ অতৈ মরক্ত পাল্লব উত্তবগুম্ন মোইরাং নিংথৌরোন্দ অতৈ কাংলুপ্ন চংলক্প ময়েক্ সেংহন্দে। চোথে থাংব্রাই পাখংবন নিংথৌ ব্রোইরবসি মকা ফোংদন থম্মী। সাগৈ অমগি মীবু মোইরাং সলাইদ নম্ফুদ পুসিল্লি। মসি কৌব্রুলোম্ন — “থাঙ্ব্রাই কোংতিং হলব মপারি, পলেম্ মমা চাখা খোংমরিংব চনু লিন্গোইগি কেগে মোইরাং চোথে থাঙ্ব্রাই পাখংববু মচি চিরাইব য়িম্চঙ্ লাং কোরও তাংথ লাং, ব্রাংবল্ ফিসা লাংবু, নুমিদাং চান ঈরু ফাৎন, তেন্ব্রাই খোলগি কোরও মনোংথৌন কাফরে। ব্রাবল্ মকা সান খাইফরবগি কোরও ঙম্লোইনরে। চিঙ্ঙু পান্দম্খিরে।” অসুম্ন কৌব্রু চিঙ্দগি, থাঙ্ব্রাইদগি পাখংবগি মচা মসু অমবু মোইরাং সলাই ব্রোইহন্দুন মোইরাংদ নিংথৌ ব্রোইখিব অসুম্ন নিংথৌরোল্ অনীমক্ত নিংথৌ সাগৈ অমত্তগি মচা মসুন নিংথৌ পরেং থম্লব হোৎনৈ। অসিগুম অব্রোন্ব মসক্ তাক্তে। কৌব্রুলোন্দ মণিপুর ইতিহাসক লৈনব মরী থম্দে।

মোইরাং — মোইরাংসি মোইরাং সলাইন পান্বগি, মোইরাংন লয়বাক্ ঙাক্পগি মোইরাং কৌবনি। মোইরাং কংলয়রোন্দদি লম্ অসিবু মোইরাং কৌখিবগি ব্রা নিংথিন পীদে। মোইরাং সলাইন খুন্দাখিবগিদি মখল্ মখা লৈ।

মোইরাংসি মোইরাং কংলয়রোল্ অমসুঙ্ কৌব্রু লোল্দদি ঙান্ব সলাইগি লম্নি হায়ব উৎলি। মদুদ মোইরাং অমসুঙ্ কংলয় হায়ন খায়দোক্তে। অপূন্ব লয়বাক্ অম ব্রোইন উৎলি। মিৎয়েং অসিদদি ইতিহাসকি লমদ খুমাং থর চাউসিনব ফংঙি। খৃষ্ট মমাংগি সরুক্ত থর মখৈ মব্রোঙ্ তাই।

## খুল্ লেপ্প

**ঙান্ব সলাইগি লম্নি হায়বসিদ ব্রা খর থম্লগে।—**

(১) কেগে লয় তরেৎ য়াঙ্দৈ খা, খোইয়াংব খুন্ফম্লেল্, মোইরাং লাংখোংজাম্ব লয়ময়ায় ঙান্ব খাইফব, থোংঙাই তেম্ফব পৃঙ্নে। (মোইরাং কংলয়রোল্)

(২) চিঙ্ঙু নঙন কোরও অব্রাঙ্বদগি, অব্রাং কোরও নোংলয় লমদগি চিঙ্ঙু নতে ব্রোন্, খোইয়ম্ নসক্ হোংন কেগে থংজিং সরেঙ্ চিঙ্পুক্ চিঙসা ময় ইন্ন কেগে ঙাংখ ময়ায় খায়ন খুন্দাঙইদ কক্চেং লুচাউবী চান মথক্ পুঙ্গ থোল্, মখা খোংগ তউন মালেম্ থারৈ লয়চেন্ ঙম্ববু ঙান্ব খুনুং লাইহকপ নঙন মিৎয়েং সান্থৈরবগি কংলয় অসিবু লম্দম ফয়ে, মালেম্ লয়ময়োন্বু নরিঙইনে হায়ন পৃঙ্খঙ্খিয়ে। (মোইরাং নিংথৌরোল্ লম্বুব)

(৩) ঙান্ব ব্রানে। ঙান্ব লয়চিক্ চিকলিব, নিংথৌ কাংব কাংখল্ লয়ম তারিনু অনীন হাথবদি কোংগোই, তাইমা, য়াংমা, তেসরোৎ, উরেন্ খুব, উরেন্ হন্ব, ঈরেম, খাবী, লংব মাপল্ম পোক্য়ে। লংবন মোইরাংগ লাংতেগ পোক্য়ে। (কারললোল্)

(৪) মথক্কি অসুম্ন কাংব রোলদসু উরেল হন্ব অমসুঙ্ লংবন মোইরাংদ খুন্দারে মোইরাং কাংলুপ সেম্লে হায়ব তাক্ই।

(৫) অদুঙই অহান্ব চক্তি মঙাংন নিংথৌ ব্রোইয়ে। অদুগি মতুংদ ঙান্বন নিংথৌ ব্রোইয়ে। নিংথৌদি পোইরয় নিংথৌহন্ব, ঙান্ব খাইফব থোংঙাই তেম্ফব কৌয়ে। লয়মদি খামেল্লোক্পম্ চনুনে। ((১) লাই খুন্দ, (২) পৃঙ্ কন্বলোল্)

মথক্তা পীরিব ব্রাফম অসিগি মতুং ইন্নদি মমাংঙইদদি অপূন্ব

লয়বাক্ অম ব্রোইন পোইঁরে নিংথৌহন্ব, ঙান্ব খাইফব, থোংঙাই তেম্ফবন নিংথৌ ব্রোই। ঙান্ব খাইফবগি অমদি মাগি মচা মসুগি লম্নি হায়ব সেংন পী। অদুগ উরেল্ হন্বন পোক্প মোইরাং, লংবন পোক্প মোইরাং অদুগি লম্নি হায়বগি ব্রা পীবদি ঙম্দে। হৌজিক্তি মোইরাং লয়বাক্ অসিসু মখোয়ন সেম্ব মোইরাং অদুনি হায়বসু ময়েক্ সেংদে।

মসিগি মরুব্রোইব মরম্দি ঙান্বসলাইদগি চেংলয় অমদি মোইরাংথেম তারক্পগি সলাই য়ুম্দাব, সলাই য়ুমসেৎপ অমসুঙ্ সলাই য়ুমচংবগি ব্রারী পরেং অম মনুংদ লৈবদু হায়রমদব অমসুঙ মোইরাং নিংথৌরোন্দ উরেন্ হন্ব অমসুঙ্ লংব য়াওদবন ব্রাফম্সিগি মরুনি। মসি উরেহন্ব নিংথৌ ব্রোইদবন নিংথৌরোল্গি চৎনবী ঙাক্পননি। মৈহৌরোন্দদি উরেন্ হন্বগি মমিং অদুম্ লৈ।

মোইরাংদ মোইরাং সলাইন খুল লেপ্প।

"খুয়োলব্রো লয়থিন্কাই, মোরিব্রো লয়রাম্বী" –

((১) লাইসোল্ (২) মোইরাংলয়থিন্কাই)

লাইসোল্ অসি লয়সেম্লোন্দসু হায়। লাই হারাউবদসু সক্নৈ। মসি নৈনব য়াম্ন মরু ব্রোই। মসিতন মনুংদ ফুম্লি খুল্ লেপ্পগি অমসুঙ মোইরাং কৌখিবগি ব্রারী পরেংদু ফোঙ্দোক্ই।

লাইসোল্ অসিগি অসম্ব ব্রাহন্থোক্তি খুয়োম্ন লয়বাক্ থুগাইরে, মোরিদি লাক্কুন লৈরে হায়বনি। অদুগ "লয়সেম্ব লাইগি ব্রা" হায়ব পুয়া অদুদন "মোরিব্রো লয়সেম্ব্রায়" হায়দুন মোরিন লয়বাক্ সেম্মী হায়। লাইসোল্ অসিগি ব্রাসি য়েংলগদি মোরি নত্রগা মোরিগি মচা মসুন মোইরাং লয়বাক্ কাইব সেম্মি হায়বনি।

মোরিগি মচা মসুন মোইরাং লয়বাক্ সেম্মী হায়বগি মরিক্ চূম্বা ব্রাফম্ অমন – "হয়ি চক্তি মোরিয়া ফম্বালচা লয়ম উরুম্ খাউচোন্বীন পাল্লম্মে। মথং লাংব চক্ত লয়ম তাম্নু নিংথৌ কাংবন লেপ্লে। মান সাগৈ ৯ চিংথোক্লম্মে। * * * উরেল্ হন্বন মোইরাং পোকয়ে। কিয়াং ইংখোন্দ লৈরম্মে। লংবন মোইরাংগ লাংতেগ পোক্যে। চিঙ্খুন্দ তারে। [(১) কাংবরোল্ (২) পুঙ্কন্বলোল্ লাই খুন্দা]

মথক্কি ব্রারোল্ উরেল্ হন্বন মোইরাংগি কিয়াং ইংখোন্দ লৈরে অদুগ মোইরাং পোক্য়ে হায়বসিন মোইরাং হায়ব কাঙ্লুপ্ অম য়ুম্দারে, লৈরে হায়ব তাক্লে। মোরিয়া ফম্বাল্ চাগি মচা মসু (মোরি +লাং) মোইরাং লয়বাক্ সেম্লে, মোইরাংদ লাক্কুন লৈররে, মোইরাং সলাইগি লম্ ব্রোইরে। মোইরাং কৌরে। মসিন তাক্ই।

ঙাংনিংসিংগি মপা মপু অমসুঙ সলাই য়িম্চংব।

১। লয়ফুরেল্ চনুন --- --- --- চুচেং
২। লয়চিক্লেল্ চনুন --- --- --- য়ুকৌরোল্
৩। লয়থম্লেল্ চনুন --- --- --- (সনা) খিংখিং লাংব
৪। লয়নুং য়ুপুরোই চনুন --- --- হেবু কংচিক্প ঙাংচেং লয়তক্প
৫। লয়নুং য়ুনাওবোয় চনুন --- --- উরেল্ হন্ব
৬। লয়নুং য়ুচাখা চনু ঙাংসাবীন --- ঙাংনিংসিং ঙাংহুন্ খোক্

উরেল্ হন্বন মোইরাং নিংথৌ ব্রোইদ্রগ মচা ঙাংনিংসিন মোইরাং নিংথৌ ব্রোইরিবসি য়াম্ন খন্ননিঙ্ঙাই ব্রোই। অদুগ কংলয়দগি লাক্লগ নিংথৌ ব্রোইরবগি মব্রোঙ্ অসিদি আ মমাংঙৈদগি উই।

(i) থৌদু নুঙ্পাক্ থক্ত লাংব্রোন্ ফবী ঙান্ব লয়রোৎপীগ কৌব কৌনু অনীমন মপারী ব্রাহুক্ লেন্বু নোংনেম্ খান পাংব, লাইজ ঈব্রাইতা খম্নুং য়াঙ্দউ লম্বু খুন্কম্ব্রো হায়ন পাওমেল্লকয়ে হায়দবরা (ব্রাংবরেল্ খুনগুম্)।

(ii) খোইমোম্ কৌবক্ অসুপ্পদি মপারি মঙামক্ক মরোয় লোয়নব হাউব লৌসিংবগ কৌব মচিঙ্ লেন্দগি কেগে চাউব পূঙ্, মোইরাং সাংব য়ায়, সাংদোল্ লৈনাও তাদ কেগে ব্রোকনি লয়ময়ায় কোন্খা চা খুন্ফম্ লেন্দ, লয় তরেৎ য়াঙ্দৈ খা য়াংখোং লয়ময়ায়, কেগে সন্থোঙ্ য়োয়তা পূঙ্, মঙাং হাউতম্ খোং, কেগে মোইরাংনিংথৌ চোথে থাঙ্ব্রায় পাখংববু মচি চিরাই য়িম্থং লাংগি কৌরও মনোংথৌন কাফরে, রাঙ্বল্ মকা সান খাইথরবগি কৌরও ঙম্লোইনরে। চিঙ্ঙু পান্দমখিরে। = (কৌব্রু লোল্)

অসুম্ন নিংথৌ খোম্বগি মতম্দ মেন্খোম্ব, চুরাচান্গি মতম্দি সনা হোঙ্ব (রামানন্দ), থাবল্, বোধচন্দ্রগি মতম্দ চন্দ্রসিং লাক্কুন মোইরাং নিংথৌ

ৱোইরে। অসুম্ন কংলয়দগি লাক্কুন মোইরাংদ নিংথৌ ৱোইরবগি চৎনবী অম লৈ।

## লয়ঙাক্ লোল্

লয়ঙাক্লোল্ অসিদনি মোইরাং অমসুং ময়তৈগি ইতিহাসত খ্বাইদগি চয়েৎনরিবসি। মোইরাংগ ময়তৈগ মোত থেন্নরিবসু লয়ঙাক্লোল্ অসিদনি। মসিগি অথরিতি পীব য়াম্ন লুই। অদুন লয়ঙাক্লোল্ নৈনরক্পদ মোইরাংসি লয়বাক্ (ময়তৈ + মোইরাং) অসিগি মপান্ লম্গ চৎথোক্ চৎসিন তৌনবগি লম্বীসিংগি মনুংদ অমনি। লয়বাক্ অসিগি থোঙ্ তরুক্কি মনুংদ তোরবুঙ লমপাক্ অসি নোংচুপ্ক ফাওননব লম্বীসিংগি মনুং অমনি হায়ব ৱাখল্দ থম্বীব তাই। মদুন Political Integrity গী ৱাফম্ ময়েক্ সেংগনি। লম্সি অহান্বদ লম্চিন্, অথেংবদ তোরোং ফাই, তোরবুঙ কোই। মফম্ অসি মী, পোং, লাই অহুম্মক্কি খুন্দাফম্নি।

মোইরাংগি লয়ঙাক্লোন্দ মোইরাংলয়য়াৎকি মতুং ইন্ন লয়কাই তরেৎ থোক্ল খায়। মসিবু লয় তরেৎ হায়। মসি লয়কাইগি মমিংলা কোন্থারোল্লা হায়ব ময়েক্ সেংব ঙম্দে। হায়রিব লয় তরেৎ অদুগি মমিংদি (১) ঙাংলও ঙাংখ (২) খুয়োল্ সেপলও তুরও খা (৩) ৱোক্চিন্ লাংগা খোং (৪) হিখা ফাল্লও (৫) য়াওসু খুন্দোন্ (৬) উরা চিঙ্ (৭) খোইনাই ৱোম্পু অসিনি।

অঙনৱ মতম্দ মোইরাংগি ফম্লোল্ অমদি লোইসঙ্ মসিল উদো নিংথৌন অতোন্ অরেম্দ লৈরগ (ফম্থৌ নিংথৌ) হয়িং খোইচা অহুম্ন লয়বাক্ পুই। ফম্থৌদি পুম্ন ৬৪ গি ৱাফম্দি পী। মখোয় অসিগি মথৌ মসিল মচা খায়ব ৱা ফংদে।

ৱায়েন্-থৌদা খদ্রাক্প, পুখ্রলব, নোংথোন্ব অহুম্ন খন্নরগ মখোয়গি পাওতাক্ল থবক পাঙ্থোই। ফম্ অহুম অসি কংলাগি ফম্নি। অদুগ কইরুং মেল্লুংন নিংথৌ ফম্নি। সঙ্ লোল্গি ৱা লৈতে। ৱায়েন্ পুম্নমক্ কংলাদ তৌই। অকক্ন চয়রাক্কি ৱা ফংদে।

## ব্রায়েন থৌদাগি মরী।

লয়ঙাক্ লোল্গি মতাং অসিদ কংলয় লয়ঙাক্লোল্গি ব্রা য়েংলবদি মোইরাংসি নোংথোন্বগি মখাদ লৈ। খাইচা - নাইচান থবক্ পুই। মতাংসিদ "খুন্থোঙ্ নিপাল্মগি লম্য়েন্" হায়ব লাইরিক্ অদুগি ব্রা অমুক্ থম্জগে। "নোংথোন্বদি হিজমন পোক্প নুংগাংবন য়েন্ব মরম্দি থোংনাং সারম্পাক্, ময়াং হাওপৈ থেল্, কৌব কৌনু ঈরেং ঈথম্ পূম্ন চন্ন কইকানগে" হায়দুন নোংচুপ মাইকৈ নোংথোন্বন পুই হায়ব তাক্লি।

নোংথোন্বগি মখাদ মোইরাং পুব ফম্ অহুম্ অদুদি – (১) নাইরেল নত্রগ লাইরেল (২) হিসাব (৩) ফম্থক্চা অহুম্ অসিনী। মখোয় অহুমন মিৎয়েং চঙ্ভী হায়। মখোয় অহুম্ অসি মোইরাংগি মীহুৎনি। মোইরাংগি মীরা হায়বদি তাক্তে। লোইসঙ্ মসিল্গি ব্রা য়েংলবদি মোইরাং মনুংগি মীনি।

### মখোয় অহুম্ অসিন পুব লম্

নাইরেল্
1) খাখ রাব মচিঙ্জিন্
2) মকারাব উয়োক্ কোন্
3) কেগে মোইরাং
4) নঙবী রাচ অহুইব চাম্লও কোল্
5) হাউতক সনয়াফম্

হিসাব
1) পুম্লেল্ হাপ্সা
2) সরিক্ নোংচেল্
3) কতোং কয়াং চিঙ্
4) তোক্প য়েনখৈ চিঙ্
5) হিতম চিঙ খুনুতা

ফম্থক্চা
1) ঈকোপ্ লাল্কা
2) লওসি থম্লাল্কা
3) য়াওরও হুইথি চিঙ্
4) তাঙ্সি সোৎলাই

লম্ মমিং খর খর খেন্নব উরবাসু (I) ক্রথোঙ্ লম্লেল্ (II) খুন্থোঙ্ খায়ব (খুন্থোঙ্ নওরুম্) হায়ব লয়বাক্ অসিগি অরিব লাইরিক্ত মোইরাংসি তাউথিংমাং (364 A) ফাওব কংলয়গ অমত্ত ব্রোইন লৈরক্পগি ব্রা ফংঙী। লয়বাক্ অমত্ত ব্রোইবগি মব্রোঙ্ লৈ।

খোংতেক্চা (৭৬৩-৭৭৩) ইরেংব (৯৮৪-১০৭৪) মতম্দ মোইরাং কংলয়দলাল্ হত্তখি । নিংথৌখোম্ব (১৪৩২-১৪৬৭) মোইরাংনিংথৌ সনা হোঙ্বগি মতম্দগি মোইরাং লাল্ হত্তখিদরে। মোইরাংগি মী নিংথৌ ব্রোইখিদরে। ময়তৈগি ইতিহাসত খাইদোক্পগি ব্রা উদে। মোইরাং নিংথৌরোল্দ মোইরাংখোম্ কৌবগি ব্রাদমক্ হায়।

নাৎকি মরী— মসি মীয়াম্ন চম্ন খম্নে। ব্রায়েন্ থৌদাগিদি য়াম্ন মনুংদ মরী লৈনে। লাই হরাউবন লয়বাক্ অসিগি নাৎকি হত্তরক্ফমনি। লাই হরাউবদ কংলয়, মোইরাং, চক্প হায়দুন মখল অহুম খায়রিবসি লয়বাক্কি অপুনব ঙাক্লবনি। লয়বাক অসিদ লৈরিব লাই বিষ্ণু, রাম্, মহাদেব, কালি নোংপোক্ পানথোইবীগি লীলা খুরুম্হনগনি। থৌরম খরদ মনিঙ্ তম্হন্দে। লয়বাক্ নিংথৌগি মিৎয়েং চংঙি। অসুম্ন লয়বাক্ অসি মমাংঙৈদগি অমত্ত ব্রোইন লৈরক্ই।

---

## রিবিউব্বরগী নোট

শ্রীমোইরাংথেম নরেন্দ্রনা ইবা "মোইরাং কংলয়রোল্ অমসুং মণিপুর-ইতিহাসকি মরী" অসি পারে। মসিদা "মোইরাং কংলৈরোন" কৌবা লাইরিক্ত-য়াওরিবশিংসি সাহিত্যগী খূৎফোংদোকনি হায়বগা লোয়ননা অপুনবা মৈত্রবাক্কী চৎনবী কংলৈরোন, লম্মিৎলোন অমসুং চীঙ্গোইরোনগী মায়বশিংদু উৎলি। অদুবু হায়রিবা লাইরিকশিং অসি ইতিহাস মক্কি হায়না লৌবদি অরানবা মিংয়েং ওইগনি হায়বসু উৎলি। অদুগা মথংদা মোইরাংগী নিংথৌরোল অমসুং লৈঙাকলোনগী মত্তেক খরা পীরি। পেপরসি খরগী মখে ফরেদি হায়ববু শেমদোক শেমজিন খরা তৌরবদি হেন্না ফাগনি খল্লি।

শ্রীনিংথৌখোংজম্ন খেলচন্দ্র সিংহ

২১।৫।১৭ইং.

# মোইরাং থোইবী অমসুং মণিপুর ইতিহাসগী নুপীশিংগী শক্তম

প্রো: ক্ষেত্রি বিমলা

মণিপুর ইউনির্ভরসিটি

ঐখোয়না মণিপুরগী ইতিহাসতা নুপীগী শক্তম য়েংবা মতমদা মীৎয়েং অনিদগী য়েংবা চংই। মণিপুরদা নিংথৌগী শাসন মরা চেৎনা লৈবা মরমনা, মমাংঙৈগী, মরুওইনা গনতন্ত্রিক সাসন লাকত্রিঙৈগী মমাংদা, লৈরম্বা নুপীগী সমাজ অসি অনিথোকনা খায়দোকপা য়াই। অহানবা ওইনা নুপী মীয়ামগী ওইবা অচম্বা খুন্নাই অদুগা অনিশুবদনা নিংথৌগী ইমুং মনুংগী হায়বদি মহারানী, রানী, মচাইবেম্মাশিংগী ওইবা খুন্নাই। খুন্নাই অনি অসি চাংদমনদুনা য়েংলবদি অণ্ডকপা ফংনা থৈন্নে হায়বা য়াই। অহানবগী নুপী মীয়ামগী ওইবা খুননাইদদি নুপীশিংগী ফিভম অমসুং মখোয়গী থাক অসি খুন্নাইগী অনেম্বা থাক্তা লৈ হায়বদা হায়মনবা থোক্রোই। নিংথৌ অমদি অণ্ডম অথৌশিংনা নুপী ময়াম লোনবগী, নিংথৌনা অমদি অণ্ডম অথৌশিংনবু পামলবদি নুপা লৈরবী, মচা লৈরবী নুপী ফাওবা নমদুনা লৌবগী ব্রারী কয়া ঐখোয়না তাবা ফংই। মপুরোইবা লৈবী নুপী লৌনবা হোৎনবদা মপুরোইবা অমসুং মহাক্কী ইমুং মনুং অমসুং শাগে নাতে ফাওবা নিংথৌগী অহকপা মিৎয়েং ফংখিদবা নত্তে। শম্না হায়রবদা নুপী মীয়ামগী ওইবা, ফীভম অমদি মখোয়গী ওইবা থাক য়াম্না হঙ্গনা লৈরমই হায়বা য়াই।

অমরোমদা নিংথৌগী অমসুং অণ্ডম অথৌশিংগী নুপীশিং অমসুং মখোয়গী ইমুং মনুংগী নুপীশিংগী ফীভমদি, খুন্নাইদা ফনা অমসুং থাক ব্রাংনা লৈ হায়বা য়াই। খুন্নাইগী চৎনবীনা মখোয়গী ওইবা, অচম্বা নুপী মীয়ামদগী থেন্ননা, চৎনরোল য়াংতুনা থম্মী। মখোয়না শেৎপা ফীজেৎশিং অচম্বা নুপী প্রজাশিংনা শেৎপা য়াদে, ইনবা য়াদে। অদুদসু নত্তনা অচম্বা নুপীশিংগা থেন্নবা অমনা লৈবাক্কী ওইবা হিরম থন্ন-নৈনবদসু অরাংবা থাক্কী নুপীশিংদি মখোয়গী অপাম্বা, পামদবা ফোংদোকনবগী ভনজাসু

অদুম হায়বা য়াই। মণিপুরগী ওল্লিবঙে মতমগী ইতিহাসতদি নুপীগী ৱায়েনশঙ ফাওবা তোঙাল্লা থমদুনা নিংথৌগী মহারানীনা মকোক ওইরম্মী। ঐখোয়গা মণিপুরগী ইতিহাসতা লৈবাক্কী সাসন মায় পাকনা, মপুরোইবা লৈতবা মতমদা, পুখিবী মহারানী লিনথোইঙম্বী [১] নচিংবগী ৱারী কয়াসু তাবা ফংই। মরম অদুগা অৱাংবা থাক্তা লৈবী নিংথৌগী অমদি অঙম অথৌশিংগী নুপীশিং অমসুং মখোয়গী ইমুং মনুংগী নুপীশিংগী ফিভম মণিপুর ইতিহাসতা থাক ৱাংনা লৈ হায়বা য়াই।

## থোইবী [২] অমসুং মণিপুর ইতিহাসগী নুপী লুচিংবিশিং

মোইরাংগী ৱারীদা তোপ তোপ্পা ঙাল্লিবী থোইবী অসিসু মণিপুরগী নুপীশিংগী মনুংদা অথোইবী অমনি। মথক্তা পনখ্রিবী নুপী লুচিংবীশিং অসিগুম্না থোইবীসু নিংথৌগী মনাওনুপাগী অমত্তা পোকচবী মচানুপীনি। নিংথৌগীসু মচা পোক্তবা মরমনা নিংথৌ অমসুং যুবরাজগী তাংনা ফংজবী মচানুপীনি। প্রজা মীচম নুপী মীয়ামদগী তোঙাল্লা নিংথৌগী কোন্দা পোকতুনা থাক ৱাংনা লৈবীনি। থোইবী অমসুং মণিপুরগী ইতিহাসতা ফংলিবী নুপীশিং অসিগী খেন্নবনা, অতৈ লুচিংবীশিং অসিনা লৈবাক্কী শাসনদা, লৈঙাকলোন্দা থৌদাং য়াবনা মখোয়না লুচিংবীশিংগী থাক য়ৌবা ঙমলকখি। খুদম ওইনা মহারানী লিম্থোইঙম্বী মহারানী গোমতী, [৩] মহারানী কুমুদিনী [৪] অসিনচিংবী। অদুনা থোইবীনা লুচিংবীগী থাক য়ৌবা ঙমখিবনা খুন্নাইদা মান্নবা থাক অমা থম্নবা হোৎনবা, খুন্নাইদা হন্থনা লৈরিবা নুপীশিংগী থাক ৱাংনবা হোৎনরম্বা অসিননি। মরম অসিনা ঐখোয়না থোইবীগী মশাগী ওইবা মগুণ অমসুং মানা পাংথোকলম্বা থৌদাং ময়াম খঙন্নবা হোৎনবদা, মতম অদুদা লৈরম্বা খুন্নাইগী চৎনবী, লায়রবা ইনাকখুনবা অঙম অথৌবশিংগী মরক্তা লৈবা খেন্নবশিং, নুপীবু করম্বা ফীভমদা থাক্তা থমলম্বগে হায়বনচিংবা ময়েক শেংনা খঙবা ঙমগনি।

## থোইবী অমসুং মহাক্কী মতমগী খুন্নাই :

থোইবীগী মতমদা লৈরম্বা খুন্নাই অসি নিংথৌপানব খুন্নাইনি। নিংথৌগী লৈবাক শাসনদা মতেং পাংনবা অঙম্বশিংসু লৈ। লৈবাক্কী ওইবা হীরমদদি নিংথৌনা মনিং-মখা ভৌনা শক্তি লাম্না শিজিন্নবা ঙমদবগুম

তৌই। লৈবাক্কী য়াইফনবা অমসুং অচুম্বা পুরকনবা হোৎনবদদি মন্ত্রিশিংগী, অঙম অথৌশিংগী অকনবা খোল্লাও লৈ। মীয়ামগী খুন্নাইগী ওইনা য়েংলুরগনা লায়রবা অমসুং ইনাকখুনবা অনিগী মরক্তা খেন্নবা য়ামনা চাওনা লৈ। খম্বা খমনুনা ব্রানা পুন্সি লেললকপা অমসুং খম্বনা লায়রবনা মরম ওইদুনা মহাক্কী মথৌনা মরৌশিং অয়াম্বা মতমদা ফুদোকপা ঙমখিদবা অদুনা শাক্কিনি। হায়রিবা থৌইবীগী মতমগী খুন্নাই অসিদা নুপীগী ওইনা থাক নেমনা লৈ। খম্বা খমনুগী মমা ঙাংখরৈমা[৫] পুরেম্বনা ফাদুনা পুজরকলবসু নিংথৌনা লৌবা ঙমখি। অঙম অথৌশিংনা অমসুং লৈবাক মীয়ামনা করিসু হায়বা ঙমদে। অদুগা অমুক নিংথৌনা পুরেম্বদা পিথোকনিংবা মতমদা পি। নিংথৌ অঙম অথৌ অয়াম্বা নুপী লোনবনা অয়াম্বা ওই। চিংখুবগী নুপী তরামাথোই, নোংবানগী নুপী অহুম থোংলেনগী নুপীশিং, নিংথৌগী নুপীশিং খুদম ওইনা পনবা য়াই। কংলা বিচারদা, ব্রায়েংশংদা নুপী য়াওবা য়াদে। নুপী খুদিংমক নুপাগী মখাদা লৈ। নুপীশিং অসি মথ্বায় পানবা লৈথোক লৈশিন য়াবা পোৎকুম্না উহল্লি। মমল ইয়াও য়াওদবগুম তৌই। মোইরাং নিংথৌ মচিন মনাওগী অমত্তা পোকপী, মানা তৌনিংবতা তৌবতা অপনবা অথিংবা লৈতবী থোইবীসু নুপী হান্না লৈরবা নোংবান্না লৌন্নবা হোৎনবদা নত্রগা শুবরাজ (থোইবীগী মপা) না নোংবান্দা পিননবা হোৎনবদা খুন্নাইগী চৎনবীনা অয়াবা পী।

## থোইবীগী মগুণশিং :

নুপী ওইবী অমগী অফবা মগুণশিং থোইবীদা ব্রাৎতে। ময়ামগী ওইবা মগুণশিংদগী থোইদোক হেন্দোকপা খরদি : থোইবী মীনুংশিং খঙবী, লাইরববু মতেং পাংনিংবী, মথৌনা ফবী, নুপী ওইবীগী অধিকার হক মতাং চানা উৎনবা অমসুং কন্নবা হোৎনবী, নুংশিববু ফাগী ওইনা খন্দবী, মপুরোইববু লুনা চান্না খঞ্জবী নুপী অমনি। থোইবীনা খমনুবু কৈথেলদা ইহান হান্না থেংনবা মতমদা; শীং য়োনবী লায়রবী নুপী অমগুম উখিবনি। মতম অদুদা খম্বগী মচে ওইনা উখিবা নত্তে। উবা খুদকতা থোইবীনা খমুগী মনাক্তা চংশিন্দুনা খঙনবা হৌখিবা অদু মীনুংশি খঙবা অমসুং লায়রববু মতেং পাংনিংবগী অচৌবা খুদম অমনি। সেনুবু মহাকী মতম খুদিংমক্কী লোয়নবী মনাই ওইদুনসু থোইবীনা সেনুবু য়াম্না তাথি তাওইনা মীনাই অমদা ঙাংবা থেংনদে। মতম অয়াম্বদা মহাক্কী মমাম্নবী অমগুম লোয়নৈ। থোইবী মথৌনা ফৈ। মপাবুংগী অপাম্বগী ময়োক্তা

মহাক্কী নিংবা থুংনবা লৈখিবা, খম্ববু শামু খোংয়েৎপা মতমদা লাইরেম্বীগুম চোংথোকরকখিবা, কবো লোই কারকপদা শগোল তোংদুনা নোংবানগী খুৎতগী নানথোকখিবা পুম্নমক মথৌনা ফবগী খুদম ঙাক্তনি। থোইবী মতম খুদিংমক্তা নুপীগী অধিকার ঙাকনিংবা অমসুং ঙাকখিবা নুপী অমনি। মতম অদুগী খুন্নাইদা নুপীগী থাক নেম্না লৈরবসু, থোইবীনা নিংথৌমচা ওইবগী খুদোংচাবা লৌরগা নুপীগী অধিকার কন্নবগী খুদমনা মহাক্কা মমান্নবী ময়ামগা লৌতাকতা ঙা ফাবা চৎপদা নুপা অমতা কুমহনবা য়াহনখিদবা অদুনি। অদুগা অমুকসু মপানা কবোদা লোই থাবদা মচানুপী অমা ওইনা মপানা হায়বা ইল্লবসু, লোই কুমলকপা মতমদদি মশাগী অধিকার, অপাম্বা অদু, ঙাকন্নবা খম্বগী ময়ুমদা লাকখিবনি। থোইবীনা নুংশিববু পুন্সিগী মমল য়ান্নবা পোংশক অমনি খল্লি। খম্ববু উন্নরুবা, নুংশিরুবা মিংকুপ অদুদগী মহাক্কী মপুন্সি লোয়বা ফাওবা মহাক্কী নুংশিবা খম্বদা অদুম লেংদনা লৈখি। মদুগী অরংবা খুদমনা খম্বনা মহাক্কী নুংশি চাংয়েং তৌরুবদা মতোমতা আত্মঘাত তৌজখিবা অদুনি।

অরোইবদা থমজনিংলিবা ব্রাফমদি খম্বা থোইবীগী ব্রারী অসিদা মপুং ওইবা শক্তমদি থোইবীনি। থোইবী অচৌবা উপাল অমগুম্বনি। ব্রারীসিদা য়াওরিবা মীওইশিং হায়বদি খম্বা, নোংবান, নিংথৌ, যুবরাজ, থোংলেন অসিনচিংবা পুম্নমক উপাল অদুগী মশা মরেংগুম্বনি। মতম অদুগী খুন্নাইদা নুপীবু হম্বা মীৎয়েংনা য়েংবা, মশাগী, মী অমা ওইবগী ব্রাখল লৈজদবী অমা ওইহনবা, মথ্বায় পানবা লৈথোক লৈশিন, পীথোক পীশিন য়াবা ওইনা লৌবা ময়াম অসিদগী থোইবীগী শক্তমনা, মহাকনা তৌথোকরকপা থবকনা নুপীসু মথ্বায় পানবীনি, মশাগী মত অপাম্বা লৈজবীনি, খুন্নাইগী চৎনবীনা মতম পুম্নমক্তা থম্বা য়াগদবা নত্তে হায়বসি শেংনা উৎলি।

---

রিবিউরারগী নোট

১। মহারানী লিঙ্খোইঙম্বী – লিঙ্খোইঙম্বী/লিঙ্খোইঙানবী অঙোম নিংথৌ কাউশোম্বা অমসুং মহাক্কী খুব্রাইলৈমা চাংবোম্বী, অনিগী মচানি অদুগা মৈতৈ নিংথৌগী নিংথৌখোম্বগী (১৪৩২-১৪৬৭) লৈমরেন্নী॥

২। থোইবী — মীশক অসি রোমান্টসিজমগী জগৎকী মীওইনি, মসিগী লু তোংগী ওইবা মীশক ফেকচুয়েলগী ওইবা গুম্ফমদি ঈরাংলোন য়োঙ্গরেল তোম্পোকগী, মৈতৈনিংথৌ থংবী লাম্বাব (চাওরাক্লা খৃঃ ১৩০২-২৪) গী লৈমা অদুনি (নিংথৌরোল লম্বুবা অমসুং মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা) খৃঃ ১৯৩০ গী মতুংগী নত্তনা মমাঙগী অইবা ব্রারোল অমতা ফংদে, লৈতে। ফুঙ্গাৱারী ওই, করি ওই লৈরম্বদগী মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি (খৃঃ ১৮৫০-৮৬) না খৃ; ১৮৭৪ দা (জুলাই-আগষ্ট) কছারদা জিলাদরবার লেঙবদা পেনা থৌগল ওইনা খাইদগী ঈহান হাননা মৈতৈ নিংথৌনা তাখি। মদু মৈত্রবাক্তা থোক্লবা মতমদা, ডিভেলপ্ তৌ, হায়দুনা সনা য়াথং পীবদগী পুংগী ওঝা ১, পেনা শকপা ওঝা ৩ পুনশিন্দুনা শেমজিন-শজিনখিবনি, হায়না হৈস্নাম / থাঙ্গা মাঙ্গোনজাওনা পীরি (খম্বা-থোইবী পুন্সি ৱারী, ২শুবা শরুক, ১৯৮১, বাহৌদোক)

৩। গোমতী — ব্রায়েনবম চনু নত্রগা মোইরাংথেম (পু অমগী) নিংঙোন ওইনা পী। মৈদিংঙু গরিবনিৱাজগী (খৃঃ ১৭০৯-৪৮) লৈমা অমনি। মহাক্লা নন্দশাই, স্নাতলশোই, স্যকশাচিশাই, ভরতশাই অমসুং শত্রু ঘ্নশাই পোকখি।

৪। মাইস্না মহারানী — লৈমা পোংলেনখোম্বী, স্নখ্রা মশী অসিনচিংবনসু মাইস্না / মৈস্না কুমুদিনীবু খঙনৈ। মৈদিংঙু গণভীর সিংহ (খৃঃ ১৮২৫-৩৪) গী অনিশুবা নুপীনি। অহান্বা নুপী লমাইথেম চনুনা খৃঃ ১৮৩০ গী ইঙেল ১৫ নি লৈপাকপোকদা নোঙ্গারবদা খৃঃ ১৮৩১ ইঙাগী ২৪ নি, নিংথৌকাবদা মহারানী ওইখি।

৫। ঙাংখলৈমা — লাইওই তীনওইবগী - ৱারীদা হৌরকহল্লগা অমুক মী ওইহল্লকখি। লাংঙোনগী জগৎ অমসুং শানওন / শাইওন / শাইখোনগী জগৎ অনি তায়শিন্নবগী লংদাই লীপুন অমা উবা ফংই। অহানবদা মোইরাং নিংথৌদা ওংলুরগা খম্নু, মহাক্লা অকোনবদা ওংবা পুরেম্বগী ময়ুমদা পোকখি অদুগা পুরেম্বগী ঈনা খম্বা পোকখি।



# মোইরাং কংলৈরোন্দা উরা নহা খোঙজোম্বা অমসুং পিদোন্নুগী শাইওন : ফোকলোরিষ্টকী মীৎয়েং অমা

ডাঃ ওয়নাম ইবোচাউবা সিংহ
এশোশিয়েট প্রোফেসর (ফোকলোর)
মণিপুরী ডিপার্টমেন্ট, মণিপুর য়ুনিভর্সিটি।

অহানবমক্তদা মিঙ্গৌরোলগী ৱাফম অমা : 'মোইরাং কংলৈরোল' নত্রগা শম্না 'কংলৈরোল' হায়রিবা মিঙ্গৌ-ৱাহৈ অসিনা চীনবুংলোন (ওরেল লিটরেচর) দা নোংপোক পাম্থোইবী অনীনা নুংশি খোঙদামিন্নবা নুরা-পাখঙ ওইনা মথংশিংনা তোঙান-তোঙানবা মপোকশিংদা শাইওনখিবগী 'মোইরাং শাইওন' হায়নসু খঙনবা ৱারী নত্রগা ঈশৈবু চৎনবী ওইনা খঙনহল্লি। 'মোইরাং কংলৈরোল' হায়বা ৱাহৈ অসিমক্তি ৱাহৈগী ওইবা ৱাহম্থোক্তা মোইরাং লৈবাক্কী ৱারোল খুদিংমকপু — লাই-তীনগী ৱারী, পুৱারী, নিংথৌরোল, লম্মীৎলোন, অসিনচিংবা পুম্নমকপু শুপ্না কোনশিন্দুনা — খঙনগদবা ৱাহৈনি। মরম অসিনা কনা-কনাগুম্বনা 'মোইরাং কংলৈরোল' ৱাহৈবু 'মোইরাং শাইওন' গী ৱাংমা ওইবা পুৱারী (অরিবা ইতিহাস) নচিংবা হীরমশিং খঙনহন্দুনা শীজিন্নৈ। অসুম্না 'মোইরাং কংলৈরোল' হায়বসি ৱাহম্থোক অনী লোঙবা ৱাহৈশিংগী মনুংদা অমনি। পাজরিবা চে অসিদা ৱাহৈ অসি মথক্কী 'মোইরাং শাইওন' খঙনবা অহানবা ৱাহম্থোক্তা শীজিন্নজরি।

'মোইরাং কংলৈরোল' গী শকওঙ (ফোর্ম) অনী উবা ফংই — লীন-ৱারী ওইনা অমদি শক্ল-ঈশৈ ওইনা। মোইরাং পুৱারীগী মতম তাঙ্কক অমদা থাঙ্গৈশেংনা থোকখিবনি হায়না থাজনবা থাজ-ৱারী (লেজেণ্ড)। ওইনা মোইরাং শাইওনগী ৱারীশিং অসি ঙসিফাওবা লীনরি। ৱাখলনা





পংশা-শাজিনবা ওইদবা ৱারীনি হায়[illegible] লৌ[illegible] কুগাৱারী [illegible] লীনবা নত্তে। থাজ-ৱারীগী মশক্তা খুন্নাইচাশিং[illegible] [illegible]মশীং কয়া-কয়া প[illegible] খোয়দানা চৎনরক্রবা ৱারী-পরিংশিংবু অশৈবশিংনা [illegible]হেক-শৈথাগী [illegible] লাংহন্দুনা শৈশক্লরকপা মতমদা লীরোলশৈ (বেলেড) [illegible] [illegible]রকই। চীনবুংদা লীনবা থাজ-ৱারীগী মশক্তা মোইরাং শাইওনগী ৱারীশিং অসি মতম অমদা মোইবাং লমদমতগী ওইবা থাজ-ৱারী (লোকেল লেজেণ্ড) গী মশক ওইরম্লবসু ঙসিদি লৈবাক অপূম্বগী থাজ-ৱারী (নেসনেল লেজেণ্ড) ওইরে। চাউরাক্লা মণিপুর শীনবা থুংনা খম্বা-থোইবী, হাওবা-কোনু, কদেং-তোনু, হেঞ্জুনহা-লাইরৌলেম্বীনচিংবা ৱারীশিং অসি লৈবাক মীয়াম্না খঙন-লীনরে। পেনা-ঈশৈ, খোংজোম পর্ব্ব, লৌরিং ঈশৈ, লম বাশোক, মোইরাং শাইনচিংবা মওঙদা শৈশক্লবা মশক্তা মোইরাং কংলৈরোলগী ঈশৈশিং অসি নুংশি-নুংওলগী লীরোলশৈ (রোমান্টিক বেলেড) গী মশক্নি। মখোয়দ পুৱারীগী থৌদোক অতম্লনা শৈথাবা নত্রগা থৌনালিংজেলগী ৱারী লীবগী অখন্নবা পান্দম লৈতে। শাইওন-ঈশৈশিং অসিগী মনুংদা 'খম্বা-থোইবী' গী ঈশৈদি লীরোলশৈ (বেলেড) গী মহুত্তা লীরেলশৈ (এপিক) III কী থাক য়ৌরবনি হায়না লৈবাক হুপ্পা য়ানরে। লীরেলশৈ অমা ওইবগী ৱারী-পরিং, শৈহেক-শৈথা অমদি পান্দম্নচিংবদা চূং-ফিরাল, নাক-য়েৎ, লৈতেং-লৈথেৎ, মতিক-মঙালনচিংবগী লৈফম থোকপা মতিক চাবা চীং-লেম্বা অমদি অচৌবা অহকপা মতৌ খিবিক 'খম্বা-থোইবী' গী ঈশৈদা মালেমগী অতৈ 'ইলিয়ড', 'ওডেসী', 'ব্যুবুল্ফ', 'বোলসুঙ্গাসাগা', 'কালেৱালা', 'সিড', 'নিবলুঙ্গেনলিড', 'খোং আফ রোলেণ্ড', 'বিলীনী' 'গেসার', 'আঙ্গুন নান তুঙ্গা', 'রাময়ণ', মহাভারত' নচিংবা লীরেলশৈশিংদগী করিসু হন্থবা নত্তে। কাং শান্নবা, কাঙগৈ শান্নবা, লৈ লাংবা, লমজেল তান্নবা কাও ফাওবা, শামু খোঙয়েৎপা, লোইকুম লোইকাবা, কৈ ফাবা, অসিনচিংবা লীরোলশৈগী পরিং-পরেং (বেলেড সাইকল) কয়ামরুম্না মতমগী মতুংইন্না মথংশিংনা পূম্না শাগৎলকপা চাউ-শাংলবা ঙসিগী লৈবাক অসিগী অমতা ঙায়রবা লেমজনীংঙাই ওইরবা খুম্নুং লীরেলশৈ (ফোক এপিক নত্রগা এপিক আফ গ্রোথ) অসিগী অহানবা খুমু হুলহন্দুনা খুদোল তমখিবা ইবুধৌ থাংজীং কোয়রেল্লাইগী মশাইকোল মতম অমগী কেগে ঙাঙোই লৈবাক্কী শকখঙনদবা অশৈরেম্বশিং অদুগী শিংঙম্লরোইদবা লমন ঙসিগী খুন্নাইচা পূম্বনা থাঙ্গৈশেংনমক তোল্লবনি।

'মোইরাং কংলৈরোল' গী শাইওন মশীং ৭ নিসু হায়নৈ, ৯ নিসু হায়নৈ। মশীং অনীমক অসিবু অচুম্বা-ঙাক ওইনা পূনশিন্দুনা কনাগুম্বনা 'শাইওন তরেৎ লাংওন মপল' হায়বসু য়াওই। [1] চীনবুং ৱারীরোলদা মোইরাং শাইওন ৯ না মপূং ওইনা ফংই। অরিবা খূৎই লাইরিকশিংনসু মপূংদা শাইওন ৯ গী মশীংবু শৌগৎলি। খূদম ওইনা, মোইরাং নিংথৌরোল কৌবা অরিবা খূৎই লাইরিক্লা [2] তোঙান-তোঙানবা ঈৱাং পুরিক্লাইশিংগী মতমদা শৈশক্লখিবা লাংওন ৱারী ৯ গী মরমদা ময়েক শেংনা পল্লম্মী মদুদি :-

১। হেমচু লাইরৌলেম্বী — (মীগী ওইবা) ২ বা পুরিৎলাই ঈৱাং তেলহৈবা (খূ: ২৮-৭৮)

২। খুয়োন হাওবা য়াইথিংকোনু — ৫ বা পুরিৎলাই সনারাখ্বা (খূ: ১৮৫-২৩৬)

৩। মোইরাং ঙানবা লোংয়াই শংলৌরেম্বী — ৬ বা পুরিৎলাই লৈয়ু পুন্সিবা (খূ: ২৩৬-২৯৭)

৪। মোইরাং শম্বা লমকাম্বা খমুং য়াইথিংকোনু — ১০ বা পুরিৎলাই নুংনাং নিংথৌ তোনবা (খূ: ৪৪৭-৪৯৬)

৫। ৱাংলেন পুংদিংহৈবা চকপ্রম চনু ফিশাহৈবী — ১২ বা পুরিৎলাই উরা কোংয়াম্বা (খূ: ৫৩৩-৫৭৪)

৬। য়াংহনবা কুমচারেম্বী — ২২ বা পুরিৎলাই ইথাই কাইরেম্বা (খূ: ৯৮২-১০২৩)

৭। খম্বা থোইবী — ২৫ বা পুরিৎলাই চীংখু তেলহৈবা (খূ: ১০৮৩-১১৩৮)

৮। থাংজা কদেংহনবা তোনু লাইজিংলেম্বী — ২৬ বা পুরিৎলাই পুন্সিবা (খূ: ১১৩৮-১২১০)

---

*১। রঘুমনি ঙাংঙোইচা ফিৱাংবম, "মোইরাং কংলৈরোন লপ্লোনবশিং", য়াগৈরেল (৫ শুবা চহী, জুন ১৯৮৪), লা: ২০*

*২। থম্বিরিবা : পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, উরিপোক অমসুং শ্রী মোইরাংথেম নরেন্দ্র, খোংমন ১*

*৩। শাইওন অমদি পুরিৎলাই মমীংশিং অসি লাইরিক মশাগীনি। মতমশিং অসিদি য়াগৈরেল চেফোঙ (৫ শুবা, জুন ১৯৮৪), লা: ৩১ দগীনি।*

৯। খোংজোম্বা পিদোংনু — ২৬ বা পুরিৎলাই পুন্সিবা (খৃ: ১১৩৮-১২১০)।[৩]

মোইরাং নিংথৌরোল খূৎই লাইরিক মশামক্তী ব্রাহে খরদং লৌখত্তুনা য়েংলবদা : "(পুরিৎলাই পুন্সিবা) সনা মহাকথক্তা থাংজা কদেংহনবগা তোনু লাইজিংলেম্বিগা শৈশকনৈএ অমসুং খোংজোম্বগা পিদোংনুগা শৈশকনৈএ"।[৪]

শাইওনশিং অসিদা 'অকোংজাম্বা ফৌওইবী' অমদি 'হাওসি নমোইনু' গী ব্রারীশিং চনগদ্রা-চল্লোইদ্রা হায়বগী ব্রাহং অমা লৈরি। মোইরাং কংলৈ ঈশেগী লৈবাক্তী শক্লাইরবা অখণ্ড-অহে অমা ওইরিবা উজা হৈস্নাম মাঙ্গোলজাউগী মতুংইন্নদি শাইওন ৯ গী মনুংদা অহানবা 'অকোংজাম্বা ফৌওইবী' গী শাইওন মীগী অহানবা পুরিক্লাই ফাং ফাং পোংলেনহনবগী মতম (খৃ: মাঙ ৫২-খৃ: ২৮) দা থোকখি। উজাগী ব্রাহেদা: "ফাং ফাং পোংলেনহনবা কুমশিং ৮০ পাল্লম্মে। মসিগী লোইরমদাইদা ফৌওইবী অকোংচাম্বা অতেনবা লীলা ওইনা শান্নখি।"[৫] মোইরাংগী রঘুমনিনদি অকোংজাম্বা ফৌওইবীগী 'ব্রারী অসিমক্তী কেগে মোইরাংগী নিংথৌরোল ২১ শুরকপা ঈব্রাং পুরিকলাই নিংথৌ কাবা পুরাংবগী সনা হাক্তক্তা থোকখিবদগী হৈশক্লহৌবনে।'[৬] ইম্ফালগী বরমনিনা অমুক 'অকোংজাম্বা ফৌওইবী' বু 'খম্বা থোইবী' গী হেক মথক্তী শাইওন ওইনা উৎলি।[৭] শাইওন ৯ গী মনুংদা করম্বা ব্রারী করম্বা মথং-মনাওদা চনগদগে হায়বসিনা অতোপ্পা অচৌবা ব্রাহং অমনি। শাইওনশিং অসি পুব্রারীগী করম্বা মতম-তাক্তক্তা থোকখিবনো হায়বসিসু অতোপ্পা অরুবা ব্রাহং অমনি। য়ামদ্রবদা হেল্লুনহা — লাইরৌলেম্বী, হাওবা-কোনু, খম্বা-থোইবী, কদেং-তোনু অমদি

---

*৪। মথক্তী খূৎই লাইরিকসিমক।*

*৫। হৈস্নাম মাঙ্গোলজাউ সিংহ, খম্বা থোইবী পুন্সি ব্রারী (অহানব শরুক) (ইম্ফাল: অইবা, ১৯৭৯), লা: ৪৭*

*৬। মোইরাংথেমচা রঘুমনি সিংহ, "অকোংজাম্বা ফৌওইবী: মোইরাং কংলৈরোল", পামহৈ নীংশিং মোইরাং কংলৈরোন নৈনবা মীফম ১৯৯৩ গী ফোঙদ্রিবা সোমিনার পেপর, লা: ১*

*৭। সরাংথেম বরমনি সিংহ, মোইরাং শাইওন (অনিশুবা শরুক) (ইম্ফাল : অইবা, ১৯৮৪), লা: ২৭০*

খোঙজোম্বা পিদোন্নুগী শাইওন ৫ অসিদি নিংথৌরোল মতম-তাঙ্কক্লচিংবদা য়েৎনবা থোইদোকপা লৈতে। অতৈ শাইওনশিংগীদি য়েৎনবা খর নত্রগা খর উবা ফংই। খূদম ওইনা, 'ঙানবা শংলৌরেম্বী' গী শাইওন ৬ শুবা পুরিক্লাই লৈয়ু পুন্সিবগী মহুত্তা ৪ শুবা পুরিক্লাই ক্লরা ঙাঙোইবগী সনা মহাকথক্তা থোকখিবনি হায়না মোইরাংগী নোদিয়ানা হায়।[৮] ৱারীগী মচাকশিংদসু অমুক খেন্নবা (ভেরিয়েসন) কয়ামকুম লৈ। অসুম্না ৱারী মশকশিংদা খরমখৈ খেন্নবা নাইবদি চীংবুং ৱারীগী নত্রগা চীম্বুং লীবোলশৈগী হৌনবী মহৌশানি। খেন্নবশিং অসি খুম্নুংলোন্মীৎ (ফোকলোরিষ্টিক্স) না শৌগৎলি। পুৱারীগী মতম-তাঙ্কক্তা য়েৎনববুদি খুনুংলোন্মীৎনা শৌগত্তে। মোইরাং শাইওনশিংগী মশীং, মশক অমসুং মতম লেপ্পগী মতাংদা মীৎয়েং কুপ্না হেন্না থিজিনবগী মথৌ লৈরি। হৌজিকফাওবগী থিজিনবগী চাং অসিদা 'মোইরাং কংলৈরোল' গী অপূনবা শাইওন মশীং ৯ অমসুং খোঙজোম্বা-পিদোন্নুগী শাইওন্না ৯ শুবা অরোইবা শাইওন ওইগনি।

উরা নহা খোঙজোম্বা অমসুং পিদোন্নুগী শাইওন কুম্মৈ মোইরাং কংলৈরোলগী মনুংদা পংচাউ-চাউবা নত্তে। চীনবূং ৱারী অমদি ঈশৈগী মশক্তা খম্বা-থোইবী, হাওবা-কোনু অমদি কদেং-তোনুগী শাইওন-কুম্মৈশিংদগী চাউ-শাংবা হন্থৈ। ৱারী-পরিংদি অতৈ শাইওনশিংগীগুম্না মপূংদা নুংশি-নুংওন্দা য়ূম্ফম ওই। শাইওন পরিংদা অমুক পুৱারীগী মতুংইন্না ইরোইলোইবা শাইওন-কুম্মৈনি। শাইওন-কুম্মৈ অসিগী নিপা-মপূং (হীরো) ওইরিবা খোঙজোম্বনা অরোইবদা মোইরাংগী কংলা ফম্বাল তোংই। নুপী-মপূং (হীরোইন) ওইরিবী পিদোন্নুগা নুংশি ৱায়থুংনৈ। নুংঙাইবনা পোলোই ওই। ৱারী পরিংগী অশম্বা মশক্তি:

পুরিক্লাই লাইজিংখু পুন্সিবগী লৈমশীংদা চল্লবী থাবুম অহুম ফানা তাউজিং হৈক্ল পানথুবী তোনু লাইজিং লেম্বীবু মদাইরেম অচানবা কদেং থাঙজহনবদা তালোয় তুচা শেংখিবনা মপারি খোঙজোম্না ফংজরবা মতুং ইকুই কুইদনা কদেং থাঙজহনবনা কোরৌ নোঙ্গাম্রবদা পলেম

---

*৮। মোইবাংথেম নোদিয়া, ''ঙানবা শংলৌরেম্বী (মোইরাং কংলৈরোল)'', পামহৈ নীংশিং মোইবাং কংলৈরোল নৈনবা মীফম ১৯৯৩ গী ফোঙদ্রিবা সেমিনার পেপর, লা: ১*

লাইঙ্গিংলেম্বীনা মপারি খোঙজোম্ববু পাগী পারম তম্বা অশাং লেপ্তুম ফাদ্রিবফাওবা কনা খঙহন্দনা চেকশিন্না মতোম নাউয়োক - নাউকোক্তখি। মণ্ডলানচান্দা পীরকপা ইবুঙৌ থাংজীংগী মন্ডতাক মতুং ইন্না পুরিক্লাইনা নিংথৌ খুভম শিন্নবা সনা ঈ অশেংবা থিহনবা হৌরক্লবদা পলেম লাইঙ্গিংলেম্বীনা মপারি চহি ৭ তা ঙায়রিববু লৈখিদ্রবা মশাবীগী পাথৌ মরূপচাপ্তম চম্নখিবা মহৌ নিংথৌগী মনাক্তা পুদুনা কুমজা ১০ চুপ্পা লোইবী চীংদা শাইদাংদুনা মপারি  চাউবা ঙাইখি। পুরিক্লাইনা সনা ঈ অশেংবা খিবা ফংদ্রবদা মদাইরেম অচানবা থোমদোন সেলুংববু নিদ্রাম হায়না কোলোয় মিংহোংদুনা ব্রাঙ্গোন নিংথৌ মথংখনবা হাপখি। লোইবী চীংদগী পাথং লেপ্তুম ফারবা মপারি উরা নহা খোঙজোম্ববু পুদুনা  তোনু লাইঙ্গিংলেম্বীনা মপাম মোইরাংদা হল্লক্লগা মপারিনা লাংলকপা পামেল শীংজাবু কেগে অউন কৈথেন্দা য়োল্লগা মোইরাং কনা খঙহন্দনা মমা মচাগী অব্রাং-অশা মেন্নদুনা লৈখি। নোংমা লোইজা নিংঙোল্লাকপগী কাংশঙদা কদাং চাক্লংহনবগী অমতা পোকপী মমোয়োই পিদোম্নুনা খুম্বকী কাং  তোংলগা ব্রাঙ্গোন নিংথৌ নিদ্রাম্না থুনথাগী কাং  তোংলগা কাং শাম্নখি। চাক্তান-ফিদাম্নবা [১২] কাং অসিদা চরৈ মঞ্জুনবা লায়র-চুদৎনবনা য়েংবা চৎফরোই হায়না লোম্নাঙ মচানা পাউজেনগ্রবসু অমদি মমানা চৎকনু থিংলম্রবসু কাং য়েংনীংমনবনা থৌঈনশিল ওইদুনা লায়র মচা খোঙজোম্বা  কাং য়েংবা চৎখি। কাংশঙদা পিদোম্নবু উখি। নুরানসু পাখংবু উখি। অহানবা উবমক্তদা নুরা-পাখং অনীমক থম্মোয়নুংদা নুংশি-লীপুন্না চেংনা পুম্নখি। পিদোম্নুনা মতম লৈরিনুদা নিঙোলগী খুৎশূ কাংবু লোম্না খোঙজোম্বগী ফি মখাদা ঈনশিনহনখি। মাঙখিবা কাং অসি থিনরক্লবদা থৌ-ব্রা ইশা-শাদনা ফম্ফমদা লেঙদনা লৈরিবা খোঙজোম্ববু ব্রাঙ্গোন নিংথৌগী মনাই খোম্বা শেঙ্গোয় অনীনা নমদুনা হৌগৎহনখি। মাঙখিবা কাং তারক্লবদা ব্রাঙ্গোন নিংথৌনা শাউদুনা খোঙজোম্ববু ব্রারক্কে তৌরক্লবদা পিদোম্নুনা খামজখি। পিদোম্নুনা হায়জবগী নিংঙোল্লাকপনা পাখং খোঙজোম্বাদা পিদোম্নু লৈরিনু অনীবু মরানয়াই ভাগ্না খিলহনখি। থরায় থোঙ্গাল য়ৌব ফাওবদা নুরা পাখং শকখঙনখি। হল্লকপদা খোঙজোম্ববু চৈরাক-চৈথেং পীনবা পিদোম্নবু পামজবা ব্রাঙ্গোন নিংথৌনা মনাইশিংগা লোয়ননা লম্বীদা ঙাইরমখি। অদুবু পাঙ্গল-থৌনা হেনবা খোঙজোম্বগী খুত্তা মায়থীখি। ব্রাঙ্গোন নিংথৌনা পিদোম্নবু মহাক্কীদমক

শুমায় উরোং খিল্লবীনি হায়রকপবু অচুম্বা য়াৱারা খঙনবগীদমক মথংগী নুমিদাংৱাইরম পিদোন্নুগী মরানয়াইদা চৎখি। নিদ্রাম্মা মীনম্বনি খঙখি। নিংঙোলকাদা চীংঙু থাংজীং পন্দুনা নুরা পাখং অনী নুংশি শরি পন্দোম্নখি। লোইদাম থাবুম অমা উন্নদ্রবা মতুং নোংমা পিদোম্নুনা পঙ্খৌ ঙাক্লুংহনবদা হায়নদুনা নিংঙোল চনুরা ময়াম চাকচানবগীদমক লোক্তাক পাত্তা লৈপ্লে ঙা তানখি। নুরানা লোম্না চেঞ্জখিবা পাউ ফংদুনা খোঙজোম্বসু লোক্তাক থমংখোংদা নুরাবু উন্ননবা লুকাইহি অমদা ঈয়ায় শমদুনা লাকখি। মালং অঙাওবা থেংনদুনা হিমায় চুম্বা ঙমহৌদদুনা লিক্লাই কদাং শোয়রেন্দা তাশিনখি। লিক্লাই য়াথং য়াওদনা চঙফদবদা চঙলকপগীদমক খোঙজোম্ববু শোয়রেল হঞ্জবনা পুন্দুনা মপু সনা নাক্তা পুখৎলকখি। পিদোন্নুনা নিংঙোল চনুরা ময়ামগা লৈপ্লে ঙাফাবা য়েংনবগীদমক লাকপা ৱাঙ্গোন নিংথৌ নিদ্রামগা লম্বীদা থেংনখি। কাং শান্নবৈগী মলোমদা লমন খুম্নীংব নিদ্রান্না মনাইশিংদা খোঙজোম্ববু তমথীনা ফুহনখি। শোয়রেল হঞ্জবগা লোয়নরকপা ঙাক্লুংহনবগী মনাই অকনবা চাউবনা খোঙজোম্ববু মশক খঙদুনা থমংখোং তান্ন চেনখ্রগা মশাবীবু ৱানা ঙাইরিবী পিদোন্নুগী মফমদা খোঙজোম্ববু লম্বীদা ফুহৌবগী পাউ তমখি। পিদোন্নুনা হায়জরকপদগী চাউবনা অমুক চেৎখিদুনা খোঙজোম্ববু ফূরম্বা নিদ্রাম অমদি মনাইশিংবু তানখি। পিদোম্নু লৈরিনু চাউবনা খোঙজোম্ববু পুরক্তুনা নুরাগী নিংঙোলকাদা লায়কম্নখি। পিদোম্নুগী মপা ঙাক্লুংহনবনা পাউ অসি কংলাদা চাউবনা ফূরকই হায়না শাজিন্নবা চৈফম উত্তুনা ৱাঙ্গোন নিংথৌ নিদ্রাম্মা ৱাকৎলবদগী তারকখি। কংলা হেক কূন্নকপগা নিংঙোলকাদগী খোঙজোম্ববু কৌথোকহন্দুন পলেম-পঙ্খৌ মশক হংলকখি। মাঙলমচত্তা পলেম মমানা তাকথোক্তনবা থিংখিবদগী তাকথোকউ যাদ্রবা খোঙজোম্ববু থোঙ্গালদা ফৌদুনা ৱারক্লবা হায়রকখি। তাঞ্জা অসিদা মপারিবু কোয়থি-থিরকপী তোনু লাইজিংলেম্বী লৈকাই পাউদগী ঙাক্লুংহনবগী থোঙ্গাল চঙলকখি। তোনুগী মফমদগী ঙাক্লুংহনবনা নুংশিরবা পাথৌ মরুপ থাঙজহনবনা নোঙ্গারমদাইদা শিন্নরম্বা কাইরুরবা মপারি খোঙজোম্বগী অশেংবা মশক খঙখি। মথংগী নুমিত্তা কংলা তোংলেংয়ায়দা নিদ্রামগী ৱাকৎপু ৱায়েনবগী মতাংদা ঙাক্লুংহনবনা লংলা লংজিন কাঙদুনা কাউনরুরবা তোনু লাইজিংলেম্বীগী মশক নৌহৌনা

নীংশিংনখি। লাইজিংখু পুরিক্লাইনা সনা ঈ অশেংবা মপারি খোঙজোম্ববু লৈবাক খঙনা লৌশিনখি। মীনম্বা ৱাকৎ থাঙৎলিবা নিদ্রামগী মায় খ্বিখি। ঙাক্লংহনবগী মমোম্লোই পিদোম্নুবু খোঙজোম্বদা লুহোংখি। পুরিক্লাইনা অহল মতম ওইশিল্লক্রবদা মপারি উরা নহা খোঙজোম্বনা মোইরাং লৈবাক্কী নিংথৌ ফম্বাল কাখি। নিদ্রাম্বু ৱাঙ্গোন নিংথৌ অদুম্মক ওইহন্দুনা পোকমিন্নবা মচিল-মনাওগুম লৈবাক ঙাকমিন্নবদগী মোইরাং লৈবাক নুংঙাইনা পানখি।[১]

খোঙজোম্বা-পিদোম্নুগী মথক্কী ৱারী-পরিং, অসি, চীনবুং ৱারী নত্রগা চীনবুং ঈশৈ ওইবগী হৌনবী, মোইরাং কংলৈরোলগী অতৈ ৱারীশিংগুম্না চংনবী মশক্কী ওই। অহানবদা, ৱারী-পরিংগী থৌরম থৌদোক খুদিংমক ইবুধৌ থাংজীংগী কুম্মৈ মপৃং ফানবগীদমক্নি। থৌরম খিবিক থাংজীংগী অপাম্বা মতুংইন্না ওই। মহাক্না থৌদোক পূম্নমক্কী হিমায় চুম্মী। মরম অসিনা থৌদোক পরিংদা 'ভাঙ্গা চানবা' নত্রগা 'লাইনক্তা তম্বা' মশক্না মরু ওই। থৌদোক পরিংদা শাগোম্নরিবা মীশক-মীওইশিংনসু চিরক্রবা মতম খুদিংগী ইবুধৌ থাংজীং কোয়রেল্লাইদা অপাম্বা থুংহনবিনবা নত্রগা চমম্নবা কোকহনবিনবা চঙজৈ নিজৈ। চীংঙু থাংজীংনা মখোয়বু মতম পূম্নমক্তা তেংবাংবি। মহাক্কী অনীংবা খঙহন্নবগীদমক মশানা লাইপাউ নত্রগা মঙতাক পী। মশানৌ কোয়রেল্লেমা নত্রগা অয়াঙলৈমদা মহাক্কী কুম্মৈ মতোল লোম্নবা তেংবাংহল্লি। খোঙজোম্বা পিদোম্নুগী ৱারীদা থাংজীংগী কুম্মৈ মতুংইন্না নিংথৌ লাইজিংখু অমদি কদাং ঙাক্লংহনবনচিংবা ঙাঙোই য়াইতোঙ-থমদোঙবশিংনা লৈখিদ্রবা কদেং থাংজহনবগী তালোয় তোনু অমদি মপারি খোঙজোম্ববু নীংশিংবা তোক্তনা কাউথোকই। মঙতাক ইন্দুনা নিংথৌনা মহাক্কী ঈ অশেংবা থিবা হৌই। অয়াঙলৈমনা তাউবা হূইগী মশক লৌদুনা অহীংদা তোনু মমা-মচাবু মহৌচীং তাম্না লমজিংই। খুল হেক য়ৌরগা মমা-মচাগা শাদানবা থোরকপা মহৌ নিংথৌগী মদাইরেমশিংগা থেংনৈ। অথিংবা লৈরফাওবদা খোঙজোম্বনা কাং য়েংনীংই। পিদোম্নুগী মনাক্তা থমংখোং তাননা চৎপদা মালং অঙাওবা থেংনৈ। নিদ্রামগী কাঙবুনা ফৃবদগী কন্নবা ঙাক্লংহনবগী মনাই চাউবা ইথা-থাজদনা শোয়রেল হঞ্জবগী কাঙবু মরক্তা য়াওবম্মী। ঙাক্লংহনবনা খোঙজোম্ববু চৈরাক

---

*১। সবাংথেম বরমনি সিংহ, মোইরাং শাইওন (অনিশুবা শরুক), লা: ১২০ ৫১*

পীরমদাইদা তোনু চঙলকই। লমজা-শারাগুম ব্রানা হৌরকপা খোঙজোম্বা অরোইবদা নিংথৌ ফম্বাল ফংখি; অসিনচিংবা।

অনীশুবা, ব্রারী-পরিং শাগৎপদা হঞ্জিনবী মশক কয়ামরুম শাগোম্লৈ। হঞ্জিনবী মশকশিং অসিনা ব্রারী-পরিংবু হম্না-হম্না চেৎশিনহন্দুনা অহেনবা মপাঙ্গল পী অমদি হেন্না নুংঙাইহল্লি। খূদম ওইনা, লাইবক চাউবী তোনুনা মপারি খোঙজোম্ববু মোইরাং কনা খঙহন্দনা অহানবা চহী ৭ য়োক্লবা হোৎনখি। মথংগী চহী ১০ লোইবী চীংদা মোইরাং কনা খঙহন্দনা অমুক য়োকখি। মপাম মোইরাংদা কুম্লক্লবা মতূংদসু মপারিবু কনা খঙহন্দনা মখা তানা লোৎনবা হোৎনখি। খোঙজোম্না পিদোম্নু শাবী শানৌগী নুংশি থৌরী হেন্না হেন্না উয়হন্নবা ইকায়বা নংহল্লি, নুংশি ব্রাশক শক্লে, চৈরাক ফংনৈ, অনা লায়কম্লৈ। অপাম বাখলদা কল্লকপা খম্বনবা হেনগৎহন্নবগীদমক নিদ্রাম্না 'কাং হূরানবা' খোঙজোম্ববু ব্রারকপা ফংদবা, পিদোম্নবু থিল্লুবা খোঙজোম্ববু অমুক লম্বীদা থৎলবফাওবদা লমন খুম্না ফংহৌদবা, কদাং শোয়রেলদগী ফারক্লবা খোঙজোম্ববু অমুকসু মনীং থুংনা মলোম ফুদোকপা ফংহৌদবা, অসিনচিংবা।

অহুমশুবদা, ব্রারীদা উৎলিবা নুংশি-নুংওলগী মশক খুম্নাইগী পামজবা উফমদা হৈদুনা শেম্বনি। অহানবা উনবমক্তদা ঙাওজবা লাইনা থাবা পুন্সি-লৈপুন্নি। নুংশিবনা হাল্লুবা শকখঙনবনা কোনখিবা মশক্লি। মথোৎ কাবগী মপূং ফারক্লবা মতমদা নুংশিবগীদমক পূম্নমক কখোকপা ঙল্লবা মতাংনি। নুংশি মশুংলাংগী থব্রায় কৎপা ঙম্বফাওবগী শরী পন্দোম লোম্লৈ। নুংশি পম্বুংদা লৌরংশিংখোঙ ওইবা মতিক লৈবা মীফত্ত (ভিল্যান) য়াওবা নুরা-পাথংগী চীদোল অহুম ফাংবা নুংশি-কা (ত্রাইয়েঙ্গল লভ) গী মশক্লি। কায়নবগী চৈনাখোলনা মপূং ওইবা অশেংবা নুংশিবগী ব্রারীনি।

মরিশুবা, ব্রারীগী থৌদোক থোক্লিবা মফম, মতম অমদি ফিভম খুদিংমক খুম্নাইচাশিংনা তোৎন-তোয়রবা খঙন-উনরবা মহৌশা ওইবা ঙাক্তনি। খূদম ওইনা, বারীগী থৌদোক থোকফম লোক্তাক্তী ঈনচিংফম, ফূম্বী শোয়রেল, য়াংদৌ লম্বী, নিংঙোলকা, ইয়োংশঙ, কাংশঙ, কংলা বাফোঙফম, চীংগী থেল, অসিনচিংবনি। মতমসু কাং শাম্নরিঙৈ, ঙা ফারিঙৈ, হি হোল্লিঙৈ, কংলা ব্রাফোঙলিঙৈ, অসিনচিংবগীনি। ফিভমদি

শা-লাল, অরা-অনা খুদোংথীবনা মপুং ওইরম্না অরিবা খুন্নাই অদুগা চৃশিন্নে অরা-রাখল (ট্রেজিক সেন্স) না মপুং ওইরম্মী, ওন্নতৈনবা (কন্ট্রাস্ট) না যুম্ফম ওইরম্মী। অতৈ শাইওন রারীশিংগুম্না খোঙজোম্বা পিদোম্নুগী রারীদসু নুংশি খোঙদিম্নরিবা নুরা পাখং অনীমক অমনা লায়র অতোন তাই অমনা নুংঙাই য়াইফ মরাং কায়। উম্নবগী নুংঙাইবগা কায়নবগী অরাবগা চাং তম্নবদা অরাবনা লাকহংলি। খোঙজোম্ববুসু হন্না হন্না অরাবা খুদোংথীবতা থেংনহল্লি।

মঙাশুবা, রারীদা য়াওরিবা মীশক-মীওইশিংসু চৎনবী ওইবা মান্নবা মশক (টাইপ) ঙাক্লি। থাংজীং কোয়রেল্লাইনা মতম পূম্নমক্তা তেংবাংবা (দোনর) লাইয়িংথৌ ওই। পলেম-পস্থৌনা মপারি মদোম পোকচবা, পাঙ্গল থৌনা লৌশিংদা থোইদোকপা, অথোইবা গুন চেনবা, মবুক শেংবা, ইচম চম্বা, অচুম্বগীদমক লেপ্পা, নুংশিবগী মফমদা মীনমদবা পাখং খোঙজোম্বনা রারীগী নিপা-মপুং (হীরো) ওই। পলেম-পস্থৌগী অমতা ঙায়বী মমোম্লোই, ফজবদা মপা লৈতবী, নুংশিবগীদমক পূম্নমক থাদোকপা ঙম্বী, মপুকচেল লেপ্পী চনুরা পিদোম্নুনা রারীগী নুপী মপুং (হীরোইন) ওই। খুন্নাইদা অচৌবা শক্তি পায়রবসু মশাগী ওইজবা তানবা, মীনুংশি খঙদবা, নত্তবা অরানবা পাম্বৈবু করিসু চিংনদনা শীজিন্নবা অমদি অপাম্বা কল্লকপা-খম্বনবনা থুমহৎপা মীশক নিদ্রাম্না মীফত্ত (ভিল্যান) ওই। পস্থৌ য়াওদনা পলেম-পস্থৌ অনীমক শক্লা মপারি নাউয়োকচবী লাইবক চাউবী চনুরা তোনু লাইজিংলেম্বীনা রারীগী নিপা-মপুংগী পলেম ওই। 'কংলৈরোল' গী অতৈ নিংথৌ খুদিংগুম লাইজিংখু পুন্সিবা অমসুং খোঙজোম্বা অনীমক পূকচেল চাউই; লৈবাক্কী খল্লি। লোইবী চীংগী নিংথৌনা তমগী তেংবাং ওই।

অরোইবদা, চীনবুংদা, লীন-শক্লবা, চীম্থাঙ য়ৈনা শন্দোকপা অমদি চীনবুংদা হিংবা ওইবনা অতৈ 'মোইরাং কংলৈরোল'গী রারীগুম্না খোঙজোম্বা পিদোম্নুগী রারীসু চৎনবী কাঙলোন (ফোর্মুলা) ইনবা রাহৈ-বাতাশিং অমসুং শৈথাশিংনা শাগংলি। মতাং অসিদা পনবা য়াবদি, চীনবুং রারী হায়বসি কনানসু রাহৈ-বাহৈগী ওইনা চীনফা পুনদে। চীংবুংগী লীরোলশৈশিংবুসু কনা অমতনা বাহৈ-বাহৈগী ওইনা চীনফা পুরগা শক্রুদে। অশাংবা রারী ওইনা লীনবগীদমক নত্রগা অশাংবা লীরোলশৈ ওইনা শক্লবগীদমক বারীগী

তঙাইফদবা য়াঙলেন শরুগী মশক ওইবা পরিং অদুতনি নীংশিংবা য়াদবদি। ব্রারী পরিং অদুবু লূ-তোং হাপ্তুনা মপূংফাবা শক্তম অমা শাগৎনবগীদমক অমদি লৈতেংনচিংবা হাপ্তুনা ফজহন্নবগীদমক খুন্নাইনা অয়াবা পীবা চৎনবী ওইবা ব্রাহে-ব্রাতা অমদি শৈথা কয়ামরুম মতাং চাবা-চাবা য়েংদুনা খুদক-খুদক্কী হাপচিন-হাপচিন্দুনা শীজিন্নবা দরকার ওই। খুদম ওইনা, মোইরাং নিংথৌগী মমিং পল্লমদাইদা 'ঈব্রাং পুরিক্লাই' হায়বা চৎনবী ব্রাহে-ব্রাতা হাপ্পা তাই, মৈতৈ নিংথৌদা 'মৈদিংঙু' শীজিন্নবা তাই। মবেম্মানা মনাইনুবীদা চৈবা মতমদা 'শকথীবী' হায়বা য়াই, মনাইনুবীনা হঙ্গৎপা মতমদদি 'ইবেম্মা' দগী খক হেনবা য়াদে। 'কৈরোয়' গা 'লৈকাই' গা পূনবা তাই, 'চাকহোঙবা' গা 'ঙাহোঙবা' গা থংনহনবা তাই। শাউবা তোকপবু 'অশাউ পরৈ হনবা' হায়না ফজহনবা য়াই, লমন খুম্বগী ব্রাখল থাদোকপবু 'পুকখা লিনখা থাবিদবা' হায়বা তাই। মদাইরেম্না মনিংথৌদা 'এবু লোইবা লৈমাবা' হায়না মিঙ্গৌবা তাই মশাবুনা 'ননাই' হায়না কৈথা নোনবা শাগুম তোম্বনা হায়বা তাই। পাম্বা কৈরেল খুদিং 'অথৌবা' ওইহনবা তাই, নুজা খুদিং 'পাঙ্গল শোনবী' ওইবা তাই; অসিনচিংবা। মতৌ অসুম্না শৈথাশিংদসু অমুক মীশক-মীওই, শা-উচেক, পোৎশক-পোৎলম, ফিভম-মতাং, থৌরম থৌদোক্লচিংবা খুদিংগী মাগী মাগী চূনবা শৈথা মফম পূম্নমক্তা ইমান-মান্নবা শীজিন্নবা চৎনৈ। খুদম ওইনা, ফজবা নুপী অমা শৈথাবা মতমদা 'পাম্বোম - তাবু য়েংলগা থম্বৌ হেরা মানবা', 'খুবোম-তাবু য়েংলগা লফু লেত্রা মানবা হায়বনচিংবসি ব্রারী নত্রগা ঈশৈগী মতাং খুদিংদা ইমান-মান্ননা শীজিন্নৈ। অসুম্না, অশাংবা ব্রারী নত্রগা লীরোলশৈবু চৎনবী ওইবা ফোর্মূলাগী পাংখক ওইবা ব্রাহে-ব্রাতা অমদি শৈথা কয়ামরুম মতাং-মতাংগী মতুংইন্না ব্রারী-পরিংদা শীন্দোক-শীপ্পিন তৌদুনা 'খুদক-খুদক্কী ওইনা' 'ইনৌ-ইনৌ নৌ' শেমদুনা লীনৈ-শক্লে। মরম অসিমক্তা 'খোঙজোম্বা পিদোম্' বু ওইরবসু অমবু ওইরবসু 'চপ মান্নবা' চীনবূং ব্রারী নত্রগা লীরোলশৈদা খর-খর খেন্নবা মশক উবা ফংলিবনি।

মথক্কি হায়জখিবশিং অসি শুপচিল্লবদা, শাইওন ৯ নাইবা 'মোইরাং কংলৈরোল' চীনবূং ব্রারী ওইনসু লীনৈ, চীনবূং ঈশৈ ওইনসু শক্লে। 'কংলৈরোল' অসিদা ঈশৈ ওইনা 'খম্বা থোইবী' গী শাইওন্দংদি বেলেড-সাইকল কয়া লৈবা এপিক্কী মশক লৌই। 'কংলৈরোল' গী অরোইবা

শাইওন ওইবা খোঙজোম্বা পিদোম্নুগী ৱারী লৈবাক অপূম্বগী ওইরবা পংচাউ-চাউদবা রোমান্টিক লেজেণ্ডনি অমনি রোমান্টি বেল্ডেনি। চীনবূংদা লীনবা ৱারী অমদি চীনবূংদা শকুবা ঈশৈ ওইবা মরম্না 'খোঙজোম্বা - পিদোম্নু' শাইওনদা ৱারী মচাক অমসুং মফোঙদোক অনীমক্তা খুম্নাইগী হৈনবী চংনবী মশক কয়ামরুম ময়েক শেংনা উবা ফংই। খুম্নাই মীয়ামগী পামজবা মশকশিং অসিনা 'মোইরাং কংলৈরোল' গী চপচাবা উফম মনুংদা খোঙজোম্বা পিদোম্নুগী শাইওন অসি চপচানা লৈবাক মীয়ামগী ওই – চপচানা 'ফোক' কী মশক ওই।

---

## রিবিউরগী নোট্

I. Legend n. I. Collection of lives of saints or similar stories : traditional story popularly regarded as historical myth: such literature or tradition (Oxford, 1963, 467)

Myth n. fuctitious (primitive) tales usu, involving supernatural persons enbodying some popular idica concerning natural or historical phenomena : fictitious person or object (I bid, 542)

II. Ballad – I. Narrative poem in short stanza, telling a popular story. 2. Simple sentimental song ( drawing room song). (Ibid, 54)

শীরোনশৈ – "(ৱারী) শীবগী মওং-মতৌদা শক ঈশৈ" হায়না ৱাহন্দোক লৌরি। তশেংনমক্তি শীদুনা থম্বা (preserved), শী লোনশিন্দুনা লোত্নুনা থম্বা নত্রগা অরোনবদা তুংশিন্দুনা থম্মরকপা লাইমিং, লাইশোন – তীনশোন (মন্ত্র) ওইবা, মহৌশা, লাইরেম্বীগী উদবা ময়াই/শক্তি হোদোক্নবগী ৱাখল্লোম্নি।

III Epic, adj. of, in, that species of poetical composition celebrating in continuous narrative achievements of heroic personage (s) of history or tradition : such as is described in epic poetry, of heroic type or scale .... n. Epic poems compostion comparable to epic peom, subject worthy of epic treatment ... (Ibid 270)

# মোইরাং কংলৈরোন্দা খন্না-থোইবী

হেমামচা শোভা
এডিটর, য়াঁগেরেল্ মোইরাং

"জাতি অমগী মরমদা করিগুম্বা খরা হায়বা তারবদি জাতি অদুগী পুরান, ইতিহাস অমসুং সাহিত্য মশক খঙগদবনি। মহাভরত অমসুং রামায়ণ পারগা ভারতকী আর্য্য সভ্যতা মশক খঙবা ঙম্মী। অদুগুম্না মৈতৈ মশক খঙগে হায়রবদি মোইরাং কংলৈরোল পারগা মীতৈগী সভাতা মশক খঙবা ঙমগনি"।[১]।

অসুম্না মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাদা অরীবা মোইরাং কংলৈরোলগী দান ঙসি ফাওবা মৃৎনাইদনা লৈরক্লি। অমুকসু Dr. M. Kirti গী মোৎতা — " The impact of the Moirangs in the realm of love stories, epics, dances and culture had permeated Manipur and the so-called Meiteis — অসিনসু রাফম অসি ময়েক শেংনা উৎলি।

মোইরাং কাংলৈরোল থায়নগী ময়ুম কেকেদা পাল্লম্বা ইব্রাং পুরিক্লাইশিং অমদি মখোয়গী সনা-হাক্তক্তা শৈশক্লখিবা সালরোন — লাংরোন কয়াগী ব্রারীনি। পেনাগী শৈশকপশিং, খোংজোম পর্বগী ওঝাশিং অমসুং অইবা কয়ানা শক্লরক্রিবা — ইনখ্রবা মোইরাং কাংলৈরোলগী মপুঙ ওইবা সালরোন — লাংরোনগী ব্রারী খরা পঞ্জরী। মদুদি —

১। অনিশুবা মোইরাংনিংথৌ ইব্রাং পুরিক্লাই তেলহৈবগী মতমদা — "তেলহৈপাগী হাক্তক্তা হেনচুকা থোংনাং লাইলৌ লেমপিকা শৈশক্লএ" — কংলৈরোল লম্বুবা ;

২। মরীশুবা মোইরাং নিংথৌ ক্লরা ঙাংঙোইবগী মতমদা — "ঙানবা শংলৌরেম্নী" শৈশক্লখি। চাইরেল চকপরোল ;

---

১। Bokul, T. মণিপুরী মুসলিম, (Imphal, ...) p. 19

৩। মঙাশুবা পুরিক্লাই সনা লখ্বাগী হাক্তক্তা — 'খোয়োল হাওবা কোনু' শৈশকনৈ।

৪। নিপালশুবা মোইরাংনিংথৌ থাংব্রাই কোংদিনহনবগী মতমদা "চোখে থাংব্রাই পাখঙবা — লৈমা সুনুরেম্বী" শৈশক্লএ।

৫। মাপলশুবা পুরিক্লাই থীক্বী নাচাউবাগী হাক্তক্তা "হাওসি নমোইনু" শৈশকনখি

৬। তরাশুবা পুরিক্লাই নুঙনাং তোম্বগী মতমদা "সাম্বা লমগানবা — খম্মুং য়াইদিংকোনু শৈশকনৈ

৭। কুনমাথোইশুবা নিংথৌ কাবা পুরাংবগী মতমদা "অকোংজাম্বা-ফৌওইবী" শৈশক্লখি।

৮। কুনমঙাশুবা পুরিক্লাই চীংখু তেলহৈবা (য়ুমখু তেনবা) গী মতমদা অদোন খম্ব — "ইব্রাংলোন থোইবী" শৈশক্লএ"।

৯। কুনতরককশুবা পুরিক্লাই লাইজিং পুন্সিবা হাক্তক্তা "কদেংতোনু" অমসুং "খোঙজোম্বা — পীদোংনু" শৈশক্লখি।

মথক্তী ব্রারীশিংসিগী মনুংচন্দবা (নত্তবা) মোইরাং কংলৈরোলগী ব্রারী কয়া'মসু লৈরি; মদুদি ককলেন সুজা অথৌবা – হাওনু কৈশিতোম্বী — খুমু লৈরিজাম্বা — খুচুপ চৈমিয়াং; ব্রাংলেন পুঙদিংহনবা — চকপ্রম ফিশাহৈবী; য়াংহনবা — কুমজরেম্বী; শৌবোন য়াইরেন চনু মচিনমনাও; আইনা লৈমা (কোংয়াং চৈশু ব্রারী); ঙাংঙোই অহোংবা – লুব্রাং তোইবী লৈমা; খম্বা মুরাং চাউবা — অরাই লৈমা অসিনচিংবনি। অসিগুম্বা মোইরাং কংলৈরোল পুক্কেগী মমিংচৎলবা সালব্রোল- লাংওনগী ব্রারীশিং অসি মচিনঙৈদগী ফুঙ্গা ব্রারী ওইনা চীনবুংদা ঈশৈওই - ব্রারীওই শকঅম-লীরম্বদগী যন্ত্রগা কোম্ননা খুনুং ঈশৈগী শৈশক ওইরকখি। মতুংদা নিপাশাবা পুপীশাবা অনি চংদুনা শৈশক্লরকপদগী খুলং ঈশৈ ওইরকখি। হৌজিক্লা পেনা শৈশকতা, খোংজোম লান মতুংদা খোংজোম পর্ব ওইনা, খুলংহৈহনশৈদা, লাইবুংদা শৈশক্লরি। শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা জিলা দরবার লেঙবদা মোইরাং কংলৈরোলগী ঈশৈ মতেক অমা থৌগনখি; সনা হাক্তক্ অসিদগী পেনাগা পুম্না শকপা চৎনরকখি। অইবা কয়ানা মোইরাং কংলৈরোলগী ব্রারী লাইরিক কয়া অমসু ফোঙপ্রে — মপুংনা খম্ব থোইবীগী ব্রারীনি।

অসুম্না কবি কয়ানসু ইনখ্রবা; অশৈবা কয়াগী শৈহেকতা য়ুমথোঙশিংনা শৈফম কয়ারক শক্লখ্রবা খম্ব-থোইবীগী অমরপ্রেমগী ৱারীনি। অদুবু অমুকসু ইনিংই — ইনিংঙাইসু লৈরি; অমুক্কসু তানিংই হন্না হন্না তাবদা অপেনবা পোক্লদ্রি। "যুগ যুগ কয়াদগী শক্লরক্লবা খম্ব-থোইবীগী ৱারীনি"।[২] ইখুৎ পায়না তম্বীরকপা ওঝা অহলগী ৱাফম তশেংনা চুম্লবনি। ৱারীসিগী ফজবা, ৱারীসিগী মগুণ চীঙু লাইমক্লা কুবীরকপগুম তোপ-তোপ্পা শকতম কয়াবু রস সুনা লৈতেংলি।

অতৈ ৱারীশিংগী মথৱাই হাপ্পীরবনি — নৎলমদ্রবদি ৱারীশিং অসি হামচৎনরমগনি। অঙাং ওইরিঙৈগী ৱারী পল্লুদ্রবসু, খম্ব-থোইবী হেক শকখঙনৈদগী, ৱাশক তেমশিংনরকৈদগী নুংশি পম্বুং য়ৌবা ফাওবদা থোকখিবা থেংনখিবা থৌদোক – ৱাথোক; খুমন-মোইরাং অমসুং কবো লৈবাকশিংগী হৌন-লোনচৎ, লৈনরম্বা মরী, লম্মীৎলোন মরীক্ চুম্না উৎলি। ইবুধৌ থংজীং হরাওবা, হরাওবগী মতমদুগী শকতম অমসুং খম্বনা শীংচনবা, মচেম খম্বুনা শীংয়োনবদা থোইবী শকথঙনদুনা মতা শানবা, মুক্লা কাংজৈ, লৈ-লাংবা লম্বাল লমজেল, কাউ ফাবা, উকায় ফালং কাপ্পা, শাঁমুখোঙয়েৎপা, লোইকুম-লোইকা, কংলা ৱাথোক, চায়না পুঙ থোনবা, কৈ ফাবা, শাবী – শানৌ থুংনবা পুম্নমকসিনা মতমদুগী সমাজগী শক্তম মোইরাংগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতা মপুঙ ফানা উৎলি – হায়রিবসি খম্ব–থোইবীগী ৱারীননি। অমরোমদা অতৈ ৱারীশিংদি অয়াম্বনা Romance না মপুঙ ওইবা Comedy অমসুং Tragedy গী ৱারী ওইনা তৌই। ৱারীশিং অসিগী পরিং কয়াদা হৌজিক্কী নত্রগা মতমদুগী ওইবা থৌদৌ থৌওংশিং নিংথিনা মপুংফনা reflect তৌদে। রস খরা হায়বসি হাস্য করুন, অদভুত, শান্ত, বীভ্যসনচিংবসু ইউ উবা ফংদে হায়নিংই। খুদম ওইনা হায়রবদা খম্ব-থোইবীগী ৱারীদা শৌরা অমদি তোরোগী হাস্যগী role থোইদোকনা অয়ৌবিনি খল্লি। অদুগা মোইরাং কংলৈরোলদা খম্ব-থোইবীগী ৱারীদি খ্বায়দগী মপুঙ মরৈ ফারবা চাউখ্রবা মহা কাব্যগী ৱারীনি। মরমদি মশিনা মণিপুরী জাতিগী ৱাখল অমসুং থম্মোয়দা কাউঙমদবা মমি তাহন্দুনা লৈয়ুমদা য়েকখ্রবনি। Folk lore গী মায়কৈদগী য়েংলগসু মসি ফজরবা Folk Epic অমনি। মহাকবি হিজম

---

২. *Nilakanta, Intermediate Manipuri Vernacular, (Imphal)...) p.54.*

অঙাংহলগী "খম্বা-থোইবীগী শৈরেং" মণিপুরী সাহিত্যদা মণিপুরী জাতিগী মহা কাব্য ওইদুনা লৈরবা Epic of Growth নি। মশীং থিঙমদ্রবা খম্ব-থোইবীগী ৱারী লাইরিকশিংগীলকতা তোমথিল ঙাল্লিবা শৈরেং লাইরিক্নি।

ইবুধৌ থংজীংদা শীঙেল লৈরাং লৈচন ফানা লেংবীরম্লবা খম্ব-থোইবীগী ৱারী পরেংনি থোইমোম লাইরেম্বীগী শকলোন লৌনা লাংৱোনবী থোইবী অমদি খোইয়ম লাইগী লাংৱোম্নি খম্নরিবা খম্বা-থোইবী-শানৌ অনিগী ৱারীদি চুম্নতগী নুংশি-নুংঙোলগী ৱারী ওইবতা নত্তে। পুন্সিগী অৱা-নুংঙাই , অচৌ অশাংগী অতোনবশিংগা লৈনরম্বা মরী, থায়নগী মোইরাং লমদমগী ইনাৎ-খুন্নাইগী চৎনরোল, লৈঙাক পথাপ, নিংথৌ অঙম্বা অমসুং প্রজাগী পুন্সি, কে-মৌবা, মথৌনা মরীংজেল, শাজৎ-লীচৎ, ৱায়েন থৌদা , পুন্সিগী অকা-অকুম, নিংথৌ অমসুং ফম্নাইবশিংগী মরী, ফিজেৎ-চাকচা, ধর্ম্ম অমসুং রাজনিতি খুদিংমক্কী শক্তম অমসুং চাওখৎলম্বগী থাক নিঙথিনা মমি তারবা ৱারীনি। অদুদি কমদৌনা ?

"------মতুংদা মপারী অমা শাৎলে।------- কংলা য়াইপুং য়ৈরে। থোংলেম্না নুংগোয়বীদা লালমিং চনখরে। অদু মঙাইরে হায়না খুম্মে। কংলাদা অশৈ—অমাইবনা মিং থোল্লে, পুরেম্বা মচা খমলে হায় অঙাং অসি খম্না ফজে হায়না "খম্বা" কৌখি।"[৩] খম্বা পোকখিবা অমসুং মমিং থোনখিবগী ৱাফম উৎপতা নত্তে; পুরেম্বনা পুঙলোন লাম্না য়েরুবদা থোংলেনগী অচুম্বা পাম্বগী থৌনা ফুদোক্কুনা 'ঐ লৈরিঙৈদা' হায়দুনা মরৈবাক নিঙবা অমসুং মথৌনা মরীঙজেল উৎপগী অশাওবদুনি অমরোমদা পুরেম্বনা লাল্লে হায়না চঙজবগী মহুত্তা ফংফম থোকপা চৈরাক ফংগনি—কিদ লাইগী নোংদমনি হায়বগী শেংলবা ভক্তি ময়েক শেংনা উহল্লি। অমরোমদনা "----- মনাও চীংখু অখুবগী তালোয় অহনবী এংখুলাংবীদি লোইদাম থাশিংসুরদনা ---- নুমিৎ ৱাংথোইবদা নাওনৌরে।"[৪] কেকে অমাইবা -অমাইবীশিং অমসুং লৈবাক মীয়াম তিনবনা শীঙেল লৈরাং তাওজিং হৈরাং খিবিক্কী পারুবদা মমোম্না থোইরে— "থোইবী"। লোইদাম অনিন্‌বা থাজগা পারুবসু —থাবু থোইনা নিঙথীজে— 'থাথোই' কৌখি।

৩। *অমুবী ইরোম. মোইরাং কংলৈরোল (Imphal ...) P. 9*
৪। *"খম্বা-থোইবী" p.6*

পোকউঙেদগী, মমিং থোনউঙেদগী নীংথীবা ফজবা শক্তি লৈরকপা খ্বায়দগী হেনবা, থোইরকপগী ব্রাফম তাক্লি। "নোংমা নুমিৎততি খমনুলোন পোনচেমপিসু"॥ চীংখুপাকি মমোমসু মনাই সেনু মতা মানা॥ মোইরাং অউন কৈথেলতা ----- অনিমা চীংঙুপকি মথৌ লাংকি উনলে॥ তুসিনালে মতা সাননলে॥ কনা কনা লৈ হায়॥ ইপুৱা অমকা লৈ হায়॥ নপুৱাকি চলৈ লৈকে হায়॥ ---- চাউলে খঙলে হায়॥ ইব্রাং লোম্না য়াততনা --- মসঙলেন খঙলে॥[৫]" পম্থৌইবী অমসুং ফৌওইবীগী লাংব্রোননি হায়নরিবা সনা কোনুংদা কেসনৌজা লৈরিবী থোইবীনা খম্বুবু হেক উবদা পোকখিবা মীনুংশি; হরাও-হরাও নিংথৌ মচা ওইবীগী চাউথোক-লেমথোকপা তৌদনা লায়রবীগা মতা শানখিবা; মৌপব্রা লৈ চাউরে খঙবদা থম্মোয়নুংদা নুংঙাইখিবা, মসঙলেন খঙখিবা পুম্নমক ইবুথৌ থংজীং লীলানি হায়রি। অদুবু মতমদুগী অচৌ-অশাংশিং অমসুং অতোল-অতাশিংগী নুপীজা লকতা হনথবা মিৎয়েং য়েংনবগী মমি তাদে; খম্বুগী ইচম-চমজবী, থোইবীগী মীনুংশি থোইদোক্লা শীঙথানিংঙাইনি। মৌপব্রা উনদ্রিঙৈদা লাইরবনি খঙদুনা চরৈ ফি লৈবীখিবা মীনুংশি চাউবগী খুদমনি।

নুংশি-নুংঙোলগী মায়কৈদসু খম্ব-থোইবীগী ব্রারীদি লময়ৌবীনি "--- অতোনসু চৎথোকললকলে॥ চীংখুপকি কোনুংতা ব্রাইথুংলুলে॥ চীংখুপকি কাউলেল ফাপা ঙমতলে॥ খুমন মচানা ফালে॥ ইব্রাং থোইপী চীংখুপকি মমোমলোনতি॥ চীঙুপকি মথৌলাং খোইয়ম লাইকি মঙমতপাকি খুমন মচা উপতা ইব্রাংলোনতি য়েংপতা মিৎফম হোংখিতলে॥ অতোন খমপাসু য়েংপতা মিৎফম হোংখিতে"[৬]॥ অসুম্না খম্ব-থোইবী অহানবা উনবমকতদা শক খঙনৈ; উদবা শক্তি অমনা থম্মোয় অনিবু চিংশিন্নৈ; থম্মোয় থম্মোয় কৎথোকনৈ। মসি সাবিত্রীনা সত্যবানবু অহানবা হেক উবমক্তদা মহাক্কী পুন্সিগী মবুঙোনি লেপখিবগুম থোইবীসু মথম্মোয়না পামজরুবা নুংশিবগা, কাওফাউঙেদা মপল পম্থৌনা খম্বদা পীখিবগা ব্রাশক অনি পুন্দুনা সতি ধর্ম্ম ঙাকপদা পুন্সিগী লাইনিং ওইখি। "----- ইতু নিংথৌ নংতি নোংম নুমিৎসু ঐকি মতেং পাংপা য়াই হায়এ॥ ----- তাংচা ইকায়লে ----- খুমন মানা ফালে"[৭]॥ অমুকসু নহা ওইনা

---

৫। *"খম্বা-থোইবী ব্রারী" উকু পুরা*[III] - *p. 46*

৬। *উকু পুরা- লা: ৪৬*

৭। *মথক্কীসিদা*

মপাঙ্গল ফরবা খম্বনা মচেম খম্বুগী মতেং পাংনবা নিংথৌগী ষল শেনখিবা মতমদুগী নিংথৌ অমদি অঙম অথৌশিংনা লাইর-অনংবু মতেং পাংবীবা, মচিন মৌপরা নুংশিনবগী মরী, হায়বা ইনবা অসিনচিংবা তশেং-তশেংহল্লি। লৈদগী হেন্ন থোৎ-নৌরবী থোইবীনা সতি ধর্ম্ম ঙাকপগী চিংদি নুংগুম বল্লি খম্বগীদমক শিবা কিদে, অপোকপা মপাগী অনিংবা ফাওবা হিক্তোকপা ওমই। করম্না ? — "থোইবীনা লোইকুমলকঙৈত কেকে পোকপা সোরানেল ---- নরলকুপু রাচুমনচকে ॥ ------ নোংয়াই মঙোনতা মতাইরেম ঐপু ব্রাইথুংপপু য়োনতনা লনকুপিয়ো ।" (কংলৈ লমথোন) লোইকুমঙৈদা থোইবীনা খম্বদা রাইথুংহনবীয়ু হায়না থংজীং লাইদা শখি য়েংদুনা খুরুমজখিবা অশেংবা সতিগী নীতিনি। অসিগা লোয়ননা - "সনলিক চংনিংখোমপীনা ॥ সীংচললু হায় ॥ ----- পামমু মসুং লাংনে সীংচা লাংএ ॥ --- লেমলৈ ঙাহা তানখিএ" [৮]। রাফম অসিদা থোইবীনা খম্বগীদমক অরাবা-খাঙখিবা মতমদুগী ইবাংলোন চনুশিংগী মরক্তসু অখাঙ কনবা, ধর্ম্মলৈ লান্দবনা লাকচৈ হায়বনচীংবা লৈরমগনি উৎলি। মায়কৈ অমদনা মপা-মচা ওইবগী মরী, তৌফম থোকপা মথৌ থোইবীদা - রাৎখিদে।" রাশক ঙাকচক্লখিগে সেনু নহাক্না পম্থৈ শেবা শোয়গনিকো" [৯]। মপাবুংগী অনীঙবগী মায়োক্তা লেপ্তুনা কবোদা চৎখি; অদুবু থোইবী মপাগী য়াথংদি মালেম লৈদা তাহনখিদে। নোল্লুকপা, ভক্তি লৈবা মওংদা সেবা নিংথীনা তৌরম্মু সেনুদা শীন্নরম্বা হৌনলোনচৎ খঙবী সেবা হৈবীনি উহল্লি। অসিনসু মদোমদ্রি "ইপা ইপলনা হায়বা ইনজবী কাওগা ওন্নবা নমোমনি॥ নমোমগী মপাওসু হংবিদনা পীবিবনি॥ হৌজিক্তি খুমন শল্লাইদা লেপচখরে॥ অঙোম সলাইদা তিল্লু হায়বিগনু" [১০]। লৌশিং শিংবী থোইবীনি, হৌজিক মতমদগী মমা-মপা ওইবশিংনা মমোমগী রা হংদনা থাজবগুম্বনি অদুবু থোইবীদি হায়বা ইনবীনি, কাওগা ওন্নখ্রবনি, মরা-মপাওদি হংবীখিদে হায়বগী — মরৈনি, নুংদনা খম্বনি। অসুম্না অপাম-নুংশি লম্বীদা খুরৌ-লাং থাক্তুনা খম্ববু হাৎকে হোৎনখিবা; থোইবীবু অরা-পন্দোল লোমহনখিবা, কেকে রাথোক ওইহনখিবা অসিনদি — মপাবুং চীংখুয়াইমা তেলহৈবা অমসুং নোংবান্নি। মশা-মশাগী ফনবত

---

*৮। উকু পুরা - লা: ৭৪*

*৯। খম্বা-থোইবী - লা: ৫২*

*১০। মথক্কীসিদা*

খনৃনা ফত্ত— লৌশিংনা থুক্কৎলবা, থোইবীবু পীদনবা হোৎনবা, থোইবীবু ফংনবা হোৎনবনা মখোয় অনীগী ফিরেপ্নি —চৈথেংনা খম্ব থোইবী অনিদনি। মতাং অসিদা কলিদাসকী শকুন্তলা, সেক্সপীয়ারপী জুলিএট অমসুং সতি সীতা নিংশিংদবা ঙমদে। খম্বগীদমক খাঙখিবা অৱাবা, অমরোমমদা মথ্বাই থারমদাই য়ৌরফাওবা থোইবীগী ৱাখল থাদোকখিদবা শাবী-শানৌ অনীগী ৱারী; লোয়ননা খমু মচিন-মপৱাগী অৱাবা শৈশকপশীংনা থাদুনা শকলকপদি— কবি Shelley গী Our sweetest songs are those that tells the saddest thought অমুক্কসু নিংশিংহল্লি।

নোল্লুকপা, অচুম-অরানগী ৱায়েল পুম্বা ঈশ্বরদা লানথোকপা, মীনা নুংশিহনবা, য়েক্লববু খুদক্তা লমন খুমননিংদবা, ধর্ম্ম কায়দবা খম্বনি। "খম্বগী পুন্সিদি ধর্ম্মগী পুন্সিনি। মঙোন্দা অরানবা য়াওদে। মীগী ফত্তনবা তৌবগী পুকচেল লৈতে। পুম্নমক নুংশিবা ঙমবা খুমন অকনৃবা খম্বনি"[১১]। কল্লি, ধর্ম্ম কায়দে হায়বসি— "সোয়পুং ঐখোয়না থারগা পাখঙ অসিগী শীংপোৎ লৌবা ॥ তরি নমোই খম্বনা শানৌতোন নহাক্লা শাম্ননীংদবরা॥ খম্বনা মখোয়না শাম্ননীংলবদি শাম্নগে"[১২] খুমনগী পাউখুম অমসুং শোয়পুঙলোয় কুম্ভ মৃক্লা থাথীবদুনা মশানা তাকচরে। "খুদেকপীদগী য়াঙ্গোয় শাগোল তরামঙা ---- য়েল্লকপনা কংজাওপোকপী লাংখোংদা অদোন পুখরে। য়াঙ্গোই তরামঙানা কোয়রে"[১৩]॥ নোংবানগী ফত্ত-লোশিংগী লাল্লোংনি, খম্ব-শাওখিদে নোংবানসু লমজেল থৌদবা য়াদে হায়বনি, অমুক্তদা মায়থীরনী। অতোপ্পা মরম অমনা নিংথৌ মচিন-মনাওগী পানা ওইহনখীবা অমসুং খম্বগী অহানবা লমজেল ওইবসিননি। লমজেললোইদা য়াই থাবা, অপনবা পীবা মতমদুগী য়ঙ লাওবী চৎনরোলনি; তৌবতদি অচুম্বা বিচারদি অদুম্মক ঙাক্লরম্মী। "খম্ব খুদুপ তরেৎ চোংখৎতনা শাগী চীরেল থেক্রে নোংবানসু শাগী খোঙ পায়রে অনি মাম্নরে"।[১৪] পূকচেল চাউরবা, অচুম-অরান্দা ইচা-মীচা থায়দবা মোইরাং নিংথৌনা ঙকলদুনা লৌশিং শিংবা, মীগী পুকচেল ফাবা ঙমবা

১১। *নিনকাম্বা - p. 72*
১২। *খম্বা-থোইবী - p. 14*
১৩। *ঈরোই অমুবী - page 15*
১৪। *ঈবোই অমুবী - Page 17*

ৰীচার হৈরবা চাউবা নোংথোন্দা 'কমদৌই' হংখি। খম্বনা খুদুপ তরেৎ চোংখৎখিবনা খুদুপ তরেৎ অসি অহেনবনি খুমখি। শা হায়বসি হৌজিক্‌সু লৈশা পায়বা হায়না ইবুধৌ থংজীং লমজেন্দা শিজিন্নরী। হনবা লৈতে নোংবান, ফত্ত লৌশিংদা। মাইবী চংশিন্নরে, খম্ববু কাও ফাহন্দুনা হাৎনবা হোৎনখি।

"খম্নুনা সনাইবেম্মা কংলাদা য়াখরবনিনা নিপা মচা নোংদমশসু।" [১৫] মহাক্কী আশাদা খম্বগীদমক্তা হায়না লৈজবী, অৱা অনংদা খম থেংলবী, মমা শক্রবী খম্নুদা খম্ববু কাও ফাদনবা হায়দোকপীখো হায়জখি– থোইবীনা। মতু নাম্মা কেলহন্নিংদবা নুংশিত্ত্রবা মৌপৱানি; অদুবু মতমদুগী চৎনবী ঙাকপা, ঈশ্বরদা অচেৎপা থাজবা লৈবা, মপানা ঙাকখিবা ৱাশক্কুম কেকে কংলাগী মতীক ময়াই ঙাকখিবা খম্নুগী অচেৎপা থম্মোয়নি। "--- খুমন পোনজেনবীনা ইপা ঙাংবা পামহৈবও ইদু নিংথৌ চাওদ্রিবমখৈ লম অথাপ্পদা চৎলো হায়।" [১৬] নিতিগী কৌন্দেরম্বা মষন্না মোইরাং চেংগৈ ফৌগৈ শোকপগী ৱায়ামলকপা অমরোমদা মদু নিংথৌসু পীক্লিবা, লোয়ননা লৈত-লায়রদা খম থেংলিবা —খম্নু, পিরাং শীঙ্গরোইদবগী মরম লৈতে। "মচেম খমনু পোনচেমপী পনপতা কাওলেল মপী তরে। -- উচীৱাতা মচেম খম্নুকা নিংথৌ মচা থোইপীকা উনলে" [১৭] । মম্নু উবদা কাওনা মপী তানা খমনুগী পীরাং লমন শীংখি। খম্বনা মচেমদা হান্না কৎখী। মথংদা খূমন অমসুং মোইরাং নিংথৌদা কৎখি; মসি ফজখরবা খম্বগী নিতিনি। চীংখুবা অমসুং নোংবানগী ফত্ত - পোরম হনবা লৈত্রি। " চীংখু অখুবগী তেনবু খম্বনা খুনগে চেনবদা॥ পাইখু ফুরিৎ হৈনা তত্তনা থোইবীগী খুদোল ফি উখরে॥ ঐগী য়েক্লবা খুমন মচা অসিনি " [১৮]॥ মহাক্কী থৌগল তৌজরীবা, তেলসু খুল্লিবা অমসুং মহাক্কী পানা মকোকসু ওইরীবা, খম্ববু তেননা কাপ্পুনা হাৎকে তৌবদা খম্বনা তেল ফাদুনা পুরক্লগা মনিংথৌগী সেবা মখা ঙাইখিবা — চীংখু অখুবা অমসুং খম্বা অনীগী ৱাখল, পুকচেল নৈননিংঙাইনি অদুবু মমৈদা লাল্লে হায়খি — চীংখুয়াইমা; —

---

*১৫। খম্বা-থোইবী- p. 37*

*১৬। ঈরোম অমুবী- p.9*

*১৭। উকু পুৱা- p.62*

*১৮। খম্বা-থোইবী- p. 43*

খুদিংমক নোংবানগীদমক্নি। " কেকে কোলি কৈথেললেনতা ইনুংমতা চীংখুপনা চীংপাক॥ নোংপান কোংয়ামপা ॥ তখেল সালুনহংপা॥ নিংথৌকী য়াইসা পুথোক্লে॥ --- খম্ব কৌথৌও "[১৯] । নীঙবা থুংনবা হোৎনবদা নিংহম্নদবা অসিগী থৌশিলনী – খম্বা হাৎনবা অহুমশুবা লাল্লোংনি — নিংথৌ শেম্বগী থৌওংনি। ইবুধৌ থংজীংগী লীলানি; "থোইবীতনা কনগদবনি পন্থৌইবী কৌদুনা হৌজিক থুনমক থোইবীদা তাকউশো --- "[২০]। অথেংবা অহিংদা থোইবীনা মশাবীবু কনখি। অমসুং হায়খি –– "ঐগী য়েক্লবনি, ঙসিদি ইপা-খঙদে পামুবগী লমন শীংগে --- "[২১] মপাবুং অমসুং নোংবান্দা ছুরি লংখিবা থোইবীনি; অশেংবা সতিগী থোইদোকপা মগুননি।

"ইতাও ইবুংঙো শাওগনো, শামুনা পাঙ্গল খরা লৈদনা নচা খরা ব্রাবতনি হায়॥ থোংলেন খামখরে "[২২]। লৌশিং শিংই, মীগী পুকচেল ফাবা ঙম্মী, তশেং তশেংলে – শিনৌ চাউবা। অমুকসু – " হাৎকে তৌরম্বা মীয়ামদি চেনখ্রবনিনা॥ ব্রায়েলগী ব্রা হৌদোকফমদি শামু থোক্লে॥ শামুবু খঙগদবদি তখেল শরুংহন্‌বনা খঙগনি "[২৩]। থোইদোক্লা হৈশিংলবা বিচারগী ব্রায়েল পরিংনি, হৌজিক্কী উকিলশিংগুম্বনি, The Merchant of Venice কী Portia নীংশিংদবা ঙমদে। " কেকে নিংথৌনা মোইরাং ঙাংখলাকপতা --- সালুংহনপনা নিংথৌকী য়াইসা পুথোকপা ----- নিংথৌ শেমকে থৌলাংপা --- কেকে লাম্মী --- অথৌপশিং অঙাং ওলহল্লো হায়না ---- মনুং কাংচৈ পুঙকী নোংপোক্তা অঙাং ওইলে --- তখেললক কৌখিয়ে"[২৪] শিনৌ নোংথোনগী অচুম্বা বিচার নিংথৌনা য়ানিংখি; নোংবান – চীংখুবসু কৈশুমশংদা থমখি, ইচা মীচা খায়খিদে, অঙকপা মোইরাং বিচারনি।

---

১৯। *উকু পুব্রা- p.64*

২০। *খম্বা-থোইবী - p. 45*

২১। *মথক্কীসিদা*

২২। *ঈরোম অমুবী - p. 27*

২৩। *খম্বা-থোইবী - p. 48*

২৪। *উকু পুব্রা - p.66*

"-----ময়ুম অঙোম নিংথৌ মচানা ইতাও ইপুংঙো লানপতকী মরমনা॥ ইতাও নংকী নমাং থারে। ইতাও ইপুংঙো মোইরাং লমপাল্ লমচেনপা॥ লানতপকী মরম্না তাউবা লৈশা পায়॥ কোলি লৈমা কৈথেল ---"[২৫] । অমসুং — "ইতাওনা ঐবু মরূপনি খন্দুনা নুংশিবী; ইতাওগী মাঙনবা ফত্তনবতা শীনখিবা অদুগী লমন অদু ইতাওনা শিংদ্রবসু অমম্বদা ব্রায়েন্বা অঙানবনদা থৌদাবা চীঙ্ভু থংজীং লাইনা --- ব্রায়েন থৌদা পীবীরক্লগনি"[২৬]। ধর্ম্ম চেনবা অমসুং কায়দবা মীনা পুন্যগী ফল ফংই অদুগা পাপ্ চেনবনা প্রায়শ্চিত ফংই– হায়রিবসি খম্বা অমসুং নোংবানবুনি।

অরোইবা পুংফমদা খোইরেন্তাক লময়াইদা নোংবান ভাব তারকই। কাণ্ড-ফাবদা, লম্বাল–লমজেলদা, শামু-খোঙয়েৎপদা লানখিবা খিবীক –খম্ব লানখিদে খঙখি, ঙাকপীয়ু চংজখি, থোইবীবু সাতিনি তশেংনা খঙখি; নোংবানগী নাপলগী মায়খুম হাংদোকখি। নোংবান শিবদা চীংখু অখুবগী অশা ময়োল কংখি শাবী শানৌ অনিমক্তি নুংশি বাইথুংনজখি।

অসুম্না অকীবা, অকন্বা, অশাওবা, নোকনিংবা, কপ্পিংবা নুংশিবা, নোল্লুকপা অমসুং ফজবনা মপুঙ ওইরিবা খম্ব-থোইবীগী ৱারীনি। মহাকবি ওঝা অঙাংহলগী খম্ব থোইবী শৈরেংনা মরীক চূম্না উৎলবনি। তোপতোপ্পা মহাকবি অসিগী শৈরেং লাইরক্তা মীৎমক্লা উবদৌনা ফজহল্লিবদি লম্মীৎলোন অমস্ং পোৎ-চৈগী শৈথারকপদা অচুম্বা, অশেঙবা শক্তম (originality) ওইহনবা অসিনি। খুদম ওইনা উকায় কাপ্পা হায়দনা– 'উকায় ফলং কাপ্পা' হায়বা অসিনচিংবনি। মনুং হকনা নৈনবা ঈতিক ওইজদে।

## নৈনখিবা লাইরিকশিং :—

### (ক) ছাপা তৌরবা লাইরিকশিং :-

১। খম্ব-থোইবী শৈরেং — হিজম ✓অঙাংহল

২। মোইরাং কংলৈরোল — ইরোম অমুবী (পণ্ডিত)

৩। Intermediate Manipuri Vernacular — Nilakanta

---

২৫। *উকু পুৱা p.86*

২৬। *ঈরোম অমুবী p. 41*

৪। খম্ব-থোইবী পুন্সি ৱারী — হৈস্নাম মঙ্গোলজাও

৫। লমজীংবী অহুম — শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মা

(খ) খুৎয়ি লাইরিকশিং :—

১। খম্ব-থোইবী লাংওন (খম্ব-থোইবী) — মোইরাংথেম ✓হেরো (মোইরাং)

২। খম্ব-থোইবী (উকু পুৱা) — রঘুমনি, Custadian (মোইরাং)

৩। কংলৈ লাথোল —

৪। কংলৈরোল লম্বুবা —

---

## রিবিউৱরগী নোট্

I. মৈতৈ অমসুং মোইরাং অনিগী খেন্নবা লৈবসিনা য়েক ৭ কী মনুংদা মৈতৈ অমসুং মোইরাং তোঙান তোঙান্না লৈরম্লিবনি, নত্রবদি অমতমক হায়রমগদবনি। "মোইরাং কংলৈরোল" মোইরাংগী লমশিংগী মমিং থোনখিবগী ৱারোম্নি।

II. ঈরাংলোন লৈমা য়োইরেম তোম্পোকপীগী ৱারীদুনা ফোল্ক টেল ( Folk tale) ওইনা লীনরম্বদগী খৃ: ১৮৭৪ দা পুংগী ওঝা অমা পেনাগী ওঝ ৩ পুন্দুনা ফজনবা শেম্লকখিবনি – হায়না হাইস্নাম শ্রী মাঙ্গোলজাওনা হায়রি।

III. উকু-পুৱা:– উ মকুদা (অগরবাক) ইরম্বা মৈতৈগী অরিবা লাইরিক।

# "লুৱাং সলাইগী অঙনবা মতমগী ইতিহাস"

নাউরোইবম ইন্দ্রমনি
সগোলবন্দ, নাওরেমথোং
ইম্ফাল – ৭৯৫০০১

## ৱাহৈদোক

তম্মী কাঙলুপকী মনুঙদা, " য়েক ৭ সলাই ৯" হায়না অঙনবা মতমদগী খায়দোক্তুনা লাকলি। মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবগী মমাংদদি সলাই ৫ খক্তা লৈরম্বগী ৱাফম লৈ।[১] সলাইসিং অসিগী মনুঙদা "লুৱাং" হায়বা সলাই অসিসু অমনি। নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতুংদা সলাই ৭ খায়দোক্লকপা অসি "লাইয়া হেল্লোয় ৭" না খায়দোকলকই। সলাই অসিগী মচু লৈ মসক, থাঙ মসক, লা মসক, ঙা মসক, নুমিৎ, ঈসিং, সিঙ, থাবাম্মচিংবা তোপ্পা তোপ্পা পীরম্মী। ঙসি অসিমক য়েক সলাইসিং অসিনা অপোকপা খুরম্বা হায়না পাঙথোকনরিবা লাইগী থৌরম অসিদা মাগী মাগী পোৎলম চৈরমসিং অমত্তা লানবা য়াদে। অসিগুম্বা লাইগী থৌরম অসি পাঙথোকপা মতমদা চঙগদবা লুৱাং সলাইগী পোৎলম চৈরমসিংদি :-

> " ঈসিংদি লমফেন্নে, মৈদি খোইজুমেনে। লাদি লায়াইনে, লৈদি মৈল্লেনে, হৈদি কিহোমনি, থাঙদি তোন্দুম্বনে, ঙাদি সরেং লুৱাওবনে, সিঙদি হৈক্রুনে, নাহৈবদি উখোক মতোন্নে, নুমিৎ ইরাই, থা ৱাকচীং ১২ নি পানবা, লাইদি কৌৱু, মায়ৈগে অৱাং, মতম চীংখৈ হুল্লকপা, মচুনা হিগোক"।[২]

পীরিবা অসি তমপাক লম অসিদা হাল্লদগী লৈরকলবা কাঙলুপনি হায়না Recognition পীবগী মাগী মাগী Symbol নি হায়না লৌবা য়াই।

---

১। *মৈহৌবরোন পুকোক — ইরোম অমুবী।*

২। *মৈতৈ থৌনি লিচৎ — ইরোম অমুবী।*

অরিবা লাইরিকসিংদা সলাইসিং অসি ঈ তিন্নবা, মসা অমতদগী খাইদোকখিবগী ব্রাখল্লোন্দা য়ুম্ফম ওইরবা অয়াম্বা ইরম্মী। মসিমক্তি খন থেঙথরকলবা মতম, হায়বদি সলাই অয়াম্বা মৈতৈ নিংথৌগী মখাদা লৈপ্রবা মতম, মৈতৈ হায়বা কাঙলুপ অসিদা লোইনা তিনসিনখ্রবা মতুংদা Integrity সাগৎনবা, অমত্তা ওইবগী লংনা পুংসিন্নবা তৌবা ওইগদ্রা হায়না খল্লি।

তম্মী কাঙলুপসিং অসিগী অঙনবা মতমগী ইতিহাস নৈনরকপা মতমদা তঙাইফদনা অরিবা খুৎই লাইরিকসিংগী মতেং লৌদবা য়ারক্তে। নত্রবদি অতোপ্পা ইতিহাস সাগৎনবা মচাক য়াম্না ব্রাংলি। অদুবু লূরিবদি খুৎই লাইরিক অয়াম্বা ইতিহাসকী মচাকসিংগা, লাইতিনগী ব্রাফম, ব্রারী কয়াগা ইতোং তোংসিন্নবা ইরম্বা অসিনি। ইতিহাসকী ওইবা মচাকসিং লাইতিনগী ব্রাফমদা পুথোক্লনা অমদি পাউখোং পাউরৌ ওইনা থমলম্বসু কয়ানি। অদুনা ইতিহাসকী অচুম্বা পরিং অমা সাগৎনবা হোৎনবদা ককঙাওনবা, লমফাংনবা, অরি অনৌ ইয়েৎ য়েৎনরকপা হেক হেক থোকপা য়াই। ইতিহাসকী মচাক খন্দোকনবা হোৎনবদা য়াম্না চেকসিনবা, কুপ্পা য়েংবা মথৌ তাই।

লাই ওইপ্রবা ইপা ইপুসিংনা Record Keeping গী হৈনবী লৈরম্বনা ঙসি ঐখোয়গী ইখুৎতা সলাইসিং অসিগী হৌরকফম তাকপা "মৈহৌবরোন" গী লাইরিক কয়া মরাং কায়না লৈনরিবনি। মৈহৌবরোল ইবা লাইরিকসিংগী মমিং খরদং পঞ্জরমলবদা — মৈহৌবরোল সকোক, মৈহৌবরোল সলাই খায়বা, সলাই ৭ পোকপা, সলাই ৭ কী খুনগুমলোল, মৈহৌবরোল লাথৃপ, য়ুম্বীরেল, খাগেম্বা, য়ুমলেপ, খাগেম্বা য়ুম্বী, কৈরোয়, নোংখ্রেং, লাংথবাললোল, সঙ্গাই ফম্মাং অসিনচিংবা। অপুনবা মৈহৌবরোলগী লাইরিকসিং অসিগী মথক্তা সলাই সলাইতগী ওইবা লাইরিকসিংসু তোঙান তোঙান থম্বীরম্মী। খুদম ওইনা — অঙোম্নলোল, নিংথৌজালোল, খুমমনলোল, চেংলৈরোল লূৱাংলোল, মোইরাং থোকচোমলোল পনবা য়াই। মসিগী মথক্তা য়ুমদাবা, য়ুমসেৎপা কয়া অমসু লৈরি।

পেপর অসিদা মপুং ওইনা নৈনজগদৌরিবা হীরমদি লূৱাং সলাইতগী ওইবা ইতিহাসনি। পেপর অসিনা কোনসিনজগদবা মতমদি চাউরাকনা লূৱাং সলাই হৌরকপদগীনা মৈতৈ নিংথৌগী লৈঙাক সাসন্দা তিনসিনখিবা মতম অদুৱাই ফাওবা হায়বদি ১৪ সুবা সতাব্দিগী মতম ফাওবদনি।

## লুৱাং কৌখিবা

সলাই অসিগী মমিং "লুৱাং" হায়না কৌখিবা নত্রগা খঙনখিবগী চপচাবা ইতিহাসকী ওইবা প্রমান পীবা য়াবা লীখুন্দি থেংনদ্রি হায়বা তাই। লাই-তিনগী ৱারিদা য়ুম্ফম ওইরগা ইরম্বদি মখাদা পীজরি :-

> "গুরুনা অতিয়াদা মী সাও হায়রে। অতিয়ানা মী সারে। মান্দ্রে, ফৎতে হায়রে। গুরুগী মমি তম্না সাও হায়রে। অতিয়ানা সারে গুরুগী কৌরে। গুরুমীগী হকচাংবু থুমগায়দুনা য়েন্নবদা গুরুগী কোক লিলফু অৱাংবদগী ৱাংনা চোংথোকখিএ লুৱাং কৌএ"।[৩]

> "নুরা ইবেম্মা হুইমুলৈমনা কোইরৌ মমিনা ৱাংনা য়ুংবা খোঙলৈ মতমদা নৌৱানা তাইবংপালদা ফাওবনা লুৱাং মিংথোল ফংজখিএ"[৪]

মথক্কী লুৱাং কৌখিবগী পীরিবা মওং অসি ইতিহাসকী মীৎয়েংদা য়েংলুরবদি চানদে। নুংলোন সুবা কাঙবুনা লুৱাংবু লু = কোক + ৱাং = ৱাংবা = লুৱাং নত্রগা লু = কোক নত্রগা মাথা, লৌসিং + ৱাং = ৱাংবা = লৌসিং লৈবা, লৌসিং সিংবা নত্রগা অতোপ্পা হিওরি ময়াম অমা সাগৎপা য়াই অদুবু মসিনদি অচুম্বনি হায়বদি য়াগদবা মান্দে।

## লুৱাংনা খুন্দারম্বা মফমশিং

অরিবা খুৎই লাইরিকসিংদা সলাইসিং অসি পুন্না কংলা মনুঙদা লৈরম্বদগী অসুম অসুম চইথোকল্নখিবনি হায়না লৈ। "লৈহৌ নাউফমলোন" লাইরিক্তা কংলা য়ুমজাউ কা ৯ গী মনুঙদা সলাইসিংনা লৈরম্বগী মতাংদা মখাগী অসুম্না পী।

> "মৈতৈ লৈপাক্কী সলাই মাপলনা য়িমচাউ কা মাপন্দা লৈরম্বদগী চৎথোকখিয়ে। খঙনবা হায়গে। য়িমমাঙ কাদা লুৱাংনা লৈয়ে। মথঙ কা অমদা চকপনা লৈয়ে। মথঙ কা

---

৩। *সলাই সকোক — MSS*

৪। *ৱাকোকলোল খিলেল সলাই অমাইলোল পুকোক — থোকচোম থৌকাচানপা*

অমদি লৈসাংথেমনা লৈয়ে। মথঙ অমদা উবোক উসাইনা লৈয়ে। ময়ায়গী কাদি নিংথেমনা লৈয়ে। মথঙ অমদি হৈরেম খুনচাললনা লৈয়ে। মথঙ অমদি মোইরাংনা লৈয়ে। মথঙ অমদি খুমন্না লৈয়ে। মথঙ অমদি ঙানবনা লৈয়ে। অসুম্না য়িমচাউ কা মাপনমদা লৈরময়ে"।

মথক্কী পীরিবা সলাইসিংনা কংলা য়ুমজাউ কা মাপন্দা পুন্না লৈমিন্নরম্মী হায়রিবসি ইতিহাসকী মীৎয়েংদা য়েংবদা চান্নবা ৱাৎলি। মথক্কী লাইরিক অসিমক্তদা লুৱাংনা মথং মথং হোংনা খুন্দাখিবগী মতাঙদা মখাগী অসুম্না অমুক পীরি।

"লুৱাংনা অহানবদা কেক্রুপান্দা লৈরম্মী। মথংদা লাঙ্গোল চীংদা হোংখ্রে। মথংদা লুৱাংচীংদা কাখ্রে"।

## লুৱাংগী লমখৈ

(ক) লুৱাং সলাইগী নিংথৌসিংনা মপু ওইদুনা, মনিঙ মখা তম্না পাল্লমবা লমখৈগী মতাংদা, " Prof Gangmumei Kabui না ইবা "Hitory of Manipur" Vol-I দা "লাংতেন খুয়া" হায়বা পুৱা অমা quote তৌরদুনা লুৱাংগী লমখৈ অসি "লীকলালৈমা চীংজিন্দগী হৌ থাঙৱায়না কোনবা লমসিংনি" হায়না পী। অমুক "হৌ থাঙৱায়না কোনবা লমসিংদি লমদেং, কমেং, ময়াংলাংজিং , তেরা উরক, চিরাং, লুবাংসংবম, খোঙহামপাৎ, চেংজিন, সেকমাই, খোইরিখুল (খুরুখুল) অমসুং লমফেলগী লমসিংনি" হায়না মথক্কী লাইরিক্তা হায়।

**নৈনবা** :- লাইরিক অসিদা "হৌ থাঙৱায়" গী লমনি হায়দুনা পীরিবা অসিদি "লোইবু" গী লমনা অয়াম্বনি। থাঙৱায়গী লমদি "কংলৈ" গী (**ইম্ফালগী লম মখৈ**) অৱাং থংবা লম মখৈবুনি।[৫] "হৌ থাঙৱায়" হায়রিবসি চানদে।

"লীকলালৈমা চীংজিন" হায়বসিনা ফৈদিঙ্গাদগীনা খোঙহামপাৎকী মনীঙ থংবদা লৈরিবা চীংগী নাপোম হুইথরকপা অসিবুনি

---

*৫। মাইবগী লাই হরাউবা লাইসোল -- এন. জি. কেরানি*

হায়না অখণ্ড অহৈনা মত পী। চীং অসি লিকলাবিচা নোংতংনুগা মরী লৈনবা উৎলি। অদুনা পীরিবা লমখৈ অসি কয়া পেন্দে।

(খ) R.K. Jhaljit কী "A short History of Manipur" দা লুৱাং সলাইগী লমখৈ অসি "লাংজিং অমসুং কৌব্রুগী লমনা কোল্লিবা লমসিং অসিনি হায়না পী"। হায়রিবা অসিসু মমুৎ কয়া তাফাৎতে।

(গ) অরিবা খুৎই লাইরিকশিংদা, লুৱাং পোকপগী মতাংদা "ঈসিং অরুবনা লুৱাং পোকএ"।[৬] ক্রুরু মীগী হকচাং থৃমগায়রগা য়েনথোকনবা মতমদা "লুৱাংনা থোপ লৌএ"।[৭] হায়রিবসিং অসিদি পোকপগী ৱাফম নত্তনা লুবাংনা লৈবা মফমবু প্রমান তৌরগা তাকপনি হায়না খঞ্জে। মরমদি ঈসিং অরুবনা লুৱাং পোকএ হায়বসি মণিপুরগী তমপাক লমসি অৱাংনা ৱাংই, মখানা নেমই। তুরেল অয়াম্বা অৱাংদগী হৌরগা মখারোমদা চেঈথে। তুরেল হৌফম ঈকোকতি মসানা ঈসিং লৃবা তাবনি অদুনা লুৱাংনা অৱাংথংবা লমদা লৈদুনা ঈসিং অরুবা, অসেংবা থকপা, চাবা ফংই। লুৱাংনা থোপ লৌখি হায়রিবা অসিসু তমপাকলমবু গুরুগী হকচাংনা অৱাং ওন্না সাগৎলগা থোপ, কোককী জাগাদা লুৱাংগী সলাইনা খুন্দাদুনা লৈ হায়বা তাকপনি হায়না খঞ্জে।

(ঘ) অইবা লাইরিক ওইনা ফংদ্রবসু চাউরাকনা লুৱাংগী লমখৈ অসি "লোইবু" গীনা অৱাং, লোইজিং চীংগীনা মমাং, লমফেল অমদি লুৱাংসঙবম য়াওনা লাঙ্গোল চীংগীনা মনিঙ অদুগা কৌব্রু চীংগীনা মখারোম থংবা লমজিং অসি লুৱাংগী লমখৈনি হায়না লৌবদা থোইনা লাল্লোইদ্রা হাইনা খল্লি।

(ঙ) লুৱাংই (লি) তুরেল: লুৱাংই তুরেল মপুঙ ওইনা লুৱাংগী লমখৈ মনুঙদা চেনবা তুরেলনি। মসি লৈমখোংদগী হৌরক্লনা খুরুখুল খুনয়ায় ফাওদুনা চেল্লকলগা লোইদাং খুনৌ, খুললেল, খ্রামন, কমেং, লমদেং ফাওদুনা চেল্লকলগা ইরোইসেম্বা ঈরোঙদা তাই। খুরুখুলগী খুল হেক লাম্থোরকপদগী "লুৱাংই" হায়না খঙনরে। লোইদাং খুন্নৌগী মনাক্তা

---

৬। *সলাই ৭ পোকপা —MSS*

৭। *সলাই ৭ পোকপা —MSS*

ঙাতেন তুরেল হায়নসু খঙনবা সলাং তুরেলগা তিন্নরগা মখা পাংনা চেম্বুরকপনি।[৮]

## লুৱাং সলাইগী পুকোক

লুৱাং সলাইগী পুকোকতি পোইরৈতোননি। মসি লাইরিক অয়াম্বনা পীবা মতনি। লুৱাংগী পুকোক পোইরৈতোন কনানো হায়বসি মসক লেপ্পা চঙই। সলাইসিংগী হৌরকফম তাকপা অমদি মৈহৌবরোল ইবা লাইরিকসিংদা পোইরৈতোনগী পারোন-পুরোন নিঙথিনা পীরম্মী। তসেংবদি "পোইরৈতোন" হায়বসি "পাখংবা", "পাম্হৈবী" হায়বগুম্না মিংথোলনি (Title)। পোইরৈতোনগী মমিং তোঙান তোঙানবা লৈ। খুদম ওইনা "সেনখৈরেল", "তাংখোং" নত্রগা "তাংখোংতেক" নত্রগা "অখোংতেক"। লুৱাং সলাইগী পুকোক পোইরৈতোনগী মমিং সেনখৈরেননি।[৯] ময়াম্বগী মমিংনা "থৱারেন" নি। সেনখৈরেন পোইরৈতোননা লৈমা লৈনাউতাবী পান্নদুনা তবুং সিংমিংনবা (সিংদবুং) পোকই। তবুং সিংমিংনবনা সন্দোং পুনেম্বা চনু পান্নদুনা অরোংগা, পমিংনবগা অনি পোকই। অরোংনা খুমন ওইখ্রে, পামিংনবনা লুৱাং ওইহৌরে।

''লৈথক লৈখারোন'' দা লুৱাংগী পুকোক পোইরৈতোননা খুন থোকলকপগী মতাংদা অসুম্না পল্লি — "পোইরৈতোনসুং খুন থোক্লককয়ে। থাদি ইঙেন থানে, মমিংদি সেনখৈরেননে। পিরিৎ পিখোমনুনা কুপতরেং। লাইসু চনুনা লাইরেন তাংসাংবা। চীংউরৈমা অকপ-অনা খুন থোকলকএ, মৈতৈ লৈমা লৈনাওতাবীনা থোকমিন্নরকএ, তাপুং সিংমিংনবা পোকএ। পামিংনবনা পুনসিবা"।

''ক্রাথোঙ লমলেন'' অমসুং "লৈথক লৈখারোন" দা পুকোক তিন্নদবা পোইরৈতোন অহুমগী মৈহৌবরোল পী। মণিপুর ইতিহাসকী তোঙান তোঙানবা মতমদা মসক মমিং মান্নদবা পোইরৈতোন অনি খুন থোকলকখি। হায়রিবা খুম্হোক অনি অসিগী খেন্নবা মখাদা পীজরি।

(১) পোইরৈতোন খুম্হোক অমনা মী অয়াম্বনা খঙনরিবা "পোইরৈতোন খুম্হোকপা" কৌবা পুৱাগী পোইরৈতোন অসিনি। মসিগী পোইরৈতোন

---

*৮। খুনগী মীওইদগী লৌবা source*

*৯। ভাগ্য য়েংখোয়বা-লৈথখ লৈখারোল, লা: ৮১,৮৩।*

অসিদগী লুৱাং সলাই চৎথরক্কদৌরিবনি। মমিংদি সেনখৈরেন কৌই হায়না মথক্তা হায়গ্রে। মহাক্লা খুন থোকলকপদা হিংনা অমদি মুন্না চাবা য়াবা পোৎলম চামা চামনা খুজিং ওইনা তোঙান তোঙানবা সিনফম পায়বা নুপী নিপা, খুৎসু খুৎলাই কয়া য়াওনা মতৈমা লৈমা লৈনাউতাবীগা লোয়নদুনা করম্বা মফমদা সিরোই নারোইদবা মফম লৈবগে হায়বা থিবা থোকলকপনি। মমৈথংদা সিদ-নাদবা মফম থিবা ফংলকত্রবদা লমদেংদা খুন্দাদুনা লুৱাং সলাই চৎথরকই।

(২) অতোপ্পা পোইরৈতোন খুম্ভোক অমনা লৈনুং থোঙঙারেলগী মনাওনিপা চিঙখোঙ পোইরৈতোন খোংফাং অতোনবনি। মমিংনা "তাংখোংতেক" কৌই (অতৈ লাইরিকসিংদা "তাংখোং" নত্রগা "অখোংতেক" নচিংবসু হায়) মহাক্লা খুন থোকলকপদি নিংথৌ ওইগে হায়বগীদমক নিংথৌ পোৎলোয়, খাউ-য়াই, খোঙমী লান্মী, খুৎসু-খুৎলাই কয়াগা মতৈমা লৈমা লৈনাউতাবী লোয়না খুন থোকলকপনি। মৈতৈ লৈমা লাইস্নাগী মবুংনি। মহাক্লা খুন থোকলকপদা লমখাংদা পাখংবনা মপোৎ মচৈ লোইনা খোমখি। পাখংবগা লান সোকনবদা মায়থিদুনা থৱায় মাঙগদৌরবদা পাখংবদা চঙজদুনা মথৱায় কনবিখি। মচননুপী লাইস্না কৎতুনা পাখংবগী মমাই ওইদুনা অনিশুবা নিংথৌগুম পানখি। চৈরাপ[ii] কুচু[iii] ফমদুনা অসৈবা লোয়সঙ[iv] লিংদুনা পানখি। মঙোন্দগী লুৱাং সলাই চৎথরকখিবগী খুদম ফংদে। খুম্ভোক অসিবু খুৎই লাইরিকসিং "ক্রাথোঙ লমলেন", "পাখংবা নোঙ্গারোল", "লৈসেমলোন অরিবা", "লৈসেমলোন সকোক", "চেকখোঙ", "সলাই ৭ কী খুনগুমলোন" নচিংবা লাইরিক কয়া অসিনা লীখুন পী।

পোইরৈতোন অনিগী থেন্নবা — (১) লুৱাং সলাইগী পুকোক ওইরিবা "পোইরৈতোন খুম্ভোকপা" পুৱাগী পোইরৈতোনদি মমিং সেনখৈরেন কৌই, ময়াম্বগী মমিং থৱারেল নত্রগা থৱাইরেল কৌই। মহাক্লা খুন থোক্লকপগী মরমদি তাইবঙপানবা অসিদা সিদবা-নাদবা করমবা মফম লৈবগে হায়বা থিবা থোকলকপনি। মাগী খুম্ভোক অসি লম্মিৎলোন ওইনা তৌই। মণিপুরগী লম কয়াগী মমিং থোল্লম্মী। মৈতৈ থা ১২ গী মনুংদা কালেন, ইঙা, ইঙেন, লাংবন হায়বা থা মরি অসি খুম্ভোক

অসিগা মরি লৈননা থোনখিবনি। মমৈথংদা সিদ-নাদবা মফম খিবা ফংলক্লবদা লমদেংদা খুন্দাদুনা তবুং সিংমিংনবা পোক্নুনা লুব্রাং, খুমন সলাইসিং চংথরকই।

(২) অতোপ্পা খুম্বেক অমগী পোইরৈতোনদি মমিং "তাংখোংতেক" কোই। ময়াম্বগী মমিংনা খোঙঙারেল, মৈতৈ লৈমা লাইস্নাগী মবুংনি। মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবনা লৌদুনা মৈতৈলৈমা ওইখি। মহাক্না খুন থোক্নকপগী মরমদি নিংথৌ ওইরুনবগীদমক নিংথৌ পোৎলোয়, খুৎসু খুৎলাই, খাউ-য়াই অমদি মতৈমা লৈনাউতাবীগা লোয়ননা খুন থোকললকপনি। পাখংবনা লমখাংদা মপোৎ মচৈ লোইনা মুনখিদুনা লান্দা মায়থিরবদা মচননুপী লাইস্না কৎতুনা নোংদা লাইরেন পাখংবগী মবাই ওইখি। পাখংবগী মবাই ওইনা অনিসুবা নিংথৌ ওইনা চৈরাপ কুচু ফমদুনা, অসৈবা লোয়সঙ লিংদুনা নুংঙাইনা পানখি। মসিগী পোইরৈতোন অসিগা লুব্রাং সলাই হৌরকপগা মরি লৈনবা উদে।

## লুব্রাংগী মৈহৌবরোল

চিনফুরোল লৈচিক ঙানবীনা নোংদমলেন অখুবা। লৈথমলেন চনুনা নোংদমলেন অহনবা। চিনফু লৈমনা কুরুমলেন মৈনাইদবা। হাইনুরৈমনা কুরুমলেন মৈনাইবা। লৈফূরেল চনুনা পোংথাং। লৈনুংঙানবীনা পোংহল। পিসিননুনা হৈরোংলেন লোঙজুমবা। পিসিনখোমবীনা নিংথৌ হৈরোংঙাং। পিয়াইনুনা থব্রারেনগা পোইরৈতোনগা ২ মা পোকএ। লৈনাউতাবীনা সিংদবুং। সনথোং পুনেম্বা চনুনা পামিংনবা। হুইমুলৈমনা লুব্রাং খুনথিবা। কৌবরোল নামোইনুনা লুব্রাং পুনসিবা। মতুদি ৯ নে। পেনা মাপনদি :—

১। ইরেম নাউসংখুন অরামবম, অসাংবম, তিনবিজম, লৈরোংবম, অবুজম, য়াউরৈ, খুমকাম, থমংজম অসি পোকএ।V

২। তাইতললৈমা মোইনু চনুনা ব্রাকোংথেম পোকএ।

৩। চীংনুং হাওবা চনুনা লুমচেং অহনবা পোকএ, খুনজান ওইখিএ। লোকহননা কমবোং লোকহন ওইখিএ। লোকখুনা কমবোং লোকখু ওইখিএ। মচা অহম অসি পোকএ।

৪। হাওকুলৈমা লমতংনিংথৌ চনুনা লানথৌ লানচামবা পোকএ। লানথৌ লানচামবনা মতু হৈরেম কাংহৈনু, খিংখিং কাংহৈনুগা ২ মনে।

৫। ঙানুরোল থোংঙাইবা চনুনা লুংবগা নুংথোংঙাইগা ২ মা পোকএ। লুংবনা খুমন সলাই মকোক ওইখিএ। নুংথোংঙাইনা সলাম, নাউজোম, হিজম লংমাইচীংদা তোংবগী সাগৈ ওইখিএ।

৬। হাওসিয়াং পুয়াংবা চনুদি মচা পোকতে, লিকলাবিচা নোংতংনুবু মচা ওইনা য়োকচৈ। খোইদোমগা মান্দোমগা অনি পোকএ। খোইদোমনা লুৱাং ফান্তেক অদুগা মান্দোমনা লেরা খোংনাং ওইখি।

৭। খুয়াইচেনবী নাউথোংকাইবীনা থৌনাউজম পোকএ। লুৱাং ইংঙেলচীং তোংবা ওইখি।

৮। ইরেম খোঙলৈসাংবীনা ফেরৌজম সলাই ওইখিএ। ফেরৌজম থিয়ামদগী খাইখিএ। থিয়াম মোইরামবা মায়মনে।

৯। খয়োয়রোন ঙানুথুম্বীনা সেনবা মিমাবা পোকএ। খুমনগী নিংথৌ ওইখি। সেনবগী ঈদি খমখ্রে। মরিং ওনখ্রে।

## লুৱাং সলাইগী নিংথৌরোল

১। **পোইরৈতোন** — পোইরৈতোনগী মতাংদি মথক্তা নৈনখ্রে। ভসেংবদি পোইরৈতোন নিংথৌ অমা ওইবগী থাক্তা কাখিদে চুম্নগী সাগৈগী পিবা অমগী থাক্তগী হেনখিদবা মীসকনি।

২। **সিংদবুং** — পোইরৈতোন অমদি লৈনাউতাবীনা পোকপনি। মহাক্কী মপুঙ ফাবা মমিংদি সিঙভুৎ সিংদবুং তবুং সিংমিংনবা কৌই। সম্মা সিংদবুং হায়না খঙনৈ। মহাক্কী অতোপ্পা মমিং অমনা নিংঙোল সিহনবসু কৌই। মহাকসু মপা পোইরৈতোনগুম নিংথৌ অমগী থাক্তা কাবা ঙমখিদে।

৩। **নুংবাং পামিংনবা** — সিংদবুংনা সম্বেঙ পুরুম্বা চনু পান্নদুনা পোকপনি। পামিংনবসু সাগৈগী পিবা অমগী হেম্বা ঙমখিদে।

৪। লুন্নাং খুম্থিবা — নুংবান পামিংনবনা হুইমুরৈমা পান্নদুনা পোকপনি। মাগী অতোপ্পা মমিং অমনা নুংবান পোম্বী লুন্নাউবসু কৌই। খুন থি হায়বগী খুম্থিবা কৌখিবগী ব্রাফম লৈ। লুন্নাং সলাইগী নিংথৌ অমগী থাক্তা কখিবদি মহাক্না হান্ন্রি হায়না অখণ্ড অহৈসিংনা মত পীনি। মহাক লুন্নাং মকুবি চীং, লুন্নাংচীং [VI] হায়নসু খণ্ডনবা মফমদা লুন্নাংগী কোনুং সেমদুনা নিংথৌ ওইরম্বনি হায়না অখণ্ড অহৈসিংনা মত পীনৈ। মহাকসু হোঙনেম মিংথোল লৌদুনা হোঙনেম লুন্নাং খুম্থিবা হায়না লাইরিকসিংদা থেংনখিবা লৈ।

৫। লুন্নাং নিংথৌ পুন্সিবা — লুন্নাং সলাইগী খ্বাইদগী মতিক মণ্ডর চাউনা পানখিবা নিংথৌনি। লুন্নাং খুম্থিবনা কৌবা অঙাঙঙাগী মচানুপী কৌবরোল নামোইনু পান্নদুনা পোকপনি। মহাক্না লুন্নাংচীংদা অহোঙ কুম্মে (হোঙনেম্বা) তৌথি হায়দুনা হোঙনেম মিংথোল লৌথি। পুন্সি চহি সাংনা পুন্সিরম্মী হায়বগী ব্রাফম লাইরিক কয়াদা থেংনবা ফংই। লাইচন কৌবা ইরোম অমুবীনা ফোংবা লাইরিক্তা মহাক্কী মমিং মিত্রোং কোই, চহিনা ৫৬০ নি হায়না ই। মহাক্কী পুন্সি চহি সাংনা পুন্সিববু "চারোন তরুক তানফংবা, সুরোন তরুক নেমচনবা, পাখং কুমচিং লোনখোঙ তরুক নেমচিনবা, নূরা কুমচিং লোনখোঙ তরুক নেমচিংব" হায়না সৈথানৈ।[১০] মহাক্না সূরোলড পুন্সিখি হায়বসি প্রমান তৌবা য়াবনা মহাক্কী নুপী অতোম্বী খয়োয়রোল ঙানুথুম্বী, খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সি য়ুমোইবগী মচা নুপীনি। লুন্নাং নিংথৌ পুন্সিবগী মচানিপা লুংবদগী চংথরকপা ৬ শুবা সুথাঙনি।

লুন্নাং নিংথৌ পুন্সিবা সা-লানগী মহৈ, লাইনিঙ কাঙলোন, পুন্সিরোল অমদি লৈঙাকলোনগী মরমদা নিঙথিনা খণ্ডখিবা মীসক অমনি। মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা মৈতৈ নিংথৌ ওইদ্রিঙৈদা খুমন্দগী কারকল্লগা লুন্নাং নিংথৌ পুন্সিবগী মফমদগী মহৈ কয়া তমহৌই। মদুনা নিংথৌ ওইরবা মতমদা ইংনা মরা তপ্পা চহি সাংনা পানবা ঙমথি। অরিবা লাইরিক কয়াদা মাগী মমিং তোয়না থেংনবা ফংই। নোংদা লাইরেল পাখংবগী লাইবুংথৌ মাপনগী মনুঙদা লুন্নাং নিংথৌ পুন্সিবগী মমিং য়াওই। হিজিং হিরাউ কৌবা পুয়াদা মহাক্না কৌবা কৌনু চীংদগী উজাউ উরেল য়াল্লগা

---

১০। নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা — এন. খেলচন্দ্র।

হিয়াঙ হিরেল সাবা হৌদোক্কুনা, লুরাংই তুরেলদা হি লমজেল তান্নবা হৌদোক্কুনা হিয়াঙ কুম্মে তৌখিবগী রাফম পল্লি। নাউথিংখোং ফম্বাল কাবগী মতুংইন্না নাউথিংখোংনা ফম্বান কাদ্রিন্ডৈ মৈদিংঙু উরা কোম্ব্রৌবগী পুন্সি লোইরমদাইফাওবা হিংলম্মী।

৬। **পানা** — লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী মতুংদা পানানা লুরাং সলাইগী নিংথৌ ওইখি। লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী অনিসুবা মসুনিপা লুমসিননা কোম্ব্রৌবা চনু পান্নদুনা পোকপনি।

৭। **লাইনিংথৌবা** -- পানাগী মথংদা লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী নুপী ইরেম খোঙলৈসাংবীগী মসু সৃথাঙ মরিসুবা লাইনিংথৌবনা লুরাং সলাইগী নিংথৌ ওইখি।

৮। **চিঙজরোই থাবনবা** — লাইনিংথৌবগী মথংদা লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী নুপী য়ুসিললৈমা হাউবা চনুগী মসু সরোল নিপানসুবা চিঙজরোই থাবনবনা লুরাং সলাইগী নিংথৌ ওইখি।

৯। **নিংথৌ কুরাউবা** -- চিঙজরোই থাবনবগী মথংদা নিংথৌ কুরাউবনা লুরাং সলাইগী নিংথৌ ওইখি। লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী নুপী হাউসিয়াং পুয়াংবা চনুনা মচা ওইনা য়োকচনী লিকলাইবিচা নোংতংনুগী মচা মান্দোম্মদগী চংথরকপা সৃথাঙনি। লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী ১০ সুবা মথাঙনি। নিংথৌ অসিগী মতুংদগীদি লুরাং সলাই মৈতৈ নিংথৌগী মখাদা অচন্না সলাই অমা তিনসিন্দুনা লৈখ্রে।

## লংমাইজিং (নোংমাইজিং) তোংবা লুরাং

লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী নুপী ঙানুরোল থোঙঙাইবা চনুনা লুংবগা নুংথোংঙাইগা অনি পোকই। ঙানুরোল থোঙঙাইবা চনুবু অরোংগী মচা তুমহাবনা অমুক লৌখি। লুংবগা নুংথোংঙাইগা মমানা চেন্দুনা চংখিবদগী তুমহাবনা য়োকখি। তুমহাবদি মচা পোক্তবনা লুংবদা খুমন সলাইগী নিংথৌ খুভম সিন্নরম্মী। লুংবনা খুমন সলাইগী মকোক ওইদুনা খুমন সলাইগী নিংথৌসিং চংথরকপনি। নুংথোঙাইদি লুরাং ওইনা অদুম লৈখি। অঙোম

নিংথৌ পুরেরোম্বগী লমদা লৈদুনা, তরং চীংগী খুভম লাৎপগী মতাংদা মুক্সরকপগী মতাংদ অমা নুংথোংঙাইগী মচা লুব্রাং লংমাইবগা লৈনখি। মদুনা মরম ওইদুনা লংমাইবগী সৃথাও ৩ সুবা পুরেং নুমানবনা অঙোমগী মথক্তা লান হৌরুবদগী লৈবা য়াদদুনা ফুনান চীংদা খুন হোংখি। মতুংদা খুমননা অমুক তানথাইরকপদগী ফুনান নিংথৌ তেলহৈবগী মচা নুংকাংবনা কংলৈগী লমদা খুন হোংথরক্তুনা খুরাই খুনদোম্দা খুন্দাদুনা লৈখি।[১১]

## লুব্রাং ইংঙেনচীং তোংবা

লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবগী নুপী খুৎয়াই চেনবীগী মচা লুব্রাং ব্রায়বা লানতমবগী চাদা নাউদানা ইংঙেনচীংদা মখোয়গী লম ওইদুনা খুন্দাদুনা লৈখি।

ইংঙেনচীং তোংবা লুব্রাংগী নিংথৌরোল — লুব্রাং ব্রায়বা লানদম্বা, ব্রায়বা চাউপ্রি সোয়সেমবা, তপতেবা, লোইনাই য়াউগা তানবা, তপতাইবা, খমকোইবা, খুমুল মথোকপা।

## লুব্রাং ফান্তেক

লিকলাবিচা নোংতংনুগী মচা খোইদোমদগী চৎথরকপা চাদা নাউদানা খুরোই অমদি লানলোইগী মপু ওইদুনা লম্মাংদোংদা কোনুং সেমদুনা লুব্রাং ফান্তেক হায়না খঙনদুনা পানখি।

নিংথৌরোল — খোইদোম, ফান, পুমিংনবা, তরুং, কাইমু, মফৌ মীংথোনবা, সোক্লাইবা।

নিংথৌসিং অসিগী মনুঙদা খ্বাইদগী মতিক মগুন চাউনা পানখিবা নিংথৌদি লুব্রাং ফান্তেক সোক্লাইবনি। মহাক্লা খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোগ্রাইবগী মচা নুপী খয়োয়রোন হাওরৈমা সাফাবীবু লোই। ফান্তেক সোক্লাইবনা মকু খুমন নিংথৌগী মতিক মগুন চাউবা, মমিং চৎপবু

---

১১। থিরেল মৈরম লীবা — এন. ইবোচৌবা।

কল্লক্তুনা চাক কৌরগা হাৎনবা সরৌ সিনখি। খুমন নিংথৌনা মচানুপীগী ইঙ্গিতভগী হৈনা সিংনা নাম্লোকখি। মতুংদা খুমন হুপ্পা লান তারক্তুনা ফান্তেক্কী কোনুং চাইখাইখি। মদুদগী হৌনা লমমাংদোংদা লুৱাং ফান্তেক্কী খুভম মুৎথ্রে।

## লেরা খোংনাং

লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী নুপী হাউসিয়াং পুয়াংবা চন্নুনা য়োকচবী লিকলাবিচা নোংতংনুনা পোকপা মচা মান্দোমগী চাদা নাউদানা লেরা খোংনাং ওইখি।

**নিংথৌরোল** — মান্দোম, থমপোং, লেরা, খোংনাং। মখোয় অসিনা নুংসাং খোংনাংনি। মথংদা লমপুইনা কাসোম ওইখি। মথংদা কোনখু, ৱাসা, চাঙান, সনহোংবা, মথংদা লুৱাং সলাইগী নিংথৌ ওইখিবা নিংথৌ কুন্নাউবা।

**লিকলাবিচা নোংতংনু** — লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী নুপী হাউসিয়াং পুয়াংবা চন্নুনা মচা ওইনা য়োকচদুনা খোইদোম, মান্দোম পোকখিবা লিকলাবিচা নোংতংনুগী মতাংদা খজিক্তং হাপহৌবা অসি paper অসিদা শরা মরিক চূম্বা হেনগদ্রা খঞ্জে। লিকলাবিচা কনাগী মচানো হায়বগী মতাঙদা "থিরেল মৈরম লীবা" পুয়ানা পাউরৌ ওইনা লীখুন পী।

পাম্লোইবীনা খাবগী [১।।] ময়ুমদগী নোংচুপলম নোংপোকপু থিরকপদা লুৱাং পুন্সিবগী সোরদা লোৎলম্মী। মতাং অদু থিরেল মৈরম লীবদা অসুমনা পী — "পাম্লোইবীবু নোংচুপ লমদগী নোংপোক্লা পুরকপদা লুৱাং পুন্সিবগী সোর, লাগী লাথূপতা পাম্লোইবীনা লোৎলমএ। অদুগা নাকাদা নোংপোক্লা উনদুনা লংমাইচীংদা কামিল্লখিরে। পাম্লোইবীনা থূপলম্বা লাথূপ অদুদগী মঙান চাউনা মসক ওম্লোকপা ওইদুনা লৈরে। লুৱাং পুন্সিবগী থৌজান অনোনবনা লৈমা নিঙথিবীবু ওইরক্রে। লাইরৈমা অদুবু লুৱাং লংমাইবনা য়োক্রদুনা খঙহন উহন্দনা লৈরবদা পুরৈরোম্বনা লাক্তুনা মচা নিপা অনি পোক্রে।"

পীরিবা পাউরৌ অসি কৃপ্পা নৈনদুনা থিজিল্লবদি মণিপুরগী অঙনবা

মতমগী ইতিহাসতা চয়েংনবা লৈরিবসিগী লংলা লংজিন খরদি পুথোকপ ঙমগদ্র খঙ্গে।

## হৈরেম খুঞ্জাল –

লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা য়ুসিন লৈমা চীংনুং হাউবা চন্ পান্নদুনা পোকপা মচা লুমজেং অহনবগী চাদা নাউদানা হৈরেম খুঞ্জাল ওইখি হৈরেম খুঞ্জালগী মপুঙ ওইবা লমদি ককচীং অমদি মসিগী অকোয়বদ লৈবা লমসিংনি। কাঙলুপ অসি মরিংজেল মথৌনা লৈবা, লান্দা হৈ সিংবা কাঙলুপনি। খুমননা লাকসিনবা ঙমদ্রবদা মৈতৈ নিংথৌ নেত্রুন মায়থিবা পীখি লোয়ননা মৈতৈ নিংথৌগী লমখৈ মনুঙ চনসিনখি।

**নিংথৌরোল** — লুমজেং অহনবা, লুমজিন, পানা, পনসারেং, ভৌরেং লাম্থানা, লাইরুবা, লেম্না নিংথৌ চীংজরোই থাবনবা, কম্নো বায়াবা, কমবোং অমুকোই, হয়িং খোইয়া অথৌবা।

## লুরাং সেনবা মিমাবা –

লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সি য়ুমোইবগী মচানুপী খয়োয়রোন ঙানুথুম্বী লৌদুনা লুরাং সেনবা মিমাবা পোকই। সেনবা মিমাবা পোকপগী মতাংদা ''লুরাং সেনবা মিমাবা'' কৌবা পুয়া অমা তোপ্পা লৈ। সেনবা মিমাবনা পীক্রিডৈ, য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদা লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগা, সেনবা মিমাবগী মমা ঙানুথুম্বীগা মতৈ মনাও নিঙাই সাংদানবদগী কায়নখি। ঙানুথুম্বীনা পীক্রিবা সেনবা মিমাববু চেন্দুনা মপাম খুমন মরানয়াইদা চংখি। সেনবা মিমাবনা খুমন লমদা চাউরকলবা কান্দা খুমন নিংথৌবু তাম্থোক্তুনা নিংথৌ ওইখি। সেনবা মিমাবনা সিরবা তুংদা পুন্সি য়ুমোইবগী মচা য়োইথোংঙাইনা লান হৌরক্তুনা খুমনগী নিংথৌ খুভম অমুক হঞ্জিনখি। সেনবা মিমাবগী মচা অহুম, অহল লাইকুদি লৈতাংদা চেন্দুনা লৈখি। য়াইমা লাইখানা উচিব্রাদা চেন্দুনা লৈখি। অতোনবা লাইফাদি মরিংদা চেনখিদুনা মরিং ওইখি।

## লৈঙাকলোনগী সক্তম –

লুরাং সলাইনা মনিঙ মখা তম্না পাল্লম্বা মতম অদুগী সৃপনা য়েংবদা কাঙলুপ অসি লৈঙাক কাঙলোন খঙবা কাঙলুপনি হায়বসি ইরায় লায়না

খঙবা ঙম্মী। লুরাংগী ইতিহাসতা অতোপ্পা কাঙলুপ অমতগা মুকনবা, লাম্থেংনবগী থৌদোক থেংনবা ফংদে হায়বা য়াই। মপাল লমগী থৌসিল হৈ হায়বসি লায়না খঙবা ঙমমি। মদুদি মপাঙ্গল লৈবা কংলৈ নিংথৌগা হেন্না নকসিন্নবা, অচেৎপা, অফবা মরী থমদুনা মসাগী মনিঙ মখা তন্বা ঙাকনবা হোৎনরকপা কাঙলুপনি। অতোপ্পা সলাইসিংগসু চারৌ মৌরৌনদুনা নকনবা মরী থমনবা হোৎনখিবগী চাউরবা খুদম ফংই। লানমীগী অকনবা সক্তি সাগৎলুদ্রবসু মথৌনা মরিংজেন, লৌসিংগী মতেঙনা অতোপ্পা কাঙলুপনা লাকসিনবা ঙমখিদে। অঙনবা মতমদগীনা কংলৈ নিংথৌগী মখাদা লৈখিবগী সাংলবা মতম অদু মীখা পোন্দনা লৈরম্বা অদুনা লৈঙাকলোন খঙবা অমদি হৈ হায়বগী ময়েক লারবা খুদমনি।

## সেন-থুম, পোৎথোক চাথোক

মপুঙ ওইনা য়েংবদা কাঙলুপ অসিগী সেম্থোক লম্বী অমদি পোৎথোক চাথোক্কী মতাংদা, লৌউ-সিংউবা, সা-সন লোইবা, সিঙ-য়েন চনবা, ঙা-চাক ফাবা, ফিসা-লোনসা হায়রিবসিং অসিনা মপুঙ ওইবা সেনথোক লম্বী অমদি হিংনবা উপাই ওইনরম্বগী খুদম ফংই। মসাগী থোকচবা পোৎথোক-চাথোকনা অতোপ্পগী মীপাল তাংদনা মনিঙ মখা তমনা, ইং তপ্পা, নুংঙাই-য়াইফবা পুন্সি মরেলদা লেনলম্বা কাঙলুপনি হায়বগী প্রমান ফংই।

## খুন্নাইগী চৎনরোল অমদি সক্তম

লুরাং সলাই চাওখৎপা, লৈবাক মচা তাবা, মসা নানবা, কেবা মৌবা হৈবা কাঙলুপনি। পোইরৈতোন খুম্থোকপা পুয়া পাবদা কাঙলুপ অসিগী মীওইসিং অসিগী চৎন লোনচৎ, খুন্নাইগী থাক খঙবা ঙমই। অরু অহেন, সেমবা সাবা হৈবনা মরম ওইদুনা লুরাংনা পুরম্বা থৌ অরু য়সেং, অফেং অনান, নিঙথি নুংঙাইবা, লুরি হেল্লিবগী থৌ খিবিক পুদুনা লাকই। য়ুমবাল, কৈবাল লু-নানবা, হরাউ কুম্মে পাম্বা, সান্ন-খোৎনবা, অনৌবা পোৎ পুথোকপগী লৌসিং লৈবা কাঙলুপনি হায়বদা থোইনা হায়মনবা থোকলোই খল্লি। মৌ থিবা মতমদা হায়ন সীংনবা, লুহোং-খোংদোংবা, হৈজিং খারায় পুবা, অসি - অনাগী থৌদোক্তা মথৌ মঙম নিঙথিনা মওঙ মরিন নাইনা পাঙথোখপা কাঙবুনি।

## ৱারোইসিন

মণিপুরগী ইতিহাসকী অঙনবা মতমদগী ঙসিফাওবা চৎথরকলিবা খুন্নাইগী সাজৎ লীচৎ, ইনাৎ, হরাউ কুম্মৈ, চৎনবি কয়াদা লুৱাং হায়বা কাঙলুপ অসিগী চৎনবী হৈনবী কয়াগী মমিসু তাগ্রবনি। মণিপুর ইতিহাসকী পরিং সাগৎপদা কাঙলুপ অসিগীসু মফম অমা চাউনা কনফম থোকই।

**পেপর অসি সেমগৎপদা মতেঙ লৌথিবা লাইরিকসিং :**

১। লৈথক লৈখারোন — ডাঃ শ্রী ভাগ্য য়েংখোয়বা।
২। লৈহৌ নাউফমলোল — শ্রী ইরোম অমুবী সিংহ।
৩। মৈহৌবরোন শলাই শকোক পুয়া — শ্রী হিজম মনি সিংহ।
৪। মৈহৌবরোল পুকোক — ইরোম অমুবী সিংহ।
৫। মীতৈ য়েক সলাই — লাই তোম্বা (অফোঙবা)
৬। মৈতৈ খৌনি লীচৎ — ইরোম অমুবী সিংহ।
৭। থিরেন মৈরম লীবা — এন, ইমোচৌবা।
৮। সলাই ৭ কী খুনকুমলোল — MSS
৯। সলাই সকোক — MSS
১০। সলাই ৭ কী ৱমংলাই ৯ থোকলকপা — MSS
১১। সলাই ৭ পোকপা — MSS
১২। পাখংবা নোঙ্গারোল — নোংথোনবমচা অঙৌ।
১৩। লুৱাংলোন — MSS
১৪। খাগেম্বা য়ুমলেপ — MSS
১৫। শাগৈ শলাইরোল — মণিপুর ষ্টেট কলা অ্যাক্যাডেমি।
১৬। অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস — এন. খেলচন্দ্র সিংহ।
১৭। শাকোক লমলেন অহানবা — খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ।
১৮। ক্রাথোঙ লমলেল — MSS
১৯। খুমন কংলৈরোন — শ্রী খেলচন্দ্র সিংহ।

২০। পোইরৈতোন খুন্থোক — মোইরাংথেম চনদ্রসিংহ।
২১। ব্রাকোকলোন থিলেল
সলাই অমাইলোন পুকোক — থোকচোম থৌকাচনপা মীতৈ।
২২। History of Manipour
Vol-I — Gangmumei Kabui
২৩। থাঙমৈরোল — MSS
২৪। নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা — শ্রী খেলচন্দ্র সিংহ।
২৫। থারোন — এন. ইবোচৌবা।
২৬। A History of Manipur — R.K. Jhaljit
২৭। নোংস্রং — ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র।
২৮। মাইবগী লাই হরাউবা
লাইসোল — শ্রী ঙারিয়াম্বম কেরানি সিংহ।
২৯। শাগে শলাইরোল (Chart) — মণিপুর ষ্টেট কলা অ্যাক্যাডেমি।
৩০। চোথে থাঙব্রায় পাখংবা অমসুং
নুংপান পোম্পী লুব্রাউপা — M.S.K.A.
৩১। খোংচোমনুপী নোংকারোল — মোইরাংথেম নরেন্দ্র।
৩২। চৈথারোল কুম্বাবা — লাইরেল্লাকপম ইবুংঙোহল,
নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র
৩৩। লৈসেমলোন অরিবা — চোংথামচা ঙানবা
৩৪। পান্থোইবী খোঙ্গুল — মোইরাংথেম চন্দ্রসিং
৩৫। লৈসেমলোন শকোক — ভূতেশ্বর
৩৬। যুম্বীরেল — MSS

## রিবিউরররগী নোট্

I. য়ুম্লাক তারকপা, অমসুং য়ুম্লাক খায়দোক্লকপা।

II এন: খেলচন্দ্রসিংহ; ফমলোন (১৯৮৯) : লা: ৬

III চৈ: কু: (৯৮৯) : লা: ৩৮ "কুচু", মৈদিংঙু খাগেম্ব (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) গী মতম শক ১৫৫৩ (খৃ: ১৬৩১) গী মমাঙগী অদুব্রাইদা লিংখৎখিবা ওইনা তৌই।

IV. I ) মথক্কীসিদা : লা: ৯০ ১সুং II ) এন: খেলচন্দ্র : ম: লাইরিক লা: ৬

অসৈবা লোয়শঙ — মৈদিংঙু গারিবনিব্রাজগী মতম, শক ১৬৫১ (খৃ: ১৭২৯) দা লিংখৎখি।

V. I ) নোংচুপ হারম, II) নোংচুপ হারমলোন অমসুং III) ময়াঙ্খোওলোন্দা য়ুম্মাকশিং তেখাওদগী খুনহোংলকপা নোংচুপহারমচা ওইনা পীরি।

VI. লাঙ্গোলচীঙগী চীঙশানা শন্দোক্রিবা ঈরোইশেমবগী চীঙগী নোংচুপ থংবা চীঙশা নাপোম, লৈমচীঙগী মনাক অদুরাইগী চীঙশিং অদুব্রাইদুবুনি।

VIII খাবা শোকচোম্বা অমসুং মনু তেকঅ (হুইদ্রোন পোকপী) গনা পোকপা খাবা তরং খোইনুচা॥ মহাক্না পাম্থোইবিবু লুহোংদুনা লৌই।

# লুৱাং নিংথৌ অমসুং খুমন্ নিংথৌ অনিগী লৈনরম্বা মরীশিং

বি: কুলচন্দ্র শর্ম্ম
ব্রহ্মপুর থাঙ্গাপাৎ মপাল
ইম্ফাল্ - ৭৯৫০০১, মণিপুর।

## ৱাহৌদোক্

লুৱাং অমসুং খুমন, মৈত্রবাক্কী পাৱারী পুৱারীগী থায়নচৈগী মতমদা মশা মশাগী নিংথৌ পাঞ্জরম্বা, মরৈপাক্-মরমদম্ লৈজরম্বা অমসুং খুম্নাই খুন্‌বান লিংজরম্বা য়েক্-অমমম্নি। হৌরক-শাৎলকপগী মরম লেম্ফু তিন্নজরবসু য়েক্ অনিসি অদুক য়াম্না নক্‌শিন্নদবগী মওংদা উবা ফংই। মখোয় অনিসি মখোয়গী য়েক/শল্লাইগী মমিং অনিসিনা খঙনদ্রিবৈদা "নুংপান/নুংবান (ময়াম্নদা নোংৱান), অমসুং নোংয়াঙ্গ/খয়োঙ্গ[১] (খর থেংথরক্লগা অতোন/অদোন) হায়না মথং শিংনা খঙনরম্মী। "লুৱাং" কৌখিবগী মরমদা পাবিরম্বদি —

"... লা[১] অৱাংবদা পুন্সি হায়হে শকনা হোঙনেম্ - এ হায়বগীবু হোঙনেম্ লাৱাং নিংথৌ পুন্সিবা ... তৌনা কৌএ।"

অসিনি। লাৱাংদগী লুৱাং লাক্‌পগী ৱাফম ওইনা লৈ। অদুবু "খুমন" খোনখিবগী মতাংদদি লাইগী— তীনগী নত্রগা লাইওই-তীনওইবগী ৱারোলমক্ থম্বীরম্বগুম তৌই।

---

১। *পেল্লোন্ তেংথা খুৎই, লা: ১*
*খয়োঙ্গরোল হায়রগা খুমন য়েক্ ওইবী নিংঙোল/নুপীবু খঙনরিবসি তাক্লিবদি নোংবাল্লোন্না অঙোম য়েক ওইবী খঙনবনা নোংবানন্না অঙোম খঙনবগুম মখোইনা খুমন খঙনবনি।*

২। *ক) খুমন নিংথৌরোল লম্বুবা, খুৎই, লা: ৪*
*খ) খুমন কংলৈবোন্, খুৎই।*
*গ) ব্রহ্মচারিময়ুম কুলচন্দ্র: খুমন নিংথৌরোল লম্বুবা (ইম্ফাল, ১৯৮৯): লা: ৬।*

য়েক্ অনিসিনা নিংথৌ পানবা য়েক/শল্লাই অমসুং লৈপাক ওইরিঙৈগী শন্নপ্পা ব্রারোল্ খরদি মখাগীসিনি —

## লুব্রাং লৈপাক অমসুং নিংথৌরোল –

লুব্রাং য়েক্কী নিংথৌ পান্‌বা লৈপাকসি অহুম শুই। মথোয়দুগী তোংঙান তোংঙান্‌বা লমখৈ অমসুং নিংথৌরোল লৈ। নাওদা য়েক (সবক্রান) কী কনাগুম্বা নিংথৌনা অপুনবা য়েক্কী নিংথৌ ওইবস্ য়াওখি।[II] য়ুমলেন য়েক অমসুং নাওদা য়েক অনিগী লৈপাক অমসুং নিংথৌরোলদি —

## লুব্রাং য়ুমলেন লৈপাক

লৈপাকসি অব্রাংদা কৌব্রুচিঙনা কোনবা লমদম্, নোংপোক্তা ইম্ফাল তুরেল, খাদা মৈতৈ লৈপাক অমসুং নোংচুপলোমদা কাংচুপ চীঙ্ অমসুং হৌজিক্কী ওইনাম কৈনৌ ফাওবা শন্দোক্রম্বা য়াই, অকক্নবা পীবিরম্বদি লৈতে। কোনুংনা লুব্রাং মকুবী চীঙ্[III], লম্ফেল্ অমসুং লুব্রাংশঙফম/শঙবমনি।[৩] পানখিবা নিংথৌরোলদা — খ্বাইনা লৌখৎনাদ্রবদা - পোইরৈতোন, শীঙতাবুং, পামিংনবা, নুংবান খুম্বিবা অমসুং খ্বাইনা য়ানরবদা হোঙনেম্ লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবা, পানা, চীঙচরোম থাপানবা, লাইনিংথৌব্রা অমসুং কুরাউবা অসিনি।[৪] মসিগী মতুংদদি মৈতৈদা চঙ্‌খিবগুম তৌরে। অদুগা লুব্রাং পুন্সিবা কয়া শুবগে হায়বগী অরেপ্পা খঙবা ঙমদ্রি।

## লুব্রাং ফাজেক লৈপাক

লৈপাকসিগী অব্রাংদা লুব্রাং য়ুমলেন লৈপাক অমসুং মৈতৈ লৈপাক, নোংপোক্তা লোক্তাক পাৎ অমসুং খুমন লৈপাক, খাদা মোইরাং লৈপাক অমসুং নোংচুপ্তা চীঙগী লমদম, থৌপুম তম্পাক্লচিংবগী ঙমখৈ ফাওবা

---

৩। ক) এন. খেলচন্দ্র: নাওখিংখোং ফম্বাল কাবা (ইম্ফাল, ১৯৬৭) : লা: ৬২।
খ) লোইতোংবম কালাচন্দ: শাগৈ – শলাইবোল (ইম্ফাল, ১৯৬৫) লা: ১৪০)।

৪। ডা: এস: তোম্বা সিংহ: মৈতৈ লৈপাক্তা য়েক-শলাই (ইম্ফাল, ১৯৯৪) লা: ৩৭,৪০।

শন্দোক্রম্বা য়াই, অকক্কবা, পীবিরম্বদি লৈতে। কোনুংনা খয়োঙ্গ/খরোঙ্গ হাওরা/হাওবা লম্লাংতোং/লম্মাংদোং/বিসেনপুরনি। [৫] পানখিবা নিংথৌরোলদা — খ্বাইনা লৌখৎনদ্রিবদা — খোইদোম, ফান, পুমিংনবাখোই, তরুং, কাইসু, নানফৌ মিংথোনবা — অমসুং খ্বাইনা মানরবদা – ফান্তেক সোক্লাইবা/শোক্লায়বা অসিশিংনি।[৬] মসিগী মতুংদগীদি ফান্তেক লৈপাক থুগায়খি।

## লুব্রাং হৈরেম – খুঞ্জান লৈপাক

লৈপাকসিগী অব্রাংদা খুমন লৈপাক (চাওরাক্লা শাংপমখোংজোম ফাওবা), নোংপোক্তা চীঙ লমদমশিং, খাদা থরৈ (চাওরাক্লা ব্রাংডু ফাওবা) অমসুং নোংচুপ্তা লোক্তাক অমসুং মোইরাং লৈপাক ফাওবা শন্দোক্রম্বা য়াই, অকক্কবা পীবিরম্বদি লৈতে। কোনুংনা হৈরেম খেরে / কেরে চীঙ খুঞ্জান লাল্লুম থোন্দা [IV]ওই। [৭] পানখিবা নিংথৌরোলদা লুমচেংহনবা, পুসিন, পানা, পোন্‌সারেঙ, তৌরেন লাম্থাবা, লাইরুবা, লৌ—বা, হৈরেম নানবা নিংথৌ চীঙচরোয়বা (চীঙচরোয় থাপানবা), থিংবোং রায়াবা, কম্বোং অমুকোই, কম্বোং অঙৌকোই, রায়াখুরোম, নিঙোন কাপসি অসিশিংসি [৮] মসিগী মতুংদদি হৈরেম খুঞ্জান লৈপাক থুগায়খিদুনা, খুমন লৈপাক্তা পুনশিনখিবগুম তৌখি অমসুং পুনসিনখি।

## খুমন লৈপাক অমসুং নিংথৌরোল

খুমন য়েক্কী নিংথৌনা অহানবা লৈরম্বা মফমসি কোইরেঙৈদগী নোংচুপলোমদা লৈরিবা চীঙৌন্দদনি হায়বগী খুদম হৌজিক ফাওবদা

---

*৫। ক) ব্রহ্মচারিময়ুম কুলচন্দ্র: ম: লাইবিক: লা: ১৯।*

*খ) খুমন নিংথৌরোল লম্বুবা: খুৎই, লা: ১২*

*৬। ক) খাগেম্বা য়ুম্বী, খুৎই*

*খ) ইরোম অমুবী, খেলচন্দ্র, ভোগেশ্বর, ইবোচৌবা: শাগৈ শলাইরোল (ইম্ফাল, ১৯৯৪); লা: ৮।*

*৭। ক) থব্রানথাবা হিরান, খুৎই*

*খ) ম: গৌরচন্দ্র: থব্রান থাব হিরান (ককচীং, ১৯৭৮): লা: ৩৬,৩৯।*

*৮। ক) লোইতাংবম কালাচান্দ: ম: লাইরিক: লা: ৭৮*

*খ) ইরোম অমুবী, খেলচন্দ্র: ভোগেশ্বর; ইবোচৌবা: ম: লাইরিক: লা: ২৯৯*

চীঙ্গৌন্দুগী চীঙশা-থেন অমদা খুমন নিংথৌ ওইনদি চাদা নাউদা মুৎথিবদগী শীঙ্থাবীদ্রবা অরোংনিংথৌগী খুভম লৈরি। অদুবু মহাক থৌবান্দা হোংদুনা অরোং তুরেল মপান্দা খুন্দাথি অমসুং মহাকসিবু নিংথৌ ওইনা শীঙথাবিদ্রবসু খুমন লৈপাক্কী য়ুম্ফম থোল্লম্বদি মহাক্কি। খুমন লৈপাক্কী অরাংদা মৈতৈ লৈপাক (চাওরাক্লা ইম্ফাল অমসুং ঈরিল তুরেল ঈতিম্নফমগী মখাগী লমদমশিং), নোংপোক্তা অঙোমগী / শেল্লোয় লংমায় লৈপাক, খাদা হৈরেম খুঞ্জান (মমাঙৈদা লৌশিপাৎ ফাওবা), অমসুং নোংচুপ্তা ইম্ফাল তুরেন্দগী লোক্তাকপাৎ য়ৌবা লমগী শরুক ফাওবা ওইরম্বা য়াই, অককুবা পীবিরম্বদি লৈতবগুম তৌই। কোনুংনা ফেন্তা লৈকোয়পুং (থৌবাল), ময়াং ইম্ফাল অমসুং ব্রাবকাই/ব্রাবগাইনি।[৯] পানখিবা নিংথৌরোলদা – পোইরৈতোন, শীঙতাপুং, পামিংনবা, লুরাং খুম্বিবা, হোঙনেম্ লুরাং নিংথৌ পুন্সিবা, লুংবা অহনবা, য়োঈরাংপোক পুন্সিবা, কজেং রাহেংমাংবা, মোংবা খোনবা, খোনবা নিংথৌ, অদোন লাইফেংবা, পুন্সি য়ুমোইবা, য়োঈথোংঙাই, হাওরমতোন য়াংবা, অদোন মেমোম্বা, থোংলৈরোম, চীঙখোং থোঙ্গাইবা, নিংথৌ সিয়ারোং, অদোন চেকয়াম্বা, থিঙ্গোন লিকমাবা, কোক্পা, সময়োকপা, থোংবু সমুক নুচা, থিঙ্গোনহনবা, কাংজিন লৈনাও তাবা, ঈকোপ লাম্থবা, পুন্সিবা খুরেনচনবা, চারোনবা, অদোন য়াওসোম্বা অমসুং লময়ায় কাইখিনবা অসিশিংসি।[১] অকোনবগী নিংথৌসিগী মতমদা লৈপাক পানবা ঙম্লক্তদুনা মৈতৈ নিংথৌ কোংয়াম্ব (চৈ: কু: চাওরাক্লা, খৃ: ১৩২৪-৩৫) গী মতমদা মৈতৈ লৈপাক্তা খুমন লৈপাক্ তিনশিনখি।[১১]

## লুরাং নিংথৌ ১সুং খুমন নিংথৌ অনিগী লৈনরম্বা মরীশিং

লুরাং নিংথৌশিং অমসুং খুমন নিংথৌশিংগী থায়নহৈগী মতমগী মতোম মতোমতা লৈঙাকচবা মনীং-মখা তম্বা লৈপাক অমমম ওইনরিঙৈদা (চাওরাক্লা ১৩ শুবা খৃষ্ট, কুমশীঙ চা ফাওবদা) লৈনরম্বা মরীশিং অসি হৌজিক্কী মতমসিগী চৎনরিবা মওংদা – (১) লৈঙাকলোনগী,

---

৯। ক) খুমন নিংথৌরোল লম্বুবা খুৎই।

খ) ব্রহ্মচারীময়ুম কুলচন্দ: মথক্কী লাইবিক: লা: ৮,১১,৫২

১০। মথক্কীসিদা: লা: ৪-৫১।

(২) খুন্নাইলোনগী অমসুং শেনবা-থুম্বারোনগী ওইবা মরীশিংদা পুথোক্তুনা লেনবা য়াই। হায়জরিবা মওংশিং অসিদা মিৎয়েং থম্বীবা য়াবা রাফমশিং অদুগী রারোলশিং লৌখৎচরি —

## (১) লৈঙাকলোনগী ওইবা মরীশিং

লুরাং অমসুং খুমন, য়েক অনিসিগী নিংথৌ শাগৈগী হৌরকফম মক অসি অমতনি। অদুবু মফম অমসুং মতম্না পুরকপা লৈঙাক্লোনগী চৈচেন্দা চেন্থরকপদদি লানগী মৈথুকানবগী মৈরীশিং ঙাক্তা লুরাংগী নাউদা লৈপাক অনিগা অমসুং খুমন লৈপাক্কগী মরক্তা উবা ফংই। লুবাং য়ুমলেন ওইরিবা লৈপাক্কদি মরী ফননা লৈবগী রাফম ওইনা পীরি। মখোয়গী মরীশিংগী চাওরাকপা রারী মতেকশিংদি —

## লুরাং য়ুমলেন লৈপাক্কী নিংথৌ ১সুং খুমন নিংথৌ

খুমন নিংথৌশিংগী মরক্তা শীঙথাদ্রিবা খুমন নিংথৌ অনি — অরোং অমসুং তুমাহাবা অনিসিনি থৌবান্দা খুমন লৈপাক লিংখৎলক্কবা হোংনখ্রিবসি। অরোংসি পোইরৈতোন — লৈনাউতাবীগী মচানুপা শীঙতাপুঙনা শম্লোংপুনেম্বা চনু পানবগা পামিংনবগা অরোংগা পোকপনি।[১১] পামিংনবনা লুবাং ওইহৌরগা অরোংনা খুমনগী নিংথৌ শাগৈ লিংখৎখিবনি। মহাক্কী মচানুপা তুমাহাবনা হোঙনেম্ লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী মঙাশুবী নুপী ঙানুরোল খোংঙাইবা চনুসি অমুক লৌবনি। হায়রিবী ঙানুরোলসিনা লুরাং নিংথৌ পুন্সিগী মচানুপা অনি — (১) লুংবা অহনবা অমসুং (২) নুংথোঙঙাইবগা পোক্লবা মতুংদা খায়নদুনা মচা অনি পুরগা মপামদা হল্লকপদা তুমাহাবনা লৌবনি।[১২] তুমাহাবদি মচা পোক্তে, ঙানুরোম্না চেল্লকপা মচা অনিদু মহাক্না য়োক্লকপনি। মহাক্না লৌখিদ্রবদা অয়োকপা মচা অহল লুংবনা খুবম ফংহৌরগা খুমন নিংথৌ ওইখিবনি, অদুগা অয়োকপা মচা অতোম্বা নুংথোঙঙাইবনা লংমাইচীঙদা চৎখিদুনা মফমদুদা পাল্লুরগা লুরাং লংমাইবা ওইখিবনি।[১৩] লুংবা তশেংনমক লুরাংনি, খুমন হায়বা অরোংনা মশা লুবাং ওইনা লৌখিবা মিংথোয়্ন লৌরগা তোপথোকখিবনি অদুগা মখা তারকপা খুমনগী নিংথৌ পুন্নমক লুংবাগী চাদা-নাওদা ঙাক্তনি, লুরাংনি।

---

[১১] *ইরোম অমুবী, খেলচন্দ্র, ভোগেশ্বর, ইবোচৌবা : ম: লাই: লা: ৩০৪।*

[১২] *কালাচান্দ : ম: লাই: লা: ১৪৭।*

[১৩] *ইরোম অমুবী, খেলচন্দ্র, ভোগেশ্বর, ইবোচৌবা: ম: লাই: লা: ১৮ ১৯।*

মরম অসিনা লুবা' অমসুং খুমন নিংথৌশিংসিগী ঈ তিন্নবা অসিনা মখোযদগী শন্দোক্লকপা যেক্কী মনুং চল্লিবা পুম্নমকপু যেক তিন্নবমক হাযদ্রবসু মদুগা মান্নবা শাইক্লক তিন্নবগী থাক্তা থমদুনা খুন্নাই লোনগ লৌন লৈনবা যাদবগা শাইকক ৪ গী মনুংদা থমই।[১৪]

লুবাং যুমলেন নিংথৌসিবু খুমন নিংথৌনা ঈকাই খুম্ননা তাকপা ভম্বানা লাতাকপগা থাক্তা থমই, অদুগা লুবা' নিংথৌনা খুমন নিংথৌবুসু মচা মনাওগুম্না ঈকাই খুম্নবী।[১৫]

## লুৱাং ফাম্তেক নিংথৌ অমসুং খুমন নিংথৌ

ফাম্তেক্কা অমসুং খুমনগী অতৈ হৌখ্রবা নিংথৌশিংগী মরক্তা থোইনা ফংনদবগা মনা উবা ফংদে হাযবদি খুমনগী হাওবমহন্না লুবা' ফাম্তেক্কী হোঙনেম্না যাওবা চৎখিবদুনা খুদম ওই।[১৬] অদুবু ফাম্তেক শোক্লাইবা (৭শুবা নিংথৌ) অমসুং খুমনগী চাঁওখোঙ থোঙ্গাইবা (১৭ শুবা নিংথৌ) অনিগী মতমদদি ফাম্তেক লৈপাক মাঙনা তাক্লবগী মনী লিংখৎখা অমসু ওইবকই। শোক্লাইবনা থোঙ্গাইবগী মচানুপা খাযোঙ্গবোন তাওথো' কাযনা চনু নত্রগা হাওবৈমা শাফবীবু[১৭] লৌবগা মহাক্কী অহোঙ লোইবেন খৈবদা[১৭] চাঁওখোঙ থোঙ্গাইববু হাৎলগা মকোক ফক্লাংদা/উদা থেৎলগা মাগী মতীক মথৌনাগীদমক্তা মযামদা লেন্নদুনা অকন অথৌ ওইনা মীযাম্না শকখঙনবা অমসুং থাগৎননবা থৌশিল্লম্মী। মহাক্কী শবৌদুদগী থোঙ্গাইবনা যাম্না হৈ শিংনা নাম্থোকখ্রগা মদুগী লমন খুম্নবা থৌবাং থৌশীল তৌবক্লম্মী। হাযবিবসিগীদমক থোঙ্গাইবনা ফাম্তেক লৈপাক্তা লানদানবা মাগী মী থাদুনা মোইবাং লৈপাক্কী নিংথৌ উবা খুন্দাব | মৈতৈ নিংথৌ উবা কোম্থোব (চৈ: কু: চাও: খু: ৫৬৮ ৬৮) গী মচা নুপী নাউবেমতোম্না পোকপনি | গী মতেং লৌবম্মী। অসুম্না খুমন অমসুং মোইবা'গী অপুনবা লান্মীনা ফাম্তেক লৈপাক্তা লান্দাদুনা লৈপাক্তগী মক ফুকখি।[১৮]

---

১৪ অতোম্বাপু শর্মা: মৈহৌবরোন শাকক (ইম্ফাল): লা: ৫

১৫ খেলচন্দ্র : মথক্কী লাইবিক: লা: ৫১ ২, ৬ ৬৮

১৬ ক) ওইনাম ভোগেশ্বর: মোইবা' নিংথৌরোল লম্বুবা' ১ বা শকক (ইম্ফাল, ১৯৮২): লা: ৫৮

খ) ব্রহ্মচারীময়ুম কুলচন্দ্র: ম: লাইবিক: লা: ১৯

১৭ ক) মথক্কীসিদা: লা: ১৯ ২২

খ) ওইনাম ভোগেশ্বর: ম: লাইবিক : লা: ৫৮ ৬৫

## লুৱাং হৈরেম-খুঞ্জান নিংথৌ অমসুং খুমন নিংথৌ

হৈরেম খুঞ্জানগী নিংথৌ শাগে অসি লুৱাং য়ুম্লেন্ লৈপাক্কী নিংথৌ লুৱাং পুন্সিবা হোঙ্নেমদগী খাইরক্লগা খুমনগা য়ুমলোননা লৈপাক লিংখত্লুনা পাল্লবা লুৱাংনাওদা য়েক্নি। মখোয় অসি খুমন নিংথৌশিংগা খুন্নাই শেনবারোনগী মরীদগী নুংঙাইনদুনা লাকপনা ১২-১৩ শুবা খৃষ্ট কুমশীঙ চা য়ৌরকপদদি মরম অসিমক্না লৈঙাক্লোন্দা শোক্লক্লুনা হৈরেম খুঞ্জানগী মপা লৈতনা কন্-থৌরবা হৈরেম কাংবীশুগী চায়ননবগী মরমদা খুমন লাইথা-খাথা তিনবদা পুখৎলক্লুনা খন্নখি। চায়নবসিদা খুমন নিংথৌগীদমক্তা নোংয়ায় চাখা মোইরাম্বনা চোংথোক্লুনা শরুক য়াখি। অদুবু হৈ-শিংলবা কাংবীশুনা চায়নবগী নামুংনবা বাশকপু থৌশাদনা মানম্বা লাংথাক্লা মোইরাম্ববু হাৎখি। অদুবু মহাকসু মোইরাম্বগী মনাওনিপা শাখোং নিংথৌবনা ময়াম্বগী লমন খুম্বা ওইনা হাৎখি।[১৮] অসিগুম্বা লৈঙাক্লোনগী মচেক-ময়াগী নুংঙাইনবশিংসিনা মরম ওইদুনা অমসুং খুমন নিংথৌনা মচানুপী হাৎখিবগী মৈতৈ নিংথৌগী মথক্তা লমন খুম্মনবগী শরৌসু ওইনা হৈরেম খুঞ্জান লৈপাক্তা লান্দানবা মৈতৈ নিংথৌ থৱানথাব (চৈ: কু: চাও: খৃ: ১১৯৫-১২৩১) বু লাম্নেকখি। মদুদা মৈতৈ নিংথৌনসু থারক্লুনা মৈতৈ লান্মীগা খুমন নিংথৌ পুন্সিবা খুরেনচনবগী লান্মীগা পুন্না লান্দাদুনা হৈরেম-খুঞ্জান লৈপাক থুগায়খি অমসুং মরূ ফুক্তোকখি।[১৯]

## অতৈ লুৱাং নিংথৌশিং অমসুং খুমন নিংথৌ

অতৈ লুৱাং নাওদা য়েক্কী নিংথৌশিংগী মরক্তা শা-লান্দা মমিং পৎলিবা অমসুং খুমন নিংথৌগা হকথেংননা মরী লৈনখিবসি ফুনান তেলহৈবনি।[২০] মহাকসি লুৱাং লংমায়বা নাওদা য়েক্কী পুকোক নুংথোঙ ঙাইবদগী মশা থারগা তরুক শুবা শুরোম্নি। মহাক্না খুমন নিংথৌ লুংবাগা শা তানবগী মরীদগী হায়বদি খুন্নাই শেনবারোনগী মরীদগী নুংঙাইনরক্লবনা মহাক্না খুমন লৈপাক্তা শাইদাংখিবা মচা পল্লাহোঙ ববু থিবা লাকপা খুমন নিংথৌ লুংবানা ফারগা মমিৎ কোথোক্লগা লীরুং-তেনপীদুনা পান্দম্নবা লংনখি। তেলহৈবনা অশাওবগা লোয়ননা তেন্ কাপখিবদা খুমন লৈমা

---

১৮। খেলচন্দ্র: চায়নরোল (ইম্ফাল, ১৯৮৮): লা: ৯ ৩৩।

১৯। ম: গৌরচন্দ্র : ম: লাইবিক: লা: ৪৪-৫৮।

২০। য়ু: এল: এ: খুমন শৈরোন (ইম্ফাল, ১৯৮০): লা: ১-৬।

ঙানুবোন থম্মোইবেম্মাদা পান্দুনা পুক্নুংগী অঙাং লোয়ননা শিখি। মদুদ খুমন নিংথৌনা শাওদুনা ফনান ভেলহৈবনু হিংনা হিংনালৈনুংদা ফমদুনা হাংখি।

## হকথেংনদবা লৈঙাক্লোনগী মরী

খুমন লৈপাক্তা খুমন নিংথৌ পুন্সিবা যুম্মোইবনা পাল্লিরৈঙদা মৈতৈ নিংথৌদা ওংবী মচানুপী খযোম্বোন কৈকংহনবী / কৈকুংহাংবীনা মপান চাক্লৌ য়ুকৌখি। মচানুপী অমসুং মযানিপা মৈদিংঙু নাওথিংখোং (চৈ: কু: চাও: খৃ: ৬৬৩-৭৬৩) গী মতৌসিদা পেল্লদুনা খুমন নিংথৌনা অপাম্বা অমা নীয়ু হাগবদগী কৈকংহাংবীনা মৈতৈ লৈপাক্কীদি লম পীকই,লম খন পায়ু হাযনা নীখি। মদুদা খুমন নিংথৌনা মৈতৈদা শত্তমপল (হৌজিকসু মমিংসি কৌরি, ওয়নাম হুইদ্রোম শামুশঙগী মনাক্তা লৈ) ফাওনা পাবিখি। মসিদগী খুমনগী খুম্নাই মীয়াম্না লৈপাক্কী অবাংথংবা লমদৈ পাকশিনবসিগী শাওনখি অমসুং মীচম মীয়ামগী লানহৌ থোক্লনবা শাল্লবকখি। হায়বিবা মতমসিদা মীযাম্না হোঙনেম লুবাং নিংথৌ পুন্সিবাগী ইতোন তোনবী, ৯ শুবী নুপী খুমন নিংঙোল ঙানুথুমবীনা[২১] পোকপা লুবাং নিংথৌমচা সেনবা মিমাবদা ভোংদুনা পুন্সিবা য়ুমোইববু নিংথৌ ফম্বান্দগী তাম্লোকখি। য়ুমোইবনা মচা নুপা অনি যোম্বথোংঙাই অমসুং লোইযম থোংঙাই অনিগা "লোযননা লৈভাংদা" চেল্লগা লোংখি অমসুং মফমদুদা নোঙ্গখি। মসিদগী যোম্বথোংঙাইনা মশেন/মবাই মৈতৈ নিংথৌগা মভেংলৌদুনা খুমন নিংথৌ ওইবিবা লুবাং সেনবা মিমাবাদা নত্তনা মচা নিপা লাইকু অমসুং লাইখা ফাওবা হাংখি। অমসুং মচা অভোনবনা মবীং ওইনা ওনখি।[২২] অসুম্না যোম্বথোংঙাইনা অমুক হম্না খুমন নিংথৌ ওইখি।

## (২) খুম্নাইলোনগী ওইবা মরীশিং

লৈপাক্তা, মীচম মীযামদা অমসুং খুম্নাই চংনলোনচত্তা শোক্লকপ হাযবসি মতমদুদি নিংথৌদা শোক্লবনি। থাযনতৈ অমসুং মমাঙতৈগী

২১। ক) মথক্কীসিদা : লা: ৬ ১২

খ) নিং: মানিজাও: চিঙদা শাংপা ইঙাপৈ (ইম্ফাল, ১৯৭০): লা: ১৯ ১৩০

গ) ভাংগু লমালন, হংই

২২ মৈহৌবরোল সল্লাই চিম্মাঙবা হংই, লা: ২৫

২৩ ইবেম অমুবী খেলচন্দ্র, ভোগেশ্বর, ইবেটৈব: ম: লাইনিক: লা: ৩০৫ ০৬

মওমশিংদদি নিংথৌ হায়বসিনা লৈপাক্কী অমসুং খুন্নাইগীদি পুন্নমক ওইরিবনি হায়বসি নোংয়ায় চাখা মোইরাম্বগী চায়নবগী থৌদোক অদুনা খুদম ওইরি। খুমন লুব্রাং নিংথৌশিংগী খুন্নাই লোনগী ওইবা মরী লৈনরিবা লুবাংগী লৈপাকশিংদগী হেন্না মরী নকশিন্নবা লৈপাক অমসুং নিংথৌশিংসি হেরেম - খুঞ্জানগী নিংথৌশিংসিনি। অদুবু অতৈ লৈপাকশিংগীদি লৈপাক নিংথৌশিং অমগা অমগা মরী লৈনফম থোকপদু অদুম লৈনরম্মী।

## লাইনীঙ লোনচত্তা

লাইনীঙ-লোনচৎকী মায়গেরোমদগী য়েংলকপদদি খুমন নিংথৌসি লুবাংগী য়ুমলেন নিংথৌগী সেবক মপারী ওইনা লাইনীঙ, ব্রায়েল অমসুং লমচৎ অহুমসিগী য়াইফ পাউতাক শমথরম্বা মীশক ওইনা পীবিরম্মী।[২৪] অপুনবা মৈত্রবাক্কী ওইনা মঙাং গুরুবু [XI] পুক্লীঙ ব্রাখলগী ব্রারক ব্রাতেম্বগী ব্রায়েল অমসুং কাংলোনগী হৌরকফম মরূ ওইনা পল্লি। পারমচৎ-পূবমচৎকী অচেৎপা — লাইনীঙ, লমচৎ অমসুং ব্রায়েল অহুমসিবু মঙাংগুরুনা লুবাংগুরু, হোঙনেম্ লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবদা লুব্রাংগুরুনা খুমন গুরু, খুমন নিংথৌ য়াইনিংতোনবদা,[XI] য়াইনিং তোনবনা মোইরাং নিংথৌ লাইয়ু পুন্সিবদা লাইয়ুনা মেন্দে নিংথৌ শরাবদা অসিনচিংবদা মথং মথং পাউতাকপীদুনা শমথরকপা ওইনা হায়রি।[২৫] অদুনা খুমন নিংথৌশিংনা লুবাং নিংথৌ য়ুমলেন লৈপাক্কীশিংবু ওঝা-গুরুগী থাক্তা ঈকাই খুম্নরম্মী।

## মৈহে-মশিং অমসুং ব্রাউংলোনগী হিরমশিংদা

হায়রিবা হিরমশিংসিদসু লাইনীঙ লোনচত্তা লৈনরিবা মরীশিংসিগা চপ মান্নে। লৈঙাকলোনগী চৎলম-লুপতিনগী পারিং-কাংলোন, ব্রায়েল-মখুন্নচিংবা পুন্নমক অমসুং খুন্নাইলোনগী লাইনীঙলোনগা শগোন্নবা হরাও-ওয়াম, উহোঙ-রাহোঙবা, হৌঙনেম্বা হরাও-কুম্মৈনচিংবগী ব্রাউংলোন, মখুন, কাংলোন্নচিংবগী তন্নফমসি হোঙনেম লুব্রাং পুন্সিবা ওইনা খুমন

---

২৪। এন: খেলচন্দ্র: নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা: লা: ৫০ ২।

২৫। ম: গৌবচন্দ্র: থম্রাং পারাবী অহুইরোন (ককচীং, ১৯৭৭): লা: ৫৩ ১সুং ব্রামাঙ য়ানবা, লা: (I)।

নিংথৌনা তাক্তনা মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা লুব্রাংগুরুদগী তমখি।[২৬] মসিনস্
লুবাং অমসুং খুমন নিংথৌশিংগী নুংশিনবা অমসুং ঈকাই খুম্ননবগী মরী৷
উবা ফংই।

থায়নঙৈগী অমসুং মমাঙঙৈগী মতমশিংসিগী খ্বাইদগী হেন্না মরু
ওইবা মশাগী হকচাং কঞ্জনবা মহৈ-মশিংদি শা-লানগী মহৈ-মশিংন
ওইরম্মী।[২৭] অদুগুম্না মীশিংবু লুব্রাং নিংথৌ অমসুং খুমন নিংথৌশিংন
অকন-অথৌ ওইনা শকথঙ-মায়খঙনরম্মী অমসুং অকনবনা অকনবব
ঈকাই খুম্ননরম্মী।[২৮]

## অতৈ খুন্নাইলোনগী হিরমশিংদা

লুব্রাং যুমলেন লৈপাক্কী নিংথৌশিংনা য়াম্না ওল্লিঙৈদগী হৌনা
মৈতৈদা চঙথ্রবসু অমসুং লুব্রাং নাউদা লৈপাকশিংগী নিংথৌশিংনা খুমন্দগী
হাননা মখোয়গী লৈপাকশিং মাঙথ্রবসু মখোয়শিংসি খুমন নিংথৌশিংগা
য়ুমলৈ-কৈরৈ, ফিজেৎ-লৈতেং, চাকচা-য়ুথক, খুৎহিং-লাকহিং, শীম্না-
শীল্লম, পুন্সিগী থৌরম পরেংশিং অয়াম্না মাম্নবা উবা ফংই।

লোনগী লমদাংদদি হায়রিবা য়েক অনিসি মফম, মতম অমসুং
লৈফমগী ঈশিং— নুংশিৎনরা খঙ্দে, খরমথে খেম্নবা উবা ফংজে।[২৯]

## (৩) শেনবা-থুম্বারোনগী ওইবা মরীশিং

য়েক অনিসিগী মনীং-মখা তম্বা, মতোমতা লৈঙাকচবা নিংথৌশিং
পাল্লিঙৈগী মতমদদি লুব্রাং অমসুং খুমনগী নিংথৌশিংসিনী লৈপাক খুন্নাইগী
হিংননবগী লম্বীশিং— লৌউ—শীংউবা, চীঙ্ পাৎ-ভুরেন্দগী চিঞ্জাক ওইনা
চাবা য়াবশিং হেকপা, খুনবা, খোমজিনবা, লোকপা, ফাবা, তানবা
অসিনচিংবা, য়ুম পাম্নবগী — শীঙজন ইফানবা, উয়ান-ব্রায়ানবা; হীদাক

২৬। *এন: খেলচন্দ্র: নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা: লা: ৫০,৬২-৩,৬৪-৫।*

২৭। *এন: খেলচনন্দ্র: চায়নরোন: লা: ১১।*

২৮। *মথক্কীসিদা: লা: ৪০, ৫৩-৪ অসিনচিংবা।*

২৯। *খেলচন্দ্র: অরিবা মণিপুরী সাহিত্য/ইতিহাস (ইম্ফাল, ১৯৬৯): লা: ১৭ ২০।*

লাংথক্কী, লৈতেং —লৈথেংকী পোৎলম-চৈরমশিংগী মচাক তানবনচিংবগী থবক-থৌরমগী হিরম মান্নবা উবা ফংই। অদুবু মখোয়দুদগী থোক্লকপা মক্লবা, অঙম তান্নবা অসিনচিংবদগী থোক্লকপা থৌদোক ব্রাথোকশিং অদুগী মহৈশিংনি নিংথৌশিং অসিগী লৈনরিবা মরীদা অহোংবা পুরক্লিবসি। অসুন্না পুরকখিবশিং খরগী ব্রারোল উৎচরি।

## হৈরেম —খুঞ্জান নিংথৌ অমসুং খুমন নিংথৌ

হৈরেম—খুঞ্জানগী অহানবা নিংথৌ ১০ লুমচেংতাওবনা হৈরেম—খুঞ্জান লৈপাক্কী য়ুম্ফম থোনগৎলকপা মতমসিদা খুমন্দা য়োইরাংপোক পুন্সিবনা পাল্লম্মী। মতমসিদা লুমচেং তাওবগী মচানুপী খায়নু লৌথিবনা খুমনগী লমদা হেক্তিল্লক্কুনা ঙা ফারে হায়দুনা খুমন নিংথৌ য়োঙ্গরাংপোক্ পুন্সিবনা ফারগা চৎহন্দনা, ময়ুমদা হল্লহন্দনা থম্লম্মী। মপা হৈরেম খুঞ্জান নিংথৌনা মচানুপী হল্লক্কবগী পাউ লৌরকপদা খুমন নিংথৌনা ফাগ্রে হায়বসি খঙলম্মী। মহাক্না য়েংথিনদনা করম্না মচা নুপীবু থাদোকহনগদগে কুপ্না খল্লুরবা মতুংদা খুমন নিংথৌনা অমুক্তা উদ্রিবা লমউচেক অফাবা অমা খুমন নিংথৌদা কৎলগা থাদোকহনগে লেপ্লম্মী। মরম অসিনা মহাক্না অহানবদা মীনাই নত্রগা শা-শল পীগে থাদোকপীয়ু হায়জরুবদা য়ারক্রুবদুবু পাখংশিংনা লাংদা ফাবা, মনম মথা অনিমক ঙৌবা মরোঙসু তাঙবা উচেক লুমলেনতু কৌবদু য়েনবোন্দা হাপ্তুনা পুরক্লগা মচানুপীবু থাদোকপীনবা হায়জরম্মী। খুমন নিংথৌনা উচেক্তু উবদা পাম্রদুনা লুমজেং তাওবগী মচা নুপী খায়নু লৌথিবীবু থাদোকপীখি।[XIV]

## নাকোয়নবা মরীদা লুৱাং য়ুমলেন নিংথৌ অমসুং খুমন নিংথৌ

হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা খুমন নিংথৌ পুন্সিবা য়ুমোইবগী মচানুপী থোকপা খয়োঙ্গরোন ঙানুখম্বী পানদুনা শেনবা মিমাবা পোক্লগা মতৈ-মনাও খায়নদুনা ঙানুথম্বীনা মচাবু পুরগা মপামদা হল্লকখি। সেনবা

১০। ইবোম অমুবী, খেলচন্দ্র, ভোগেশ্বর, ইবোচৌবা: মথক্কী লাইবিক : লা: ২১৯ লুমচেং তাওবা নত্রগা লুমচেংহনবসি হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা মাগী ৩ শুবী নুপী য়ুমিন লৈমা চাঁউনুং হাওবা চনু পান্নদুনা পোকপা মচা নুপানি।

মিমাবনা চাওরক্লগা শা তানবদা লুব্রাংগী লম য়ৌনা চঙশিল্লক্লগা শঙাই চীরেন ভোমপোকপা [৩১] অমা হাৎলম্মী। মতমদুদা লুব্রাং নিংথৌনা থেংনরবদা শা অদুগী মতীক ময়াই খঙ্বনিনা শঙাইগী অশিবা মশাদু পুথ্রগনু, পীরম্রো, মদুগী মতীক চাগনি হায়না খনবা শাদানবদুনা হায়বা অপাম্বা অমা মমল ওইনা পীগে হায়রম্মী। মিমাবনা মমা হংলুখিগে হায়রগা চৎখিরম্মী। মমাদা পাউ তম্রগা, মমল হংলবদা মপা-মমাদি মশকখঙদ্রে, অদুবু মমাদি শা লৈগে হায়রিবা মীশক্তু খঙলদুনা লুব্রাংগী ফুঙ্গাঁলাইরুদা লৈরিবী ইমোইনু অহোঙবীবু মমল ওইনা পীয়ু হায়হনখি। মচানসু মদুম তৌরবদা লুবাং পুন্সিবনা হায়নখিবা মতুং ইন্না পীদবা য়াদদুনা ইমোইনু অহোঙবীবু শেনবদা পীখি। মহাক্না পুদুনা খুমন লৈপাক্তা লাকখি। ইমোইনু অহোঙবী লৈমদগী খুমন লৈপাক চাকহোঙ-ঙাহোঙখি, শেনবসু খুমন নিংথৌ ওইখি। [৩২] মদুদগী লুব্রাং নিংথৌগী ওইজ-ওইথক্কী অমসুং সেন-থুমগী লাই/য়াই খুমন নিংথৌগী ওইখি।

## লুব্রাংলংমাইবা ফুনান তেলহৈবা অমসুং খুমন নিংথৌ

লুব্রাং অমসুং খুমন নিংথৌশিংগী লৈখিবা/লৈনরিবা মরীশিংগী মনুংদা মসিগী মরীসিনা খুমনগী খুম্নাইলোনগী মনাৎ অমসুং চৎনলোনচৎতা খ্বাইদগী হেন্ন শাংনা চৎনবা অমসুং শেনবা-থুম্বাদা হম্ভহনবা মরীনি। মরীসিগী মচঙ ওইবা ব্রারীদি মথক্তা লৈঙাক্লোনগী ওইবা মরীদা অতৈ লুব্রাং

---

*৩১। অসিগুম্বা অথম্নবা শাশিং কৎপবু শারোৎচঙবা কৌই হায়না শ্রী য়াঈমা পাণ্ডিত অচৌবনা তাকপীরম্মী। মহৈ যাম্না চাওই, পুন্সি নীবনচিংবা তৌনৈ হায়বিরম্মী।*

*৩২। বারীসি খুমন কংলৈরোন পুয়ানা পীবনি। অদুবু ইশাদা 'খুমন লৈথারোন' কৌবা পুয়া অমা লৈজে, মদুদা পীবগা বারীগী থিম মথৌ মান্নরবসু প্রোব্রেম, প্লোট অমসুং ষ্টাইল মান্নদে। মেনবা মিমাবগী মহুত্তা "চলাই" হায়, ঙানু থুম্বীগী মহুক্তা "পিয়াইনু" হায়, পাখংবনা খৌজালবিবগী ব্রাফম যাওই।*

*অদুগা অয়ুক লুব্রাং নিংথৌ হোঙনেম পুন্সিবগীদা লৈবসি "ফৌগৌরোল", "ফৌওইবী খুরুম্বা" কৌবা লাইবিক অনিদদি ফৌওইবী লাইরেম্বী ওইনা পীবি।*

নিংথৌশিং অমসুং খুমন নিংথৌ হায়বদুগী ৱারীগী মখা শমথবা ৱারীনি। খুমন নিংথৌ লুংবানা ফুনান তেলহৈবাবু মমিৎ কোখোক্লগা হিংনা হিংনা ক্লমদুনা হাৎখি। ফুমখিবা মফম, ফুম্ফমদুদা মতমগী মভুং ইন্না তেরাং পাম্বী অমা হৌরকখি। তেরা অদুগী মনা কেল্লকপশিংদু মৈচাকপগী মৈখু লংবদা খুমন পুম্নমক মথোঙ-মরম খঙনদনা ঙাওনরকখি হায়না লৌনৈ। মদুগী খুমনশিংনা মপা-মচা খঙনদনা হাৎনশুনবা থোকখি অমসুং লৈপাক্কী ম তাক্লীঙ-তাকমাঙ্ তৌরকখি। মদু পুম্নমক্তু তেরা পাম্বীদুননি হায়না উপান্দু লম্পূৎখি অমসুং খুমন য়েক্সা তেরা নামুংখি, য়েক শল্লাই য়েনহেন ওইখি।[১১] মদুনা খুমনগী চৎনবীদা তেরাগা মরী লৈনবা পোৎ-চৈ শীজিন্নবা লাদে, তেরা মোম্পাক্তা হিপ্পা-তুম্বা তৌনদে।

ৱারোয়শিন

মথক্তা খুদম খরদং ওইনা পঙ্গরিবা লুৱাং নিংথৌ অমসুং খুমন নিংথৌ অনিগী লৈনরম্বা মরীশিং অসিদগী উবা ফংলিবা ৱাফমশিংদি —

(১) য়েক অনিসি, খুম্নাইলোনগী ওইবা ঈ মরীদা য়াম্না নক্লবা ঈ তিন্নবগী শাইরুক মরিগী মনুং চনবা ওইনদি মৈতৈ পুয়াশিংনা পীরে অদুবু লৈঙাকলোনগী ওইবা মরীদা য়েংলকপদদি অশুক য়াম্না মরী ফনরম্বগী নরোল পঙ্য়াও য়াওদে।

(২) লুৱাংগী নাউদা লৈপাক অনি, ফাম্তেক অমসুং হৈরেম খুঙ্গান, খুমন নিংথৌশিংনা থুগায়খিবনি। অদুগা লুৱাং য়ুমলেন লৈপাক্কী নিংথৌশিংদি মৈত্রবাক্কী পাৱারী — পুৱারীগী অহৌবা মতম্মি হায়না লৌনরিবা মতমসিদগী মৈতৈ নিংথৌগী ফম্নাইবা অচৌবা ওইনা লৈখিবগী ৱাফম ফংই।[১৮]

(৩) য়েক অনিগী লৈঙাক্লোন্দা লুৱাং নিংথৌশিংনা হেন্না ৱাখল লৈবা, পুক্লিং-ৱাখলগী, খম্থ-খঞ্জিনবগী অমসুং ৱাখল ফবগী পুকচেল অমদি লাইনীঙ-তীন্নীঙবগী ৱাখল্লোল ফংই। অদুগা খুমন নিংথৌশিংনা মিৎনা-খোঙনা উবা-খঙবা অচুম্বা অমসুং অচুম্বা ৱায়েল কাংলোন অমদি অশেংবা

১১। ক) তাংগ্রং লমলেন, খুৎই।

খ) এন: মনিজাও: মথক্কী লাইরিক: লা: ১০০।

১৮। খুমল্লুম্বম গাঙ্গমা: পাখংবা ফম্বাল (ইম্ফাল, ১৯): লা: ২০,২১।

বায়েল অমসুং চৈরাক্কী রাখুন পান্নগী রাখল্লোন উই।[৩৫] XV

(৪) য়েক অনিমক্কী নিংথৌশিংদা লাইনীংলোন অমসুং চৎনবীনা পুনব লৈঙাক্লোন, খুন্নাইরোল অমসুং শেনবা - থুম্বারোলগী ব্রায়েল চৎপগী মওং ময়েক শেংই। লমন খুম্বগী চৎনবী, চায়নবা শীঙ্নরকপদা পাউখুম পীবগী লোনচৎ অমসুং শেনবা থুম্বারোনগী হিংনবা পান্নবা পোৎচঙ পোৎলমশিং ফংনবা হোৎনবনা লৈঙাক্লোনগী অমসুং খুন্নাইলোনগী মরীশিংসি থোকহল্লক্লবগী মরম/মওং ওল্লকপগী শক্তম উই।

মথক্কী ব্রারোলশিংসিনা অহৌবা থাক্কী ওইবা য়ুম্ফম ওইরগা য়েক অনিসিগী লৈঙাকলোন্গী ওইবা পাব্রারী-পুব্রারী শাগৎপদা মতেং পীবিরবদি তৌবিমল থঙবা উংনবা মৈতৈ লৈঙাক্লোনগী পাব্রারী-পুব্রারীনা ঙাইফম থোকই। মরমদি শুকলৈ লৈতবদগীদি খরদং ওইরবসু লৈবনা য়াইফবনি।

---

## রিবিউব্ররগী নোট্

I. লা = চীঙ মতোন (চীদোন) খুদম — লা মতোন ফৌরুংবা = লাই মতোন ফৌরুংবা।

II. খুদম ওইনা – পানা অমসুং চীঙচারোইবা (চীঙ চরোইথাপানবা) অনিসিনি।

III. চাওরাক্লা লাঙ্গোনচীঙগী চীঙশা শন্দোক্লিবা ঈরোইশেনবগী চীঙ্গী নোংচুপ থংবা চীঙশা নাপোমদা লৈমচীঙগী মনাক অদুব্রাইদুবুনি।।

IV. হৌজিক্কী ককচীঙ বজারগী চীঙখৈ ওইরপ, পল্লেনগী কৌব্রু ওইরপ লৈবা চীঙদুম মচা অমনি।

V শল্লাই = লুপ/লুক = শাইরুক।

VI. মহাব্কসি চকপা মহা ফুরুপকী হকচাংগী ফিবম শোয়রবা নুপা অমগা অহল - লমন খঙহন্দনা অরোনবা নুংশি-নুংঙোনগী মরী থম্নরম্বদগী ফাম্বেক শোক্লাইবদা কোন্না থাজবনি।

---

৩৫। *ব্রহ্মাচবীমযুম কুলচন্দ্র : মথক্কী লাইরিক ; লা: ২৭-২৫। — খুমন নিংথৌ কোকপগী ব্রায়েল্ থৌদাগী মতাং পাবিয়ু।*

VII অকন-অথৌগী মিংচৎ ফংনবা, খুম্নাইগী শকখঙ মায়খঙবা অমসুং অয়াবা ফংননবা মীয়ামবু পীজ পীথক তৌবগা লোয়ননা লাইশোন তীনশোন কোননবা কুম্মৈ ফিয়োং অমনি।

VIII. মী অমখক্তগী অককুবা মমিং নত্তে, মফমসিদা পীরিবসি লুব্রাং লংমাইবা "ফানাম্বা/পানম্বা" নি, লুব্রাং লংমাইবলোন্দা য়েংবিয়ু। অতে ফুনান তেলহৈবশিংদি অঙোম য়েক্কী মীওই ঙাক্তনি।

IX. মহাকসি খুমন নিংথৌ পুন্সিবা য়ুমোইবগী মচানুপীনি হায়নসু পী, মনাওনুপাগী মচানুপীনি হায়নসু পী। অদুবু খুমন গী শাগৈ শল্লাইরোন্দা পুন্সিবা য়ুমোইবগী মনাওনুপা লৈবগী খুদম ফংদে, মহাকসি খুমনগী আক্রাম শাগৈগী চাদা-নাউদাখিবা ফালাম্বা (য়োইরাংপোক পুন্সিবগী মচা নুপা অহন, ঙানুরোন য়াইবা লৈমনা পোকপা) হায়সিগী চাদা নাওদাদগী লাকপা শুরোন অমগী মচানুপী ওইরম্বা য়াই।

X. লৈতাং = লৈতাংপাৎ হৌজিক্কী শামুশঙ অমসুং শওম্বলসি মনাক্তা লৈরিবা পাৎথী-কোমথীগী লমদমশিং, পুন্সিবা য়ুম্মোইবসিনা লৈরম্বদগী "লৈতোং য়ুমোইকোন/য়ুম্মোইকোন" হায়না শৈথানখিবা মাল্লি। অদুবু পুন্সিবা য়ুম্মোইবনা লৈরম্বা মফমসি — (১) "চেখোঙ" দা — লাইয়ান/লৈয়ান (য়াইরীপোক্কী মনীঙ, অন্দ্রোগী মৈরমদা লৈবা চীঙ) (৭১) (২) কৈরোইদা লা য়াৎ = লাইয়াৎ/লৈয়াৎ (১৫২), (৩) লাংথবান লোন্দা লায়ান ১০৯) অমসুং (৪) শঙ্গাই ফম্মাংদা – লৈতাং (৩০৬) হায়না পীরি।

XI. মৈদিংঙু নাউথিংখোং (খৃ: ৬৬৩-৭৬৩) না মায়থীবা পীদুনা হাৎখিবা লোইচীঙদা পানবা মঙাং কোনখুচা অতেংবা (নিংথৌরোল লম্বুবা) বু পোকপা, লাঙ্গোনচীঙদা উচেক লাংমৈদোং ওনখিবী শীমরীং নোঙ্গাঁবীগী মপুরোয়বনি।

XII. 'খুমন নিংথৌ য়াইনিংতোন' হায়বসি খুমন শাগৈ শল্লাইরোন্দা য়াওদে। মমিংসিগা খর নকুবদা অদোম যাইথিংবা হায়বা অমদি য়াওই অদুবু মহাকসিদি মীরোন ৮ পুন্সিবা য়ুরোইবদগী চৈথে।

অদুগা নাউথিংখোং ফম্নাল কাবনচিংবা লাইরিকশিংদদি খুমন নিংথৌ পুন্সিবা য়ুমোইবা অসি ওইনা পীরি।

XIII. লৈয়ু পুন্সিবা, লাংথবানলোন (শাগে শল্লাইরোনসিদদা ফংই, অতৈদদি য়াওদে) দা ডাংনিংশিংদগী ১০ শুবা নিংথৌ অতেরক্কী লোইচা অমবা (১১৭) গী মতুংদা ১১ শুবা নিংথৌরোন্দন য়াওরি। নিংথৌ অনিসি করি মরী থোক্লবগে পীদে, মমৈদা কোনন শেমজাল্লগা লোনশিন-থিঞ্জিল্লকপা মাল্লি। লৈয়ু পুন্সিবসিগী মপা মমানচিংবগী বাফম নত্রগা রারোন অমত্তা ফংদে (লাংথবানলোন)।

XIV মহাদেবা লৈহেকলোন, (খুৎয়ি লাইরিক)।

XV. খুমন নিংথৌ কোকপগী রারী (খুমন নিংথৌরোল লম্বুবা, অমসুং খুমনলোন, খুৎই লাইরিক অনি)।

# নিঙখা তম্না পাল্লিনৈঙগী খুমনগী ইতিহাস

মংশাতাবম লোকেন্দ্র
সোইবম লৈকাই।

রাহৌদোক

মণিপুরনা খা-নোংপোক এসিয়া অমসুং খা থংবা এসিয়াগী কাওদোক-ফাওজিন তৌনফমদা লৈবনা, মীওয় কাঙলুপ কয়া-কয়ানা, তোংঙান-তোংঙানবা মতমদা লাক্লুনা লমদমসিদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈখিবনু মৈতৈ অরিবা লাইরিক ইবা কয়ানা ইশিন-খোৎচিন্দুনা থমলম্মী। মতুংদা ফুরুপ কয়ানা পূনশিন্দুনা শেম্বা অপূনবা মণিপুরী খুন্নাই অমা ওইরকখি। প্লুর‍্যাল সোসাইটী (Plural Society) অমা শেমলকখি। লমদম অসিগী সংস্কৃতি হায়বদি তমদুনা অমসুং থবক ওইনা থেংনরুদুনা পুক্লিঙ, হকচাঙ অমসুং থব্রাইগী চাউখৎলকপগী চৎনরকপা মচৎ-মনাৎ (Culture) অসি তোঙান-তোঙানবা মচাক্লা শাগৎলকখিবনি। অতোপ্পা ৱাহৈদা হায়রগনা কম্পোজিট্ কল্চর্ (Composite Culture) অমা ইরমদমসিদা শেমগৎলকখি। অসিগুম্বা খুন্নাইগী মচৎ-মনাৎকী ওইবা শকতমসিনা মরম ওইদুনা মফম অসিগী মীওয়শিংগী য়েলহৌঙৈগী ওইবা কাঙলুপকী শকতমু নৈনবা মথৌ তাই। অরিবা মণিপুরী কাঙলূপশিংগী মনুঙদা খুমনসু অমনি।

খুমন, মণিপুর তম্পাক্কী খা-নোংপোক্তা লৈবা মনিঙ তম্না পানজরম্বা খুমন নিংথৌশিংগী লমদম (territory) অমনি। মসিগী অরাং থংবনা নিংথৌজাশিংগী লমনি। নোংপোক্তা চীংমীশিংনা খুন্দাবা চীংশা পরেং লৈখবে। খাথংবা মায়কৈদা হৈরেম খুঙ্গান অমসুং নোংচুপ থংবা মায়কৈদা লোক্তাকপাৎ অমসুং মোইবাং লৈপ্রে। খুমন লৈপাক্কী পাক-চাউরবসি নিঙথিজনা পিবা ঙমদে। খুমন নিংথৌশিংগী মতাক-মপৌনাগী মতুং ইয়া খুমন লৈপাক পাকথোক-চাউথোকই। মৈতৈ নিংথৌ নাউথিংখোংগী মমাঙদদি

খুমন লৈপাক্তা নিংথৌজাশিংগী লমদগী চাউবা হেনবগুম তৌই। খুমন লৈপাক্কী মরূওইবা লমদি, থৌবাল, ময়াং ইম্ফাল, ব্রাংজিং, খোংজোম অমসুং তেনথানি। রাবগায় ফাওবা শন্দোকলমবগী ব্রারোলসু লৈ।

খুমন লৈপাক্তা লৈরম্বা মীশিংগী মনুঙদা খুমন ঈগী মীওয়শিংনা মশিঙ য়াম্না অচৌবা ফুরূপনি। অতোপ্পা কাজুশিংদি খুরোই, হৈরেম খুনজান, হুইতৌ অসিনচিংবা অসিনি। থংনবা লমদগী লাক্না খুন্দাখিবসু য়াওই। মোইরাং কয়া অমসু খুমন্দা লৈদুনা ফমনাই-তুনাইবা ওইখিদবা নত্তে। অথেংবা মতমদা ময়াং কালিচা / কালিশা[1] কয়া অমসু খুমনগী লমদা খুন্দ লৈতাদুনা লৈখি।

## খুমনগী হৌফম-শাংফম

মণিপুরগী মরমদা নৈনবা মপান লৈপাক্কী অহান্বা অইবশিংগী মরক্তা অমা ওইরিবা মেক্কুলোকনা [II] খুমনগী হৌফমগী মতাংদা অসুম্না ইরম্মী মদুদি খুমনশিংসি মরিংশিংনা [III] তাবা নোংপোক মায়কৈদগী লাকপনি।[1] হায়বদি, খুমনগা মরিংগা হৌরকফমগী মতাংদা নকনৈ হায়বনি। মতুং তারকপদা, ব্রাহেংবম ইবোহলনা হায়বদুদি খুমন হায়বা মীওই কাঙবুসি 'খু' কৌবা ফুরূপ অদুগা 'মন' হায়বা কাঙবু অসিনা পুনশিন্দুনা শেমবনি।[2] মহাক্কী মতুং ইম্না, 'খু' হায়বা মীওয়শিংসি তাংখুল হায়ব ফুরূপতা ফংই।[3] অদুবু ব্রাফমসিগী চপ চাবা ইতিহাস / পুব্রারিগী খুদম-চাংদমদি ফংবা ঙমদরি। খিজিনখিবা তাই।

খুমনগী পুরেন অহনদি লুব্রাংগী পু অহনসু ওইরিবা পোইরৈতোন্নি।[4] অদুবু পোইরৈতোন খুমনগী পুরেন ওইজরবসু খুমন লৈপাকপু মহাক্তা লিংলম্বনি হায়বদি থেংনদে। অরোংনা খুমন শাগৈ লিংখৎলিবনি। অরোংসি পোইরৈতোন্না লৈমা লৈনাউতাবীবু পান্নরগা পোকপা মচানুপা শিংতাপুংনা —

১। তি: সি: হোডসন, দি মৈতৈ, লা: ৭৩

২। ব্রাহেংবম ইবোবল, দি হিস্ট্রি ওফ মণিপুর, ইম্ফাল,

৩। মথক্কী লাইবিক্তা

৪। ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ, (যেংশিনব), শাগৈ শলাইবোল, (ইম্ফাল, খৃ: ১৯৮২), লামায় ২৮

শম্বোং পুনেম্বা চনু পাম্নরগা পোকপনি। অরোংনা চিনফুরোল থোংঙাইবা চনু পাম্নরগা তুমাহাবা পোকপনি।[৬]

খুমন মরমদম শেমদুনা থৌবালদা কোনুং শাদুনা ইহান হাম্না পানখিবা খুমন নিংথৌদি লুংবনে। খুমন নিংথৌরোল লম্বুবনা অসুম্না ইরি :-

> " হয়াহে নোংয়াই লৈমাবা। খুমন হাননা খুন্দাবা। অদোন
> হাম্না খুল্লিংবদি নোয়াই খুমন নিংথৌ কনানো। ... ঙানবা
> খুমন নিংথৌ চনু পাইমা লিনকোইগী ... থৌবাল লমমাহন্দা
> খুন্দাবা নিংথৌ লুংবা অহনবাও তৌনা কৌয়ে "[৭]

লুংবগী মপাগী মতাংদা অরিবা লাইরিক খরদা চাউনা খেন্নবা ফংই। শাগে - শলাইরোল হায়বা লাইরিক্তা অশুম্না পিরি – পোইরেতোম্না শিংতাপুং পোকই। শিংতাপুংনা, অরোং; অরোংনা, তুমাহাবা; তুমাহাবনা লুংবা।[৮] খুমন নিংথৌরোল লম্বুবনা অতোপ্পা ঈচেল অমদা পী – পোইরেতোম্না শিংতাপুং পোকই। শিংতাপুংনা, পামিংনবা; পামিংনবনা, খুনথিবা; খুনথিবনা, লুব্রাং পুনশিবা; অদুদগী লুংবা[৯] লুংবা কনাগী মচানো? তুমাহাবরা নত্রগা লুব্রাং পুনশিবরা? অইবা খরগী ব্রাখল্লোন্দা অসুমনা হায়রি মদুদি ঙানুরোল থোংঙাইবা চনুনা অহাম্বদা লুব্রাং পুনশিবদা ময়ুম পান্দুনা লুংবনা নুংথোঙঙাইগা পোকই। অদুদগী হায়রিবা ঙানুরোল অসিনা লুব্রাং পুনশিবগা থাইনরগা মচা অনী ময়ুমদা পুদুনা লাকলবা মতুংদা তুমাহাবনা অমুক লৌবনি। তুমাহাবদি মচা পোক্তে। লুংবা অহনবনা তুমাহাবগী মতুংদা খুমন নিংথৌ ওইনা লৈহৌরগা নুংথোঙঙাইনা লুব্রাংদা অমুক চঙখিদুনা লুব্রাং লংমাইবা কৌদুনা লৈখি। লুংবা অহনবগী ঈ মরীসি লুবাং নিংথৌ পুনশিবদগীবু লৌরবসু, তুমাহাবদগীবু শমথরকলবসু লুব্রাং অমসুং খুমন অনিসি অপুনবা পুরেন অমদগী থাইদোকখিবা ঈচেল অফাংবা অনীনি হায়বদা খক লাল্লোই।

---

৬। মান্নবা

৭। *ব্রহ্মচারিময়ুম কুলচন্দ্র (শিন্দোকপ), খুমল নিংথৌরোল লম্বুবা, (ইম্ফাল, খু: ১৯৮৯), লামায় ৭-৮*

৮। *ওইনাম ভোগেশ্বর, মথক্কী লাইরিক্তা,*

৯। *ব্রহ্মাচারিময়ুম কুলচন্দ্র, মথক্কী মান্নবা লাইরিক্তা*

মথক্তা পীজরিবা রাফম খরা অসিদগী খুমনগী নিংথৌশিংসি অহম থোক্না শয়দুনা মখাগী অসুম্না পিজরি :–

১। খুমন লুরাংগী অপুনবা নিংথৌশিং : পোইরৈতোন, ১সুং শিংতাপুং

২। খুমন সলাই লিংখৎলম্বা নিংথৌশিং: অরোং ১সুং তুমাহাবা

৩। খুমন লৈপাক্তা পানখিবা নিংথৌশিং : (১) লুংবা, (২) য়োইরাংপোক পুনশিবা, (৩) কাচেংরায়েং মাঙবা, (৪) খোনবা, (৫) খোনবা নিংথৌবা, (৬) লাইফেংবা, (৭) পুনশি য়ুমোইবা, (৮) য়োইথোংঙাই (৯) হাওরমহন, (১০) হাওরমতোন, (১১) মেনপোম্ব (১২) থোংলৈরোম, (১৩) চীংথোং থোংগ্রাইবা, (১৪) পুরান খুনৌশিবা, (১৫) নিংথৌ শিয়ারোং, (১৬) চেকয়াম্বা, (১৭) থিঙ্গোল লিকমাবা, (১৮) কোকপা (১৯) য়াইথিংবা, (২০) শময়োকপা, (২১) শমুকনুচা, (২২) থিঙ্গোলহনবা, (২৩) শেকমু কায়নৌচীংশোম্বা (২৪) কাঙচিন লৈনৌতাবা (২৫) ইকোপ লাম্বা (২৬) পুনশি খুরেনচনবা (২৭) চারনবা (২৮) য়াউগুরাকপা (২৯) লময়াই কাইখিনবা।[১০]

খুমনগী লৈঙাক-খুন্নাইগী মরম নৈনবদা, লমদম অসিগী নিংথৌশিংনা অতোপ্পা য়ুমথংনবদা লৈবা ফুরুপশিংগা লৈনবা মরী অদু থিজিনবা তাই। খুমন ১সুং মথোয়গী থংনবদা লৈবা লমদমশিংগী মরীদি চাম্নদুনা চারৌ-মৌরৌনবা ১সুং খৎনদুনা লান তৌনবা অসিনি।

খুমন নিংথৌ লুংবনা থৌবান্দা কোনুং শেমদুনা পানবা মতমদা খুন্নোন-য়ুমলোম্নদুনা লৈরম্বা মীওয়শিংদি লংমাইচীংদা তাবা লুরাং ফুরুপ অদুনি।"খুমন শৈরোন্দা" অসুম হায়না শৈথাই মদুদি ফুনান তেলহৈবগা খুমন নিংথৌগা শা তানবগী মরীদা নুংঙাইনখিদে। মমৈথংদা খুমন নিংথৌগা ফুনান তেনহৈবগা চান্নখি। অদুবু তেলহৈবা তান্নবদা, খুমন নিংথৌগী লৈমা ঙানুরোল অতোম্বীদুবু ফুনান তেলহৈবগী তেম্না থাদুনা পুকনুঙগী অঙাং অমগা য়াওনা হাংখি। খুমন নিংথৌনা শাউদুনা তেলহৈববু হাংখি।[১১] ফুনান নিংথৌ তেলহৈবা কনানো থিদোকপা তাই। লুরাং

---

১০। মথক্তা লাইবিক্ত

১১। ইউ: এল: এ:, খুমন শৈরোল, (খু: ১৯৮০, ইম্ফাল), লমাই ১-১১

লংমাইচীং তোংপারোলনা [১২] অসুম্না পিরি :-

> " কৌপরোল নামোইনুনা লুৱাং পুনসিপা ॥ ঙানুরোল
> থোঙাইপা চনুনা নুংথোংঙাই ॥ ঙানুনা লুৱাং লংমাইপা ॥ ...
> লংমাই নিংথৌ চনুনা ফুনান তেলহৈবা ॥"

অদুনদি ফুনান তেলহৈবা লুৱাংনি। লুংবগী মনাও নুপা লুৱাংদা অমুক চংখিবা নুংথোংঙাইগী মচা নত্রগা মশুনি। মরী মতা ওইরবসু লংমাইচীংদা তাবা লুৱাংগা খুমনগা লাল থেংনৈ।

খুমন কংলৈরোল্না মখা তানা পীরি মদুদি ফুনান নিংথৌগী অশিবা মশানা তেরা পান্বী ওইনা হৌরকখি। [১৩] তেরা পান্বীগী মচুম্না থৌবাল তুরেন্দা তিনখি। মচুম অদু থকলুবদগী খুমন অৱাবা তাখি। থৌবাল লমদম্বু থাদোক্নুনা ময়াং ইম্ফালদা হোংখি। থৌবালদা কোনুং শাদুনা লৈরমবদগী ময়াং ইম্ফালদা হোংখিবগী ৱারোল অরিবা লাইরিক অতৈনসু পীরি। তেরা পান্বীনা মরম ওইদুনা খুল হোংলবসু ময়াং ইম্ফালদা হোংখিবগী মরম অতৈসু থিবা তাই। লংমাইচীংদা তাবা লুৱাংশিংনা খুমনগী থৌবালদা তংতনা লাল তৌরকলম্বা য়াই। মীতৈ লৈপাক্কসু য়াম্না নকনবনা মরম ওইদুনা খুমন্না থৌবালদা কোনুং শাদুনা পানবসি খুদোং চারমদবসু য়াই। ময়াং ইম্ফালদি খুমনগী ময়াই তাবা লমনি। অদুবু, খুমন নিংথৌ লুংবগী মতমদা কোনুং হোংখি হায়বদি লৈতে। নোংয়াই খুমন নিংথৌ অদোন লাইফেংবগী মতমদা খুমন ফেনতা লাইকোই পুঙদা (হৌজিক্কী ময়াং ইম্ফাল) কোনুং শেমদুনা হোংলম্বা মাল্নী।

খুমন নিংথৌশিংগী মনুঙদা মীতৈগী নিংথৌগা অচেৎপা মরী থম্বা তৌবদি খুমন নিংথৌ পুনশি য়ুমোইবনি। নাউথিংখোংনা (খৃঃ ৬৬৩-৭৬৩) শেল্লোই লংমাইদগী লাকলগা খুমন্দা শাইদাংদুনা লৈখি। [১৪] খুমন নিংথৌ পুনশি য়ুমোইবনা মচানুপী খয়োইরোল কৈকংহাংবীবু নাউথিংখোংদা

---

১২। ১) ইবোম অমুবী শাগে শলাইরোল, ইম্ফাল,
২) নিংথৌজম খেলচন্দ্র খৃ: ১৯৭৪, লমাই ২২
৩) ওইনাম ভোগেশ্বর
৪) নামৈবাকপম ইবোচৌ

১৩ খুমন শৈরেং, লা: ১৩

১৪। নিংথৌজম খেলচন্দ্র, নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা, (ইম্ফাল) লা: ৩২ ৩৫

থাজখি। পুনশি য়ুমোইবনা অহল মতম ওইরকলবদা মহাক্কী মচল নুপী থোকপী ঙানুথুম্বীনা পোকপা শেনবা মীমাবনা খুমনগী নিংথৌ ওইখি। পুনশি য়ুমোইবদি মতু-মচা পুদুনা থৈদুনা লৈখি। মসিনা করি মরমগীনো হায়বদা — নোংমা মৈতৈ নিংথৌ নাউথিংখোং ১সুং মাগী নুপী কৈরুংহাংবীন খুমনগী নিংথৌ পুনশিয়ুমোইববু চাক কৌখি। মসিদা খুমন নিংথৌনা পেল্লদুনা মচানুপী ১সুং মমাকনিপাদা মখোয়গী অপাম্বা নিজৌ হায়রবদা, মচানুপীনা লম নিজখি। মচানুপীনা হায়খি মদুদি মীতৈগী লমদি পিকই। খুমম্না চাউবা হেল্লি। অদুনা খুমনগী লম খরা মীতৈদা পীবিয়ু হায়জখি। খুমন নিংথৌনসু য়াথোকখি। মখোয়না চাবা শওম মকোক অদুনা ভুরেললগী ইচেন্দা তাউদুনা চৎথ্রগা পনখিবা মফম অদু ফাওবা মীতৈগী লম ওইয়ু হায়না খুমন নিংথৌনা হায়খি। শওম মকোক অদু ওইনাম খুনগী খুন্দোন্দা পনখি।[১৫] মফম অদুবু শওমপন হায়না খঙনখি। লম পীথোকখিবগী শাউদুনা শেনবা মীমাবনা মাগী মী খোমদুনা লান হৌখি। নিংথৌ খুবম মুনখি।

শেনবা মীমাবা কনানো? শেনবা মীমাবগী মমিংদি খুমনগী নিংথৌ ওইজরবসু খুমন নিংথৌশিংগী মরক্তা হাপ্পা থেংনদে। মীমাবদি লুৱাং নিংথৌ পুনশিবগী মচানি। মমানা খুমন্দা পুদুনা লাকখিবনি। খুমন্দা চাউখিবনি। ইমোইনু অহোঙবীবু লুৱাংদগী খুমন্দা পুদুনা লাকখিবা নিপা অদুদি শেনবা মীমাবনি।[১৬] অঙাং ওইরিঙৈদা শেনবা মীমাবনা শা তানবা চৎপদা সঙাই অমা ফাখি। লুৱাং নিংথৌ পুনশিবনা শেনবা মীমাববু শা ফাফমদা থেংনখি। লুৱাং নিংথৌনা শা অদু মমল পিদুনা লৈজরগে হায়খি। মতম অদুদা মীমাবদি খুমন্দা লৈবা মরমনা মপা মশক খঙলমদে। মীমাবনা লুৱাং নিংথৌদা মমাদা হংলুখিগে হায়খি। পলেম মমানা শা অদুবু ইমোইনু অহোঙবীগা শিন্নদুনা খুমন্দা পুরকউ হায়না তাকপিখি। ইমোইনুবু খুমন্দা পুরকপদগীদি খুমন লৈপাক নুংঙাইনা পানখি। হায়না খুমন নিংথৌরোল লম্বুবনা পীরি।

পুনশিয়ুমোইবনা শিথ্রবা মতুংদা মীগী মচা য়োইথোংঙাইনা মবাই মৈতৈ নিংথৌ নাউথিংখোংগী মতেং লৌদুনা শেনবা মীমাববু মাইথীবা

---

১৫। খুমন শৈরেং, লা: ২৯

১৬। কুলচন্দ্র, মথক্কী লাইরিক্তা, লা: ১৩-১৪

পীখি ১সুং খুমনগী নিংথৌ ওইখি।[১৭]

য়োইথোংঙাইনা ঙানুরোল কাইরেমা চনু পান্নরগা হাওরমহন, হাওরম নিঙ্গোঁয় য়ায়মা ১সুং হাওরমতোন পোকখি। [১৮] হাওরমহন অমসুং হাওরমতোন অনিমক খুমনগী নিংথৌ ওইখি। লিক্লাং অমগী মতাংদগী হাউরমহনবু হাওরমতোন্না হাৎখি। হাওরমহন্না লিক্লাং অদুবু ফানতেক শোক্লাইবগী অহোঙ কুম্মে য়েংবা চৎপদা শিরুবগীদমক্তা লিক্লাং অদুদা থাঙনা ককপদা ময়াম্বগী মঙক য়াওখিবনি। হাওরম নিঙ্গোঁয় য়ায়মদি তৌরিবা মতৌ অদু উবদা মোইরাংদা চেন্দুনা লৈখি। হাওরম নিঙ্গোঁয় য়ায়মগী ঈদি পলেমকোই; পলেমকোইদুনা, পুরেম্বা; পুরেম্বনা অদোন নোংয়াই থম্বা।

খুমনগী মমিং লৈবা নিংথৌ অমদি চীংখোঙ থোংগ্রাইবনি। মাগী মচানুপীবু লম্মাংদোংদা পানবা লুৱাংগী নিংথৌ নুংবান ফানতেক শোক্লাইবনা লৌখি। ফানতেক শোক্লাইবনা মকৃ খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোংগ্রাইববু অহোঙ কুম্মে য়েংনবা কৌরগা হাৎনবা শরৌ শিল্লম্মী। মদু খঙলদুনা মাগী নুপী খুমন নিংথৌগী মচানুপীনা ফৌশু-ঈশৈ শক্তুনা মপা থোংগ্রাইবদা খঙহল্লম্মী। ময়ুম খুমন য়ৌবগা থোংগ্রাইবনা শোক্লাইবগী মথক্তা লান তাগে থৌরাংলম্মী। মোইরাং নিংথৌ উরা খুন্দাবদা লান পাংবিয়ু হায়জখি।

*শোক্লাইবসু মোইরাং নিংথৌগী মফমদা লান পাংবিনবা হায়জখি। অদুবু মোইরাং নিংথৌনা খুমন নিংথৌগী মতেঙ পাংখি। লান অদুদা ফানতেক লৈপাক কায়খি।*

লুৱাং ফানতেক লৈপাক অসি লম্মাংদোংদা কোনুং ওইনা পান্দুনা লৈবা লুৱাং য়ুমজাউ লৈপাক্কী শাখায়নি। লিকলাবিচা নোংদংনু অসি পুরৈরোম্বগী নুপীনি। লিকলাবিচানা খোইতোম পোকএ। অদগা লুৱাং পুনশিবগী নুপী হাওসিয়াংনা মচা ওইনা য়োকচখি। খোইতোমদগী ফানতেক কাঙলুপ শন্দোকখি।[১৯]

---

*১৭। খুমন শৈরেং, লা: ৩০*

*১৮। ভোগেশ্বর, মান্নবা ; লাইরিক,*

*১৯। ইরোম অমুবী, খেলচন্দ্র, ভোগেশ্বর, ইবোচৌবা মথক্কী মান্নবা লাইরিক্তা, লামায় ৮*

মৈতৈ নিংথৌ অয়াঙবগী (খৃ: ৭৯১-৮২১) মতম অসি মৈতৈ অমসুং খুমনগী মরিদা অনৌবা শকতম অমা লাকখিবা মতমনি। নুংশি চান্নবা লৈরমবদগী শাউনবা হৌখিবা মতাঙনি। মৈতৈ নিংথৌ অসিগী মনাক্তা খুমন নিংথৌ ওইরক্কদবা য়াইথিংবা শাইদাংদুনা লৈরম্মী। অদুবু খুমন নিংথৌ কোকপা শিরবা মতুংদা য়াইথিংববু খুমন নিংথৌ হাপ্লবা থিরকলবদা মৈতৈ নিংথৌ অয়াঙবনা হায়খি, "য়িদাইরেম অদোন য়াইথিংবা-ও। নোংয়াই নপুংয়াইদা। নিংথৌ ফম্বাল হাঙফরোই। নোংয়াই নপারাই। খুমন নপুরাই। থৌকাউদনা ... নোংয়াই নপুংয়াইদা খুনকুমখিও।"[20] খুমন অমসুং মৈতৈগী নুংশিনবা মাঙদনবা ব্রাংথৈ লিকখুন পুঙথোনখি।

খুমন অমদি মৈতৈ অনিগী মরীদি মতম পুম্নমক্তা চানদুনতা লৈবা নত্তে। আর-কে: ঋলজিৎনা হায় মদুদি খুমন অমসুং মৈতৈ অনিগী মরক্তা য়েংথীনবা হৌখিবসি অয়াঙবগী মতমদগীনি। খুমনশিংবু য়াম্না থুনা য়াঙনা মায়থীবা পীখি হায়বগী অয়াঙবা হায়না মিংথোনখি। মহাকথক্তা শা তানবদা, মৈতৈ নিংথৌনা শা অদুবু খুমন লমদম তমনা তান্নখি। খুমন মথৈনা মথোয়গী লমদা শা তানবা চঙলকই হায়না শাউখি। মৈতৈ নিংথৌনা খুমনশিংবু মায়থীবা পীখি।[21]

মৈতৈ নিংথৌ ইব্রানথাবগী[22] (খৃ: ১১৬৩-১১৯৪) মতমদদি খুমন অমসুং মৈতৈগী মরী-অসী য়াম্না শোকচিনখ্রে। মৈতৈ নিংথৌ হেমতৌ ইব্রানথাবগী মতমদা পানখিবা খুমন নিংথৌদি অদোন পুনশিবনি। নিংথৌ অনীসিগী লান তৌনবগী মরমদা নিংথৌরোল লম্বুবদা ময়েক শেংনা পীরি। মৈদিংঙু হেমতৌ ইব্রানথাবনা মৈত্রাওদা শজি-শঙাই তানবদা, মৈদিংঙুগী তানা হুনখিবদা তা অদুনা পানখিবা শা অদুনা তা অদুবু চেন্দুনা চৎখ্রবা লালোই পাউবিতেক্তা তুরুরে। খুমন ঈশিংপা, নোংয়াই ঙা ফাবশিংনা শা অদুগা তা অদুগা থেংনদুনা খুমন নিংথৌ পুনশিবদা কৎলরে। খুমন নিংথৌনা র্তা অদু মৈতৈ নিংথৌগীনি হায়বা খঙলম্মী। মতুংদা র্তা অদুবু মৈতৈ নিংথৌদা হুনবিখি।

২০। *কুলচন্দ্র, মান্নবা লাইবিক্তা, লা: ৩১*

২১। *লাই: ইবুংঙোহল, খেলচন্দ্র, চৈথারোল কুম্বাবা, (ইম্ফাল,) খৃ: ১৯১১ লা: ৭*

২২। *ওইনাম ভোগেশ্বর, নিংথৌরোল লমবুবা, (ইম্ফাল, খৃ: ১৯৬৭) লা: ১০৭ ১১৯*

তা অদুনা অচৌবা ৱাথোক ওইখি। মৈতৈ নিংথৌ ইৱাংথাবনা মাগী ... মরু কুমদবসু কুমলে, তাজিন শোক্তবসু শোকলে হায়না শাউখি। ...মৈদিংঙুনা মাগী হি ককচিংঙম্বা ... কৌববু তোংদুনা খুমন লমদা হুয়েল ...ন্দাখি। খুমনগী লম উচিৱাদা থুংখি। মৈতৈ নিংথৌনা মফম অদুদা ...তারিবী নোংয়াই লৈমগী মকোক্তা কাঙদেম্না থোমদুনা অমসুং থৌরিদা ...ঙনা লেন্দুনা মকোক লৌখি। খুমন মচাশিংনা লুরেন অদুবু হনবিরম্মু ...জববু মৈদিংঙুনা তাবিখিদে। অদুদা খুমন্না লান শিংনরকখি। নুমিৎ মঙানি শুবদা য়াউরৌ-তৈতুপান তৈরাং নাকমপোংদা নিপা থৌদাং য়েংনসি, ... চায়নসি হায়রমলগা তকশি শোম্না খুমন মখৈ হনখি। নুমিৎ মঙানি শুবদা খুমন লানলোই পুম্নমক হৌরক্তুনা মখুত্তা তাবাক পায়দুনা খুমন ...থোক্কা লাউদুনা য়াউরৌ তৈতুপান্দা মৈদিংঙুবু ঙাইদুনা লৈখি। মৈতৈ নিংথৌ ইৱানথাবদি অৱোনবা লানওং অমা খুমনগী মায়োক্তা তৌরকখি। মৈতৈ নিংথৌনা খুমন্দা পাউ থারকখি মদুদি মাগী মনাই নোংথোল ...ংমাই থিনবা শিরে। মপান থোকপা য়াদরি। নুমিৎ মঙানি অমগসু ...ইনবা হায়শিন্নরগা অৱোনবা লাল্লোং অমনা খুমন লালোই অথৌবশিংনা ...া চাক চাদুনা লৈরিঙৈদা লাঙ্গোই চনখি। খুমন লালোই কয়া হাংখি। ...ন অদুদা মৈদিংঙু হেমতৌ ইবাংথাবগী ময়াম্না খুমন্দা শাইদাংদুনা লৈবা অভোম যোইরেম্বগী মচা তৌরেন খুবা তৌরেন হনববু মৈতৈ লাম্মীনা ...ংখি। তৌরেন খুবা তৌরেন হনবা খুমনগী মাগকৈদা লৈদুনা মৈতৈ ...থৌ ইৱাংথাবগী মায়য়োক্তা লান থেংনখিবনি। মৈদিংঙু হেমতৌ ইৱানথাবনা, তৌরেন খুবা তৌরেন হনবগী মকোকপু, লুখা থাবসু থাফরোই, ...মথি খাদসু চনফরোই হায়দুনা তৌরেন খুবা তৌরেন হনবগী মকোকপু ...া য়োমদুনা উদা থাঙফম হক্কা য়াল্লম্মী হায়বগীসু লমদম অদুবু চাখা ...ইকচাং হায়না কৌনখি।

মৈতৈ নিংথৌ ইবাং-থাবনা খুমন নিংথৌবু শাউখিবগী অতোপ্পা ...বম অমসু লৈ। নোংথোল তেংমাই থিনবগী থৌরাংদগী মনাও ইবুংঙো হেমতৌ ইৱানথাবনা কংলা ফম্বাল তোংহৌরবা মতুংদা ময়াম্না অভোম ...াইরেম্বদি মচা-নুপা তৌরেন অহনবগা হিদা চংখিদুনা খুমন অদোম ...থৌ পুনশিবগী মনাক্তা লৈখি। মহাক্কী ময়াম্না অভোম যোইরেম্ববু খুমন্দা ...ইদাংফম পী হায়বগী শাউদুনা খুমন্দা লান তাবনি।

মতুংদা পাল্লকপা খুমন অমসুং মৈতৈ নিংথৌশিং কয়াসু ... তৌনৈ। নিংথৌগী মচা নুপীশিং ফাওবা হাৎতোকনৈ। "থরান থা ... ছিবান" ... হায়বা লাইরিক অদুদা মৈদিংঙু থরানথাবনা (খৃঃ ১১৯... ১২৩১) খুমন নিংথৌ পুনশি খুরেনচনবগী মচানুপী খয়োয়রোন শম্ফ... লুহোংদুনা লোখি। অদুগা খুমন নিংথৌ পুনশি খুরেনচনবনা মৈতৈ নি... থবান থাবগী মচানুপী চীংখৈ থানবীবু লৌরম্মী। মৈদিংঙু থরা থা... খুমন নিংথৌগী মমোম শম্ফবীবু লৈমন নাচোম অমগী মতাঙদগী ম... শেংদ্রে হায়দুনা তরেঙয়োংনা লবাই লেম্ফুদা লেংলগ হাৎখি।

খুমন নিংথৌ পুনশি-খুরেনচনবসু মচানুপীগী লমন শিংগে খনখি মরম অদুনা মাগী নুপী চীংখৈ থানবীদা মপা মৈতৈ নিংথৌবু লায়েকন... হায়খি। খুমন নিংথৌনা হায়বা মতুং ইল্লা চীংখৈ থানবীনা খুঞ্জানগী মথ... লান্দাবদা খুমনগী মতেঙ পাংবিয়ু হায়না মপা মৈতৈ নিংথৌদা লায়েকচখি মতম অদুদা খুমনগা হৈরেম খুঞ্জান কাঙবুগা অনীসি অমগা অমগা খৎনর... । নোংয়াইনা পুঙ অমা থোনবগা হৈরেমসু পুঙ অমা হেক্তা থোল্লি। খুমন থেন অমা হেক শেম্বগা খুনজানসু থেন অমা হেক্তা মশেমমি।

খুমনগা হৈরেম খুঞ্জানগা য়ানদবগী মরম অতোপ্পা অমসু লৈ... হৈরম কাংবিসু হায়বা নিপা অদুনা খুমনবু য়াম্না উশিং থওইদনা তো... মদুদা শাউদুনা খুমন নিংথৌগী মনাই অথৌবা খুমন মোইরেম্বনা হৈরে... কাংবীসুগী মথক্তা হুয়েন লানশিংলম্মী। তা চায়নবদা হৈরেম কাংবিসু... নত্তনা পাম্বৈ শিজিন্নদুনা মোইরেম্ববু তানা লেংলগা মঙক কক্কু... হাৎখি।[২৩] হৈরেম কাংবীসুবু অমুক মোইরেম্বগী মনাও চীংথাং লানথব... মঙক কক্কুনা ময়াম্বগী লমন শিংখি। অসিগুম্না মরম কয়া অসিদগী খুম... হৈরেম খুঞ্জান্দা লান তানিংখিবনি। মৈতৈ অমসুং খুমনগী লান্মীশিং... হৈরেম লমবু থুগাইখি।

অদুবু লানচৎলুবগী হল্লকপদা খুমনগী নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌগী মথক্তা মচানুপী হাৎখিবগী লমন খুমনবা অরোনবা থৌরাং তৌখি। ম...

---

২২। ময়াংলম্বম গৌবচন্দ্র, থৌরানথাবা ছিবান, (ইম্ফাল, ১৯৮৯)

২৩। খেলচন্দ্র, চয়নবোল, লং: ১৮ ১৯

খুঙলদুনা খুমন নিংথৌগীদি তালোয় মৈতৈ নিংথৌগীদি মমোমলোই চীংখৈ পানবিনা মচীন্দদি খুমন লৈপাক্তা চঙলকনবা কৌশিন্নবগা মথুং খত্তোক্লুনা লপা মৈতৈ নিংথৌবু থুনা য়াঙনা চৎখিনবা খঙহনখি। মদু খুঙলদুনা মৈতৈ নিংথৌসু মরমদম তান্না চৎখিনবা তৌরম্মী। অদুবু তুরেনগী খোংনুঙদা খুমন নিংথৌগী থোইনশিন্দগী খুমন ক্লাকপা লৈতোন পান্ননা মৈতৈ নিংথৌবু হাংনবা হোংনবকপদা মৈতৈ নিংথৌগী মনাই তাবিয়া এলাংবা অথৌবনা ক্লাকপগী মঙক্তা নৌনা য়ান্দুনা হাংখি। মৈতৈগী হিয়াং-হিরেন্দা হাপলিবা মা মকোক অশাবা অদু খুমন ক্লাকপগী মকোক অদু পুবকপা হিনাউদা হাপ্লগী মতৌ অদুনি হায়নৈ। মসিগী মতুংদা খুমন নিংথৌনা মাগী তালোয় মৈতৈ নিংথৌগী মমোমলোই চীংঙৈথানবীবু হাংখি। শাউরবা মৈতৈ নিংথৌনা খুমন নিংথৌ খুরেনচনবগী মথক্তা লান তাদুনা খুমনবু মায়থীবা পীখি। মতুংদা খুমন মৈতৈ অমুক চান্নখি। খুমন নিংথৌ পুনশি-খুরেনচনবনা মৈতৈ নিংথৌ খুনমোম্নগী মচানুপী ন্নাংঙমলোন পানবা ফাবীবু লুহোংদুনা লৌখি।

**খুমন ১সুং মোইরাং :** খুমন ১সুং মোইরাং লমদম অনীসি যুমথংনবা নিংথৌ পানবা লম ওইবগী হৌনবা, অমনা অমগী মতেঙ পাঙনৈ। অদুগা, অমনা অমদগী হেন্নবসু হোৎনৈ

লোকথা-হাওখা কৌবা খুঙ্গংনা খুমন অমসুং মোইরাং লৈপাক্তা চংনিংবু[১৪] লোইপোৎ ওইনা পী। খুমন লমদদি লোকথা খুলনা চংনিং লোইপোৎ হেন্না পী। মসিনা মরম ওইদুনা খুমন নিংথৌনা চোন্না শিবগী মথক্তা পরেং তরুক শি। অদুবু মোইরাং নিংথৌদদি লোইপোৎ ন্নাৎনা পাবনা মরম ওইদুনা পরেং মঙাতমক শি। মসিদা মোইরাং নিংথৌ উরা খুন্দাবনা নুংঙাইখিদে। নিংথৌনা শাউই তাবদা লোকথাগী মীশিংনা চহীগী লোইপোৎ চংনিং হারম্বদু মোইরাং লমদসু হাররোই, খুমন লমদসু পীররোই হায়খি। লোকথা খুঙ্গংগী মীওইশিংগী মঙক কনবা অদুদা মোইরাং নিংথৌ উরা খুন্দাবগা খুমন নিংথৌ চীংখোং থোংগ্রাইবগা অনীনা লোকথা লমদা লান্দাখি। লোকথা খুঙ্গং কায়খি।[১৪]

---

১৪। ভোগেশ্বর, মোইরাং নিংথৌরোল লমুবা, ১৯৮২,

খুমন অমসুং মোইরাং অনীসি অমনা অমবু শীংনবা ভোকতে ঈশে ভাঁয়ে। হি ভাঁয়ে। অমগী লৈপাক অমনা খোপচিনবা লাকনৈ। খুমন নিংথৌ ঈকোপ লাম্ববগী মতমদা মোইরাংদা পানবা নিংথৌদি শাংদোন লাইনাউ ভাবনি। শাংদোন লাইনাউ ভাবনা খুমনগী লম ওইব থৌবালগী লমবু লৌগে হায়দুনা লান ভারকখি। মদুদা খুমনশিংনা শাংদোন লাইনাউভাববু হাংখি। অসিগী মতুংদা খুমন নিংথৌ অদোন পুনশিবগ মোইরাংনা শাংদোন লাইনাউভাবগী মতমদা খুমনবু উশিত্তে হায়দুনা মোইরা লমদা অমুক লান ভাখি। মতম অসিদা মোইরাং লমদা সোঙলেন লানথবনা পল্লি।[২৪] মপা নিংথৌ শাংদোন লৈনাউভাববু হাংখিবগী লমন খুমলগে হায়দুনা সোঙলেন লানথবনা খুমনবু লান থেংনখি। খুমনবু মায়থীনা পাখি। লানফম অদুদা খুমনগী ক্কাকপা কৌবা অথৌববু পুরিক্লাই সোঙলেন লানথবনা থাঙলেম্না য়ান্দুনা হাংখি।

খুমন ১সুং পোং : সান ।।। হায়রিবা মীওই কাঙবু অসিবু মৈতৈনা পোং হায়না খঙনৈ। মতম অদুদা পোং কাঙলুপ পুম্নমক্কা শাবা অপূনবা পোং লৈপাক লৈরমদে। লম মচা-মচা থোক্লা খায়দোক্কুনা পোংশিংনা পাল্লম্মী। লম মচাশিং অসিবু মৈতৈনা ভোংভান-ভোংভানবা মমিং থোন্দুনা খঙনরম্মী। মৈতৈশিংনা অঙনবা মতমদগী মরী থমনখিবশিং অদুদি সেনবী পোং অমসুং তাইপোংনি।[২৫] খুমন লৈপাক্তা অদোন পুনশিননা পাল্লিঙৈদ তাইপোংগী লান্মীনা খুমন লমদমদা লান ভারকখি[২৬] মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবদা কবোগী লান্মীশিংনা লান শোক্লবদা নোংমৈ শিজিন্নবগী ব্রারোল পল্লী। তাইপোংগী লান্মীবু খুমম্না মথম্নতা থেংনবা ঙমলোইদনগী মতাং অমা লাকখি। মতম অসিদদি খুমনগী মতিক মথৌনা হনথখিবগুম তৌম্রে। নিংথৌরোল লম্বুবনা অসুম্না ইরি, '' ময়িম শেনবী তাইপোং মনিল নাইবদি লমলেন ফেনচিকোপ ইকোপ লাইপন শোয়দা চানা ভেংগোন ৭ (ভরেৎ) শুনা ছয়েন লানকারকলে। অয়িম নোংয়াই মচেৎ মাদি কবুই লমমন ওইগে হায়রে। নোংয়াই মচেৎ মাদি হাওখা চাইরেন ওইগে হায়রে ... খুমন মচেৎ মাদি ভারাউ ভারাং ওইগে হায়রে। নোয়াই মচেৎ মানা

২৫ ভোগেশ্বর, মোইরাংনিংথৌরোল লম্বুবা, ১৯৮২, লা: ১৭১

২৬ ভোগেশ্বর, মোইরাংনিংথৌরোল লম্বুবা, ১৯৮২, লা: ১৫৫ ১৮২

মরিং নাশেম ওইগে হায়রে। খুমন মচেৎ মানা তাংখুল চাকোৎ নুংখিন ওইগে হায়রে।[১৮]

তাইপোংগা থেংননবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা নুপারকতগী অথৌইবী অমদি খুমন নিংথৌগী তালোয়। ওইরিবী মৈতৈ নিংথৌ খুনমোম্বগী (1263-1278) মচানুপী পানবা ফাবিনি। খুমন লৈমা অসিনা মৈদিংঙু খুনমোম্বদা লাননেকচবদা উরেকশেক হায়না খঙনবা নিঙথিরবা উচেক মতুবু ব্রাগী উতোং মনুংদা হাপ্লগা মপাবুংগী মফমদা থাদোন তমজখি। খুমনলৈমা অসিনা মোইরাং লমদসু লান পাংবিয় হায়জখি। খুমন, মৈতৈ অমসুং মোইরাংগী অপুনপা খুৎপুনা তাইপোং লান্নাব মাইথিবা পীখি।

**খুমন অমসুং ময়াং কালিশা :** খুমন নিংথৌ থিংগোন অহনবগী মতমদা, খুমন নিংথৌ অসিনা খুগা তুরেল মনাক্তগী ফারক্লগা ময়াং ইম্ফালদা থমখি।[১৯] মমৈথংদা নিংথৌখোং, নাচৌ, হৈরোক ঙাইখোং অমসুং খাংঙবোকতা খুন্দাদুনা লৈখি। হন্দম খাংঙবোকতা লৈপাক তৌথোকতুনা য়েংবদা মীগী শরু ফংই। ফংলিবা শরুশিংসি কনাগীনো হায়বা থিজিন্নবা লাকনরি।খাংঙবোক হায়বিবা মফম অসিদি খুমনগী লমনি। করিগুম্বা নৌনা লাকপা ময়াং কালিশাশিং অদুনা মখোয়গী অশিবশিংবু মৈ থাদুনা পোৎলোইবগী চৎনবি লৈরমলবদি, ফংলিবা শরুশিং অসি খুমনশিংগী ওইরমগনি হায়না লৌবা তাই।

## রারোইশিন

১) খুমনগী ইতিহাস নৈনবদা অরুবা মতাং থরদি থেংনদবা নত্তে। হন্দম ওইনা হায়রবদা খুমন অদোন পুনশিবসি মৈতৈগী নিংথৌরো মন্ত্রী/মন্ত্রী পান্দুনা লৈ। চহী ১০৭ পানবা নিংথৌনি। মাগী ওইনা য়ারোই। অহানবদা লৌবিবা মৈতৈ নুপী অসি মৈতৈ নিংথৌ থবানথাবগী মচানুপীনি। অদুগী মতুংদা মৈতৈ নিংথৌ খুমোম্বগী মচানুপী পামবা ফাবী লৌবনি। খুমোম্বদি থবানথাবগী মতুং তাবা নিংথৌ অনীগী মতুংদা পানখিবনি। অসিগুম্বা য়েংনবা কয়া অসীনা খুমনগী পুবারী থিজিনবদা অরাবা ওই।

---

১৮। ভোগেশ্বর মাম্নবা লাইবিক, লা: ১৬৩

১৯। মুতুবা বাহাদুর, মণিপুর আটকী রারী-শীনবুং, রাহৌদোক, লা: ১

২।  খুমনগী মরায় চায়থরকপা অসি মণিপুরগী ইতিহাসতা অচৌব অহোংবা অমনি। মণিপুরী ইতিহাসপু শরুক অহুম হায়বদি অরিবা মতম, ময়াই ওইবা মতম অমসুং অনৌবা মতম থায়বগী মতাঙদা, খুমন্ন শোনথখিবা মতম অসিদগী অরিবা মণিপুরী ইতিহাস লোইরে হায়না লৌবা য়াই।

৩।  খুমনগী মরমদা নৈনবা অসিনা মণিপুরগী অপুন্বা শক্তম শাগৎপদ অচৌবা মচাক অমা ওইগনি। মণিপুরগী পুব্বারী অসি নিংথৌজশিংতগী ওইনা উবগী লমখৈ অদু লান্দুনা অতোপ - অতোপ্পা খুনাইশিংগী পুনশিন্দুনা শেম্বা ইতিহাস অমা নৈনবদা মসিনা অচৌবা শরুক অমা ওইগনি।

---

## রিবিউররগী নোট্

I. Govt. of Tripura :- Tribes of Tripura (Agartala no date) pp 17-19 :— কালিশাসি শোআটিয়াগী ফুরুপ অমনি।

II মণিপুরনা মর্নাঙ তম্রীডৈদা মেকুল্লোক (Mc Cullock, Major) না খৃ: ১৮৪৪-৬২ অমসুং খৃ: ১৮৬৩-৬৭ কী মতমশিংদ Political Agent ওইনা বৃটিশ ইন্দিয়গী মহুৎশিন্দনা মণিপুরগ বৃটিশকা লৈনবা মরীগী থবক পুরম্মী॥

III. মণিপুরগী মৈতৈশিং খৃ: ১৭০০ কী মতুংদা য়াম্না নকুরম্বা নগা কুকি অনিমক্কী মচৎ-মনা তংখায় তংখাঙচঙবা চীঙমী কাংলুপ ফুরুপ অমা।

IV. ইম্ফালগী নোংপোক্তা তাবা চীংমী কাংলুপ অমনি।

V. ইমোইনু অহোঙবী লাইরেম্বীসি লন-থুমগী লাইরেম্বী ওইনা মৈতৈ লৌনৈ। ফোওইবী ব্রারোল, ফৌগৌরোম্নচিংবগী মতুং ইন্নদি লাইরেম্বীসি ফৌওইবী ওইনসু পীরি॥

VI. I) নাউরেম ~অমুয়াইমা : ককচীং খুম্বোক

II) ময়াং তেখাওলোন খুৎই

ককচীং লাইওই - তীনশুইবগী ব্রারীশীঙবুন নত্তনা তৈদিংঙ খুঞ্জানওবা (খৃ: ১৫৫২-৬৬) পাইখোম্বা (খৃ: ১৬৬৬-৯৭) অনির্গ মতমদা মরু ওইনা তেখাও (অহোয় রাজা) দগী খুনথোক

খুনহোংলকখি। থৌবান্দা খুন্দারম্বদগী গরিবনিরাজ মহারাজ (খৃ: ১৭০৯-৪৮) গী মতমদা হৈরেম খুঞ্জানশিং লম ওইরম্বা হৌজিক্কী মফমসিদা খুন্দাখি।

VII চংনিং – মচু ঙৌরুনবা অকনবা মকু পানবা পোত্রমী / গ্রামিনী (Poaceae / Grammineae ) ফেমিলীগী পানবী অমগী মঁহেনি।

VIII শান (Shan ) হায়বসি ফুরুপ কাংলুপ ৩০।৪০ দগী তাদনা লৈ। মখোয়শিংদুদগী মনুংদা মোগাউং (Mogaung , in the present Southernmost district as well as its capital town of the northernmost, Kachin state of Myanmar) পানবা মাও-শান/টাই মাও (Mao-Shan/Tai-Mao) ফুরুপপু মৈতৈনা পোং কৌই। "পোং" হায়বা ৱাহৈসি ডিমাসা/কছারীশিংগী ৱাহৈ "বোঙ (Bong)" হায়বসিগী লোমৈনি । বোঙগী ৱাহন্দোক্তি ফৌ (Paddy) হায়বনি (Rev Edwin, 1919).

IX " তাইপোং " হায়বসি মোগাউং য়ৌগদবা রাৎলিঙৈদা লৈবা সমজোক (Hswang-shup/Thang-dut) কী নোংচুপলোমদা খুল্লিংদা টাউ-ঙাইলাও (Tai-Ngailao) গী ফুরুপ টাইলোং (Tai-long the great Tai) গী মশা অমা ওইরম্বা য়াই।

X উরেকশেক – উরোক মভু, Egret feather

## "মৈতৈ নিংথৌগা খুমন নিংথৌগা অনীগী লৈনরম্বা মরি"

— খুমুজম রতন

### I. ১.১ : Sources & Problems :-

চে অসি ইবদা শিজিন্নরিবা sources শিংসি মৈতৈগী অরিবা manuscripts শিং হায়বদি 'চৈথারোল কুম্বাবা', 'নিংথৌরোল লম্বুবা', 'নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা', 'থরান থাবা হিরান' ১সুং genealogy নি। Sources শিং অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা লমদম অসিদা লৈরম্বা ওল্লিবৈ মতমদ লৈরম্বা Proto-Meitei শিংগী ইতিহাস শাগৎপদ খুদোংথিবা য়ান্না লৈ। মসিগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা handicap শি 'মতম' গী (Time ) রাফম অসিনি। 'চৈথারোল কুম্বাবা' নত্তনা অতৈ অরিবা লাইরিকশিং হায়বদি 'নিংথৌরোল লম্বুবা', 'খুমনলোন' নচিংবদ 'মতম' গী রাফমশি য়াওদে। অমরোমদসু, 'চৈথারোল কুম্বাব' দ পীরিবা 'মতম' শিং অসিসু 'মরুওই' না ওল্লিবৈগী মতম্ হায়বদি মৈদিংগু ক্যাম্বাগী" মমাংগী ইতিহাসকী থৌদোক রাথোক শিং লৈথায় তাবা ওমনদ্রি। রাফম অসি নিংশিংজরগা চে অসিদা 'মতম' গী রাফম্ অসি নৈনজদ্রে।

১.২ : অমরোমদা অমুক্ য়েংলুরগসু genealogy গী মপুং ওইবা মথৌ (primary purpose) অসি 'মতম্' তাকপা খক্ত নত্তে। মসিমক্তা 'মতম' গী রাফম অসি মরু ওইদ্রে হায়বদি নৎচদে। মসিনা হায়জনিংবদি, genealogy দ ওল্লিবৈ সমাক্তগী ' তোঙান তোঙানবা মচাক্শিং য়াওরি; ' মচাকশিং অসি নৈনদুনা খংনবা হোৎনবা চংই।

'Genealogical records' তা মখল অনিগী ' information য়াওবা থেংনৈ। অহানবদা মপুংওইনা য়াওরিবশিং শাগৈ-শলাই নত্রগা

১। *Romila Thapar, "Genealogy as a source of Social History" in ' Ancient Indian Social History", P 326.*

মীওই ফুরুপ অমগী মৈহৌরোলগী মিংশিং নত্রগা মখোয়গী 'succession lists' শিংনি। মসিবু 'fixed tradition' হায়না খংনৈ। মসিদদি শেমদোক-শেমজিন (tampering) কয়া তোয়না তৌবা থেংনদে। অনিশুবদা, genealogy দা অরিবা মতমগী থৌদোক -ৱাথোকশিং ৱাফম ইরম্বা য়সিনি। মসিবু 'narrative tradition' হায়রগা খংনৈ। মসিদদি মতম-মতমগী মতুং ইন্না ১সুং দরকারগী মতুং ইন্না হোংদোক্-হোংজিন, শেমদোক-শেমজিন য়ামনা তোইনা তৌগল্লি। মরম অসিনা genealogy দা ১দি অরিবা লাইরিকশিংদা য়ুম্ফম্ ওইরগা ঙল্লিঙৈগী ইতিহাস নৈনবা য়াবসিদা চয়েৎনবা, ককণ্ডাউনবা থোক্কবা নত্তে। ৱাফম অসি লমদম্ অসিগী ইতিহাস নৈনবদা অমুক্কসু হেন্না অরুবা অমা ওইরি।

ৱাফম খরসি মাংদা থমজরগা চে অসিনা অশিন-অরাংশিংনা পীবিবা theme অসিদা য়ারিবমখে objectively নৈনজনবা হোৎনজরি।

II ২.১ : Broader Perspective :—

নিংথৌজা শলাইনা লুচিংবা অপুনবা মৈতৈ লৈপাক (Meitei State) অমা মপুং ফানা শেমগৎলক্লবা হোৎরকপগী অপাকপা মীৎয়েংগী (Broader Perspective) মখাদা "মৈতৈ নিংথৌগা খুমন নিংথৌগা অনীগী লৈনরম্না মরী" অসি নৈনবা চংই। লমদম্ অসিগী চীং ১সুং তমদ ঙল্লিঙৈ মতমদ তোঙান-তোঙানবা মীওই ফুরুপ কয়ানা খুন্দা-লৈতাখিবগী পাবাশিং অরিবা লাইরিকশিংদগী ময়াম্না থেংনবিরে। মখোয়শিং অদুদি মঙাং, লুৱাং, অঙোম, খাবা—ঙানবা, খুমন, মোইরাং, চেংলৈ, শরাংথেম, লেশাংথেম, হাউবোক কোনথৌ, চকপা, হৈরেম-খুঙ্জান, থাঙ্গা কম্বোং, উরোক-উশয় অসিনচিংবনি। মীওই ফুরুপশিং অসি মখোয়গী মরক্তা অমগা অমগা তোৎন-তিন্নদুনা পুনশিন্নখিবসু য়াওই, নত্রগা লান তৌনদুনা লান্দা মাইথিহৌরবা ফুরুপশিং, শাগৈ-শালাইশিংনা মাইপাকপা ফুরুপশিং, শাগৈ-শলাইশিংগী মখা পোন্দুনা অকোনবা তিনশিনখিবা/লুপশিনখিবসু য়াওই।

২.২ :—মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবগী মতমদা মরুওইবা মীওই ফুরুপশিং, শাগৈ শলাইশিং অদুগী মনুংদা পয় য়াবদি অঙোম, মঙাং, [11] লুৱাং, খুমন, মোইরাং, খাবা—ঙানবা, শেলোই-লংমাই, হেরেম-

১১ Ibid. p. 328

খুঙ্গান, ... অসিনচিংবনি। মসিগী মনুংদা খাবা কাংবুদি নোংদা লাইরেন পাখংবনা মাইথিবা পীদুনা মৈতৈ কংলাদগী ভাম্বোকপদা নত্তনা মপুং ফান নমথদুনা থমখ্রে। লোয়ননা নোংদা লাইরেন পাখংবনা খাবা লুচিংবা খাব নোংচেংবা মাইথিবা পীনবা হোৎনবদা পুনখিবা শাগৈ-শলাইশিং মরুওইনা অওোম, লুরাং ১সুং শেলোই-লংমাই নচিংব লুচিংবশিংনা পুনশিনব লুপ ('confederacy') অমা মহাক্কী মতমদা শেমগৎখি।[৩] তুংদা মৈতৈগী নিংথৌশিংনা থংনবা অকোইবদা লৈরিবা লমশিংদা লান-তাদুনা নত্রগা লৌন-লৈনবগী মরি য়াওনা অফবা মরি শেমগত্তুনা মৈতৈ লৈপাক্ত তিনশিন্নবা হোৎনবা হৌরকই। অসিগুম্বা মৈতৈ নিংথৌশিংগী লম শন্দোকপগী থৌওংগী মায়োক্তা মতম কুইনা মুক্লদুনা মৈতৈ নিংথৌশিংগা মায়োক্লখিবশি খুমন অমসুং মোইরাংনি।

## III :- Khuman Ancestry & Geographical location :-

৩.১ :- খুমনগী হৌরকফম ১সুং পারী-পুরীগী মতাংদা মত মান্নদব লৈ। মৈতৈগী অরিবা লাইরিকশিং হায়বদি 'চৈথারোল কুম্বাবা' (লা: ১), 'শাগৈ-শলাইরোল' (লা: ৩) ১সুং 'খুমনলোন' (লা: ১-২) গী মতুংইন্না খুমনগী পারী-পুরীগী হৌরকফম অসি পোইরৈতোননি হায়না পীরি। অদুবু অইবা অমগী মতুংইন্নদি খুমনগী হৌরকফমশি 'মান' কাংবুগী থাঙ্গ ১সুং কম্বোং শলাইগগী ওইফম থোকই, মরম অসিনা খুমনগী শলাই অসি নোংয়াই থিংকোনহানবদগী হৌফম থোক্ই হায়না অকনবা মত পী।[৪]

৩.২ :– খুমন কাংবু অসি ঙগ্লিৈগী মতমদ মৈতৈ কংলাগী নোংচুপ থংবদা লৈরম্বগী রাফম পল্লি।[৫] মদুদগী চৎখিদুনা লোক্তাক পাৎকী নোংপোকলোমদা খুন্দা-লৈতাখি। কোনুংনা অহাম্বদা থৌবালদা ওই, তুংদা খুমন মৈকোইপুংদ হোংখি। খুমনগী লম অসি নোংচুপ থংবদ লোক্তাক পাৎ ১সুং মোইরাং, নোংপোক্তা হৈরোকচিং, খাদা চাইরেন, লোকখা-হাওখা ১সুং অরাংদা মৈতৈ লমনা ইকোই কোইশিল্লি। খুমন লমগী

---

৩। G. Kabui, 'History of Manipur' – Vol. I, p. 67.

৪। W. Ibohal Singh, 'The History of Manipur', p. 338.

৫। Ibid, p. 338; G. Kabui, op. cit., p. 158

মনুংদা কোন্বা মফমশিংদি — হিয়াংথাং, লংথবাল, হৈয়েন, কৈরক, ৱানগাই, মৈস্রাউ, ময়াং-ইম্ফাল, ৱাংগোই, পুমলেন, য়াইরিপোক, শিখোং, থৌবাল, তমদিং, তেম্থা, ৱাংজিং, অসিনচিংবনি।[৬]

# IV. MEITEI– KHUMAN RELATIONSHIP :-

৪.১:— মৈতৈ নিংথৌশিংগা খুমন নিংথৌশিংগা লৈনরম্বা মরী অসি চাওরাক্লা তাংকক্ অহুম থোক্লা খাইদোক্তুনা নৈনবা য়াই। অহানবদ, লৌন-লৈনবগী মরী থম্নদুনা নকুবা অফবা মরী লম অনিমক্ত লৈনরম্বগী তাংকক্। অনিশুবদ, লম অনিমক্ মপাঙ্গল কনখৎনরক্তুনা মাগী মাগী লম চাওথোক্লরক্তুনা লমগী শা তাম্বদ লম্ লানশিন্নবগী ৱাফমদগী ১সুং নিংথৌ মচানুপী হাৎপগী ৱাথোক্তগী খৎনরক্তুনা য়েংথিনরকপা। অরোইবদ, খুমন লমনা মপাঙ্গল শোন্থরক্তুনা মৈতৈ নিংথৌনা লোইপোৎ কাদুনা মৈতৈগী protection মখাদা লৈবা হৌরক্তুনা মরাই চাইথরকপদগী কাইনথংদ মৈতৈগী লম্দ পুমতিন তিনশিনখিবা অসিনি।

৪.২.১:— *Mutual Friendship and Matrimonial alliance* : —

খুমনগা মৈতৈগা মরী লৈনবা হৌবগী মতাংদা নোংদা লাইরেন পাখংবগী মতম অসি পন্ন য়াই। নোংদা লাইরেন পাখংবনা নিংথৌ খুভম্ কাবগী অভিসেক তৌবা মতমদ কংলাগী নোংজেং পুখ্রিদগী ঈশিং শোক্তুনা পাখংব ১সুং মহাক্কী নুপী লাইস্নাগী হকচাংদ ঈশিং হৈথবদ শলাই মরীগী লুচিংবশিংগী মনুংদ খুমন শলাইগী অরোংসু অমনি।[৭] নোংদা লাইরেন পাখংবনা লুচিংবা নিংথৌজা শলাইগা অঙোম, লুবাং, মঙাং, চকপা ১সুং অতোপ্পা কাংলুপশিংনা শৌগৎপা লৈপাক্ অমা শেমগৎখ্রবা মতুংদ মৈতৈ নিংথৌশিংগী মপাঙ্গল কনখৎলক্তুনা মৈদিংঙু নাউফংবগী মতম্দ খুমন নিংথৌ য়োইরাংপোক্ পুনশিবগী মনাক্ত য়াইম কাচেং খুয়ি য়াবগী মচানুপী খয়োইরোন কাইরৈমবু লৌদুনা খুমন লমদা মৈতৈ নিংথৌগী political influence শন্দোক্পা হৌরকলে।[৮] 'খুমন নিংঙোল মৈতৈ লৈম কাইরৈমনা মরৈরাং পোকখি। মৈদিংঙু মরৈরাংগী মতমদ অঙোমগী নিংথৌ

৬। *H. Kabui, op. cit., p. 72*

৭। *Ibid., p. 85*

৮। *O. Bhogeshwar 'Ningahourol Lambuba', p. 32, L. Ibungohal Singh & N. Khelchandra, 'Cheitharol Kumbaba*, *p 4 (footnote)*

ক্লাকপা থরাম্থাব লান্দা মাইথিবা পীদুনা হাৎলগা অঙোমবু লোই চন্দুনা মৈতৈগী মপাঙ্গল হেন্না কনখৎলকখি।[৯]

৪.২.২ :- সামৈরাংগী মচানিপা মৈতৈ নিংথৌ উরাকোন্থৌবনসু মৈতৈ নিংথৌ নাউফংবা ১সুং সমৈরাংগী policy (হৌরবদি লান তৌদুনা থংনবা লম লৌশিনবা ১সুং লৌন-লৈনবগী। মরী থমদুনা মপাঙ্গল কনখৎনবা হোৎনবা) অদু কাইদন চৎথরম্মী। মহাক্কী মতমদ শেলোই-লংমাই কাংবুনা মৈতৈগী লম ফাউদুনা হাউকপ্ চীংশাং লান্দাবা হল্লকপদা মৈতৈ নিংথৌনা থৎভুনা মাইথিবা পীয়ে।[১০] মতম অসিদা উরা কোন্থৌবগী মচানিপা হোংনেম্ য়োই খুঞ্জাউ (নাউথিংখোং) অসি চহি ১০ শুরকপদা মপানা বারক রাভেম্বদগী কোনুংদগী চেনখিদুনা [১১] শেলোই লংমাইগী লমদ অচোং য়ুমলেম্বম শাগেগী বামৈ লাম্থাবগী মচানুপী লংমাই পেতংঙা লৌদুনা য়াওং ইন্দুনা লৈখি। [১২] মৈতৈ নিংথৌগী খুত্তগী নাম্থোক্তুনা চেল্লকপা শেলোই লংমাইশিংনা মখুলদ হল্লক্তুনা খুঘী মীয়ামদা পাও তমদুনা খংহন্বদগী শাওরবা শেলোই লংমাই কাংবুনা মৈতৈ নিংথৌ মচানিপাবু হাৎতুনা লমন খুম্নবা পেতংঙা য়ুমদা লাক্রম্মী। মদুদা পেতংঙানা হৈ-শিংনা মপুরোইববু খুমনগী লম পাংবা মাইকৈরোমদ চেলহনখিদুনা শেলোই লাংমাই কাংবুদগী নাম্থোকহনখি।[১৩]

৪.২.৩:- মতম্ অসিদা খুমনগা মৈতৈগগী মরক্তা অফবা মবি লৌরি নিংশিংবা য়াই, মৈদিংগু উরাকোন্থৌবসি খুমন নিংথৌ মচানুপা কাইরৈমাগা মগুনি। অদুগীসু মথক্তা নাউথিংখোংগী মপা উরাকোন্থৌবসু খুমন চন্ নোজেংনু পায়দুনা লৈরি।[১৪] মরম অসিদগী খুমন নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইবনা মতিক মগুননা থল্লবা নাউথিংখোংবু চংজফম পিবদ নৎতনা মচানুপা খুয়োইরোন কৈরুহন্নী থাজদুনা অচৌবা শঙ্গাই অমা শাদুনা লূনা-চান্না

---

৯। *L.I Singh & N Khelchandra, op cit, p 4*

১০। *N Khelchandra, 'Naothingkhong Phambal Kaba' p 11*

১১। *O Bhogeshwar op cit p 37*

১২। *N Khelchandra, op cit 3 p (x)*

১৩। *Ibid, p 14-25*

১৪। *G Kabui op cit, p 105*

তৌখি। খুমন লম্‌দা লৈরিঙৈদা মোইরাং নিংথৌ স্না লখৱাগী[৮] মচানুপী ইরাংলোন লৈমা নামুন চাউবীবুসু লুহোংদুনা লৌখি। খুমন নিংথৌগী লৈবাক ঙাক্রোন্দ নাউথিংখোংবুসু শরুক য়াহনখি। মদুদা নত্তনা খুমন নিংথৌ য়ুমোই পুন্সিবনা নাউথিংখোংবু লুৱাং নিংথৌ হোংনেম পুন্সিবগী মনাক্তা লৈবাক-ৱায়েলগী লমদ মহৈ তম্বা থাখি।[১৫]

৪.২.৪:— নাউথিংখোংনা লুৱাং নিংথৌগী মনাক্তা লৈরিঙৈদা মৈদিংঙু উরা কোম্লৌবা লৈখিদ্রে। চৈথারোল কুম্বাবগী মতুং-ইন্না চহি ৫ (মঙা) কংলাদা নিংথৌ পান্দে।[১৬] রাজকুমার ঝলজিৎকী মতুং ইন্না হায়রিবা মতম অসিদা মৈতৈ নিংথৌ ওইবগী ৱাফম অসি অরুব্বা অমা ওইরম্মী।[১৭] অসুম্না নিংথৌ পান্দবদগী লৈবাক ঙাকপা ঙম্রক্তবা ১ দি নাউথিংখোংগী মচিন-মনাওশিংগী মরক্তা মতিক চাবা য়াওদবদগী মমা মৈতৈ লৈমা খাবা নিঙোল নোংজেংসুনা কৌদুনা নাউথিংখোংনা মৈতৈ নিংথৌ ওই অদুগা খুমন চনু কৈরুংদুম্বীনা মৈতৈ লৈমা ওই।।[১৮] মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা ''নিংথৌ হেক ওইবগা চিং অমসুং তমগী খুৎকল পাঙনবা নিংথৌশিংগী মচা মশুশিং লৌরবদি মাগী য়েক্লবা লৈরোই থন্দুনা নুপী য়াম্না লোল্লম্মী। খুমন চনু কৈরুংহম্বী মোইরাং চনু নসুনচাউবগী মথংদা নিংথৌ কুরা উবা চনু লৈমা লৈখোংচেনবী, শাংখু লমদু লৌহোংবী, খোইরুম লাংমৈ চনু নোংবান শরি শোম্বী, ১সুং ইরেং কোন্দবী হায়রিবী নুপীশিং অসিগা লোইননা লৈবাক মরা তপ্পা পাল্লম্মী।[১৯]

৪.২.৫ :- মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী মতুংদ পাল্লম্বা মৈদিংঙু খোঙতেক্চা, মৈদিংঙু, কৈরেনচা ১সুং মৈদিংঙু য়ারাবাগী মতমদ মৈতৈ নিংথৌ ১সুং খুমন নিংথৌগগী মরমদ ইরম্বা কয়া থেংনদে। চৈথারোল কুম্বাবদসু, নিংথৌরোল লম্বুবদসু মতম অসিদা নিংথৌ অনিসিগী মরম্‌দ লৈনবা মরি

১৫। *Ibid., p. 160.*

১৬। *L.I. Singh & N. Khelchandra, op. cit., p.5.*

১৭। *R.K. Jhalajit "A short History of Manipuri" p. 54*

১৮। *N. Khelchandra, op. cit. p. (VI)*

১৯। *Sorangthem Boramani, Meitei Ningthourol" p.14*

১সুং থৌদোক ব্রাথোক ইবা থেংনদে। মসিদ চাওরাক্লা ভাব্না শাদুন হায়বা তারবদি মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী মতমদ লৈরম্বা অফব মরি অদ মতম অসিদসু অদুম কাইদনা লৈবা হায়না লৌবা য়াই।

## ৪.৩.১ :- CONFRONTATION :-

মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা খুমন নিংথৌগা লৈনরম্বা অফবা মরি অসি মৈদিংঙু অয়াংবগী মতমদগীদি অচৌবা অহোংবা অমা লাক্লে। লৌন লৈনবগী মরি থমদুনা অফবা মরি শাগৎপগী মহুত্ত লম লানশিন্নবগী ব্রাথোক্ত, নিঙোল, ১সুং নুপী হাৎপগী লমন শিংনবরোমদ চংশিল্লক্লুনা য়েক্লরকপদগী লান তোইনা শোক্লবা হৌরকলে। ফিভম্ অসি মৈতৈ নিংথৌনা মপাঙ্গল কনখৎলক্লুনা ঙমখৈ লম্ শন্দোক্লবা হোৎনরক্পা ১সুং খুমন নিংথৌনা মহাক্কী ঙমখৈ ঙাক্লবা হোৎনবদগী লান্নী হাইবা য়াই। পম্বা য়াবদি, লম মুন্নবমক্কী নত্রবসু শা তান্নদা লম লানশিন্নবগী ব্রাথোক্ত উৎথৎনরকপদগী লান ফাওবা তৌনরক্পগী ফিভম্ লাকই।

৪.৩.২ :- মৈদিংঙু অয়াংবগী মতমদ শা তান্নদ শা অমা খুমন্গী লম মোইচা চিংদ চেনশিনখিদুনা তান্খিবদা নোংয়াই খুমন মখৈনা লাকৈ হায়দুনা খুমন মখৈ হৌরকভুনা মৈতৈগা মায়োক্লে। মদুদ মৈতৈ নিংথৌন ঙমদুনা খুমন অথৌবশিং থিংগারুক শেকচাউবা, থিংগারুক ঙাংশাব, থিংগারুক নুঙনাং, অহুই কম্বোং ফাদুনা পুখি।[২০]

৪.৩.৩. :- মৈদিংঙু অয়াংবগী মতুং মৈদিংঙু নিংথৌচেং, মৈদিংঙু চেংলৈ ইপাল লাম্বাবা, মৈদিঙু য়াংলৌ কৈফাবগী মতমদ খুমনগা খৎনবগী ব্রাফম ইরম্বা থেংনদে। অদুমকপু মতম অসিদসু লম অনিসিগী মরক্ত উংখৎনবা লেপত্রি হায়না লৌবা য়াই। মরমদি মৈদিঙু য়াংলৌ কৈফাবাগী হেক মতুং মৈদিংঙু ইরেংবগী মতম্দ খুমনগা 'তাকনাখা'দা লানথেংনৈ।[২১] মৈদিংঙু ইরেংবনা খুমন নিংথৌ মচানুপী হাউরৈমা তাহৈবী লৌদুনা লম অনিগী মরক্তা খৎনবসি মতম খর লেপথি হায়বদি মৈদিঙু ইরেংবগী মতুং মৈদিংঙু লোইয়ুম্বা ১সুং মৈদিঙু লোইতোংবগী মতম ফাওবদ থোইদোকপ খৎন-চৈনবগী ব্রাফম লৈখিদে।

---

২০ L. I. Singh & N. Khelchandra, op. cit., p. 7; O. Bhogeshwar, op. cit., p. 76-77

২১ O. Bhogeshwar, op. cit., p. 113

৪.৩.৪ :- মৈতৈ ১সুং খুমন অনীগী মরক্তা মতম্ খর শান্তি লৈনরুবা অসি মৈদিঙু ইৱাঙ্কবগী মতম্দদি অমুক য়েংথিনবা হৌরকখি। নিংথৌরোল লম্বুবগী মতুং ইন্না মৈদিঙু লোইতোংবগী মতুংদ অতোন য়োইরেম্বনা নিংথৌ ওই অদুবু রাজ অভিষেক তৌদে। [22] মনাওনিপা ইৱাঙ্কবনা খুমনগী নোংথোল তেংমাই থেনবগী মতেংগা লোইননা অতোন য়োইরেম্ববু তাম্ফোকপদগী চেনখিদুনা খুমনগী লমদ চংজফম লৌবা লাকখি।[23] মদুদা খুমন নিংথৌ অদোন পুনশিবনা অতোন য়োইরেম্বদ খুমন্দা লাকপগী মরম হংবদ খুমন নিংথৌগী থৌরাংদগী মনাউ ইবুংঙো হেমতৌ লোইয়ম্বনা (ইৱাঙ্কবা) মৈতৈ কংলাদা নিংথৌ ওইগ্রে, মরম অদুনা খুমন লমদা "য়ুমদাং-চাক্তাংগে, খুন্দাগে লাকপনি খুমখি। ইৱাঙ্কবনা মৈতৈ নিংথৌ ওইবদ মহাক্কী থৌরাং য়াওদে, য়োইরেম্বনা পান্নবদি "চীংঙু লাই" পন্না বাশরুদুনা ইৱাঙ্কবগী মথক্তা লান তাশি হায়না খুমন নিংথৌনা পাউমেনখি। তৌইগুম্বসুং ৱাফম অদু য়োইরেম্বনা য়াবা ঙম্খিদে। মদুগী মন্থত্ত খুমনগী লমদা শৈদাংফম লৌদুনা য়োইরেম্বনা খুমন লমদা লৈখি।[24]

৪.৩.৫ :- য়োইরেম্বনা খুমনগী লমদ লৈগ্রবা মতুংদ নোংমা মৈদিঙু হেমতৌ লোইয়ম্বনা ইরোম মৈস্ত্রাউদ শা তান্না চংলি। মৈদিঙুগী তানা পান্না শা অমদি চেনখিদুনা খুমনগী লম "লৈতাং য়ুমোইকোন লালোই পাউবিতেক্তা" থুংঙুরে। খুমনগী ঙা ফাবা চংলুবা মীওইশিংনা থেংনবগী শা অদু তাগা য়াওনা খুমন নিংথৌদ কংলরে। খুমন য়োইরেনহনব (পাখংলাকপ) না হায়বদগী তাদু মৈতৈ নিংথৌগীনি খংলে। নাকল অমরোম্দনা খুমন লৈমা হৈপোক ঙম্বী মনিংলৈমা পোনচেংঙম্বীদগী মৈতৈ নিংথৌনা মহাক্কী তাদু খুমন নিংথৌনা "য়াউরৌ শায়াই কোংচংনবদা" (কয়গী ঈড়াংনবদ) গাওই হায়বা খংলক্তুন তা হল্লকুবা পাউ চেনখি। খুমন নিংথৌনা হল্লকপা তাদু শোকহল্লক্লে হায়না 'তামিদুনা' খুমন লমদ উচিব্রাদ মৈতৈ নিংথৌনা লান তারে, লৌকুম্বা য়েংবা লাকপী খুমন লৈম হোংনেমজম নিংঙোলবি হাক্তুনা অককপা মকোক পুদুনা চংগ্রে। মদুদগী খুমন মখৈ হৌরক্তুনা "য়াউরৌ তেভুপান্দা" মৈতৈগা লান থেংনরে। লানফম য়সিদ মৈতৈ

২২। *Ibid., p 106., p 6*

২৩। *L I Singh & N Khelchandra, op cit, p 11*

২৪। *O. Bhogeshwar, op. cit, 113*

নিংথৌগী লাম্বোং শিন্ব হৈবগী মতাংদ পল্লি। মৈতৈ লান্মীশিংনা খুমনশিংবু নাকল-নকলদগী ইকোই কোইশিন্দুনা খুমন নোংয়াইশিংবু লাকশিল্লে। মতাং অসিদ পম্ব য়াবা ব্রাফমদি, মৈতৈ নিংথৌন খুমন নিংথৌ অদোন পুনশিবদ শাওরিবশি তাগী ব্রাফমখক্তদ মান্দে। মহাক্কী ময়াম্বা য়োইরম্ববু চংজফম্ পীবগী মলম্ লৈবা মাল্লি। তাগী ব্রাথোক অসিদা খুদোং চাবা লৌবনি হায়বা য়াই। ব্রাফম অসি নিংথৌরোল লম্বুবদ নকোইননা ইরম্ব খুমন্দ শৈদাংফম লৌদুনা লৈরিবা অতোন য়োইরেম্বগী মচানিপাগী খুৎশি অসিনি :- "খুমন খুরাইজম-চানা তা মথোক পায়না য়াঙনা চেন্দুনা লাউজরকই। হেমতৌ লোইয়ম্ব নঙগী নয়াম্বা লাইরেন অতোন য়ৌরেম্বগী মচানুপা তৌরেন খুবা তৌরেন - হনববু মকোক থুগাইদুনা মঙক কক্লবনি তুবি নঙগী নচা নশুনি লাইরেন নঙগী নয়েল্লুনে (ধারানে)। হৌনবি লোইনয়কপগী পাউবু তমদুনা লানফমদ শিবগী মমিং থানক্লবরা হায়দুনা লাউরময়ে। মসিদা ইব্রাম্ববনা মহাক্কী মচা মনাওনি হায়রবদি "ফুমথি খাদা চনফরোই", "লুখা থাবসু থাফরোই" হায়দুনা ফিনা য়োমদুনা পুখিবগী ব্রাফম পল্লি।"[২৫] অসুম্না অতোন য়োইরেম্বগী মচানিপাবু থওইনা শিন্নরগা হাৎপশি মৈতৈ নিংথৌ ইব্রাম্ববগী নিংথৌ খুভম্দ য়েৎলক্কনি হায়না চিংনবদগী ওইবা য়াই।

৪.৩.৬: — মৈচিংঙু ইব্রাম্ববগী মতুংদ মৈতৈ নিংথৌ ওইখিবা মৈদিংঙু থব্রাম্ববগী মতমদ খুমন নিংথৌগা য়েংথিনবগী মরি অসি ফগৎহন্দুন লৌন লৈনবদ য়ুম্ফম ওইবা অফবা মরি থম্নবা হোৎনরম্মী। মৈতৈ নিংথৌনা খুমন নিংথৌগী মচানুপী শম্ফাবীবু মঙোন্দ থাজনবগী ১সুং খুমন নিংথৌনসু মৈতৈ নিংথৌগী মচানুপী তমপা ব্রাংঙম্লোন চীংখৈথাম্বীবু মঙোন্দ লুহোংনবগী হৌদোক্লরকপ ব্রাফম্দ য়ানরদুন লৌন-লৈনবগী মরি থম্নখি। অদুবু নুংশিনবগী মরি অসি কুইখিদে। নিংথৌ অনিগী ১সুং মথোয়গী অঙম-অথৌশিংগী মরক্তা থাজনব ব্রাৎনখি। খুদম ওইনা, তমপা ব্রাংঙমলোন চীংখৈথম্বীনা খুমন নিংথৌদ লুহোংবদ "লংমাই চীংশাংগী অব্রাং কাইনৌ লৌচীংখৈবু" ললউনবীয়ু হায়জবদ খুমন কাংবুদি লম করাম্বনি হায়দুনা মৈতৈ ফম্মাইবশিংনা খাম্বদগী থব্রাম্ববনা মচানুপীগী হায়জবা অদু য়াবা ঙমখিদে।[২৬] অমরোমদা খুমন চনু শম্ফাবীবু থব্রাম্ববনা লুনা

২৫। *Ibid., p. 122-123*

২৬। *M. Gourachandra, "Thawan Thabu Hiram", p. 10-11*

চান্না তৌবদু উবদ মচেম অঙোম চনু লৈমা তোগাইঙম্বীনা মনাইশিংগা লোম্না ৱাতাম্নরগা শম্ফাবীবু মবুকচেল চুমদে মীৎয়েং নত্তবা য়েংই হায়জিন্দুনা ইকাইবাপীনবা হোৎনরম্মী। [২৭] লৈশাপাম্বা তৌগাইঙম্বগা অরোনবা মরি লৈনৈ হায়বগী মরাল শিদুনা থৱাম্বনা শিবগী চৈরাক পীখি। [২৮] অদুবু খুমনগী অঙম অথৌশিংনদি খৈয়োইরোন শম্ফাবীনা মথন্ত শিজবনি হায়বদু চিংনবদগী খুমন নিংথৌনা "চকপা লম্রাং মাইবী খোম্রেন মংজংথৌবীবু" কৌদুনা পাওহংখি। চকপা লম্রাং মাইবীনা মংজংলুবদ "মমোম খৈয়োইরোম্বু" পলেম পীখোইরেন পম্থৌ পাখাইরেনগীবু লাম্নংদে, কোরৌ ইনোংথৌনা থৌথাদে, য়োইবু ইথি খিয়েকৱা য়োইহে ইনু নুয়েকৱাগী নোংমল্লকয়ে" হায়না মংফাওনখি।[২৯] খুমন চৎনবীগী মতুং ইন্না শিবগী চহি ওন্নকপগী 'লুতেংব' গী থৌরম পাঙথোকপদ, চকপা লম্রাং মাইবীনা হায়খিবঙম খুমন চনু শম্ফাবীগী "তাংজা লুমাই খায়না য়োৎপী হুইগা থাংববু" থেংনরে। মচানুপিবু হাৎপনি থংলকপদগী খুমন নিংথৌনা থৱাম্বগী মথক্ত লমন খুমগে হায়না লেপখি। মৈতৈ নিঙোল তম্পা ৱাংঙম্রোনদ নাওচেলহন্দুন থৱাম্বববু হৈরেম -খুঙ্গাদ লৎন পাংবিনবা হায়জরি। খুমন ১সুং মৈতৈ নিংথৌ অসিগী লান্মীশিংনা হৈরেম খুঙ্গাগী লুচিংবা খোংঙাখোং থোংতেকচা হাত্তুনা লান ঙম্রে। লান ঙমদুনা হল্লকপগী লম্বীদ খুমন নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌবু লোম্না হাৎনবগী শরৌ শিম্নরে হায়বসি তম্পা ৱাংঙম্রোম্না খংবদগী মপা থৱাম্বাববু খুমন লমদ লৈথদনবা ঈঙ্গিৎ পীখি। [৩০] থৱাম্বনা খুমন লমদ চংলমদনা মৈতৈ কোনুংলোমদ হনখিবদু তম্পা ৱাংঙমলোম্ন ঈঙ্গিৎ পীবদগীনি হায়না মরাল শিরদুনা ১দি মচানুপী শম্ফাবী হাৎখিবগী লমন খুম্বা ওইনা তমপা ৱাংঙম্রোনগী "লৱাই হুম্ফুদোন্দা য়োৎবী হুইগা থা নুংথং লুরোই য়ৈ" শিবগী চৈরাক পীখি। [৩১]

৪.৩.৭ : — মচানুপী তম্পা ৱাংঙম্রোন হাৎখিবগী কাউঙমদনা লৈরিঙেদ মনাই মৈকাম্ব খুমিৎশু, মোরিবা নৌচউশুবু 'ঙানখম মরানখোংদ' হাৎপগী

---

২৭ । *S. Boramani, op. cit., p.23.*

২৮ । *M. Gourachandra, op. cit., p. 21-22.*

২৯ । *Ibid., p. 32.*

৩০ । *Ibid., p. 53.*

৩১ । *Ibid., p. 65*

পাও অমুক ফংবদ অমুক্কসু হেম্না কম্থি কঙ্গাউ থোক্লা থব্রাম্লবনা নুংঙাইখিদে। মনাই অচানবা মুতু য়োইমাচেংবু খুমন লমদ হুয়েন লাম্লেনবা থাখি। মুতু য়োইমাচেংবু উবদ খুমন পুম্নমক্ক হৌদুনা তান্নরকই। খুমন কাংবুনা তান্নরকপদা "ব্রাইশোন পুলৈপান ঙাংচা চৈহুম্রম" য়ৌরকান্দ মৈতৈ লান্মীনা খুমন মখৈবু লাঙ্গোই চল্লে। খুমন লান্মী অয়াম্বা তুরে। খুমনগী নোংয়াই হাওতারোইবা, হাওতা কোইবা, অরোনলিনম্বা, য়াইথিং কাউরোগু নিঙোল কোনুসু, সৌপোনয়াইনচিংববু লান্‌ফা ওইনা মৈতৈ কোনুংদ পীখি।[৩২]

৪.৩.৮ :- মৈদিংঙু থব্রাম্বগী মতুংদ মৈদিংঙু চিংথাং লাম্বনা মৈতৈ নিংথৌ ওই। মহাক থক্তা খুমনগা লান শোক্লবদ খুমন হাউবা পাম্রা তোম্পোকপা ফারকই।[৩৩] তোইগুম্বসুং মহাক্কী মতুংদ মৈতৈ নিংথৌ ওইখিবা থিংবাই শেলহোংবগী মতমদদি থোইদোকপা ব্রাথোক ইরম্বা লৈতে।

৪.৪.১ :- *Decline of the Khuman & its final absorption to the Meitei Kingdom .*

মৈদিংঙু থিংবাই শেলহোংবগী মতুং মৈদিংঙু পুরাম্বগী মতম্‌দ খুমনগী লম্বু মেরামচা শনজা লাইরোং অতেরাচাবু খুমন নিংথৌ অতোন পুনশিবগী অশিবা হংবা থারকপদ খুমন নিংতৌদি শিরমদ্রে। মহাকপু করিগী হংবা লাকপনো, করি য়েংবা লাকপনো হায়না খুমন নিংথৌনা হংবদ অতেরচানা খুমখি :- "য়াম্বা নিংথৌ অতোন পুনশিবা ! নোংয়াই নংবু শিদবসু শিরে অতোন মন্দববু মল্লে হায়রবদি লংমাই লমগী মীনবু হায়রবনি য়াউরৌ শায়াম লৈবা লংমাই খুঙ্গং অপিশক কৌক্রক কাংনাউ তোংবনা হায়রে। খুমন নঙদি মৈদিংঙু পোইরে নিংথৌহনবগী শেল পিনা লোইহাবা, অতোন নঙদি মাগী মখা পোনবা লৈবাক্কি , খুমন নংবু শিরবরা য়েংলু-ও হায়না থারকপনি ...।"[৩৪] খুমন লম্বুগী ব্রাফম তাবদ

৩২। *O. Bhogeshwar, op. cit , p. 141-144; L.I. Singh & N Khelchandra, op. cit., p. 12*

৩৩। *Ibid, p 148-149*

৩৪। *Ibid, p 151-152.*

খুমন নিংথৌনা শাউদুনা লংমাই লমদ লান্তাবা চৎখি। পাউ অসি তাবদ মৈদিংঙু পুরান্থবনা নোংপোক পাংবদ লৈবা "ফেনপোইলৌ, পোইরৌ" লমদ মহুনা লানহৌরকপা খুমন লান্মীশিংবু লাঙোই চনখি, খুমনগী অঙম-অথৌ ময়াম ফাদুনা লান ঙমখি।[৩৫]

৪.৪.২ :- মৈদিংঙু পুরান্থবগী মতুং মৈদিংঙু খুমোম্বগী মতমদ খুমন নিংথৌগী মপাঙ্গল য়াম্না শোক্লে, মরাই য়াম্না চাইথক্লে। মদুদি খুমনগী লমদা তোঙান-তোঙানবা কাংলুপশিংনা লম্ মীকারকপদ, লৌনবা হোৎনরকপদ খুমন মখৈ অক্লাবা ওইরে। নিংথৌরোল লম্বুবদ অসুম্না হিরি :- "খুমন লম মচেৎ অমদি কবুইগী লমশন ফাওম্না মরম ওইগে হায়রে। নোংয়াইগী লম মচেৎ অমনা হাউখা চাইরেন লমসু মরম ওইগে হায়রি। খুঙ্গা অপুম্বসু মখা পোন্না থমগে হায়রি। খুমন লম মচেৎ অমদি তরাউ তারাং ওইগে হায়না হায়রি। অদুগা নোংয়াইগী লম মচেৎ অমনা মরিংগী নাই মশেনগুম ওইগে হায়রি। খুমন লম মচেৎ অমনা তাংখুন চাকোৎলমগী মীনা শীরগা নুং য়ুংবগুম য়ুংনফম ওইগে হায়রি।[৩৬] অসুম্না খুমন কংবুনা শোক্নরকপনা মরম ওইদুনা শেম্বী কবোশিংনা লান তারকপদ মৈতৈ নিংথৌদগী মতেং লৌবদা নত্তনা, খুমন লম মৈতৈ নিংথৌগী মখা পোন্না অসুম অসুম লৈরকপগুম তৌরে। ব্রাফম অসি ব্রাহৈ পরেং অসিনা য়াম্না ময়েক শেংনা তাক্লি :- 'লাইরেন ইপা মৈদিংঙুগী লোইহাবা খুমন লম্নি অদুগা হুয়েল লাল্লুম্বিররো হায়না লায়েক্লুবা ব্রাদগী নবুথৌ মৈদিংঙু কাউবা মীয়োম্বনা নোংপোক খানা পাংবদা (মৈরমলোমদা) লমলেন ফেনচিকোপ লাইপনশোরদা লান্দখিবনি"।[৩৭] মৈদিংঙু খুমোম্বনা খুমন চনু খৈয়োইরোন চাখা খোংজোম্বী উতোই লম্থবি লৌদুনা য়াংলৈঙম্বী মিঙ্গৌনদুনা মৈতৈ লৈম ওইখি।

৪.৪.৩ :- মৈদিংঙু খুমোম্বগী মতুং মৈদিংঙু মোইরাম্বগী মতমদ লৈতোংদা খুমনগা লান শোক্লে, মৈতৈনা ঙম্মী।[৩৮] লান অসি করিদগী থোকখিবনো

---

৩৫। *Ibid. p. 153-154*

৩৬। *Ibid., p. 163-164*

৩৭। *Ibid., p. 166*

৩৮। *L.I. Singh & N. Khelchandra, op. cit. p. 15.*

হায়বগী মতাংদ ইরম্বা থেংনদে। হংবা য়াবা ব্রাফমদি, পুরাম্বা ১সুং খুমোম্বগী মতমদ লোইপোৎ কারিবা ১দি মৈতৈ নিংথৌগী মথাদা লৈরে হায়না খল্লবা খুমনশিংনা মৈতৈ নিংথৌগা করিগী লান তৌনখিবনো? খুমনশিংনা মৈতৈগী মথা পোন্না লৈবদগী নাম্বেক্তুনা মনিং-মথা তম্না লৈনিংবদগী শোক্লখিবা অরোইবা লানফমৃলা?

৪.৪.৪ :- মৈদিংঙু মোইরাম্বগী মতুং মৈদিংঙু থংবী লাম্বগী মতম্‌দ খুমনগা লৈনখিবা মরিদা ইরম্বা লৈতে। অদুবু মাগী মতুং মৈদিংঙু কোংয়াম্বগী মতম্‌দ খুমন নিংথৌ লময়াই কাইখিনবনা মৈতৈ নিংথৌ মচানুপী লোথিক মোমনু শাফবী লুহোংদুনা লৌই। মতম খর লৈরগা মৈতৈ নিঙোল শাফবী লৈখিদবদগী, লময়াই কাইখিনবসু খুমন কংলা থদোক্তুনা মৈতৈ নিংথৌগী মনাক্তা লৈখি। মসিদগীদি খুমনগী লমসু মৈতৈগী লমৃদা অদুম তিনশিনৃখ্রে।[৩৯]

---

## রিবিউররগী নোট্

I. Chronological dating : কুম্বারোনগী চৈশীঙ (চহি মশীঙ)

II. মৈদিংঙু ক্যাম্বা খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮ দা পানখিবা মৈত্রাক্কী নিংথৌনি

III. মতাংসিদা মঙাংসি "নিংথৌজা" য়েক-শল্লাই ওইনা লৌরি, তশেংনমক্তি ফুরুপসিদি "লোইচীঙ" দা পানবা (নিংথৌরোল লম্বুবা, ১৯৬৭) মৈতৈ/ নিংথৌজা য়েক্তা লুপশিনখিবা ফুরুপ অমনি।

IV, IV (a). খুমন অমসুং হৈরেম খুঞ্জানসি নোংদা লাইরেন পাখংবগী মতম দা লৈত্রি। অথেংবা মতমদা শেমজিন-শাজিম্বা নেরেটিভ ট্রেডিসন ( Narrative Tradition ) নি ।

V. নাউফংবগী মতাংসিদগী মৈতৈ/নিংথৌজা অমসুং খুমন অনিগী চারৌ-মৌরৌনবগী মতাংসিগী

---

৩৯। *G. Kabui, op. cit., p. 164.*

**Genealogical Table —**



মথক্কীসিদগী উবা ফংলিবদি মরীসি মীরোন্দা য়েংবা চহিদা নত্রগা কুম্বারোন্দা পানবগুম তৌরি।

VI. মীরোন [৬-১ (পাখংবগী মমাঙদা পুরিরোম্বগা মীরোন অমনি) ] ৫

নিংথৌজা — (১) পাখংবা - (২) খুইয়োই - (৩) তাউথিমাং - (৪) কাউখংবা - (৫) নোংথিবা - (৬) নাউখম্বা - (৭) নাউফংবা - (৮) সমৈরাং - (৯) কোম্বৈবা - (১০) নাউথিংখোং।

অঙোম— (১) পুরিরোম্বা - (২) খমনুং ঈবাইথেং - (৩) চীঙমিংয়োদৈরেনবা - (৪) অহোঙ খমপা - (৫) তোনতৌ - (৬) চীঙরাং - (৭) রাংতৈ খুন্দাবা কতৌয়া নোংলেনবা লাংকম নুঙচী - (৮) লাম্বুবা (উরাকোম্বৈবা চনু ফৈতাংসু) - (৯) পীখোং লাম্বুবা - (১০) থাংরাই ঈবালথাবা - (১১) পুরানথাবা - (১২) লাইরেন হিথাম্বা - (১৩) হাওশিরক্কী চরনফাবা - (১৪) কাকপা থবানথাবা

VII. খাবরোন নোংজেংসু খাবা য়েক্কী খাবা নোংজেংবগী চাদা-নাউদানি, খাবা নিংঙোন/চনুনি, খয়োইরোন, খুমন য়েক ওইবী চনু নত্তে।

VIII. সনা লাকখ্বা – লাংথবান লোম্নচিংবশিংদা মোইরাংনিংথৌ উরা খুন্দাবগী মচা, মোইবীরৈমা থিনমোইরাংবচনুনা (ফিমোইরাংচনুনা) পোকপা ওইনা পী (২১৬,১৫৫,৩২৮)।

# মোইরাং অমসুং মৈতৈ অনিগী লৈনরম্বা মরীশিং

ডা: কে: আইচ: সরোজিনী
মণিপুর ষ্টেট আর্কাইভস

## হাহৌদোক

"মোইরাং অমসুং মৈতৈ অনিগী লৈনরম্বা মরীশিং" হায়রবা মণিপুরগী ইতিহাসতা থোকখিবা থৌদোক-থাথোকশিংগী থারোল অসিনা লৌখৎচরিবা মতমগী তাংকক অমসুং থৌদোক-থাথোক্কী মরিগী তাংকক অসি অপুনবা মৈত্রবাক্তা "মৈতৈ" হায়রবা মিংসিগী ফিরান মখাদা মণিপুর তম্পাক্কী মীওই কাংলুপ ফুরুপ পুম্নমক্কা অমতা ওইখিবা অমসুং মদুদগী মখা শমথখিবা চহি ২৫ মুক্কী। মতম (1435+25: 1460 A.D) অমসুং থৌদোকশিং ফাওবতনি। থৌদোক-থাথোকশিং অসি মৈতৈগী অরিবা লাইরিকশিং [১] (অফোংবা অমসুং ফোংদ্রিবশিং) দা মুন্ফম ওইজরনি।

## মোইরাং য়েক অমসুং শল্লাই লৈপাক

মোইরাং, অপুনবা মৈত্রবাক মণিপুরগী খা-নোংচুপ থংবা শরুক্তা মনীং-মখা তম্বা, মশা মতোম্তা লৈঙাকচব নিংথৌপানবা লৈপাকমচা অমা অমসুং মমিংসিমক্কী খুলদা কোনুং ওইদুনা মমিং অসিমক্তনা খঙনবা মী কাংলুপ অমা ওইনা খৃ: ১৪৩৫ য়োমগী মতম ফাওবদা [২] পান্নবা মী কাংলুপ অমসুং শল্লাই লৈপাক অমনি। মখোয়গী মশাগী হৌরকফম য়ুম্নাক-শাগেয়োল অমসুং য়েক শল্লাইয়োমচিংবা মোইরাংগী নিংথেম শাগেগী অমদি অতৈ য়ুম্নাকশাগেশিংগী ফুরুপশিংগী, অতৈ মৈতৈ কাংলুপ-ফুরুপশিংদগী তোংঙান্না লৈজে। অদুগা মোইরাং শল্লাই-লৈপাক লিংখৎলকপা খুন্দংগী থাক্তগী নিংথৌ পানবা লৈপাক্ মচা ওইরকপগী

---

১। নিংথৌরোল লম্বুবা, মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা, চাদা লাইহুই, পাখংবা মোইরাং খুনকুমলোন, কংলৈ লমথোন, মোইরাং কংলৈরোল, লৈহেকলোন, লৈরোন, য়েরোন, লোইমবা শিনয়েন অসিনচিংবা।

২। চৈ: কুম:, ১৯৮৯, লা: ১৯।

থাক্তা কারকখিবা, মরায় চায়থরকপা অমসুং মোইরাং লৈপাক কায়খিবা অমদি মোইরাংনা লোইলম[৩] লৈঙাক মপুগী মথক্তা লালহৌখিবা অসিনচিংবা ময়েক শেংনা লৈজে। মী হায়বসি লৈরবদি মশাগী লাইনীং লৈবনা, মোইরাংনা মৈতৈ লৈপাক্তা তোংন শম্মদ্রিঙৈদা মশাগী ওইজবা লাইনীংলোন অমসুং লোনচৎ শাজৎনচিংবা লৈজরমগনি হায়না থাজজে।[৪] মোইরাংগী শল্লাই লৈপাক্তা কল্লম্বা অমদি অরাংদা লম্মাঙদোং, নোংপোক্তা লোক্তাক অমসুং লৈপাক, মখাদা চীঙগী লমদমশিং অমসুং নোংচুপ্তসু চীঙগী লমদমশিংনি।

## মৈতৈ । অমসুং মৈতৈ লৈপাক

মৈতৈ, অপুনবা মৈত্রবাক মণিপুরগী ইম্ফাল তুরেলগী তম্পাক্ত ইতিহাসকী খেন্ন-খেন্নবা মতম তাংককশিংদা পাল্লম-লৈরম্বা মী কাংলুপ-ফুরুপ, য়েকলুপ শল্লাইলুপ পুন্নমক অমসুং শল্লাই-লৈপাক অমদি কাংলুপ-ফুরুপকী খুঙ্গং পুন্নমক থাঙহাইনা[৫] নত্রগা খুৎশম্নবা[৬] অমদি খুজেং পাল্লোয়নবগী খুৎহাইনা[৭] মখোয়গী ফুরুপ কাংলুপকী মমিংদা য়েক তরেৎ, শল্লাই ৯ গী অপুনবা মনীং- মথা তম্বা, মশা মতোম্তা লৈঙাকচবা অমসুং নিংথৌ পানবা লৈপাক লিংখৎখিবা লৈপাকসিগী খ্বাইদগী চৌ খুৎকন-পাঙ্গল্লম্বা মী কাংলুপনি। কাংলুপসি নিংথেম শাগৈ অমসুং শাগৈসিদগী শমথরকপা য়ুম্নাক-শাগৈশিং অমদি শগৈ য়েকলুপ ফুরুপশিংগী অপুনবা "নিংথৌজা" য়েক[৮] অমসুং মখোয়গী শল্লাই লিংখৎলকপগী রারোল মৈতৈ অপুনবা লৈপাকসিগী ফুরুপ কাংলুপশিংগা মরী লৈননা

---

*৩। খুল্লেম চন্দ্রশেখর সিংহ: লোইয়ম্বা (ইম্ফাল, ১৯৭৫); লা: ৮৩*

*৪। মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা (খুৎয়ি) : II) ও: ভোগেশ্বর: ম: নি: লম্বুবা (ইম্ফাল, ১৯৮২) : লা: ২৫-৩০ :*

*৫। ও: ভোগেশ্বর : নিংথৌরোল লম্বুবা ( ইম্ফাল, ১৯৬৭) : লা: ৩৫*

*৬। মথক্কীসিদা : লা: ৩*

*৭। মথক্কীসিদা : লা: ১৫।*

*৮। "নিংথৌজা য়েক নত্রগা শল্লাই" হায়বসি মৈতৈগী মেহৌবরোলগী লাইরিক পুন্নমক্তা পী। অদুবু কনাগুম্বা থরনা য়েক/শল্লাই অসিবু "মঙাং" হায়দুনসু মিংথোল-থোজিল্লি, মসি অরানবদা লমজিংহৈবা থরগী থৌশিল্লি। মঙাং ফুরুপসিদি নাউখিংখোংনা মখুন থুগায়দুনা মখোয়গী খুল্লাকপা মঙাং কোনখুচা অতেংবা হাংখিবনি (মথক্কী লাইরিক: লা: ৩৫ )।*

লৈজে। মৈতৈ খুন্নাই -খুন-লৈকায় খুন্নাইদগী ফুরুপ কাংলুপশিংগী অপুনবা লৈপাক্কী নিংথৌ পানবা লৈপাক ওইবগী থাক ফাওবগী মথং মথং কারকখিবগী ৱারোল, লৈঙাক খুনঙাকলোনগী মথক্তা তোংলগা শাগৎপা য়াই। মৈতৈ লৈপাক, অহানবা নোংদা লাইরেন পাখংবনা নিংথৌজাগী নিংথৌ শাগেগী অমসুং খুন্নাই অমদি লৈপাক্কী য়ুম্ফম উরোঙ খিল্লম্বদা খুন-খুঙ্গং লৈকায় খরগী খুন্নাই অমসুং লৈপাক ওইরম্বগী[৯] অতৈ ফুরুপ কাংলুপশিং পুনশিন্নখিবা (লুৱাং, অঙোম, খুমন অমসুং থাংথিগী শরুক খরা) চুপশিনখিবা (খাব—ঙানবা, থাঙয়ী/চেংলৈ/ শরাং-লৈশাং, চকপা, কৈনাইনচিংবা), শল্লাই লৈপাক থুগায়রগা লৌশিনখিবা (হৈরেম-খুঞ্জান অমসুং মোইরাং), মৈতৈগী ফিরানগী মখাদা তমলৈপাক পুম্নমক থমখিবা অমসুং 'মৈতৈ' হায়বা মিংসিনা অপুনবা কাংলুপ-ফুরুপশিংগী মমিং ওইরগা জাতিগী ফিরান ওইদুনা ম্রাম্মা[১০] /ম্যাম্মা/বর্মীজশিংগা তখেল/ ত্রিপুরীশিংগী লৌতুনবা লান্দা-লানফম কয়া মায় পাকখিবা জাতি[৯] অমসুং লৈপাক ওইরকখিবগী থাক ফাওবগী অমসুং মখা তাবা বারোলশিং কুম্বারোন্দা লৈবি। থাযনঙৈগী মতম (খৃ: ৩০-১৫০০) গী খুমন অমসুং মোইরাংনচিংবা মনীংতম্বা লৈপাকশিংনা মাসিবু 'মৈতৈ' অরাৎপোইরে মৈতৈ[১১] (করিগুম্বা লৈপাক খঙনরগা লৈপাকসি মশুংদা হাপ্লগা) অমসুং পাংঙম[১২] শিজিন্নে/লৈপাকসিগী অমসুং মী কাংলুপসিগী মশাগী লৈপাক অমা পানবা লৈফম থোকপা পুম্নমক্ত শুনা লৈজে। মৈতৈ লৈপাকসি অহানবা লিংখৎলকপগী থাক্তা পীকচরম্রবসু মমৈদদি মণিপুর তম্পাক্কী শরুক পুম্নমক থুংবা ঙমখি।

## মোইরাং অমসুং মৈতৈ অনিসিগী লৈনরম্বা মরীশিং

মনীং মখা তম্বা লৈপাক অনিসিগী লৈনরম্বা মরীশিংসি হৌজিক্কী অনৌবা মতমগী মিৎয়েংদা পুরক্কুনা নৈনবা য়াই। লৈপাক অমসুং খুন্নাই পানবগী লৈনফম থোকপাগী লৈনরকপা মরীশিংদু মখাগী অসুম্না নৈনজারি :-

---

৯। *খুম্বোঙ লাংপা (M.S.) অমসুং আর: কে: ঝালজিৎসিংহ: এ শোর্ট হিষ্টোরী অফ মণিপুর, (ইম্ফাল ১৯) : লা:*

১০। *I) মথক্কীসিদা :লা: ৩৫৮-৬৪, II) তখেল ঙম্বা III) শমজোক ঙম্বা অমসুং IV) চৈ: কু: ১৯৮৯, লা: ৮৪।*

১১। *বি: কুলচন্দ্র : খুমন নিংথৌরোল লম্বুবা (ইম্ফাল, ১৯৮৯) : লা:*

১২। *ও: ভোগেশ্বর : ম: নি: লম্বুবা: লা: ১৭১-৭৬*

## খুন্নাইলোনগী ওইবা মরীশিং :–

খুন্নাইলোনগী ওইবা মরীশিংসিদসু খুন্নাই অমমমগী লৈফম থোকপা চৎনবা হৌনবা, শাজিন্নব, চান-শেৎনবা, মহৈ মশিঙ্গী লমদাং, লাইনীং লোনচৎ, চৎন-লোনৎ, য়ুমলৈ-কৈরৈ, য়ুমশা কৈশা অসিনচিংবা পুন্নমক মীরুপ-খুন্নাই অনিমকসিগী লৈনৈ। লৈনরিবশিংসিগী মরক্তাগী খরদি :–

## ঈ মরী অমসুং খুন্দা-লৈতা মরীদা লৈনরিবা মরী :–

খুন্নাই অনিসিগী মী কাংলুপ, ফুরুপ অমসুং মীরুপ খরদি খুন্নাইলোনগী লীপুন্না পুন্দুনা থম্মৈ। ঈ মরীনা অমগী ওইরবসু খুন্নাইলোনগী মরীদা হেন্না নকশিন্ননরকপসি লৈঙাকলোনগী মরী লাকপদসু মখুন, খুঙ্গং মরৈকায় কন্ননবা হোৎনবদা ঈ অমতগী মরী মশেন থাঙ হাইগৎনবা অমসুং মঙক্তা থাঙ থম্মখিবা ফাওবা য়াওরমগনি। অসুম্না য়ানশিন-তোৎশিন্নদুনা লৈমিন্নখিবা ফুরুপ শাগৈ, য়ুম্নাক-ময়ুমশিংদ খরদি :- (I) মোইরাংদা লৈবা মৈতৈ /নিংথৌজাগী য়ুম্নাক-শাগৈ -- (a) মুংয়াংচাওবগী [III] চাদা-নাউদা মুংয়াংজম, (b) মুংয়াংচাওবগী মনাও/মচা তুক্রুলময়িনবগী চাদা নাউদা লাইরেনচম [১৩] অমসুং অথেংবা মতমগী হৈস্নাম, হেমাম অসিনচিংবা অমসুং (II) মৈতৈদা লৈবা (a) মোইরাং ঈরাংগী চাওবা শৌবোনঙম্বগী [১৪] চাদা নাউদা চোংথাম, [১৫] (b) মোইরাং ঈরাংগী মোইরাং নিংথৌ সনাহোঙবগী মনাউনিপা খেল্লৈপাম্বগী চাদা-নাউদা খেল্লৈপাম্বগী মচা নানবা শরাবদগী [১৫] হৌনা তাথরকপা রায়েনবম য়ুম্নাক্রুচিংবা অমসুং (c) মোইরাং কৌবা/থোকচোমগী য়ুম্নাক শাগৈশিং — থোকচোম, পোল্লেম, ঙাংখম, পুকনবম/পুখ্রম্বম, মোনফ্রাম, শোইবম, অহৈবম, লাইফ্রাকপম, লাইরেনময়ুম, ঙাঙোম, লাইথংবম, খোইনাইজম, ঙাংখম (ii), মোইরাংময়ুম লৈমজম, রাংখেম, হিদম অমদি য়ুংয়াৎ চাওবগী মরোই হাওবগী চাদা-নাউদা খোমদ্রাম অমসুং অসেম অসিশিংসিনি। [১৬]

---

১৩। খাগেম্বা য়ুম্বী (খুৎয়ি)।

১৪। শঙ্গাঁয় ফম্বাঙ (খুৎয়ি)

১৫। চৈ: কু: ১৯৮৯; লা: ২০

১৬। শঙ্গাঁয় ফম্বাঙ

## চারৌ-মৌরৌনবগী মরী

খুন্নাই অনিসিগী চারৌ-মৌরৌনবগী মরীসি অয়াম্বনা লৈঙাকলোনগী মরীগা শম্নবা ঙাক্তা ওইনা মরু ওইনা লাইরিকশিংদা লৈ। অদুবু লৈঙাকলোনগা কন্না শম্নদবশিংদি – মোইরাং কৌবা অমসুং খৈন্নে পাম্বগী চাদা - নাউদাশিংনি। মখোয়সি অয়াম্বনা মৈতৈ লৈপাক্কী থবক্তা মাঙজীন থাবা ওইবনা মৈতৈ নিংথৌগী মচানুপীশিং লৌনরম্মী। মখোয়শিংদুগী মনুংদা মমিং পনবা য়াবদি – কৌবা অঙাংঙা অমসুং লৈমা লাইরোকনেম্বী,[১৭] বায়েনবমচা খেলেম্বা অমসুং শেনবী মরাউ লাম্থবী,[১৮] হাওচারেং অমসুং বাংঙমলোন ওম্বী, অমচী লাম্থাবা অমসুং বাংঙমলোন কিয়াম্বী[১৯] অসিনচিংবনি। মখোয়সিদি নত্তবা লৈঙাকলোনগী ওইবশিংদু লৈঙাকলোনগী মরীগী মতাংদা ফংবিগনি অমসুং লৈম-নিংথৌকোনগী ওইদবা মীচম - মায়ামগী মতাং অমসুং মফমদসু মরীসি থম্নরম্লোয় হায়বসিদি হাগজবা ঙমদে।

## ফিজেৎ-লৈতেংগী মরী

মী কাংলুপ অনিসি হৌরকফম মানবগী মরী অমা লৈনবগুম ফিজেৎ-লৈতেংগী মরমদসু নক্লবা মরী কয়া, মোইরাংনা অপুনবা মৈত্রবাক্কী পনগোয়নুংদা চঙদ্রিঙৈদগী[২০] লৈনরম্মী হায়বসি চারৌ-মৌরৌনবগী মরীসিনা অদুম তাকচরবনি। হান্ননা মান্নদুনা লৈরম্বদু অপুনবা মৈত্রবাক শেম্নকপদদি অনুক হেন্না অমতা ওইশিন্নখিবনি।

## চাকচা-য়ুথক্কী মরী

মী ফুরুপ অনিমক্কী চাকচা-য়ুথকসি নক্লবা ওইরকপা অমসুং নকশিন্নবা হেঞ্জিল্লকপগী অমতা ওইখি। অনিমক মেরাইন ফুড হেবিট (Marine

---

*১৭। তুতেংলোন (খুৎয়ি), নোংবান পোনবী লুরাউবা (খুৎয়ি) অমসুং মোইবাং থোকচোমলোন (খুৎয়ি)।*

*১৮। মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা (খুয়ি) অমসুং বি: কুলচন্দ্র শর্ম্ম হৈক্রু হিদোংবা অমসুং মোইরাং লৈমা থাঙ্গপাৎ (ইম্ফাল, ১৯৯৬) লা: ৩১।*

*১৯। মোইরাং য়ুমকোক (খুৎয়ি), অমসুং মোইরাং নিংথৌরোল শীংকক (খুৎয়ি)।*

*২০। খৃ: ১৪৩৫ গী মমাঙগী মতমদা।*

food Habit)[২১] লৈ অদুবু মোইরাংনা লোক্তাকপাৎকী তোর্বানমক্তদা তারুবসিনা চিঙ্গাক মখনসিদা খর হেঞ্জিন্না হৈনবা অমসুং মৈতৈনা ফোরেষ্টিয়েল মীট ফুড (Forest Meat food) তা খর হেন্না হৈনরমগনি হায়না লৌজে।

## মহৈ-মশিঙগী লমদাংগী মরী

মোইরাং খুন্নাইনা মীখাপোল্লবা খুন্নাই ওইদ্রিঙৈগী হিরমসিগী চপ চাবা অরিবা লাইরিক্তা ইরম্নসি ফংবদা রানা থোকপনা অদুগা মখোয়স লৈপাক পানবা মনীং তম্বা ঙাক্লবা লাক্লবদা শোক্লখিবা লানফম কয়ামুক[২২] অমসুং খুমন লৈপাক্কী লান পাংব[২৩] নচিংবগী থবক কয়ামুকসিদগী মখোয়গা মৈতৈগসি মতমদুগী চৎনরিবা মহৈ-মশিঙ শা লানগী মহৈসি মান্ননবা তম্নরম্মী হায়বা য়াই। অদুবু হিরমসিদা খেন্নরিবসি মোইরাংনা অচৌব ঈশিং মপান্দা তাবনিনা ঈশিংদা শোক্লবা লান, হিগী লানগী মহৈদা হেল্লি অদুগা মৈতৈনা কংফানগী লানগী মহৈদা হৈ-শিংবা হেল্লি হায়বসি মোইরাংগী অরোয়বা মনীং-মখা তম্বগী লান (খৃ: ১৪৩৫) অদুগী লাল্লোঙ অমসুং লানফমশিংদুনা খুদম চাংদম ওইরি।

## লাইনীংলোন অমসূং লাইশোন-তীনশোনগী মরী

মোইরাং অমসুং মৈতৈ খুন্নাই অনিসি মান্নবা কাংলুপকী মান্নবা ফুরুপশিং ওইনা তৌই। অনিমক্তা মহৌশা লাইরেম্নীগী মচাক-মথুম, মতীক-ময়াইনচিংবা লাংপা (এনিমিজম), মীওইবদগী হেন্দোক-থোইদোকখিবা ময়াই লৈবশিং লাংপা (স্পিরিট ব্রার্শিপ্), মপা মপু লাংনবা (এন্সেষ্টর ব্রার্শিপ্) নচিংবগা লোয়ননা তাইবং শেম্বা মপু অমা (থংজীং লাইয়িংথৌ অমসুং লাইয়িংথৌ পাখংবা) লৌজদুনা খুরুম-থাজঙজবা

---

২১। *সমুদ্র অমসুং মদুগী তোর্বান্দা তাবশিংগী চাকচা-য়ুথক্কী চিঙ্গাকশিং*
*— মণিপুরদা চানবিবদি ঙা, থারোই, কোম্ব্রেং, খাজিং, থরাইকোকপী, নাউশেক, ঈশিং য়েনশাংশিং, থমচেৎ, থম্বৌ, হৈকক, থাংজিং অসিনচিংবা লোক্তাকপাৎকী পোখোকশিংনি।*

২২। *চৈ: কু: লা: ৭,৮, ১৫,১৬,১৭, ১৮ অমসুং II) নিংথৌরোল লম্বুবা (খুৎয়ি)*

২৩। *চৈ: কু: লা: ১৪ (II) ও: ভোগেশ্বর: মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা: লা: ১৯৯-২০৯*

থৌনী-ঈরাৎচবা (The Almighty Veneration) অসি লৈ। অদুবু মৈত্রবাক্কী মনাৎকী লময়ান খুৎমাবা লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা মোইরাংগী লাইয়িংথৌ থংজীঙ, লাইয়িংথৌ নোংশাবুনচিংববু ঈরাৎ-থৌনীজদুনা [২৪] লাইবুং অমতগী থোঙজিন্দা মীপুমতিংনা মান্নবা মিৎয়েং, থাক অমসুং হক পীবগী লীচিং মখাদা পুশিল্লক্কুনা মনীংতম্বগী থরুম পুরিবা মোইরাং খুম্নাইগী মী খুদিংমক্পু লৈঙাকলোনগী লানগী ফিরান অমতগী মখাদা থম্বা ঙমখি।[২৫]

লাইশোন-তীনশোনগী হৈকৎ-লৈকৎকী অমসুং লাইথৌ-তীনথৌগী মওং-মতৌ, পোৎচঙ-চৈজঙ পুম্নমক মান্নবগী মিয়েংদা থম্লম্বা, উবা ফংই। হায়রিবাশিংসিদা লাইব্রা-তীনব্রা (তন্ত্রিক) গী ঈচেল চঙবসু উবা ফংই।[২৬] লাইনীং-লাইশোনশিংগা মরী লৈননা পাংথোক্লরিবা খুম্নাই-লীচৎ অমসুং চৎলম-লুপতীননচিংবা থরদি :--

## অহোঙ – লোইরৈনখেবা

খুম্নাইরোনগী থৌরম লাইথৌ - তীনথৌ কোম্নবসি পাংথোক্লিবা মীশক অদুবু অকন-অথৌ অমনি, মীথোই -মীহেনবশিংগী মরক্তা শীঙথাননবা মীশক্কুনা চাক্কৌ - য়ুকৌদুনা লৈপাক - মীয়াম অমসুং খুম্নাই মরোয়-মপাংশিংনা শকখঙ-মায়খঙনবা লাই-তীন খুরুম্বগা শগোম্নবা থৌরম্নি। মসি খুম্নাই অনিসিনা পাংথোকখিবগী চপ চাবা খুদম পীরমদ্রবসু মতমদুগী চৎনবীনি হায়বদু লুব্রাং ফাম্তেক শোক্লাইবনা মৈতৈদা নাউথিংখোং অমসুং মোইরাংদা উরা খুন্দাবনা পানবা মতমদা পাংথোক্লিবদুনি।[২৭]

## ব্রাহোঙ-উহোঙবা

থৌরমশিসু মথক্কীসিগা চপ মান্নে অদুবু উ-ব্রাবু মুৎখিদনবা অমসুং হেম্না ফগৎহল্লক্কবগী পান্দম য়াওরি। মোইরাং নিংথৌ সনা রাখুব্রানা [৮] খুয়োন ব্রাপেংবগী থৌরম পাংথোকখি। থৌরমদুদা মৈতৈনিংথৌ মোইরাং

২৪। *চৈ: কু: লা: ৩৬. ৩৮।*

২৫। *I) নোংশামৈ পুয়া (খুৎয়ি): য়াঙ্গোইগী লান। II) থাঙ্গা খুন্দারোন (খুৎয়ি)।*

২৬। *I) চৈ: কু: লা: ৯, II) ও: ভোগেশ্বর: মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা: লা: ২৫-২৬।*

২৭। *I) খুমন নিংথৌরোল লম্বুবা, II) ও: ভোগেশ্বর: ম: নিং: লম্বুবা, লা: ৬৯*

ওইরক্কদৌরিবা নাওথিংখোং, মকুবোক খুমন নিংথৌ পুন্সিবা য়ুমোইবগী মতুং ইন্দুনা য়াওখি।[২৮] অসিনচিংবা।

## চাওখৎ-খোঙথাংগী লমশেম-ভুশেম্বা :-

খুম্নাই অনিমক ভুতেং-ভুতৌবা, লমথোন-পুংথোনবা অমসুং লমশেং-ভুশেংবগী চাওখৎ থৌরাংসি মাগী মাগী লৈপাকশিংদা পায়খৎনৈ। মোইরাংনা মৈতৈগী মখা পোনখুবদদি থৌরমশিংসি মৈতৈ নিংথৌনা হাপ্লকপা মোইরাং নিংথৌশিংনা পায়খৎলমগনি হায়না চেৎনা থাজে, মরমদি মৈদিংঙু খাগেম্বনা মোইরাং লমখৈ মনুংগী থাঙাঁদা খুন শেম্বা,[২৯] গারিবনিৱাজনা ক্না থাব[৩০]নচিংবাতৌরি।

## লৈঙাকলোনগী ওইবা মরীশিং

মোইরাং অমসুং মৈতৈগী লৈনখিবা মরীশিংগী মনুংদা লৈঙাকলোনগী মরীসিনা খ্বাইদগী হেন্না মরু ওই। মরমদি মসিনা অপুনবা মৈত্রবাক লিংখৎপগী খ্বাইদগী হেন্না অরুবা অমসুং মচঙ ওইবা মরীনি। মরীসি মৈতৈগী মচীন তুমখৎলক্লিবগী মথক্তা হেন্না থাক হাপকৎপা অদুগা মোইরাংগী লাইবক থীরবা, মতম চুপ্পগী মনীংতম্বা লৈপাক মাঙখিবা অমসুং মীখা পোনবা লোইলমগী খুম্নাই লিংখৎলক্লবগী মরম অমসুং মহে ওইহনখিবা মরীনি। মরীসিগী মরু ওইবা মশক খরদি :-

## লান্দা - লানকননবগী থৌদোক ৱাথোকশিং

মনীং-মখা তম্বা নিংথৌ পানবা লৈপাকমচা অনিসি ঙাল্লিঙৈগী মতমদা য়ুমথংনবা লৈপাকমচাশিং ওইরমদে। মতমসিদা মরী ফনরম্লবসু মৈত্রবাক্তা খোঙতেকচানা পানবা মতমদগী মৈতৈ অমসুং মোইরাং লান হৌখ্রে। অসুম্না মথং মথং ঈরেংবগী মতমদা, মোইরাম্বগী মতমদ অমসুং থংবী লাম্বৱগী মতমদা লান থেংনখি। অদুবু মথোয়শিংসিদি থোইনা মরু ওইদে।

---

২৮। নিং: খেলচন্দ্র: নাওথিংখোং ফম্বালকাবা, (ইম্ফাল, ১৯): লা:

২৯। (I) থাঙ্গা খুন্দারোন, (II) হাওচোঙগী ময়েক ইবা নুঙ্

৩০। চৈ: কু: ১৯৮৯: লা: ১০৮ ১সুং ১২০।

মৈতৈনিংথৌ পুন্সিবনা পানবা মতমদা মোইরাং-মৈতৈগী লানফমদা মৈদিংঙু পুন্সিবা নোঙাঁখি। মসিনা মরম ওইদুনা মথংদা পালহৌবা মচাইবুংঙো নিংথৌখোম্বা (চাও: খৃ: ১৪৩২-৬৭) না মোইরাংগী মথক্তা লমন খুম্নবা থৌরাং তৌখি। মহাক্না কবোশিংবু লান পাংহন্নবা মোইরাংগী লান্মীশাদুনা কবোগী মী খর হাক্তোকখি। অদুগা মোইরাংনা শেম্বা চয়োম থম্নানা য়োম্বগী অরেম্বা হন্দোক্নুনা কবোশিংবু মোইরাংনা মখোয়গী মী হাৎখিবনি হায়দুনা থাজহনল্লগা লান পাংহনখি।[৩১] অসুম্না কবো-মৈতৈগী অপুনবা লান্মীনা মোইরাং লৈপাক থুগায়খি। মোইরাং নিংথৌসনা হোংবা লৈয়ান্দা চেল্লগা শিখি। মহাক্কী মচানুপা অহন খেনচণ্ড, চায়বা, য়াঈমা কশুও চায়বা অমসুং অতোনবা লীক্লাই খ্বানা অমুক লান্মী খোমদুনা লান হৌরক্লগা মৈতৈগী লম চিঙঙা ফাওবা তকশিনখি অদুগা মফমদুদা নুমিৎ তাখিদুনা অহিং লেকখি।

মোইরাংনা ঈশিংদা হৈনবনা ইম্ফাল, লম্বুম্নচিংবা তুরেলশিং থিঙ্গৎলগা ঈশিং থুমহন্দুনা লান তৌখিবনি।[৩২] মখোয়গী লৌসি খঙবা চাইবা লাইতোঞ্জাম্বনা অহিংদুমক্তা ইম্ফাল তুরেন্দা থিংলিবা মখোয়গী লৈপন্দু হোগায়দুনা থুগায়বদগী ঈশিং চিথখিরম্মী। নোংঙক্লগা ঈশিং লৈত্রবদদি মৈতৈনা মখোয়গী হৈনবীদা লাঙ্থেংনদুনা মোইরাংশিংবু তুম্না হাৎখি। মোইরাংশিংগী অককপা মকোকশিং খোমজিল্লগা মথক্তা লৈপুঙ অমা লানঙম 'নীংশিং' খুদম ওইনা থোনখি, মোইরাংখোম লৈপুঙ থোনখি।[৩৩] অসুম্না খৃ: ১৪৩২ দা মোইরাং নিংথৌসনাহোংঙদা শিবা অমসুং খৃ: ১৪৩৫ [৩৪] দা লান মায়থীবসিদগী মোইরাংগী মনীতম্বগী নুমিৎ তাখি।

মসিগী মতুংদা মোইরাং মৈতৈগী মখা পোনবা লোইলম ওইনা খৃ: ১৪৩৫ দগী ১৭৬৫ ফাওবদা মৈতৈনিংথৌনা হাপ্পা নিংথৌশিংনা লৈঙাক্লুনা পানখি। অদুবু হায়রিবা অকোনবগী চহিসিদা ব্রায়েনবমচা খেলেম্বা (খৈম্রে নুঙনাং তেলহৈব) না অম্বা নিংথৌগী মতেং লৌদুনা মনীং-মখা তম্বা

৩১। ও: ভোগেশ্বর: নিংথৌরোল লম্বুবা: লা: ১১৯ - ১২১

৩২। কাংঙুজম য়াইস্কুল সিংহ: মৈতৈ অশম্বা ইতিহাস ( ১৯৭৩): লা: ৭৯

৩৩। I) মথক্কীসিদা : লা: ৮০ , II) চৈ: কু: লা: ১৯।

৩৪। পীজরিবা ডেটিংসি সনাহোংবা শিরগা লান্মী খোমগৎলগা লান হৌরকপগী মতমদু পারগা হায়জবনি।

মোইরাং লৈপাক অমুক লিংখৎখি। অদুবু মদু চহি ৩ লোমখক্তগীনি, খৃ: ১৭৬৮ দা খেল্লেম্বা হাৎখিবগা লোয়ননা লোয়খি।[৩৫]

## লৈঙাকলোন্দা মতেং মতেং পাংনবা :-

লৈঙাকলোন্দা লৈপাকমচা অনিসিনা মতেং মতেং পাংনবসিগী মরীসি, মথাগীসিগী মওংদা উৎচরি :-

## মোইরাংনা মৈতৈদা পাংবা মতেং

লৈঙাকলোন্দা মোইরাংনা মৈতৈদা পাংখিবা মতেংশিংসি মৈতৈ লাইরিকশিংগী মতুং ইন্না নোংদা লাইরেন পাখংবদা লাচ্ছৈ ওইনা চঙজফম পীবদগী হৌই। অদুগা নোংদানা মোইরাংচাওবা শৌবোল ঙম্বা নেক্তুন পূরক্লগা খাবা নোংজেংববু হাত্তুনা মহাক্কী মাঙথ্রবা ফম্বাল অমুক হাঞ্জিল্লি

মোইরাংগী কৌবা অঙাংঙানা য়োইমোংববু (সরারেল), অঙোমনিংথৌ লক্লকবদী অঙোম নিংথৌগী অশাওবদগী কনখি।[৩৬]

নোংদাগী মচা মুংয়ংচাওববু মোইরাং নিংথৌনা মহাক্কী লৈপাক্কী মঁ অমনা ফংফম থোকপা হকশিং পুম্নমক পীদুনা মাগী লৈপাক্তা লৈহনখি অমসুং ঙাকপী -শেনবিখি।

ব্রায়েনবমচা নোংথোনবা খেল্লেম্বনা গৌরশ্যাম অমসুং ভাগ্যচন্দ্রন নিংথৌ ফম্বালগী লান থেংনবদা অচৌবা মতেং পীখি।[৩৭]

## মৈতৈনা মোইরাংদা মতেং পাংবা

মৈতৈ নিংথৌনা মোইরাং কৌবগী য়ুম্লাক শাগেশিং মহাক্কী লৈপাক্কী মী ওইনা ঙাক শেন্দুনা মরৈবাক্তা লৈহল্লকখি।

মোইরাং ঈরাংগী থৈব্লেপাম্বা (লৈয়িলাম্বব) না ময়াম্বা সনাহোঙবগী নিংথৌ ফম্বাল পাম্মনবা মতৌদগী তিম্নবা য়াদ্রদুনা কৌব্রুগী লমথৈ মনুংদ

---

৩৫। চৈ: কু: লা: ১২৬ - ২৭।

৩৬। তুতেংলোন (খুৎয়ি)।

৩৭। বি: কুলচন্দ্র শর্ম্মা: হৈক্রু হিদোংবা ১সুং মোইরাংলৈমা থাজপাং: লা: ২৬-২৮।

খুন্দাফম শেমদুনা লৈরবদা চঙজফম পীদুনা ঙাক শেন্দুনা থমখি। অদুগা মহাক্কী মচানুপা নানবা শরাবদা মৈত্রবাক অপুনবগী নহারুপলাকপগী ফম পীবতা নত্তনা মোইরাং নিংথৌসু ওইহনখি। অদুগা মাগী চাদা নাউদাবু মৈতৈ নিংথেমচাশিংগা য়াম্না নক্লনবা থম্বীরম্মী। অদুনা মাগী চাদা-নাউদা খেলেম্বা মৈতৈ কোনুংদা চাওরকখি, মহারাজ গরিবনিৱাজগী মচানুপী থাজখি ; অপুনবা মৈত্রবাক্কী নোংথোনবা ফম ওইহনখি।[৩৮] মহাক্কী মচনুপী চাখা মরীং লোইখোম্বী শামশাই খুরায়লাকপনা লৌখি অমসুং মহাক্লা গৌরশ্যাম অমসুং ভাগচন্দ্র পোকখি।[৩৯] মমৈদা গৌরশ্যাম্না নিংথৌ ওইরবদা ঈকাই খুম্নবা উৎপগা লোয়ননা মোইরাং নিংথৌগী ফম থিন্দোক্লুনা ভৌবিমল কাউদবা উৎখি।[৪০]

## লৈঙাকলোনগী চারৌ-মৌরৌনবগী মরী

মরী অসি মৈদিংঙু উরা কোম্বৌবগী মতমদগী হৌরকখি। মহাক্কী মচানুপী নাংউমলোন নাউনেমতোন মোইরাংনিংথৌ লাইফচেংদা থাজখি। নাউরেমতোম্না উরা খুন্দানবা / ঙাংঙোইনা পোকখি।[৪১] অদুগা মৈতৈ নিংথৌসিগী মচা হোঙনেম য়োঙ্গ খুঞ্জাও (নাউথিংখোং) না মোইরাং নিংথৌ উরা ঙাঙোইবগী মচানুপা মনা লখুরাগী মচয়ুপা নামুন চাওবীনু মহাক্কী অহুমশুবা নুপী ওইনা লৌখি।[৪২] অদুদসু নত্তনা উরা খোংজোম্বনা অমসুং মহাক্কী মচানুপাসু মৈতৈ নিংথেমময়ুম নিংঙোন ময়াম্বা অমসুং চাঙশোম্বী মথংশিংনা লৌনখি। অদুনু ময়ামসিগী লৈঙাকলোনগী মরীসি থোকখিদনা চারৌ মৌরৌনবা অমদি :-

মৈতৈ নিংথৌ, নিংথৌ য়োঙ্গরেল তোমপোকপনা [৪৩] মোইরাং নিংথৌ লাইচাংখু তেলহৈবগী মচানুপী ঈরাংলোন য়োঙ্গরেন তোমপোকপীবু হায়হল্লুবদা মপানা লোক্লুনা থম্নগা পীরমদে। মৈতৈগী নিংথৌমনাই য়োঙ্গরেল তোমপোকপী মশা উম্নদুনা হায়নবদা মশানা য়াদুনা লাম্থোঙ

৩৮। চৈ: কু: লা: ৯০।

৩৯। I) শঙ্গাই ফম্মাঙ, II) লাংথবানলোন খুংয়িশিং।

৪০। চৈ: কু: লা: ১২২।

৪১। শঙ্গাই ফম্মাঙ খুংয়ি।

৪২। মথক্কীসিদা অমসুং নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা (খুংয়ি)।

শীন্নরগা শীঙয়ান-ঈফানবগী মতমদা মৈতৈনিংথৌবু লান্দাহল্লক্লগা য়োঙ্গরেল তোমপোকপীগা লোয়না চেল্লকখি। মদুদগী নিংথৌ য়োঙ্গরেল তোমপোকপবু থংবী (শীঙয়ান ঈ ফানবা মতমদা) লাম্থাবা হায়না মিংথোনখি।[৪৩]

## লৈঙাক ব্রায়েল থৌদাগী মরী

লৈপাক অনিগী লৈঙাক ব্রায়েল থৌদাগী মরীশিংদি অমগা অমগা পুথোক পুশিন তৌনবগী খুদম ফংবা ঙমদ্রবসু মান্নরম্বগী খুদম ফংই। ব্রায়েল খুতৌ-লাকতৌ, চৈরাক মপী-লাকপী অমসুং ব্রাথি-ব্রাহুম্বগী মওংসি মোইরাংনা লৈখা ভাদ্রিঙৈদসু থোইনা তোপ্লমগনি হায়না থাজজদে।

লৈঙাক ব্রালেয় থৌদা থবক পুনবা লোইশঙলোইশিংগী শক্তমদা মৈতৈগীনা অরব্যান অমসুং রুর‍্যাল অপুনবা মশক্লা শারবসু[৪৪] মোইরাংগীদি অকোনবগী অসিমতং উবা ফংই।[৪৫]

## অনিমক্কী শেনবা-থুম্বারোনগী ওইবা মরীশিং

লৈপাক খুন্নাই অনিসিগী শেনবা-থুম্বারোনগী মরীশিংগী ব্রারোলসি মনীংতম্ব লৈপাক অনিনা চৎনরম্বা মরোন্দুনি। লৌউ-শীঙউ, শাফা-ঙাফাবা, ঈনজিং-লোংখোনবা অসিনচিংবনা মরু ওইবা চিঞ্জাক থিনবগী লম্বীশিংনি। ঈমুং-মনুংগী য়ুম লেপ্পা-পানবগী ঙম্নবা শীনফম-শীম্থাশিংনা ফিশা-লোনশা, ফুশা - ব্রানশা, ফিরোন-ফিলীবা অসিনচিংবনা মরু ওইনরম্মী। ঈংখোল শম্বল লীংবা, খুনুকোন-ঙানুকোন, য়েনগোন-শঙ্গোন লিংবগী চৎনবী অনিমক লৈরম্মী। লৈপাক অমা পানবদা চঙবা-খুৎশু-খুৎলায় শাবা, য়ুমগী থুম্মোক-তাইরুক শাবনচিংবসু লৈনরম্মী। অদুবু ময়ামসি অমগা অমগা শিন্দোক-শিঞ্জিন তৌনবা, লল্লোন-ঈতিক তৌনরম্বগী মরী উবা ফংই। অথেংবা মতমদা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা য়ুম্নাম তোম্বা অমসুং ঙাইরাংবা মুংয়াং অনিনা মোইরাং লল্লোম্নবা ঙা লৈরবা লাকপগী

---

৪৩। ও: ভোগেশ্বর : নিংথৌরোল লম্বুবা: লা: ১৮৬।

৪৪। এন: খেলচন্দ্রসিংহ : ফমলোন, (ইম্ফাল, ১৯৮৬): লা: ৪

৪৫। হেমাম চাউভল : ঙাংখা লাম্মিংলোন (খুৎয়ি): মোইরাংগী লৈকায় নিপান (II) য়াগৈরেন ৪ শুবা মশীঙ, ১৯৮৩: লা: ৯-১২।

ব্রাফম পল্লি।[৪৬] অদুগা মোইরাং লৈপাকসিনা মৈতৈগী মখা থাবা লৈপাক অমা ওইখ্রবা মতমদদি লৈপাক অনিগী শেনবা থুম্বাগী মরীসি মোইরাংনা মৈতৈদা লোইহাবা, লোইপোৎ পীবনি। মোইরাংগী লোইপোৎ পোৎনাগী মরমদা পীরিবদি :–[৪৭]

মোইরাংগী পোৎনাদি — শীংলেন[৪৮] ১দা মুশুমফি ২[৪৮] নায়ে। খুল অয়াম্বনা শরেং ঙাতাই ১৫ নায়ে, হেস্তাক চফু ১৫, লমচাবগী ফৌবোৎ ১৫, হরাউবদা মী ১না সেল ১০০, মী ২না ঙানু ১, হেস্তাক চফু ১, পৌঙা[৫০] ১, ঙামু কাংপোন[৫১] ১, চিনব্রোক[৫২] ঙা ১৫। সিতেক সিয়েং,[৫৩] ফম্বালদা খুল্লাকপনা পুখম ১, লুপ্লাকপনা তেঙ্গোৎ ১, লাইরেল লাকপনা তেঙ্গোৎ ১, লাইরেন হিদংনা মুসুমফি ১। খামু[৫৪] কৎলি, মিতেক-মিয়েং ফম্বালদা মী ১না সেল ৫০০/৫০০ নায়ে।

অসিনি। মতম অসিদদি মনীং তম্বা লৈপাক ওইরম্বা মোইরাংগী থাক ঐখোয়না খঙবা ঙম্লে।

## ব্রারোয়শিন

মথক্কী ব্রাফমশিং অসিদগী ঐখোয়না উবা ফংলিবদি মোইরাং অমসুং মৈতৈগী মরীসি মোইরাংগী অব্রাবগী মশাক্কি, অদুবু মদু মতমনা পুরকপা খুদোম্নিনা লৌদনা তোকপদি য়াখিদে। মণিপুর তম্পাক অপুম্বা অপুনবা লৈঙাক্লোন, লাইনীংলোন অমতদা পুনশিনখ্রবা মতুংদদি লৈপাকসিদা

*৪৬। অসেম ইবোমচা সিংহ: নোংসাবা খুনগোইরোন (১৯৯৩) : লা: ৩২*

*৪৭। খুলেম চন্দ্রশেখর: মথক্কী লাইরিক: লা: ৮৩।*

*৪৮। সবস্ত্রিপ্তসন শীংলেন শেম্বাং/শেনখায়।*

*৮৯। অমুবা ফি মখল অমনি।*

*৫০। পাপোৎ অমা কাবা ঙাশিং - পৌ, ব্রা পৌ পাকোৎচৈ ওইনবা।*

*৫১। মখোঙ পানবা থুম্মোক /পোন।*

*৫২। চীন ওক্রবা ঙা, চানবা ঙা।*

*৫৩। জন্ম-কর্ম্ম, lefly ceremonies and celebration*

*৫৪। খামু/খামেন চপ্পদা রোং/মচু নম্লনবা মহী লৌননবা পাম্বী মহৈ মখল অমা।*

অপুনবগী অমসুং পুনশিন্নবগী লীংজেন মান্নবগী শক্তম শাগৎপা ঙন্রে হায়বসি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা খৃ: ১৬০৬ তা পাখা পাংঙল অমসুং মৈতৈ লান্মীগী লান্দুদগী খঙবা ঙমই। [৫৫] অদুদগী অমুক হেন্না চেনশিননা লীংজেন মান্নবগী লীপুন্দি মোইরাং শীঙজা ক্লাকতা (হৌজিক্কী ক্লাক্তা খুঙ্গং) গী তখেলগা মৈতৈগা খৃ: ১৭২৪ দা থেংনখিবা লানফমদুদা মোইরাংগা মীশিংনা নংখিবা অৱাবদুগী খঙবা ঙমই।[৫৬] মতমদুগী লৈপাক অনিমকসিনা নত্রগা মৈতৈ তম্পাক্কী লমখৈসিদা লৈপাক অপুনবগী , ময়াম পুম্নমক্কী ওইবা য়েক্লবা অমনা লৈপাকসিগী মফম অমদা লান্দারক্লবা মতমদদি মখোয় মশেন য়েংথীনবগী ৱাফমদু থাদোক্লবগা ময়ামগী ওইবা য়েক্লবদু মখোয়গী অপুনবা মপাঙ্গন্না থিংননবা নত্রগা লাম্থেংননবা তৌই হায়বসি খঙবা ঙমই। মসিগী খুদম, খুমন লৈপাক্তা অদোন পুন্সিবা মোইরাংদা শোংলেন লাম্থাবা অমসুং মৈতৈদা খুমোম্বা (চাও: খৃ: ১২৬৩-৭৮) না পানবা মতমদা কবোশিংনা লান্দারকপদা খুমনগী মতেং লৈপাক অনিসিনা পুন্না পোংমিন্নখিবদুনা [৫৭] ওইরি।

খৃ: ১৪৩৫ গী মমাঙদা খুমন্ন মৈত্রপাক্তা খৃ: ১৩৩৫ দা পুন্সিনখ্রবা [৫৮] মতুংদ লৈপাক পানবা ওইনা লৈহৌরিবসি মোইরাং অমসুং মৈতৈ অনিসিদনি। অদুবু অহানবগী চহিসিগী মতুংদগী মৈতৈদমক লেপহৌরবনি, অদুম ওইদুনসু কাংলুপ খুদিংমক্কী মীয়ামবু মদুনা পেনহনবদি ঙমদ্রি। অসুম্না মীয়াম পুক্নীঙ ফারকপসিদি খৃ:১৬৩০ রোমদগী হৌরকখিবনি অমসুং মদু খৃ: ১৭৪০ গী অদুৱাইদা মপুঙ ফাবা শক্তম পান্দুনা লেপ্লকখিবনি অদুবু চহি ৭ খুন্তাকপদদি মখোয় পুম্নমক মীপুম অমতা চীংখদনা অৱাবা নংমিন্নখ্রবনি। মতমদুদদি য়েক শল্লাই য়েংনদুনা মৈতৈ খক্তা হায়বদা পুম্নমক চোংথোক্লক্কুনা গম্ভীরসিংহ [১।।] মণিপুর লেভীদা মিংচন্নখিবনি মদুগীদক য়েক শল্লাই পুম্নমক্কী ওইরবা মণিপুরগী দমক মখোয়না তৌখিবা থবক্কী মনা খৃ: ১৮২৬ তা য়েম্থোক্তুনা মখোয়গী থবকপু শকখঙ

---

*৫৫। চৈ: কু: লা: ৩৩*

*৫৬। মথক্কীসিদা : লা: ৮৪।*

*৫৭। মথক্কী রিফরেন্স নম্বর ৩৬ তা য়েংবিয়ু।*

*৫৮। বি: কুলচন্দ্র : খুমন নিংথৌরেল লম্বুবা:*

মায়খঙনগ্রবনি ।[৫৯] অদুবু পুম্নমকসিদগী হেন্না মৈতৈ নত্রগা মণিপুরগী ফিরানগী মরুম থুপ্তুনা বৃটিশক নোংমৈগী চৈথা খাঙখিবদি খৃ: ১৮৯১ গী এঙ্গ্লো - মণিপুরী ৱার অদুনি। মসি মতুংদা মোইরাংময়ুমচা রামানন্দা, সার চুড়চান্দ সিংহগী মমা পোকপা মবুদ্ধৌসিনা মৈত্রবাক্কী মাঙথারক্লবা মনাৎপু কন্নবা হোৎনখিবনি। মহাক্না বৃটিশতা হায়জদুনা মৈতৈ লাই হরাওবা অমুক হিঙ্গৎহন্দুনা মৈতৈ জাতিগী মনাক্ত চাওরবা অবদান অমা তৌবিরম্বনি।[৬০] মরম অসিনা মথক্কী পুম্নমক অসিদা য়ুম্ফম ওইবগা মী অদুবু মাগী পোক্লক-শাৎলকপদা য়েংদনা মাগী থবক্তা য়েংদুনা লৈপাক অনিসিগী মী কাংলুপ অনিমকসিনা মৈতৈগী লৈপাক অসিগী লমদাং কয়াদা কৎলম্বা খুদোলশিংসি ঐখোয়না ঈপোৎ ওইনা লৌশিনসি।

---

## রিবিউররগী নোট্

I. মৈতৈনা মশাবু মৈতৈ কৌজে, অতৈ কাংলুপশিংনা মৈতৈ, তাইমৈ (কবুই/রোংমৈ), মীতাই (কুকি-চিন) অসিনচিংবা কৌনে। পুম্নমকসি ঈঙ্গ্রেজীদা হায়বা তারবদি "মেন ওফ টাই" হায়বনি। " টাইশিংনা মখোয় মশাবু টাই কৌজে" (পমেশ্বর গোগোই ১৯৬৮,১ )।

II. ব্রাম্মা/ম্যাম্মা ৱাহৈসি প্রোনাউন্স তৌবদা "বাম-মা/ব্যম-মা' হায়না তৌবদগী ইউরোপিয়ান্‌শিংনা "বমা" হায়না শন্দোকপদগী অকোনবগী মমিংসিনা খঙনখি (গেজেটীয়ার ওফ বর্ম্র, ১৯৮৭, লা: ১৪১)

III. খাগেম্বা য়ুম্বী (খুৎয়ি) :-

নোংদা লাইরেন পাখংবনা মোইরাংদা খাবশিংগী লান থুপলিঙৈদা মুংয়াংগী নুপী য়ুনম লোম্না পান্দুনা মুংয়াংচাওবা অমসুং মনাউ তাংক্র লুময়িবা পোকখি।

IV. শঙ্গায় ফম্মাং, চেখোঙ, নোংপ্রং অসিনচিংবা খুৎয়িশিং অমসুং অফোংবশিং :-

---

*৫৯। চৈ: কু: লা: ২৩৭ II) অৱা ঙম্বা (খুৎয়ি)*

*৬০। চৈ: কু: লা: ৫৩০।*

মোইরাং ঈরাং/মোইরাংথেমগী ৬ শুবা নিংথৌ ইরাং ফৈতেনবনা পোকপী নুংঙৌস্ন পান্নদুনা পোকপা তেল শীজিন্নবদ মাগী মতমদুদা মমিং চৎপা নুপা অমনি।

V চেখোঙ (খুৎয়ি)

মোইরাংগী ৮ শুবা নিংথৌনি। মীরোন্দদি ১০ নি অদুবু চাওব সোরোল ঙম্বদি নিংথৌ ওইখিদে (মথন্ত্রী সিদা)

VI চৈ: কু: ১৯৮৯, নিংথৌরোল লম্বুবা (খুৎয়ি)

মৈদিংঙু থংবী লাম্বাবা (খৃ: ১৩০২-২৪)।

VII Manipur State Archives A History of Manipur Police 1891-1972 (Imphal . 1993). p 37

অহানবদা গম্ভীরসিংহ লেভী কৌরম্মী। মতুংদা মণিপুর লেভী হায়দুনা মমিং ওনখি।

# মোইরাংগী লৈঙাক - খুন্নাইলোনগী পুৱারী

## ( সোসিও পোলিটিকেল হিস্টোরী ওফ মোইরাং )

কুমারী এম: রঞ্জনা দেবী

মোইরাংগী সোসিও-পোলিটিকেল হিস্টোরী অমা মপুং ফানা নৈনদুনা পিকখ্রবা পেপর অসিদা ইবা হায়বসি ওইথোকপা খরা রানা থোক্লনি খনজবদগি নিং-তমলিঙৈগী মোইরাংগী হিস্টোরী হায়বদি ঙাওনিংশিংনা মোইরাংদা লাকতুনা নিংথৌ ওইরবদগীনা সনাহোংবনা নিংথৌজাগী মখুত্তা মায়থিদুনা মনিং-তমবা মাংখিবগী মতম ফাওবা লৌখৎতুনা নৈনজরি।

মোইরাংগী মপুং ফাবা হিস্টোরী অমা শাগৎপদা খুদোং চাদবা কয়া থেংনরকই। মসিগি চাওরবা মরম অমদি "লেক ওফ আর্কিওলোজিকেল সোর্সেস নি হায়বা তাই।[১] ঙসি ফাওবদা অরিবা মতমগী মোইরাংগী পোলিটিকেল হিস্টোরী নত্রগা সোসাইটী খঙননবা, য়েংননবা হোৎনবদা লিটরেরী সোর্সেস্ নত্তনা লৈতে। ঐহাকসু হায়রিবা সোর্সেস অসিদা ডিপেন্দ তৌদুনা মোইরাংগী সোসিও পোলিটিকেল হিস্টোরী অমা শাগৎনবা হোৎনজরি।

অদুবু লিটরেরী সোর্সেস খকতদা ডিপেন্দ তৌদুনা হিস্টোরী অমা শাগৎনবা হোৎনবদসু খুদোংথিবা কয়া লৈ। ময়ামসিগী মনুংদা খ্বাইদগী

---

১ *(i) চৈ: কুম্বাবা, ১৯৮৯, লা: ৬২৭:* ***Administration Report on the Manipur state for 1936-37, P. 41***

*A Coffin of about 12 ft. in length was found at Moirang with some pieces of human bones, Potteries of a peculiar nature, 12 beads and a piece of silver bangle*

***ii) State Archaeology, Manipur, 1987, P.9.***

*The burial site at Moirang was unearthened accidentally ... Similar, Cultural materials with those found at Panjao Pallumching discovered from this burial site, ..... The wood of the coffin was assigned to 1170 AD (PRL–538).*

হেন্না বাবদি মতমগী (ডেটিং) ব্রাফম অসিনি। নিংথৌজ গুম্না মোইরাংগী
মতম তাকপা কুম্নাবা গুম্বা লাইরিক লৈতে। অইবা খরনদি মতম পুথোক্নবা
হোৎনৈ। অদুবু মদুনা অচুম্বা ওইরগনি হায়বদা চিংনবা কয়া লৈবগ
মতমগী ব্রাফম অসি পনজদ্রে।

অমরোমদসু সোর্সেসকীদমক ডিপেন্দ তৌরিবা লাইরিকশিং অসিদি
অসুক্কী মতিক য়ামদে। মপুং খরা ফারে হায়না খল্লিবা মোইরাংলোন,
মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা, মোইরাং কংলৈরোল খরা অসি নত্তন
লৈতে। অদুবু হায়রিবা লাইরিকশিং অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা অরিব
নিংতমলিঙৈ মোইরাংগি সোসিও-পোলিটিকেল হিস্টোরী অমা থমজরি

নিংথৌজা শালাইনা লুচিংবা অপুনবা লৈবাক অমা মণিপুরদা মপু
ফানা শেমগৎত্রিঙৈগী মমাঙদা মনিংমথা তমবা অপিকৃপা লৈবাক তরেং
লৈরম্মী।[২] হায়রিবা লৈবাক ৭ অসিগী মনুংদা মোইরাংসু অমনি। হায়ন
নত্রগা মণিপুর ইতিহাসকী ঙল্লিঙৈগী মতমদা মোইরাং মনিং মথা তমব
লৈবাক অমা ওইরম্মী। অদুবু সনা হোংবাগী মতমদা লৈবাক মনুংদ
নিংথৌ মচা মশেনদা লিংজেন মাম্নরক্তবা অমগা অমগগী মরক্তা ব্রাথল
ফাওন-তিন্নদবা লৈনবনা মোইরাংনা মৈতৈগী নিংথৌজা শালাইগী মখুন্ত
মায়থিদুনা মীখা পোনবা লৈবাক অমা ওইখি।

**মোইরাং খুঙ্গং অমসুং লৈপাক্কী ঙমখৈ** – অঙনবা মতমদা নিংথৌ
পানবা লৈবাকশিংগী ঙমখৈ অসি নিংথৌ নিংথৌগী মথৌনা মরিংজেন
অমদি মতীক মপাঙ্গল মতুং ইন্না থৈম্নে। ঙল্লিঙৈ মতমদা ওইবা মোইরা
খুঙ্গংগী ঙমখৈ দি নোংপোকতা মোইরাং তুরেল, নোংচুপতা থাংবোংতাক
তুরেল, মথাদা মোইরাং তুরেলগী মশা অমা অমসুং অরাংদা হৈয়েনখো
মরিলনা থাংবোংতাক অসি মোইরাং তুরেলদা তিন্নরগা কোনুংগী থাঙ্গপাং
ওইরম্মী।

মোইরাং লৈবাক্কী মতাংদা লৈবা ঙমখৈদি খোইদোম মানদোম
অনিগী মতুং ইন্না, অরাংদা নিংথৌখোং, থাংগ অমদি লোকতাক,
নোংপোকতা তুরেল অচৌবা, খাদা মাতারোক তুরেল, নোংচুপতা থাংজী

---

২। *তরেং অদুদি নিংথৌজা/মৈতৈ, অঙোম, চেংলৈ/থাংয়ি, খাবা-ঙানব, খুমন, লুয়াং অমসুং মোইরাংনি। অসিদসু নত্তনা ফানতেক অমসুং হৈবেম খুঙ্গানসু লৈরম্মী হায়না চয়নবোল, মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা, অসিনচিংব লাইরিকশিংদা পীরি।*

চাংশাং অমসুং লৈমতাক তুরেলনা ওইরম্মী। অসিদসু নত্তনা খাৱাং নোংপোক নোংচুপতা লোই হাইবা খুংগং কয়াসু লৈ।

মোইরাংগী খুন্নাই — মোইরাংগী খুন্নাই অপিকপা মান্নদাবা কাংলুপ কয়ানা পুনসিল্লগা শেমবনি। মোইরাং সলাইনা মোইরাংদা লাকতুনা লৈবরবা মতমদদি মোর্গান সেভেরেরী স্টেটস অদুগুম্না নত্রে। মওং তাবা খুন্নাই অমা ওইরে। পুন্না য়েংবদা মোইরাংদা লৈরিবা কাংলুপ খুদিংমক লাইনেজ দা যুম্ফম ওইবা পেট্রিয়াকেল সোসাইটী শিংনি হায়বা য়াই।

মোইরাংগী সোসিয়েল এক্সিস্টেন্স অমসুং মসিগী চাওখৎলকপগী মওং অসি য়েংবদা থাক কয়ামুক থোকনা লৈবা উই। মদুদি মোইরাং শলাইগী ঙাওনিংশিংনা মোইরাংদা লাকতুনা নিংথৌ ওইরদ্রিঙৈগী মমাঙদা লৈরমবা খুন্নাই, ঙাওনিংশিংদগী সনুচা ফাওবদা ওইবা মোইরাংগী খুন্নাই অমদি ফাংফাং অতেংবদগী সনাহোংবা ফাওবগা খুন্নাই অসিশিংসিনি ঙাওনিংশিংগী মমাঙদা লৈরমবা মোইরাংগী মরমদা ইরমবা লাইরিক অমত্তা থেংনজদবনা থাক অসিগী খুন্নাইদা মপুংফানা নৈনদুনা ইবা অরাইবা নত্তে। অদুবু মোইরাং শলাইগী কাংবুনা লাকপদা কেগেগী হাওমুবা, কায়াবা, খুয়োনগী য়াংখোংজাম্ব নচিংবীনা শা ঙা অমসুং অথেনপোৎ কয়াগা লোয়ননা ওকলমবদুনা মতমদগী খুন্নাই অদু শা-শল লোইদুনা লৈরমবা খরমখৈ মওং তাবা খুন্নাই অমদি ওইরে।

মোইরাং শালাইগী ঙাওনিংশিংনা মোইরাংদা লাকতুনা নিংথৌ ওইনা লৈররবদা হায়া লৈরমবা অপিকপা কাংলুপ মচা মচাশিং কয়া অদু পুন্সিন্দুনা অচৌবা মোইরাং লৈবাক অমদি শেমলে। লৈরিবা মী কাংলুপ খুদিংমকপু মোইবাং হায়রগা খঙনবা হৌরে। অদুবু খুন্নাই অমসুং খুন্নাইলোন্দদি অহোংবা অমত্তা লৈতে। ফাং ফাং অতেংবগী মতমদগীদি খুন্নাইলোন অমসুং খুন্নাইদা য়াম্না চাওনা অহোংবা লাকলে। মাগী মতমদগিদি খুঙ্গং কয়া খুদম চন্দুনা মোইরাং লৈবাক পাকথোক চাওথোকলে অদুনা লোই চন্‌বা খুঙ্গং ক্যাসু লৈরে। নিংথৌজা শালাইগা পাখংবনা খাবা শিংগি মথুত্তা মায়থিদুনা মোইরাংদা চেল্লকতুনা লৈররবা অমদি মোইরাংগী খুন্নাইদা তিল্লবা মতমদগিদি মোইরাংগী খুন্নাইদা অহোংবা কয়া লাকপা হৌরে। নিংথৌ ফমনাইবা অমদি প্রজাশিংগগি মরক্তা চাওনা খেন্নবগী মমি উবা ফংলে।

**মোইরাংগী খুন্নাই দা নিংথৌগী মফম্** — মোইরাংদা "ডিভাই রাইট থিওরী ফও কিংসিপ" লৈ। নিংথৌনা পুন্নমক্কী মথক্তা লৈ। মথোয়বু

লাইগী মচা নত্রগা লাইগী ঙমথং হায়না প্রজানা শকনৈ শোননৈ। লৈবাক-প্রজা পুম্নমক মহাক্কীনি। পিনিংবা মীদা পীবা ঙমবা মতীক মাগী লৈ। মহাকনা অচানবা মীদা ফমনাইহনবা অমদি ফমথোল কাহনবা পুম্নমক মহাক্কী নিংথৌ ওইবগী মতীক মপাঙ্গলগী মখাদা লৈ।

**অঙম অথৌ ফমনাইবাশিং** — খুঙ্গং কয়া লোই চন্দুনা লৈবাক পাকথোক চাওথোকহল্লবা মতুংদগিদি মখোয় অদুবু য়েংনশিননবা, ঙাক-শেননবা নিংথৌনা ফমনাইবশিং থমদুনা লৈবাক ঙাকপা হৌরকপদগীদি ফমনাইবশিংসি নিংথৌগী হেক মথংদা মরুওইবা মী কাংলুপ অম ওইরে। মখোয়না নিংথৌগী অমদি লৈবাক্কী থবক থৌরম খুদিংদা নিংথৌগী মতেং পাংই।

**মীচম প্রজা** — মোইরাংগী খুন্নাইদা মখোয়সি অহমশুবা থাক্তা লৈ হায়বা য়াই। নিংথৌগী অমদি লৈবাক্কী থবকতা মখোয়না হকথেংননা য়াওরুদ্রবসু লৈবাক্কী চিরবা মতমদদি মখোয়সু শরুক য়াই।

**লানফাশিং** — মোইরাংদদি লানফাশিং অসি খ্বাইদগী তোনবা থাকতা লৈ। মখোয়বু লৌ-শীঙ উহন্দুনা, লৌখোং তৌহন্‌বনচিংবা লৈবাক্কী ওইবা অরাবা থবক তৌহল্লম্মী। মীনাই ওইনসু শিজিননৈ। করিগুম্বা মতমদা মরল-মথুম অমগুম্বা পোৎ লৈথোক লৈশিন্দা শিজিন্নবসু য়াওই।

অদুবু পুম্না য়েংবদা মীপুম খুদিংমক মফম মতমগী মতুংইন্না চপ মান্নবা য়েংবসু য়াওই। খুদম ওইনা নিংথৌগী লৈমশিং, মচানুপা - নুপিশিং পুম্নমক লৌ-শীঙ উবা, ঙা ফাবনচিংবা মশা মশানা তৌবসু য়াওই।

## মোইরাংগী খুন্নাই দা নুপীগী থাক

মোইরাংগী খুন্নাইদা নুপীগী মফম অসি য়েংবদা মতম খেন্নবগী মতুংইন্না অনি থোকনা থায়দোক্কুনা য়েংবা য়াই। অহানবা শরুকনা ঙাঙনিংশিংদগিনা পুরিকলাই কোংতিংহনবা ফাওবা অদুগা অনিশুবা শরুক্কুনা থিংক্রি নাচাউবদগীনা সানা হোংবাগী মতম ফাওব অসিনি। অহানবগী শরুক অসিদদি নুপিগী থাক অসি অসুক্কী মতিক নেমনা লৈ। মখোয়বু লন-থুম অমগী মওংদা শিজিন্নবা উই। পিনিংবা মীদা পীথোকপা, অপান্না মীনা লৌবা য়াবা পোৎ অমগুমনা নুপিবু উহনলি।

অদুবু থিংক্রি নাচাউবগী মতমদগিদি নুপিশিংগী মফম (থাক) অসি খরা মখৈদি ব্রাংখৎলে হায়বা য়ারে। অদুবু মতাং অসিদসু নুপি পুম্নমকপু পুন্না য়েংবদি য়াদে। নুপিশিংগী মরক্তা মখোয়গী থাক্কী মতুংইন্না কাংলুপ অনি থোকনা খায়দোকতুনা য়েংবা য়াই – অহানবাদা নিংথৌ অমদি অঙম অথৌশিংগী নুপিশিং অমদি মীচম্ প্রজাগী নুপিশিং।

অহানবা কাংলুপকী নুপিশিং অসিদি থিংক্রি নাচাউবগী মতমদগিদি খুন্নাইদা ঈকাই খুম্নবগা লোইননা থমবা হৌরে। ফেউদেল স্টেট অমদা অরাংবা থাক্কী শাগে দা নুপিশিংনা ফংবা খুদিংমক মতম অসিগী মোইরাং নুপিশিংনা ফংবা হৌরে। খুদম ওইনা, লৈমা সুনুলেম্বীনা পামজবা লৈ অদুবু মহাক মাতোমতগীদমক ওইবা, অতৈনা শিজিন্নরগা চিল্লগনা নুপিদুগী মশম ককপা, মরু কোকপগী চৈরাক পীনবা নিংথৌনা লাওথোকপা অদুগা লৈমা নিঙথি ভরেংবীদা কনামতনা য়েংবা য়াদবা , হংগৎনা ব্রা ঙাংবা যাহনদবা অসিনচিংবা অসিনা নুপিশিং হায়বদি কোনুংগী নুপিশিং অসি মীয়ামদগী তোপনা অরাংবা থাক অমদা থমনবা হোৎনৈ।

অসিদসু নত্তনা মতম অসিদদি নুপিশিংনা লৈবাককী চাওখৎ থৌরাংদা অমদি লৈবাক ঙাকপদা চাওরবা থৌদাং লৌবা হৌরে। লৈবাক্কী মতিক চাবা নিংথৌ হাপনবা হোৎনবদা লৈমশিংগী খুৎ চঙবা অমদি নিংথৌ ওইরিবা নুপা অদুদগী লৈমনা হেন্না মরু ওইনা প্রজানা থনবা মতম ফাওবা য়াওরকই।

মীচম প্রজা নুপি শিংগী মফমসু খরমখৈ ব্রাংখৎলে। মখোয়না লৈবাক ঙাকপাদা হকথেংননা য়াওরুদ্রবসু মখোয়গী ব্রাদি নিংথৌনা তাই। মখোয় অসি নত্তবা লানফাদা য়াওরকপা নুপিশিংসিসু ভোপ ভোপপা মফম অমা লৈজে। মখোয়বু লৈমশিংগী মরক্তা লৈহনদুনা নীংথিনা থম্বীদুনা চানবীবগী মিৎয়েং থম্বী। মখোয়গী থাজ-য়োংজবানচিংবা ফাওবা নিংথৌনা তৌবা য়াওই।

## লাইনিং – তীন্নিং

মোইরাং মপা মপুবু লাইগুম্না ইরাৎতুনা পুজা তৌবা কাংলুপনি। নিপাল শুবা নিংথৌ ফাং ফাং অতেংবনা পানবা মতমদা নিংথৌজাশিংগা হেন্না নকশিননবা মরি থমলকপদগী ধর্ম্মগী লম্দা অহোংবা কয়ামুক লাকলম্মী। নিংথৌজাশিংগী মতৌ তমদুনা মোইরাংশিংনা লাই হরাওবা,

লৈকাই - লৈকাইদা লৈকাই -লাই লাৎতুনা থা থাগী মঁহে মরোংদা তিল তাদনবা, অনা-অয়েক কয়াদগী ঙাকথোকনবা লাই লাৎপা হৌরম্মী অদুগা অতোপ্পা মোইরাংগী ওইবা লাইনীং অমদি “ খুয়োল তেবী তেস ব্রা ” হায়না খঙনবা ব্রাপন অমবু ইরাৎপনি। নিংথৌনা লৈবাক্কী নুংঙাই য়াইফনবা চাওখৎনবা মচা-মশু ফংনবা, মতম কয়াদা মীওই কয়াগীদমক ব্রাপন অসিদা শা ঙা মরুওইনা ইরোই, ওক অমদি হমেং হাৎতুনা ইরাৎপগী চৎনবী লৈ।

## লৌন-লৈনবা অমসুং চারৌ-মৌরৌনবা

মোইরাংনা থংনবা লৈবাকশিংগা চারৌ মৌরৌনদুনা অফবা মরি থমনবা হোৎনৈ। লুহোংবগী থবক অয়াম্বা, মশা মশা য়ানরবসু হায়না শিঙনদুনা অওং অউন পিদুনা লুহোংবসিনা হেন্না চৎনবগুম উই। লুহোংবদা শন্না মংকৎ তমদুনা লুহোংবা চৎনৈ।

**শেনবা-থুম্বারোল** —কংবা নাইদ্রবা লোকতাক পাৎ অমদি অচৌবা অশুকপা থাংজীং চীংজাও অনিগী মরক্তা লৈবনা মোইরাংগী মীশিংসি হিংবদা ব্রাবা লৈবাক অমদি ওইরমদে। লোকতাক মপান্দা লৈবনা মোইরাংগী মরু ওইবা শীনফমদি লৌউবা অমসুং ঙা ফাবনা ওইরম্মী। খৃষ্টগী ১৪-১৫ শুবা চহি চাদদি মোইরাং লৌউবগী লমদা চাওখৎপা লৈবাক অম ওইরে। মোইরাং নিংথৌনা লৌমীশিংগীদমক খোং তৌদুনা লৌবুকতা ঈশিং মরাং কায়না ফংনবা হোৎনরে। ফৌথোক-চাথোক মরাং কাইনা ফংনবগীদমক অনৌবা মওংগী লৌ মউ হায়বদি পুংহুনগী মহুত্তা লৌ লিংদুনা লৌউবসু হৌদোকলে।

ঙা ফাবসু মোইরাংদদি লৌউবগা চপ মান্নবা শিনফমনি। লৌ উনবা লম লৈজদবা কয়া লোকতাকতা লৈদুনা লায়না হিংবগী ব্রারি কয়া ঐখোয়না ব্রারি লাইরিকতগী তাবা ফংই। নিংথৌনসু হায়রিবা শীনফম অসিবু থৌগৎপা ওইনা ঙারম অমদি শোয় কয়া শেমগৎখি।

শেল-থুমগী মতাংদা মোইরাংগী ফিভম ফানা লৈ হায়বা য়াই। ঙল্লিঙৈ মতমদগী কৈথেল কয়া লিংখৎতুনা অমগা অমগগি মরক্তা অপাম্বা পোৎ মরাং কাইনা ফংনবা হোৎনরম্মী। মোইরাংগা থংনবা লৈবাকশিং হায়বদি ত্রিপুরা অমসুং কবোগা ললোন-ইতিক্কী মরি থমদুনা অকে-অমৌগী পোৎ অমসুং সগোল্ শামু লৈথোক লৈশিন তৌনৈ। পোৎ

লৈবা য়োনবদা শেল্ শিজিন্নবাগী ব্রা ফংই। অদুবু ময়েকতি কয়া শেংদে। পোৎকা পোৎকা ওনবা অসিদি চৎনবদৌনা তৌই।

**লমপান খাজনা (রিভন্যু)** — মোইরাংদদি লমপান অসি লৌউবা মীদগী হৌরগা ফি শাবাশিং অমদি শা-য়েন য়োকপশিং ফাওবদা পোৎ ওইনা লৌই। হায়বদি লৌমীদগী ফৌ, ফিশাবদগী ফি অদুগা য়ুমশশিংদনা হুই, হমেং, ওক নত্রগ ষন ওইনা লৌই। অদুবু মোইরাংগী মশাগী মশা ওইবা মীশিংদদি চাংনাইবা অকক্লবা লমপানমল লৈতে। অদুগা চহি খুদিংগী পিগনি হায়বসু লৈতে।

অমরোমদদি লোই খুঙ্গংশিংদগিদি পিফম থোকপা পোৎ অদু চহি খুদিংগী পিগনি। মরক্তা ওইরবসু নিংথৌনা হায়রকলবদি পিগদবনি, পিবা ঙমনবা হোৎনগদবনি।

মোইরাংদদি লৈবাক্কী মরু ওইবা চাগা-শেনগদি লোই খুঙ্গংশিংদগী লমপান/রিভেন্যু ওইনা লৌরিবা লোইপোৎশিংনি হায়বা য়াই।

## মোইরাংদা নিংথৌ ওইখিবশিং

১। ঙাঙনিংশিং
২। হমসা
৩। ফাংলিকলাই
৪। য়োইরেনবা
৫। নারোং
৬। ময়াম্বা
৭। সুনুচা
৮। ফাং ফাং অতেংবা
৯। তেলহৈবা
১০। লাইফাচেং
১১। উরা খুন্দাবা
১২। সনা রাখুব্রা
১৩। লৈয়ুপুন্সিবা
১৪। ভুসেমবা
১৫। কোংতিং অহনবা
১৬। থিংক্রি নাচাউবা
১৭। নুংনাং তোনবা
১৮। খোকথৈ লাম্বুবা
১৯। উরা কোংয়ানবা
২০। ময়াং মীচাউবা
২১। খোকব্রা নুংহুইরাংবা
২২। চারনবা
২৩। থাংগা ঈফেন লাম্বুবা
২৪। সাংদোন খুবা
২৫। লাইচিংখু তেলহৈবা
২৬। মাসেমবা
২৭। কোইরেং নিংথৌ
২৮। কাবা পুরাং
২৯। ঈথাই কাইরেমবা
৩০। শাংদোল লাইনাওতাবা
৩১। চীংখু তেলহৈবা
৩২। পুন্সিবা
৩৩। উরা খোংজোমবা
৩৪। য়োইয়েনবা
৩৫। পুন্সি খুয়েনচনবা
৩৬। সনাহোংবা

## ঙাঙনিংশিং —

ঙাঙনিংশিং, উরেলহনবা ১দি ঙাংশাবীগী অনিশুবা মচানিপানি ময়াম্বা ঙাংহনখোকনা মপা মপুগী লম্ কৌব্রুদা নিংথৌ ওইদুনা লৈখি; মনাওনুপা ঙাঙনিংশিংনা মোইরাংদা তাকতুনা নিংথৌ ওইখি। মোইরাং নিংথৌরোলগী মতুং ইন্না য়েংলগদি মোইরাংগি ইতিহাস অসি ঙাঙনিংশিংদগি হৌই।

মহাক্কী মথংদা হমসা, ফাংলিকলাই, য়োইরেনবা, নারোং অমদি ময়াম্বানা মথং মথং নিংথৌ ওইদুনা মোইরাং লৈবাক ঙাকলম্মী।

মথংদা সুনুচানা মোইরাংগী নিংথৌ ওই। অইবা খরনদি সুনুচা ফাওবগী মতম অসি লাইগি মতমনি হাইনা ফোংদোকই।

**ফাং ফাং অতেংবা** - মহাক্কী মতমদদি মোইরাংশিংগী ফিবমসি খর মথৈ খুরম চেৎলে হায়ব য়ারে। মহাক্না মোইরাংশিংগী মপাঙ্গল পাকথোক চাওথোকনবগিদমক্ থংনবা খুঙ্গংশিংদা লানদারম্মী। নিংথৌগি কাহেনবা এক্সপ্রাগুসননিষ্ট্ পোলিসি অসিগি মায়োকতা খুয়োনশিংনা মোইরাংদা চেপ্লকতুনা লৈররিবা পাখংবগা পুনশিল্লগা মোইরাং নিংথৌগি মথক্তা তোঙান তানবা লাল্হৌরম্মী। মসিবু মোইরাংগি হিস্টোরী দা খুয়োল লৈথোং কাইবা হায়না খংনৈ। অদুবু ফাং ফাং অতেংবানা অশিংবা নিংথৌ অমা ওইনা অঙম-অথৌশিংগা তানদুনা মহাক্কী লৈম অমা পাখংবদা পিদুনা ব্রাথোক অদু তেনশিন্নবা/তেশিন্নবা তৌখি। পাখংবগা মরুপ ওইবগি মরি থমদুনা কংলৈগী চৎনবি কয়া মোইরাংনা চৎনবা হৌরম্মী। মরু ওইবা চৎনবি খরদি লাই হারাওবা, ঔগ্রী শকপা, লৈকাই ঙাকপা লাই থমদুনা ইরাৎপা কুরাক লমদাইবানচিংবা চৎনবী খরদি মোইরাংদা মাগী মতমদগি চৎনবা হৌরম্মী।

মহাক্কী মতমদা মোইরাংগী কংলা চাওনা শাদোক্তুনা লৈতেং কয়াগা লোয়ননা ফমবাল তোংবগী চৎনবিসু হৌদোকখি।

মাগী খুদুং ইন্দুনা মাগী মতুংদা মোইরাংদা নিংথৌ ওইরকপশিংনা নিংথৌ হেক ওইবগা থংনবা খুঙ্গংশিংদা ফমবাল লাল অদুনা নিংথৌ

অদুগী মতীক অমসুং ঈকাই খুম্নবগী মিংচৎ হেৎগৎনবা হোৎনবা হৌরে। [৩] লাল ঙমদুনা মমিং হোংবগী চৎনবিসু হৌরে।

মহাক্কী মথংদা ইৱাং তেলহৈবা অমসুং লাইফাচেংবসু থংনবা খুঙ্গংশিংদা লানদাদুনা মোইরাংগী মতীক-ময়াই পাকথোক চাওথোকহল্লম্মী। লোই হাবা খুঙ্গং কয়াসু থমলম্মী। লাইফাচেংদি কংলৈগী নিংথৌশিংগা চারৌমৌরৌনদুনা অফবা মরি থমলম্মী।

**উরা খুন্দাবা** — মাগী মতমদদি খুমনগা মোইরাংগগি মরক্তা অফবা থম্লম্মী। খুমন অমদি মোইরাংদা পুম্না লোই থাবা হাওকা লোকখনা লৈবাক অনিমকতা পিফম্ থোকপা লোইপোৎ পিরকত্রবদা উরা খুনদাবনা খুমন্ নিংথৌ চীংখোং থোংগ্রাইবগা লোইননা হাওখা লোকখা খুঙ্গংদা পুম্না লান্দামিন্নদুনা হাওখা নিংথৌ য়েনগাওববু মাইথিবা পিরম্মী। খুমন নিংথৌনা হায়জরকপদগী লোন লোই নিংথৌ ফানতেক শোকনাইবগী মথক্তা লানদাবদসু মহাক্না খুমনশিংগি মতেং পাংদুনা লুৱাংশিংবু মায়থিবা পিরম্মী।

মহাক্কী মতমদা লোইহাবা খুঙ্গংদগি লোই থৌননবগিদমক্ লম্বু হায়না থংনবা ফমনাইবা হাপপসু হৌদোকলম্মী।

**সানা ৱাখ্না** — মাগী মতমদা মোইরাং য়াম্না চাওখৎলম্মী। য়ুমলোননবা নিংথৌশিংগা অফবা মরি থম্ননবা মাহাক্না হোৎনরম্মী। মাগী মতমদা খুয়োল ৱাখোং শেংদুনা ৱা হোংবগী অহোং কুম্মেদা শা-ঙা হাৎতুনা অচা-অথক কয়াগা লোইননা তৌরম্মী।

**লৈয়ু পুন্সিবা** — মাগী মতমদা নিংথৌগা অঙম-অথৌ ফমনাইবশিংগা নকনবা মরি থমনবগিদমক লোইশং অচৌবা শাদুনা নিংথৌ অমদি প্রজাশিং তৌইন উন্ননবা হোৎনরম্মী।

মহাক্কী মতুংদা তুশেমবা অমদি কোংতিং অহনবনা মোইরাংগি নিংথৌ ওই।

---

*৩। চৈ: কু: ১৯৮৯ লা: ৩১*

*মৈত্রবাক্তা খাগেম্বনা খ্বাইদগী ঈহান হান্না ফম্বাল তোংবগী বাফম "ফম্বাল লান" তোনঙৌ লান্দাবসিনা ওইরি।*

**থিংগ্রী নাচাউবা (চোথে থাঙরাই পাখংবা)** — মাগী মতমদা মোইরাং খুৎকন পাঙ্গননা লৈবাক হায়বদু ওইরম্মী। মাইকৈ কয়াদা লৈবা খুঙ্গংশিংদা লানদাদুনা মোইরাংগি মতিক মথৌনা উৎত্তুনা খুঙ্গং কয়া লোইচনশিলম্মী। খারোমদা চোথে খুঙ্গংদা লানদাদুনা চোথে নিংথৌ নাতোই নাচাউববু মায়থিবা পিখি। মসিদগী নিংথৌসিগী মিংলেনসি কৌথিবা মাল্লি।

মাগী মতুংদা নুংনাং তোনবা অমদি থোকখৈ লাম্ববানা মোইরাংগী নিংথৌ ওই।

**উরা কোঙয়াম্বা** — মহাক্না মোইরাংগী নিংথৌ হেক্ ওইবগা নোংচুপলোমদা লোইজিং ফৌওইচিং লানথোকলগা লৈবা নুংশাই খুঙ্গংদা লান্দাখি। লানফম অসিদা লাংমৈবা কৌববু মায়থিবা পিকি অমসুং নিংথৌবু কবুই নুংসাই লানথবা হায়না মিংহোংখি।

**থয়াং মিচাউবা** — খারম খুঙ্গংদা লান্দাদুনা খারম নিংথৌ সেনপুবু মায়থিবা পিরবা মতুংদা নোংপোক মায়কৈরোমদা লৈবা কবোগী পম্থ লয়ময়ায় কৌবা লমদা মোইরাংশিংনা লান্দাখি। অমদি থৌমন কৌববু মায়থিবা পিখি। থয়াং মীচাউবামা নিংথৌ ওইবা মতমদা শা ঙা মরাং কাইনা ফংনবগীদমক ঙা ফাফম শোয় অমদি শা ফানবা শারম্ নিংথিনা শেমগৎলমম্মী।

থয়াং মীচাউবগী মতুংদা খোকব্রা নুংছইরাংবা অমদি চারনবানা মোইরাংগী নিংথৌ ওই।

**থাঙ্গা ঈফেন্ লাম্বুবা** — মহাক্কী মতমদা মোইরাংদা মীশিং হেনগৎলকতুনা লৈফমগী অরাবা ওইরম্মী। লৌমীশিংসু লৌ উফম লৈতবগী রারম্মী। অরাবশিংসি কোকনবা নিংথৌনা নোংগাংখোং হায়না খঙনবা খোং অসি মীয়াম চংনা তৌদুনা লোকতাক্কী ঈশিং খরা থোঁদাক তা থাদখিবম্মী। থৌদোক অসিদগী মাগী মমিং থাঙ্গা ঈয়েল লাম্বুবা হায়বা হায়না খঙনখিরম্মী।

নিংথৌশিগী মতুংদা শাংদোন খুবা, লাইচিংখু তেলহৈবা অমদি মাসেমবানা মথং মথং নিংথৌ ওইরম্মী।

পুরিকলাই মাসেমবগী কোইরেং নিংথৌ, কাবাপুরাং অমসুং ইথায় কাইরেম্বা কৌবা মচানুপা অহুম লৈ। অহুমক্ নিংথৌ ওই।

**ইথাই কাইরেম্বা** — মহাক্কী মতমদা মোইরাংগী লৈমরেননা মেনথক মেনদোংবা পুই (ভুখোং) তৌবগী হরাও কুম্মে তৌরম্মী। মোইরাংগী লৈমরেন্না অঙম অথৌ ফম্‌চাক থাংদুনা শকথং মাইখংনবসু মাগী মতমদগি হৌরম্মী। মহাক্কী মতমদা মোইরাংগী লৈমাশিংনা লৈবাক হোনদুনা ঙাংখা লম শেমগৎখি।

**শাংদোন্ লাইনাওতাবা** — নিংথৌসিগী মতমদা মোইরাং অমদি খুমলশিংগি মরক্তা নুংঙাইনরমদে। মোইরাং নিংথৌ শাংদোন লাইনাওতাবনা অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোল অমা হি অনি থাবক লাকতুনা তোংলগা খুমলগী থৌবাল্ লোমদা লান্দারকলম্মী। অদুবু লানফম অদুদা মোইরাং খুমলশিংগী মখুত্তা মাইথিরম্মী। মাইথিবগী অচৌবা মরম অমদি খুমলশিংনা, লৈথোক লৈশিনদা খুদোং চাবা অপিকপা হি মচা শিজিন্নবা অদুগা অমরোমদনা মোইরাংনা লৈথোক লৈশিনদা খুদোং চাদবা থাবক লাকপা অচৌবা হি শিজিন্নবননি। লানফম অসিদা মোইরাংশিংনা মাইথিবদা নত্তনা নিংথৌ শাংদোল লাইনাউতাবসু লানফম অসিদা মথাব্রাই মাঙখি।

**শোংলেন্ লাম্বাবা** — শাংদোল লাইনাওতাবানা খুমন শিংগী মখুত্তা লৈখিদ্রবদা মচানিপা সোংলেন লাম্বাবনা মোইরাংগী নিংথৌ ওইরম্মী। মহাক্কী মতমদসু খুমলশিংনা অমুক হন্না মোইরাংদা লান্দারকলম্মী। মোইরাংশিংসু লমন্ খুমবা ওইনা খুমলশিংগা সোংলেন পানখোকপোক হায়না খঙনবা মফমদা অকনবা লান থেংনখি। লানফম অসিদা মোইরাংশিংনা খুমলশিংবু মায়থিবা পিবদা নত্তনা খুমল ক্লাকপা কৌবা অথৌববু মকোক ককতুনা হাৎখি। মোইরাংসিংনা হান্না য়েংথিনখিবা থিদনা অব্রাশিংবু থিংবাদা খুমলশিংগী মতেং পাংলম্মী।

**চীংখু তেলহৈবা** — মাগী মতমদা মচাইবেমা য়োইরেন তোকপোকপি পিবা পিদবগী মভাংদা নিংথৌজাশিংগা লানশোকনখি। অসিদসু নত্তনা খারম কাংবুনা পীফম থোকপা লোইপোৎ পিরকভবগী লানদাখি। নোংপোকলোমদসু চকপা অম্‌ফে খুঙ্গংদা লান্দাদুনা মফম অদু ফাওবা লোইচনলম্মী। চীংখু তেলহৈবগী মতুংদা পুন্সিনা, খোংজোম্না অমদি

য়োইরেনবনা মথং মথং মোইরাংগী নিংথৌ ওইরম্মী। পুরিকলাই য়োইরেনবগী মথংদা পুন্সিবা পুরেন চনবনা মোইরাংগী নিংথৌ ওইরম্মী মহাক্না নিংথৌ ওইরিঙৈদা ত্রিপুরীশিংনা লান্দারক্রম্মী। মোইরাংনিংথৌগী মচা ইবুংঙো খেল্লৈ পাম্বনা অনৌবা লাললোং শিজিন্নদুনা ত্রিপুরীশিংবু মায়থিবা পিদুনা মখোয়গী লুচীংবনু হাংলম্মী লানফম অসিদগী খেলৈ পাম্ববু লৈই লান্দাবা হায়না খংনখি। নিংথৌনসু পেনবিরদুনা মচা ইবুংঙো খেলৈ পাম্ববু মহাক্না লৈত্রবদা মোইরাংগী নিংথৌ খুভম ফংহৌনবা শিননরম্মী। খেলৈ পাম্বনা লৈতাংশোয়দা লৈরিঙৈদা নিংথৌ পুন্সিবা থুরেনচনবা লৈখিদ্রে। নিংথৌনা লৈত্রবদা মচা ইবুংঙো অহল সনাহোংবনা মোইরাংগী নিংথৌ ওইরম্মী। খেলৈ পাম্বনা নিংথৌ খুভম ফংদবদ শাওদুনা মোইরাং কংলাগী হি য়াই পুম্নমক খোমদুনা ইম্ফালদা চেনখি।

সনাহোংবা— সনাহোংবানা মোইরাংগী নিংথৌ ওইবা মতমদা মৈদিংঙু পুন্সিবানা মোইরাংদা কায়ারক লান্দারকখি। অহানবদা পুন্সিবনা মোইরাংগী কামুত্তাকতা লান্দারকত্তুনা মোইরাংশিংবু মাইথিবা পিখি। অদুবু মথং লান্দারকপদি মোইরাংশিংনা লাকচরম্মী। অদুবু নিংথৌখোম্বনা নিংথৌজাশিংগী নিংথৌ ওইবগা কবোশিংগা লৌত্তুনদুনা মোইরাংদা লান্দারকখি। লানফম অসিদা মোইরাংগী মথৌনা লৈবা কয়া ত্তুখি নিংথৌ সনাহোংবসু মোইরাং থাদোকত্তুনা চেনখিদুনা মোইরাং নিংথৌজাশিংগী মনুংচনবা লৈবাক ওইদুনা মোইরাংগী নিংতমবা মাংখি।

## চেসি ইবদা মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং:—

MSS

১। মোইরাংলোন্ — custadian – এন. ইবোচৌবা
২। মোইরাংলোন — custadian এম. নরেন্দ্র
৩। মোইরাং নিংথৌরোল্ — custadian এম. নরেন্দ্র
৪। সানাহোংবা — custadian এম. নরেন্দ্র

Seminar papers .

১। এম. নরেন্দ্র — মোইরাং কংলৈরোল অমসুং মণিপুর ইতিহাসকা লৈনবা মরি।
২। এম. নোদিয়া — মোইরাং শালাই।

৩। এল. বসন্তি — ওরিজিন, গ্রোদ এন্দ ফোল ওফ মোইরাং প্রিনসিপালিটি।

৪। এম. সেখো — মোইরাং থাংজিং হরাওবা।

## Published books

১। ও. ভোগেশ্বর — মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা অহাম্বা অমসুং অনিশুবা।

২। সবিতা দেবী — মোইরাং কংলৈরোল

৩। রুহিনিকুমার — ইবাংলোন থাদোই অহানবা শরুক

৪। এন. খেলচন্দ্র — চোথে থাঙরায় পাখংবা

৫। এন. খেলচন্দ্র — নাউথিংখোং ফমবাল কাবা

৬। এম. নরেন্দ্র — কৌবরেল খুনগুম্

৭। এম. চন্দ্রসিং — চকপরোল্

৮। এম. চন্দ্রসিং — চিঙগোই ঈরুপ্প

৯। ও. ভোগেশ্বর — নুমিৎ কাপ্পা

১০। ও. ভোগেশ্বর — নিংথৌরোল লম্বুবা

১১। খেলচন্দ্র অমসুং ইবুংঙোহল্ — চৈথারোল কুম্বাবা

# মোইরাং অমসুং খুমন শলাই অনিগী লৈনরম্বা মরীশিং

দাঃ বসন্তি
উরিপোক্

মৈত্রবাক মণিপুরগী ইতিহাসকী মতম হৌদ্রিঁঙদগী লৈবাকসিগী চীঙ অমদি তমদা তোঙান তোঙানবা কাংলুপকী মী ফুরুপ কয়া খুন্দা-লৈতাদুনা লৈরম্বগী অরিবা মৈতৈগী লাইরিকশিংদা পীরি। মখোয়না ঙন্নিঁঙগী মতমশিংদা করম করম্বা মফমশিংদা খুন্দারমবগে হায়বসি চপ চানা পুথোক্লবা হোৎনবদা অব্রাবা ওইরবসু মখোয় কাংলুপ কাংলুপ পুনশিননদুনা অপুনবা কাংলুপ অমমমগী মখাদা মখোয় মখোয়গী খুন্নাই অমমম শেম্নদুনা মণিপুরগী ইতিহাস হৌরকপগী তাংকক অদুব্রাইদা মনিং মখা তন্না পানবা হৌনরে। মখোয়শিং অদুদি অঙোম, খুমন, লুৱাং, খাবা-ঙানবা, মোইরাং নিংথৌজা অমসুং চেংলৈ সরাংলৈশাংথেমনি। মখোয়শিং অসিবু য়েক নত্রগা শলাই হায়নসু খঙনৈ। হায়রিবা শলাইশিং অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী মথৌনা লৈনা অমদি মতম শাংনা পানবদি নিংথৌজা শলাইনি। নিংথৌজা নত্তবা অতোপ্পা শলাইশিং অসি তোঙান তোঙানবা মতমদা নিংথৌজা শলাইগী মখাদা মখোয়গী লৈবাকশিং পুনশিনখি।

শলাইশিং অসিগী হৌরকফম নৈনবদা মখোয়গী তশেং তশেংবা লিখুন অদু তাকপদা চয়েৎনবা কয়া অমদি য়াওদবা নত্তে। অদুবু তোঙান তোঙানবা শাগে-শলাইরোল, মৈহৌবরোল কয়া নৈনরুবগী মতুংদা শলাইশিং অসিগী হৌরকফম খরা মখৈদি ফংবা ঙমই, লোয়ননা পেপর অসিগী মরু ওইবা পান্দমদি খুমন অমসুং মোইরাংগী মনিং মখা তম্বা লৈবাক খুন্নাইশিং ওইরিঁঙদা লৈনরম্বা মরীগী থৌদোক ব্রাথোক পুথোক্লুনা নৈনজবনি।

## মোইরাং শলাই অমসুং মখোয়গী মরৈবাক

মোইরাং শলাই অসি মণিপুরগী খা-নোংচুপ থংবা তমপাক্কী ঙমখৈ ওইরপ্পা লোক্তাক পাৎকী খোংবান্দা খৃঃ ১৪৩৫ ফাওবা মনিং মখা তম্না পাল্লম্না কাংলুপনি। মোইরাং কাংলুপ অসি কেগে পোকপা সোরারেল, মোইরাং পোকপা কাশারেল থংজীঙ কোয়রেল লাইদগী হৌরকপা অমসুং মখোয়গী লৈবাক অসি থংজীঙ কোয়রেল লাইনা লোক্তাক খোংনুংদগী থোনগত্তুনা লিংখৎপীরম্না ওইনা উৎলি। মোইরাংশিংগী মশাগী ওইবা শাগৈ-শলাইরোল, মোইরাং নিংথৌরোল অমসুং য়ুম্নাক শাগৈ, য়ুম্নাক খাইবা শেৎপনচিংবা তোপ-তোপ্পা লৈজে। মোইরাংগী পুনশিল্লবা লৈবাক অমা শেমগৎখিবা মওংদি থংজীঙ কোয়রেল লাইনা থংজীঙ চীঙজাও মথক্তা কোনুং ওইদুনা খুন্দারম্বদগী তমদা তারক্তুনা ঙাংখা অমসুং খুয়োনগী লমদমদা তারক্লবগা কেগে লাদমগী লুচিংবা হাওমুবগা পুনশিন্দুনা কেগে মোইরাং হায়দুনা মোইরাংদা অমুক কোনুং ওইদুনা পানখি। মতমশিদা মোইরাং লৈবাক্কা কোল্লিবা লমদমশিংদি লোক্তাক পাৎ, থাঙ্গা, খুগা তুরেলগী ইথৈচাবা লমদমশিং, থংজীঙ চীঙজাওনা কোনবা লমশিং অমসুং লৈমতাক্কী শরুকশিংনি। লমদমশিগী অৱাংলোমদা লুৱাং ফান্তেক্কী শরুক অমসুং নোংপোক ওইরপ্পা খুমন, হৈরেম খুঞ্জান্নচীংবগী লমশিং লৈখি। লৈবাক অসি মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বা (খৃঃ ১৪৩২-৬৭) গী মতমদা মোইরাং নিংথৌ সনাহোংবগী হাক্তুক্তা মৈতৈশিংনা থুগাইদুনা মৈতৈ লৈবাক্তা লৌশিনখি।

## খুমন শলাই অমসুং মখোয়গী মরৈপাক

খুমন শলাই অসি মণিপুরগী খা-নোংপোক থংবা মায়কৈদা লোক্তাক অমসুং পুমলেন পাৎকী লমখৈয়োনা শন্দোকখি। খুমন কংলৈরোলগী মতুং ইন্না খুমন কাংলুপ অসি নোংদমলেন অখুবা নোংদমলেম অহনবা, কুরমলেন মৈনাইদাবা, কুরুমলেন মৈনাইবা, পোংথাং পোংহন, হৈরোংলেন লোংজুম্বা, নিংথৌ হৈরোংঙাং থোংঙাংলেননী। হৈরোংঙাং থোঙঙারেলনা থোঙারেল/থৱারেল অমসুং পোইরৈতোন অনি পোকই। পোইরৈতোনগী মচা শীংতাপুংনা অরোং অমসুং পামিং পোকই। অরোংগী চারোন শরোন

চাদা নাওদানা খুমন ওইখি অদুগা পামিংগীনা লুরাং ওইখি।[1]

খুমন কাংলুপ অসি অঙনবা মতমদগী হৌনা খুৎকন পাংগন্না মনিংতম্না মোইরাং লৈবাক্কা লোক্তাক্লা খল্লগা য়ুমলোন্নবা লৈবাক ওইনা পাল্লকখি। মখোয়গী কোনুংদি ফেস্তা লৈকোইপুংদা ওইরম্মী। মফম অসি হৌজিক ময়াম্না ময়াং ইম্ফাল হায়না খংনরিবা অসিনি। মখোয়না ফেস্তা লৈকোয়পুঙদা তাদ্রিঊঙদা মখোয় অসি অহানবদা নোংমায় লৈকোয়পুঙ থৌবান্দা লৈরম্মী। মতম কুইনা মনিং মখা তম্না পাল্লবা মতুংদা মৈতৈ লৈপাক্তা মৈদিংঙু কোংয়াম্বনা পানবা মতমদা (খৃ: ১৩২৪-১৩৩৫) খুমন নিংথৌ লময়ায় কাইখিনবনা মৈতৈগীদা হোংগৎলকখি।

## *মোইরাং অমসুং খুমন শলাই অনিগী মরক্তা লৈনরম্বা মরীশিং :-*

শলাই অনি অসি লোক্তাক পাৎনা মরক খন্দুনা য়ুমলোন্নবা লৈবাক ওইদুনা পান্নরম্মী। মরম অদুনা লৈবাক অনিসীগী মরীশিংসি অমুক খৎনবা, অমুক চান্নবা, লৈবাক অমগা অমগগী মরক্তা চারৌ-মৌরৌনবা কল্লক য়েংথিনবা অসি থাইনদগী হৌনা লৈনরকলে। শলাই অনিমক মনিং মখা তম্না চহি ১৩০০ গী তাদনা পান্নরকলবা অমসুং মৈতৈ লৈবাক্কী অপুন্না খুন্নাই অমা শেম্বদা অচৌবা থৌদাং অমমম লৌনখিবা ঙাক্তনি।

মোইরাংগা খুমনগগী অনিগী মরক্তা য়াম্না ঙল্লীঊঙগী মতমদদি লানগী নত্রগা য়াম্না অকনবা ব্রাথোক-লাম্থোক পঙলৈ লৈতে। অদুবু মোইরাং লৈবাক্তা পুরিক্লাই শাংতোন লৈনৌবনা পানবা অমসুং খুমন লৈবাক্তানা নোংয়াই খোংলৈচা ইকোপ লাম্থবনা পানবা মতমদদি কাংলুপ অনিসিগী মরক্তা লৈঙাকলোনগী ওইনা লাম্থীনবগী মরীসি থোকলকখি। লান অসি মোইরাংশিংনা খুমন লৈবাক্কী থৌবালগী লম মংখু কৌবা মফমদা লৈবা খুমনমচা কোনকোন তাইকোন কৌববু ফাগে হায়দুনা

---

১। *শঙাঁয় ফম্মাঙ (খুৎয়ি)*

*অরোংগী চাদা-নাউদা খমম্রগা পামিংগী মচা লুরাং খুম্বিবা, মহাক্কী মচা লুরাং পুন্সীবা হোঙনেম ফাওবা লাক্রগা হোঙনেমগী ৫ শুবী নুপী ঙানুরোল থোংঙাইবা চনুনা লুংবা অমসুং মুংথোঙাই পোকই। লুংবানা খুমন ওইদুনা খুমন লৈবাক অমসুং নিংথৌ শাগে লিংখৎখি। নুংথোঙাইনা লুরাং ওইনা লংমাথীঙ (নোংমাইজীঙ) দা কাম্বিদুনা "লুরাং লংমাইবা" ওইখি।*

তান্নরকপদগী থোকখিবনি। লানসিদা খুমন নিংথৌনা খুৎপু অনি থোক্তুনা খা অমসুং অৱাংরোমদগী চপতুনা মোইরাংশিংগী মথক্তা লান্দারকপদা মোইরাং খাংবা য়াদদুনা ইকোপ লাইপনশোই লান্দুনা ফৌগাকচাও য়ৌনা চেম্থদুনা লান থেংনখি। লানফমদুদা মোইরাং নিংথৌ য়াওনা মোইরাং ময়াম হাৎখি। মসিনা মরম ওইদুনা মথং মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাই শোংলেন লান্থবনা মপা হাৎখিবগী লমন খুম্ননবা খুমনশিংবু শিংদুনা লৈখি। মতম খরা লৈবগা খুমনগী নিংথৌ পুন্সীবা খুরেনচনগী মতমদা মোইরাংগী লমওই খুমনগী লমওই তৌবা করাংচীঙদা থেনকাবগী থৌরম অমদা মোইরাংশিংনা লান্দাদুনা খুমনশিংবু মাইথিবা পিখি অমসুং খুমনগী অথৌবা ক্লাকপবু হাৎখি।

শলাই কাংলুপ অনি অসি মতম মতমগী ওইনা য়েংথিনরবসু করিগুম্বা মতমদসু মখোয় কাংলুপ অনি অসি পুন্সীন্নদুনা লান্দামীন্নবসু য়াওদবা নত্তে। অহানবদা হাওখা লোকখা [২] হায়রীবা কাংলুপ অসি মোইরাং অমসুং খুমন অনিমক্কী মখা পোন্না লৈবা কাংবুনি। হাওখা-লোকখানা মোইরাং অমসুং খুমনদা চহিগী ওইনা চঙনিং পরেংগী লীক্লাংসু লোইপোৎ ওইনা কারম্মী। মখোয়না খুমন্দা লোইপোৎ হেন্না নীংথিনা পী হায়দুনা মোইরাংশিংনা চৈরুবদগী খুমনদসু মোইরাংদসু লোইপোৎ পীররোই হায়দুনা লোইপোৎ কারমদে। মখোয়না লোইপোৎ পাদবদগী মোইরাং নিংথৌ উরা ঙাংঙোইবনা [৩] খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গাইবদা হৌদুনা পুন্না লান্দামীন্নখি। লানফমসিদা হাওখা নিংথৌ য়েনকাউববু হাত্তুনা মখোয়গী মখুন খুঙ্গং থুগায়খি।

খুমন নিংথৌ চীঙখোঙ থোঙ্গাইবগী মচানুপী অহোং কাইবা চনু [৪] অসি লুৱাং ফান্তেক নিংথৌ শোক্লাইবগী লৈমা ওই। ফান্তেক শোক্লাইবনা অহোং লোইরেন খৈবদা মকুবোকপু থৌরমদুদা য়াওন্নবা কৌশিন্নরগা

---

২। *কৈরোই (খুৎয়ি)*

*হাওখা – লোখা :- চকপা কাংলুপ্তা চল্লম্না ফুরুপনি, মৈদিংঙু তাউথিংমাং (চাও খৃ: ২৬৪-৩৬৪) না মখোয়বু মায়থীবা পীদুনা চিংখৎপীরম্বনি।*

৩। *শঙ্গাঁয় ফম্মাড় (খুৎয়ি)*

*উরা-ঙাংঙোইবনা :- উরা খুন্দাবসু কৌই, মৈদিংঙু উরা কোম্বৌবা (চাও খৃ: ৫৬৮-৬৫৮) গী মচানুপী ৱাংঙমলোন নাউরেমতোম্না মোইরাং নিংথৌ লাইফাচেং (চাওবা শৌবোল ঙম্বগী মচানুপা) পানদুনা পোকপনি।*

৪। *ও. ভোগেশ্বর : মোইরাংনিংথৌরোল লম্বুবা (১৯৮২) লা: ১৯৬*

*কাইবা চনু :- খয়োইবোন/হাওরৈমা তাউথোংকাইবা চনু*

থোঙ্গ্রাইবগী লুরেল লৌরগা অহোং লোইরেন খৈবগী শক্তাক খুদম ওইনা
থৌশিল্লম্মী। অরোনবা থৌশিলসি মচানুপিনা ফৌশু ইশৈদা শৈথাদ
ভাকপদগী চীঙখোঙ থোঙ্গ্রাইবা য়াম্না মরৌ হৈনা ফাম্বেক লৈবাক্তগী
নাম্থোকখি। মদুদগী থান্দুনা মোইরাং নিংথৌ উরা ঙাংঙোইবগা ফাম্বেক
লান্দামীন্ননবা লান নেকলম্মী। ফাম্বেকশিংনসু মোইরাং নিংথৌবু লান
নেকলম্মী। অদুবু মোইরাং নিংথৌনা খুমন নিংথৌদা মতেং পাংবদ
য়াখিরম্মী। অসুম্না মোইরাং অমসুং খুমনগী অপুনবা লাম্মীনা ফাম্বেক
কোনুং লম্মাংদোংদা লান্দাদুনা ফাম্বেক কাংলুপ মতম চুপ্পাগী ওইনা মক
ফুক্তোকখি।

মতুং তারকপদা খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবা খুরেনচম্না পানবা,
মোইরাংদা শোঙলেন লাম্থবনা পানবা মতমসিদা থাঙ্গা থেনকাবগী ব্রাথোক্ত
খুমনশিং মাইথিগ্রবা মতুংদা খুমন লৈবাক্তা কবোশিংনা লান্দারকখি। মদুদ
খুমনশিংনা মৈতৈ নিংথৌ খুমোম্বা (খৃ: ১২৬৩-৭৮) অমসুং মোইরাং
নিংথৌ শোঙলেন লাম্থবা নিংথৌ অনিবু লাননেকখি। কবোশিংবু মাইথিবা
পিদুনা তাম্থোকখি।

খুমন মোইরাং শলাই অনি অসিগী মরক্তা রাজনিতিগী ওইবা মরম
কয়াদা মরী লৈনবদা নত্তনা হিংনবগী পুন্সীদা চাকচা যুথক, ফিজেং
চাকচা, হরাও কুম্মে কয়াদা, লাইনিং লিচৎ কয়াদসু মান্নবা কয়া অমসু
লৈ। মোইরাংদা খুম্ভক-খুনথা মাইবগুম খুমনদসু খাথা অমসুং লাইথ
হায়না খাইদোকই। মখোয় মশেন য়াম্না নকুনা তোৎন - তিন্নবা, লৈকাইদা
কোয়নবগী মওংসু উবা ফংই। খুদম ওইনা হায়রবদা খুমনগী চাখা
মোইরাম্বা অমসুং ইরাংলোন নামুন খাম্বীগী ব্রারী, অরিবা ব্রারী শীংবুন্দগী
ফংবা ঙমই। মোইরাংগী লমদমগী মনুংদা খুমনশিংনা খুনদাদুনা লৈখিবসি
খুমন নিংথৌ য়োইথোংঙাইগী মচানুপা অহুমগী ব্রাথোক্নী মতাংসু লৈরি।

শলাই অনিমক অসিগী হরাও-কুম্মে অমসুং চাককৌ-য়ুকৌনবগী
থৌরমশিং অয়াম্বনা লাইথৌশিংগা মরী লৈননা পাংথোকনৈ। ঙল্লিঙৈদগী
হৌনা খ্বাইদগী হেন্না পাংথোক্লবা হরাও-কুম্মেশিংদি ১) অহোং
লোইরেনখৈবা ২) হোঙনেম্বা ৩) উহোঙ-ব্রাহোঙবা ৪) পুঙথেন-পুঙহোঙব
অসিনচিংবনি। হায়রিবা লাইথৌ শাগোম্নবা থৌরমশিংসি অতৈ শলাইশিংনা
তৌবগুম মোইরাং অমসুং খুমন অনিসীসু অদুম পাংথোক্লে অমসুং অমগা

অমগা থৌরমশিংদা য়াওননবা পাউজেল পাওতাক্লে। মোইরাং নিংথৌ সনরেম্বানা খুয়োন খুম্থৌরেম্বগী ব্রাহোঙবদা চাককৌ - য়ুকৌবা য়াওবা লাইথৌ থৌরমদুদা খুমন নিংথৌ পুন্সীবা য়ুমোইবসু য়াওরথী। পুঙথোন পুঙহোঙবগী থৌরমসি খুমনশিংনা মোইরাং নিংথৌ শাংতোন লৈনাউবা হাৎপগী মরী লৈননা লাইথৌ থৌরম য়াওবা হরাও-কুম্মে কয়া পাংথৌক্লে।

ঙল্লিথৈঙে মতমদগী হৌনা শা-লানগী মহৈ মশিংদসু থোইদোক্লা নোপনদনা মখোয় অনিমক্তা লৈরকই। শলাই অনিসীগী খ্বাইদগী হৈশিংবা অমদি অতৈ শলাইশিংদগী অহেনবা মহৈদি হিথক্কী লান অসিনি। অথোই অহেন তান্নবদা অমনা অমগী মথক থোংনিংবনা খুমন নিংথৌ থোংপুসমুকনুচাকাগা মোইরাং নিংথৌ উরা ঙাংঙোইবগা কোংয়াংফাই, লান্দাবদা লাল্লোয়নরুববু মোইরাং লোক্তাক্তা হিতান্নখি। অদুবু মোইরাংনা থোইখি।

লাইনিংলোনগী মতাংদসু শলাই অনি অসিগী মান্নবা কয়ামরুম লৈ। ইপা ইপু লাৎপগী থৌরম অসি মোইরাং অমসুং খুমন অনিমক্তা চৎনৈ। খুদম ওইনা হায়রবদা মোইরাংশিংনা কেগে পোকপা সোরালেল, মোইরাং পোকপা কশারেল নত্রগা থংজীঙ লাইনিংথৌ হায়না খুরুম্বগুম খুমনশিংনসু নোংয়াই পোকথানবা খুমন শাৎমাবা হায়না মখোয় মখোয়গী অপোকপাবু নীংনরম্মী। শলাই অনি অসি চাওখৎ খোংথাংগী মতাংদা তুতেং-তুতৌবগী অমদি লৌউ-শিংউদসু মরী লৈনৈ। মোইরাংশিংনা খোয়রিতাক নোঙ্গাখোং তৌদুনা ইম্ফাল তুরেলদা তাহনখি অদুগা মোইরাং নিংথৌ ইথাই কায়রেম্বগী মতমদা মোইরাংগী মমিং চৎলবী নুপী ৭(তরেৎ) না লৈপাক থোন্দুনা ঙাংখগী লম থোনখি। অদুগা খুমনলোমদনা অদোন পুন্সীবা খুরেননেবগী মতমদা খুমন মীয়াম পুন্না হৌদুনা নাউদুখোং কৌবা থোং তেংননবা থৌরাং তৌখি। শলাই অনিমক্কী মরু ওইবা শীনফমদি লৌউশিংউবা, শীঙয়ান ইফানবা অমদি ঙাফা-ঙাতানবনি। মোইরাং অমসুং খুমন লৈবাক অনিসীগী শম্নরীবা লম্বী থোংদি ঈশিং লম্বীনি। লোক্তা পাৎ লান্দুনা লৈবাক অনি অসি তিন্ন-তোৎনবগী মরী থম্মী।

অরোইবদা খুমন অমসুং মোইরাং কাংলুপ অনি অসিনা মৈতৈদা মতৌ করম্না পুনশিনখিবগে হায়বসু নৈনবদা দরকার ওই। পুনশিনখিবগী মওংদি খর খেৎনৈ। খুমন শলাইনা মৈতৈ লৈবাকতা পুনশিনবদি মখোয়

মশা মতোমতা মরোমদোম লেপচবা ঙমলকতদুনা হকথেংননা মৈতৈ খুন্নাইদা তিংশিনবনি। মোইরাং কাংলুপতি মৈতৈগা লান শোক্লদুনা মাইথিবা ফংলবা মতুংদা পুনশিনখি। মরম অদুনা খুন্নাই অনি অসিগী মনুংগী ওইবা অমসুং মপানগী মরীশিং অসি চাওরাক্লা চহি ১০০ মুক্কী মতমদা মরী তৎনখি। অমুক হন্না মরী লৈনরকপদি অপুন্বা মৈতৈ হায়বসিগী শক্তম মখাদনি।

## নৈনখিবা লাইরিকশিং

১। চৈ: কু: ১৯৮৯

২। ও: ভোগেশ্বর: মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা, ১৯৮২

৩। বি: কুলচন্দ্র: খুমন নিংথৌরোল লম্বুবা ১৯৮৯।

৪। এন: খেলচন্দ্র: খুমন কংলৈরোন

৫। এন: খেলচন্দ্র: চায়নবোন

৬। এন ইবোচৌবা: থিরেল লায়াৎ

৭। মিয়াৎ (খুৎয়ি)

# মোইরাং অমসুং লুৱাং অনিগী লৈনরম্বা মরীশিং

পী. প্রভাবতী দেবী
লেক্‌চরর, মোডন্ কলিজ

## ৱাহৌদোক

মোইৱাং অমসুং লুৱাং হায়বা অনিসি মৈত্রবাক মণিপুরসিগী পাৱারৌ-পুয়ারীগীচক কী মতম অঙনবদা মনীং-মখা তম্না য়েক-শলাইগী নিংথৌপানবা লৈপাক লিংখত্তুনা মশা মতোম্‌তা লৈঙাক-রায়েঞ্জদুনা পাম্নরম্বা লৈপাকমচা অমমমনি। লৈপাক অনিসিগী লৈনরম্বা মরীশিংসি থায়নঙৈগী মতম তাংকক খৃ: ০ দগী ১৫০০ লোম ফাওবগী মনুংগী থৌদোক - ৱাথোক্কী ৱারী-ৱাখোঙ, পরিং অমসুং পরেংশিংনি।

## মোইৱাং

"মোইৱাং" হায়বা ফুরুপসি মণিপুর তমপাক্কী খা-নোংচুপকী শরুক্তা লৈরিং-খুল্লিংলম্বা মী কাংলুপ, য়েক নত্রগা শলাই হায়বা ঈ মরী অমনা ওইবগী পনখৈ মনুংদা থম্লিবা মীওইশিং অসি মথক্তা পীজখ্রিবা মতমসিগী তাংকক্তুদা অকন-অথৌ অমসুং মীথোই-মীহেনবা মীশক অমগী চাদা-নাউদানি হায়না লৌনৈ। মোইৱাংবু চাদা নাউদারম্লিবা মীথোই-মীহেল্লবা মীশকসি "কেগে পোকপা সোরারেল, মোইৱাং পোকপা কশারেল" হায়দুনা শৈথানদুনা ঈকাই খুম্ননা খুরুম-খাজওন্দুনা ঈৱাৎ থৌনিনরিবা "ঈবুধৌ থাংজিঙ কোয়রেল লাই অসিনি। ঈবুধৌ থংজিঙ, মোইৱাংগী নিংথৌ শাগৈ অমসুং থরোয়-মনাও ওইবা শাগৈ-য়েকলুপশিং অমদি মথোয়গী মরৈপাক-মথুঙ্গংগী য়ুম্ফম থোনগৎলম্বা অমসুং লিংখৎপীরম্বা মীওইবা মপোক্কী লাইনি। মহাক্না লোক্তাক খোংনুংদগী লৈথোন্দুনা মোইৱাং খুনশেম-লৈশেম্নম্বদগী হৌনা খৃ: ১৪৩৫ রোম ফাওবা মনীং - তম্বা, মশা মতোম্‌তা লৈঙাকচবা অমসুং মশাগী মকুশিদা পানজবা মী কাংলুপ অমসুং

লাই লৈপাক ওইনা পাল্লকখি অমসুং পালমই।[১] ইতিহাসকী অমসুং মতমগী খোঙজেন মতুং ইন্না মোইরাং য়েক-শলাইসিদা মী কাংলুপ-ফুরুপ কয়া লুপশিনখি অমসুং কয়া অমনা-শলাই লৈপাকসিদগী তাউথোকখি। অদুগা মখোয়গী মরৈবাকসু মতম মতমগী অমসুং নিংথৌ নিংথৌগী ওইনা অমুক চাওথোক অমুক পীকশিন তৌরম্লগা মণিপুর তমপাক্কী অপুনবা মৈত্রবাক অমসুং অপুনবা মৈতৈগী মপাঙ্গল অমসুং মজাতি অমা শেম্বদা থৌদাং লৌদুনা অমদি পীদুনা শরুক য়ারগা অপুনবদুদা লুপশিনখি।

## লুৱাং

"লুৱাং" হায়বা অসি মণিপুর তমপাক্কী কৌব্রু মায়কৈ পাংবদগীনা অৱাং মায়কৈ লমদমশিং ফাওবা অমা; মোইরাং নিংথৌপানবা লৈপাক্কী অৱাংদা নিংথৌখোং হেন্দোকপদগী লোক্তাক খোংবান অমসুং মখোয়গী য়ুমলেন ।। লৈবাক্কী খাথংবা তমপাক্কী লমদমগী লৈপাক অমা অমসু অৱাংদা খুমন লৈপাক্কীলমদম লৌশি-থম্লান, নোংপোক্তা চীঙগী লমশিং, খাদা হাওখা-লোকখা (সুগু) অমসুং চাইরেন অদুগা নোংচুপ্তা ইম্ফাল তুরেল্লা কোল্লিবা লমদম অমা, মফম অহুমসিদা নিংথৌ পানবা লৈপাকমচা অহুম লিংখৎতুনা পাল্লম্বা মী ফুরুপ-কাংলুপ অপুনবা অমনি। মখোয়সি ঈ মরী তীন্নবা মী ফুরুপ 'য়েক' নত্রগা 'শলাই' গী ফিরান অমগী মখাদা থম্লবসু লৈপাক পানবগী ওইনদি (১) লুৱাং (২) ফাম্ভেক অমসুং (৩) হৈরেম-খুঞ্জান হায়না শলাই লৈপাক অহুম থোক্লা পাল্লম্মী। লৈপাক মচা অহুমসিগী মনুংদা মোইরাংগা হকথেংননা মরী লৈনরিবা লৈপাক্তি ফাম্ভেক অমসুং হৈরেম খুঞ্জান অনিসিনি।

লুৱাং লৈপাক অহুম্মকসিগী নিংথৌ শাগৈশিংগী ঈ মরীগী হৌরকফমসি "হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবা" কৌবা লুৱাং ।।। হাইবা মিংথোন, খ্বাইদগী ঈহান হাননা ফংখিবা[২] মীশকসিদগী হৌরকপা ওইনা পীরি। মহাকপু মোইরাংগী ঈবুথৌ থংজীঙদা তৌখিবগুম লুৱাংশিংনা

---

*(১) লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ: চৈথারোল কুম্বাবা (ইম্ফাল ১৯৮৯): লা: ১৯*

*(২) বি: কুলচন্দ্র: খুমন নিংথৌরোল লম্বুবা (ইম্ফাল ১৯৮৯) লা: ৬*

অমসুং অপুনবা মৈতৈ জাতিনা লাইগী থাক্তা থমই।[৩] লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবা হোঙনেম লুৱাং য়েক শলাই অপুনবগী পুকোক, শলাই য়ুমজাওবনি অমসুং মহাক্না লুৱাং য়ুমলেন য়েক্কী শলাই লৈপাক মওং-তানা, মতৌ চুম্না লিংখৎলম্বা মীওইপোক্কী লাইপোক ওইবা লাই অমনি।[৪] ফান্তেক্কী নিংথৌ শাগৈ অমসুং শলাই-লৈপাক মচাগী লিংখৎলম্বা অমসুং য়ুম্ফম থোল্লম্বনা হোৎনেমগী মচা লীক্লাপিচা নোংদম্নুনা পোকপা অঙোম পুরৈরোম্বগী মচা খোইদোমনি। অদুনা ফান্তেক্কী নিংথৌ শাগৈ অমসু শলাই লৈপাকসিদি অশেংবা লুৱাংগী ওইদে, লুৱাংনা য়োকপী, কনবীবদগী লুৱাং হায়রুবনি, অচুম্বা অশেংবদি অঙোমনি।[৫] পুরৈরোম্বাগী ঈদগী লাকপা নিংঙোল লাইতোনশিংগী মপা-মপা শিংনি। অদুগা হৈরেম-খুঞ্জানগী নিংথৌ শাগৈ অমসুং শলাই লৈপাক্কী লিংখৎলম্বা অমসুং য়ুম্ফম থোল্লম্বনা লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী মচানুপা লুমচেং হনবা নত্রগা লুমচেং তাউবনি।[৬] লুৱাং অঙোম ফান্তেক্কী নিংথৌ শিংসিগী ময়ক্তা খ্বাইদগী হেননা খুৎকন-পাঙ্গনবা সোক্লাইবা অদুগা হৈরেম-খুঞ্জানগী হৈরেম নানবা নিংথৌ চীঙজারোই থাপানবনি।

## মোইৱাং অমসুং লুৱাংগী লৈনরম্বা মরীশিং

মনীংতৌনা, মখাতম্না পাম্নরম্বা য়েক-শলাই অনিসিগী অমসুং লৈপাকশিংগী মরক্তা লৈনরম্বা মরীশিংসি লৈপাক খুন্নাই লিংবগী অমগা অমগা মতেং লৌনবা অমসুং পাংনবগী চৎন-লোনচৎকী মখাদা চৎনরিবা লৈরিং-খুল্লিঙবা মীওইবগী অমসুং লৈঙাকলোনগী চৎলমলুপতিনগী মনুংচনবা ঙাক্তনি। অদুবু পুম্নমক্তা শুনা নত্রগা মীচম মীয়ামগী ওইবা থৌদোক ৱাথোক্কী লংলা লংজীন নীংথিনা মৈতৈ লাইরিকশিংনা ফোংনা তাকপীরমদ্রবসু অহল লম্মনশিং অমদি মৈতৈ লাইরিকশিংসিদগী খরদংদী খোমজিনজরগা ইতিহাসকী কাংলোনদা থমজরিবা ৱারোল খরদি :-

## খুন্নাইলোনগী ওইবা মরীশিং

মী হায়বসি কাংলুপ অমসুং খুন্নাইদা হিংজাবা পামজবা থৱাই পানবা কাংলুপ অমনি। মরম অসিনা মী খর লৈরবদি মথোয়গী খুন্নাই অমা

(৩) এন: খেলচন্দ্র সিংহ; ফমলোন (ইম্ফাল ১৯৮৯): লা: ১-২

(৪) এন: খেলচন্দ্র সিংহ; নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা (ইম্ফাল) লা:

(৫) নোংশ্রং, লংথবানলোন, শঙ্গাই ফমাঙ (খুৎয়িশিং)

(৬) মথক্কীশিংসিদা

লৈখ্রবনি অমসুং খুন্নাইদুগী চৎলম লুপতীন অমসুং লোনচৎ-শাজৎ অমা লিংখৎখ্রবনি। মসিমক মোইরাং অমসুং লুৱাং অনিমক্কী মফমদসু থোক্লিবনি। অদুবু মনীং-মখা তম্নবা খুন্নাই অমসুং লৈপাক অমমম ওইনবনা অমদি অমনা অমগী মথকথোংননবা হোৎনবা হায়বসি মহৌশাদগী চৎনরক্লবা মীওইবা খুন্নাইগী লমচৎ-শাজৎ ওইবনা মোইরাং অমসুং লুৱাংগী মরক্তসু অমগা অমগা য়ানবা য়ানদবগী থৌদোক - ৱাথোকশিং থোক্লক্লিবনি অমসুং অফবা ফত্তবগী মরীশিং লিংখৎলিবনি।

## খুন্দা-লৈতামিন্নবা অমসুং য়ুমলিং কৈরিংমিন্নবগী মরী

মোইরাং অমসুং লুৱাং পুকোক অমতদগী হৌরকপ ঈ মরী ওইবা মিৎয়েংদা করিগুম্বা মরী অমতা লৈনদে। অদুবু পুন্না খুন্দা - লৈতামিন্নবা অমসুং য়ুমলিং কৈরীংমিনবগী লমদাং লোমদদি মরী লৈনে। লুৱাংগী, ফাম্তেক্কী লৈপাক, মোইরাং হেক য়ুমলোম্নবা লৈপাক্লি [৭] অদুগা হৈরেম-খুঞ্জান পাল্লিবা লমসি মমাঙঙৈগী মতম অমদা মোইরাংশিংনা হাই-হুম্নরম্বা লমদমশিংগী মনুংদা অমনি।[৮] অসুম্না নক্লবসিদগী অমনা অমগী মচৎ-মনাৎ লৌন-পুনবা অমসুং তমন-ৱাইনবা হায়বসি মশানা তাজদুনা লৈজরবা ৱাফমনি। খুদম অমতং পীজবা তারবদি ফাম্তেক নিংথৌশিংনা অহোঙলোইরেল খৈদুনা মশাগী কনথৌবা, তৌবঙম্বগী মতীক মীয়ামদা উত্তুনা শকখঙ-মায়খঙবীবা মাগী মাগী মতমগী মতীক মথৌনা লৈবশিংবু মশাইদোন্দা চাক্তৌ য়ুকৌরগা হরাও-কুম্মে তৌদুনা পেলহল্লগা মীয়ামগী শকখঙ মাইখঙনবা থৌরাং তৌই।[৯] অদুগুম্বা লাইনিং-লাইশোন অমসুং হরাও-কুম্মেগা শাগোম্নরবা মশাগী লিচৎ অমসুং খ্বাইগী শকখঙবা তাননবা ফংনবগী থৌরমদুগা মান্ননা মোইরাং নিংথৌ সনা রাখ্বানা খুৎয়োন ৱাখোং পেংবা হায়দুনা ৱাহোঙবগী লাইথৌ থৌরম ওইনা অমসুং হরাও-তয়ামনা, শকখঙ-মায়খঙনবগা য়ান্নবা থৌরম তৌখি [১০]। অদুগা উরা কোংয়াম্বা মোইরাং নিংথৌসু অহোঙ লোইরেন খৈখি।[IV]

---

*(৭) ফাম্তেক, খুরোয় হাওবা লম্মাংদোংদা কোনুং ওইরগা খারোমদা মোইরাংগী লৈবাক অৱাংগী লমখৈ নিংথৌখোং ফাওবগী মীওই*

*(৮) রোএল অংনোং মোয়োন; মোয়োন খুন্তরোন (১৯৮৯) লা: ৬-৮*

*(৯) কুলচন্দ্র; মথক্কী লাইরিক, ও. ভোগেশ্বোর; মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা (ইম্ফাল ১৯৮২) লা: ৫৮-৬৪, ১০৬-১০৯*

*(১০) মথক্কীশিংসিদা, লা: ৭৭-৮০*

## চারৌ-মৌরৌনবগী মরী

চারৌ-মৌরৌনবগী মরীসি খুন্নাইলোনগী য়ুম্বান-কৈবাল অমসুং য়ুমলেপ য়ুমলিংহৌনবগী চাদা-নাউদানবা অমা অমসুং লৈঙাকলোনগী খুৎকন-পাঙ্গন্নবা মীচঙ-খোম্বা নত্রগা মশক মতৌ ফজবা, মরল-মথুম লৈবা অমসুং মহৈ-মশিঙ হৈবনচিংবগী মিৎয়েং অমসুং মায়গৈরোমদা য়েংদুনা মী খোম্বগী মরী থম্বা মখল অনি থোক্লা উবা ফংই। অকোনবগীসি প্রবন্ধসিগী মতাং চাবা মরীগী মখাদা থেংনবীরক্কনি। অহানবগী মরমসিদা মরীসি থম্নখিবা খরদি — মোইরাং নিংথৌশিং – লাইয়ু পুন্সিবা, খোকখে লাম্থবা, থাঙ্গা ইফেল লাম্থবা, সাংতোন খুবা, খেনচৎচায়বা অসিনচিংবসি লুব্রাং চনু লৌখিবা ঙাক্তানি।[১১] অদুগা হৈরেম খুঞ্জানগী মনুংচল্লীবা থাঙ্গা-কম্বোংগী লুচিংবশিং কম্বোং অঙৌ কোই, ব্রায়াখুরোম নিংঙোন কাপথি অসিনচিংবসিনা অমুক মোইরাং ঈরোং/মোইরাংথেম চম্থশিং লৌখি।[১২]

### চাকচা-য়ুথক, ফিজেৎ-ফীয়ীন অমসুং য়ুম্বাল কৈবানগী মরীশিং

মোইরাং অমসুং লুব্রাং য়ুমলেন না চৎনবীগী লীপুন্না অয়াম্বদা পুল্লবা নাউদা য়েক অনি, মোইরাংগা নক্লবা লৈমিন্নরিবা – ফাম্তেক অমসুং হৈরেম খুঞ্জানগী মনাক্তা মথক্কী মিংথোল্লিবা মরীশিংসি মোইরাং নক্লবা মরী লৈরমলরোই হায়বা ঙমদে। মতমদগী চৎনরীবা লীচত্তা হিরমশিংসিদা অয়াম্বনা মান্নবা ঙাক্তনি। অদুগা মরি থিনরীবা খুন্নাই অহুমমকসি পাৎ মপান্দ পান্বা খুন্নাই অমসুং লৈপাক ঙাক্তনিনা চিঙ্গাক্কী মতাংসিদদি য়াম্না নক্লরমগনি মরমদি পাৎ মপান্দা তাবসিংসিনা পাৎকী পোৎথোকশিং, মরু ওইনা ঙা অমসুং ঈশিং য়েংশাংশিংদা হৈনবা অমসুং হেন্না শীজিন্নবা হায়বসি হৌনবীনি। অদুগা ফিজেৎ-ফিয়ান মতাংদসু মদু মঙাই - খ্বাঙদা অমা শেৎপা, হকচাংদা অমা ঈনবা নত্রগা লেংদা য়ানবা অমসুং কোক্তা অমা য়েৎপা হায়বসিনি।

মৈতৈ তমপাক্কী লৈরিবা কাংলুপ-ফুরুপ পুম্নমক্কী য়ুম্বান-কৈবানগী মওং-মতৌসি খৃঃ কুমশী ১৫০০ য়ৌদ্রিবা ফাওবদি খুঙ্গং-খুন্নাইগী

---

*(১১) চেখোঙ অমসুং লংথবানলোন (খুৎয়ি)*

*(১২) মথক্কীশিংসিদা*

পুন্সিনি।[১৩] শা-লান্দগা ঈরোয়নদুনা লৈবা শাহিং চাবা শা, মহু কনবা লিন অমসুং লাইরেন অমদি য়েক্লবনা লান্দারক্কদবগী অকক্লবা তানফম খঙদনা তং তাবা পুন্সি লেম্নরমগনি হায়বা থাজবা ব্রাৎলি। চরাংনবা পুন্সি মরক্কুদ অকনবনা অচুম্বা ওইবগী রায়েল কাংখুলদা হিংনরি হায়বসি মোইরাং নিংথৌ উরা কোংয়াম্বগী মতমদা মোইরাং কানামপা কৌবা অমনা উচেক তাম্লকপদা হৈরেম খুঞ্জনগী নিংথৌসু ওইরিবা অমসুং লুব্রাংগী অপুনবা য়েক পুম্নমক্কীসু নিংথৌ ওইরিবা চীঙতরোই থাপানবনা কল্লি ঙমই হায়দুনা হাৎতোকপীখি অমসুং মদু মীয়াম খঙহন্দা লোত্তুনা থমখিবদুনি।[১৪]

## লাইনিং, লাইশোন অমসুং মহৈ-মশিঙগী মরীশিং

মথক্কী মমিংশিংদা পীরিবা হিরমশিংসিগী মরীগী লমদাংশিংদা মৈতৈ লৈবাক্কী তমপাক্তা পাল্লিবা পুম্নমকসিগী লাইনীঙ-লাইশোন অমসুং মহৈ মশিংগী লীকতাকপা অসি লুব্রাংশলাইগী য়ুমচঙবা হোঙনেম লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবনি[১৫] মহাক্কী মমাঙদা মঙাংগুরু লৈরম্রবসু মহাকত্তি লাইনিং লাইশোন অমদা ওইনা তৌই।[১৬] লুব্রাংনিংথৌ পুন্সীবগী মহৈ-মশীঙ লাইনিং-তীম্নীংগীসি মখাতানা শন্দোকলকপদা মোইরাং নিংথৌশিংদা কোননা য়ৌরকখি।[১৭] অদুবু লাইনিং-তীম্নীং অমসুং লাইশোন-তীনশোন হায়বসি মীওইবনা মী হাইবদু ওইরকপদগী অদুম লোয়নরক্লবনি। মরম অসিনা মহৌশা লাইরেম্বীগী মপোৎ-মচৈ অমসুং মহাক্কী হোংলকপা শক্তমশিংবু মমিং অমমম থোন্দনা লাৎপা, মীশি-মীনাগী থব্রাই লাৎপা, মপা-মপু লাৎপা, অসিনচিংবনা মরু ওই। অদুবু হায়রিবাশিংসিদা "থব্রাই লৈ" হায়না থাজবা[১৮] অমসুং লাইরা-তীনরাগী ব্রাখল য়াল্লি।[১৯]

---

*(১৩) মৈত্রবাক্তা মৈদিংঙু কিয়াম্বা (খৃ: ১৪৫৭ ১৫০৮) গী মতম যৌদ্রিক ফাওবদি কংলৈ লৈয়াঙ শেমদ্রি।*

*(১৪) মথক্কীশিংসিদা; লা: ১০৫*

*(১৫) নাওথিংখোং ফম্বাল কাবা (খুৎয়ি)*

*(১৬) ম: গৌরচন্দ্র, থম্রাং পারারী অহুইরোন (১৯৭৭) লা: ৩*

*(১৭) মথক্কীসিদা, লা: ৫৩*

*(১৮) মথক্কীসিদা, লা: ৫৪-৫৯)*

*(১৯) ও. ভোগেশ্বর; মথক্কী লাইরিক; লা: ২৫-২৬*

মতমদুগী চৎনবা মৈহে-মশিঙদি নূপাগীনা শা-লানগী মৈহে, নূপীগীনা ফিশা-লোনশানচিংবগী মৈহে মশীঙশিংনি। মৈহে তমফম শঙশিংদি লীকতাকপগী ময়ুমনী। অদুবু নূপী শীংগীদি লৈশাফানগী লেমহৌথাক শীন্নাইফম-কাফমদা ওইনৈ।[২০] হাইরিবা মৈহে মশিং অমসুং লাইনিং লাইশোনগী মরমসিদা মানবা লৈ।

## চাওখৎ খোঙথাংগী লমদাংগী মরীশিং

চাওখৎ-খোঙথাংগী মরীশিং অসিদসু মান্নবা মশক উবা ফংই। ভূতৌ-খোংতৌ, ভূতেং-খোংতেং লমশেম ভূশেম, লম্নী-থোং শেম শাবা, ঈশিংঈরম ঈফাৎ ঈথে[২১] হিরম হিহোনচিংবা পাংথোক্লরম্মী। অদুবু লুরাংগী খুন্নাই অনিমকসিনা ঈশিংগী ওইবা মৈহে-মশিঙশিং লাকপদি মোইরাংদগী হেনবদি ঙমদ্রে।

পুঙথোন-থেনখেৎপগী মতাংদদি হৈরেম খুঞ্জানশিংসি মমিং লৈবা, হেক্তমক থবক পাংথোকপা ঙম্বগী রারোন থরানথবা হিরান্দা পল্লি।[২২]

## হরাও কুম্মেগী মরীশিং :-

ঙল্লিইঙৈ হায়বদি থায়নঙৈ (০-১৫০০) গী ইতিহাসকী তাংককশিংদদি হোঙনেম্বা, অহোঙলোইরেন খৈবা, রাহোঙ উহোঙবা অমসুং পুঙথোন লৈথোল্লগা চাক্কৌ-য়ুকৌনবা অমসুং হরাউ-তয়াম অমদি হরাউ-কুম্মে তৌবসিনা কুম্মে ফিয়োংগী মরু ওইবা মশকশিংনি। হায়রিবশিংসি অনিমকী ফূরুপতা মান্নবা ফংই।

## লমন খুম্নবগী মচৎ-মনাৎকী মরী :-

মতমদুগী খুন্নাইশিংদুদা লমন খুম্নবগী ঈচেলসি য়াম্না কন্না চেম্লনরম্মী। লীচৎ-শাজৎ অসি নাকল অনিমক্তা অদুমক মায়বা মচৎ-মনাৎ ওইনা চৎনৈ। তৌবতবু অশেংবা অচুম্বা খঙলগা থবক পায়খৎনরম্মী। অসুম্না লমন খুম্নবগী লীচৎ-শাজৎসিগী মরু ওইবা থৌদোক অনিথক্তি :-[২৩]

---

*(২০) নাওথিংখোং ফম্বাল কাবা (খুৎয়ি)*

*(২১) থরান থাবা হিরান (খুৎয়ি)*

*(২২) মথক্কীসিদা*

*(২৩) ও. ভোগেশ্বর; মথক্কী লাইবিক; লা: ৮৪-৮৫, ৫৮ ৬৫ অমসুং ১০৬-১১২*

(১) লুৱাংগী ফাম্তেক শোক্লাইবা অহোঙ লোইরেন খৈবদা মশাগী কন-থৌবগী নত্রগা মপাঙ্গল লৈবগী মতীক উৎনবা মতমদুগী কনবদা মমিং চৎলবা অমগী অককপা মকোক অমা উৎপা চঙই। মরমদি মহাক্না মতমদুগী কন-থৌবদা ফাওরবা মোইরাংকাপমি অথৌবা কাকলেন নোংতম সুজাগী মকোক পীয়ু হায়দুনা মাগী লুৱাং লাল্লোই তরেৎতা হায়বদা ঙন্নোয় হায়বদগী মাগী তালোয় হাউনু কৈশি তোম্বী লুৱাংচনুগী মকোক পীয় হায়রম্মী। লাল্লোইশিং য়ারদুনা কৈশি তোম্বী মকোক কক্লগা পুরক্লবদা কাকলেন সুজানা তাম্নরক্তুনা লাল্লোই তরেৎপু হাৎলগা VII মকোকশিংদু তাখোত্তা য়ান্দুনা পুরকখি। মফমদুবু কক্না শমজী লমদায় থেৎ কৌখি। মসিনা মোইরাং নিংথৌ উরা খুন্দাবা/ঙাংঙোইবনা ফাম্তেক্কী মথক্তা লমন খুম্নিংবগী মরম পুহল্লি। মসিগী মতুংদা অনৌবা লুৱাং লাল্লোই ৭ অমুক শেম্লগা শোক্লাইবনা মহাক্কী মকুবোক চীঙখোঙ থোঙ্গ্রাইবা খুমন নিংথৌবু মকোক লৌনবা নমথাক্কী পোশীন তৌরকখি। থোঙ্গ্রাইবনা লৌদু খঙলক্তুনা হৈনা-শীংনা নাম্থোকখ্রগা মোইরাং নিংথৌ লাল্লোয়নবা লানপাংনবা লুপ শেমদুনা লান্দারক্লগা ফাম্তেক লৈপাক মুৎননবগী মরম ওইহনখি।

(২) মোইরাং নিংথৌ উরা কোংয়াম্বনা অহোংলোইরেন খৈবদা হৈরম-খুঞ্জান নিংথৌচীঙচারোই থাপানববু চাক্কৌ-য়ুকৌবদুগী পাউ পীদুনা য়াওহনখি। মদুদা থপা কানাথাপগী মচানা থপা হাৎখিবগী অশেংবা মশক খঙদোক্লবগা মহাক্না চীঙারোই থাপানবনা হল্লকপা ঙাইরগা হল্লকপা ঙাইরগা হাৎখি অমসুং মপা হাৎখিবগী লমন খুমখি।

## লৈঙাকলোনগী ওইবা মরীশিং :-

মোইরাং অমসুং লুৱাং অনিগী লৈঙাকলোনগী ওইনা লৈনরকপা মরীশিংদা হকথেংন্না মরী লৈনরিবসি ফাম্তেকশিংসিনি। য়ুমথংনবা লৈপাক ওইবদা লমগী মশা মতোম মতোমৃতা লৈঙাক থৌদা তৌজবা লৈপাক অমমম ওইদুনা নক্লবদগী তোৎন-তীনবদগী মীচম-মীয়ামগী ওইবা লমদাংশিংদা পুকমান পুমতিনবগী মওং লৈজরবসু লৈঙাকলোন্দা তেংবাং-লানবাংনবগী মওং-মতৌদি উবা ফংদে। হায়রিবা লৈঙাকলোনগী মরী খরদি :–

## লৈঙাকলোনগী মহৈ-মশীংগী মরী :-

লৈঙাকলোনগী খুন্নাইলোনগী অমসুং লাইনীংলোনগী অথোইবা হোঙনেম লুৱাং নিংথৌনি। মঙোন্দা লৈঙাক্লোন মহৈসি তম্নবা থারকখিবা অমসুং তমখিবসি মৈতৈ নিংথৌমচা নাওথিংখোংনি। মরম অসিনা মহাকপু হোঙনেমনা লুনাচানা য়োকপী, তাকপী তৌই হায়দুনা হোঙনেম য়োই খুঞ্জাওবা হায়না মহাক্কী মমিং খুঞ্জাওবসিদা হোঙনেময়োই তপশিল্লিবনি। লুৱাং নিংথৌগী মহৈ-মশিংসি খুমন নিংথৌ য়াইনিংতোন্দসু তম্বীখি। খুমন নিংথৌশিনা অমুক মোইরাং নিংথৌ লাইয়ু পুন্সিবদা তম্বীখিবনি।[২৪] অদুবু লাইয়ু পুন্সিবু পোকপা সনারাখ্রা ফাওবা নিংথৌ ওইদ্রিঙৈদা ফান্তেক লৈপাক কায়খ্রবনি। মহৈসিগী মতাংসিদদি মোইরাং অমসুং লুৱাং অনিসি নাকোয়ননা মরী লৈনরি। মোইরাং অমসুং ফান্তেক অনিগী লান –

ফান্তেক্কী পানখিবা নিংথৌশিং – খোইদোম ফান্ পুমিংনবা খোই, তরুং, কাইমু অমসুং মফৌমিৎথোনবাগী অসিফাওবা মোইরাংশিংগা থোইদোক্লা কল্লক-য়েংথিনবগী ৱারোন লৈতে। অদুবু ফান্তেক্কী খ্বাইদগী অথোইবা নিংথৌ শোক্লাইবগী মতমদদি মোইরাংগা য়েংথীনরুবা অমসুং খুমনগা মুক্লরুবদগী ফান্তেক লৈপাক কায়খি। মসিগী মথা ৱারী খরাগা –
– শোক্লাইবনা মহাক্কী লাল্লোই তরেত্তা মিংচৎ লৈবা নুপাওইনা মকোক পীয়ু হায়রুরিবা অমসুং মহাক্কী নুপীগী লু্রেল ককলুরিবা কাকলেন নোংতং সুজাসি মতমদুগী মোইরাংদা লৈপাক নিংথৌ ওইনা শক্লাইরবা মীশক অমনি। মহাক মোইরাংনিংথৌ উরা ঙাংঙোইবগী অৱাং-থংবা লৈপাক্কী পম্বোঙ ঙাকপা, শা-লানগী মহৈদা মপা-পাবিনীংঙাই লৈতনা লৈরবা মপাঙ্গল-মথৌনাদসু মাগুম্বা খর তাংবা মীশক্লি।[২৫] মোইরাংগী খা পম্বোঙ ঙাকপা লাই-তীনগী হিরম কয়া মপা লৈতনা মমিং লৈরবা খুমু লৈরিজাম্বা কাকলেন সুজাগী চান্নরবা মরুপনি।মখোয় অনিগী মগুন অনিসি পুলপ্না মী অমখত্তা মৈতৈ পেনাশকপা ওঝাশিং পীশিনখি।[VIII] অনিমকপু চপ মান্নলা লুনা চানা ইকাই খুমনৈ। অসিগুম্বা মহাক্কী মী শোক্লুরবদি মোইরাং নিংথৌনা লমন খুম্নবগী ৱাখল লৈরমগনি। অমরোমদা নাপন চাওরবা শোক্লাইবগী নাপন থুদেকপা হায়বসি শোয়দনা মপুক্লীংদা পুরমগনি।

---

*(২৪) ময়াংলম্বম গৌরাচন্দ্র; মথক্কী লাইরিক; লা: ৫৩*

*(২৫) মাইবম ইবোতোম্বী; খুচপ চৈমিয়াং (খুৎয়ি)*

হায়রিবা তাঙ্গাসিদা ফাম্বেক শোক্লাইবসিনা মকোক্তা চৈনা কল্লুরবা লিন ওইহল্লবা খুমন নিংথৌ চীঙখোঙ থোঙ্গ্রাইবগী ব্রাথোকসি তারমলোইদবগী থাজবা লৈতে। ফাম্বেক শোক্লাইবা মকুবোক থোঙ্গ্রাইবনা তেক্তা কায়দনা মরৈপাক য়ৌথ্রে খঙলবদা খুমনগী মরীন খঙবনিনা শোয়দনা লান্দারক্লগনি খন্দুনা লানগী মীংচৎ খোমনবা মোইরাং নিংথৌ উর ঙাংঙোইবগী মফমদা লিক্লোন মচু শংলৈনবগী খুদোন পুহন্দুনা খুমন লান্দাবদা মতেং পীয়ু হায়হন্নবা মনাইশিং থারকখি। মতমদুমক্তদা খুমন্দগীসু হৈজাং পোল্লাং পুহন্দুনা খুদোল কৎলগা ফাম্বেক লানদবদা লানবাংবিয়ু হায়জবা খুমন নিংথৌগী মনাইশিং লাক্লম্মী। অনিমকসি ফাম্বেক্লা হান্না খুদোল পীবা অমসুং ব্রাহৌদোকপা হানখি, অদুবু মদুনা কাননখিদে। মোইরাং নিংথৌনা মহাক্কী ব্রারেপ মতোম্‌তমক লৌজখি। অদুবু ফক্ত-লৌশিঙ হৈবা ফাম্বেক্কী ব্রাফমদু কম্থোক্লবা থৌরাং শেমখি। মহাক্কী ব্রারেপ মতুং ইন্না খুমনগী লান পাংবা য়াখি।[২৬] অসুম্না লানগী থৌরাং তৌনদুনা মোইরাং অমসুং খুমন্না পুন্না ফাম্বেক্কী কোনুং লম্মাঙদোংদা মতম অমতদা লান্দারকখি। খুমন মোইরাং অনিগী লানগী চৈথেংসি ফাম্বেকশিংনা থাঙবা ঙমখিদে। লানফমদা মরু ফংনা হৌগৎপা য়াদনা ফাম্বেক লৈপাক থুগায়খি।[২৭] অদুবু শোক্লাইবদি লানফমদগী চেনখিদুনা মথরাই হিংখি। অদুগা লুব্রাংগী হৈকোইনাই তানজাউবা কৌবা অথৌবদুদি অপুনবা লাম্মীদুনা হাৎখি। অসুম্না লুব্রাংনা ঙাক-কন্দুনা থমবা নিংথৌ পানবা লৈবাক ফাম্বেক থুগায়বদা মোইরাং অচৌবা থৌদাং য়াওখি। অসিগুম্বা তাথী-য়েংথীনবগী মরীসি হৈরেম খুঞ্জানশিংদা নত্রগা লুব্রাং মকুবীচিংদা[২৮] পাল্লবা লৈপাক অনিসিগদি লৈনখিদে।

হৈরেম খুঞ্জানগী মরীদসু চীঙারোই থাপানবা হাৎপগী মতাংদুদসু মোইরাং নিংথৌনা মহাক্লা পাউচেল থাদুনা চাক্কৌ-য়ুকৌরুবদুগী খুদক্তুনা মমায় ঙাকহনবগী ব্রাফমদনি।[২৯] চৎনবীনা পুন্দুনা লৈরবা মপা হাৎখিবগী মচানা লমন খুমগে হায়বগী ব্রাফমদুদা অচুম্বা অমসুং চৎনবীগী মায়কৈদা

---

*(২৬) ও. ভোগেশ্বোর; মথক্কী লাইরিক; লা: ৬৮*

*(২৭) মথক্কীসীদা; লা: ৬৫ ১সুং বি. কুলচন্দ্র ; মথক্কী-লাইবিক।*

*(২৮) নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা (খুৎয়ি)*

*(২৯) ও. ভোগেশ্বব; মথক্কী লাইরিক; ল: ১০৮*

লেপ্তুনা মোইরাং নিংথৌনা মহাক মশাগী মায়গৈদগী মরী-মতা থোক্লিবা হৈরেম-খুঞ্জান নিংথৌবু তাঞ্জা য়েংদুনা হাত্তুনা লমন খুম্মনবা অয়াবা পীখি।[৩০] অসুম্না কানামবগী মচানা চীঙারোইনা মোইরাংদগী হল্লকপদা লুমদুনা লৈরম্নগা মঙক কত্তুনা হাৎখি। অদুবু মোইরাংগা হৈরেম - খুঞ্জানগা লৈপাক মচা অনিসি মরক্তদি শাফম-লানফম, লৈপাক খুন্নাইগী ওইনা তৌনখিবা লৈতে। অদুগা অমগা অমগা লানগী মতেং পাংনবা অমসুং অমগী য়েক্নবগী মীচঙদা লেপ্তুনা য়েংথীনবগী মরী লিংখৎনখিবসু লৈনখিদে। মসিগী খুদম চাংদমদি ঙল্লিবৈঙদগী হৌনা নত্রবসু মতম খরগী তং তারবা য়েক্নবগুম খন্নরম্নবা মোইরাং অমসুং খুমনগী লানশিং অমসুং লানফমশিংদা হৈরেম খুঞ্জানগী মী অমতা ফাওবা য়াওখিবা থেংনদে। মনীংতম্বা লৈপাক অমমম ওইনা চানখিবমক নত্রবসু থৌদোক থৌরমদা য়াওনবা চঙনবা অমসুং পাউজেল-পাউতাক্নবা ওইনা লৈনরম্মী।

## শেনবা – থুম্বারোনগী ওইবা মরীশিং

ফাম্তেক লৈপাক্লা হিংলিঙৈ অমসুং হৈরেম-খুঞ্জান লৈপাক্লা মুত্রিঙৈগী মতমসীদদি[IX] লুৱাং অমসুং মোইরাং শেনবা-থুমবারোনগী মরীশিংসি অদুমক ঈমান মাম্লে। অদুবু মতেং পীনবা অমদি লৌনবগী থবকতি উবা ফংদে। থমোই থমোইগী শেন থুমগী মাম্নবা ওইরিবা মরীশিংদি — লৌউ শীঙউবগী থবকনা ফুরুপ অনিমক্কী শেম্লোক লম্বী ওইরমই। চাক্লা অথোইবা চিঞ্জাক ওইনবনা কুম অমদা লৌরোক অমুক লোকপা লৌউবা উনরম্মী। প্রকৃতীগী মতেংনা লৌ উনারমই। নোংগী ঈশিং লৌদুনা অচোৎপা লৌবুক্তা মনাৎ ওইবা মী কাংলুপ ঙাক্তানি।

শীঙজন ঈফানগী শীম্বা হায়রিবা শীনফম অসিবু ফুরুপ অনীনা পাইনবা ঙাক্তনি। তৌবতবু লৌউ শীঙউবা লোইদ্রগা শীম্বাবা ঙাক্ত নি হায়বদু মোইরাং লৈমা য়োঙ্গরেল তোমপোকপীগীদমক্তা মৈতৈগী নিংথৌ য়োইরেল তোকপোকপানা (থংবী লাম্বাবা চৈ: কু: ১৩০২-২৪) মোইরাংগী লম তউথোং লৌরেনবদা লান্দরকপদগী থংবী লাম্বাবা মিংথোল ফংখিবা।[৩১] অদুদগী উবা ফংই। অসিগুম্বা উয়ান-ব্রয়োনবগী থবকশিংসু তৌরম্মী।

---

*(৩০) মথক্কীসিদা*

*(৩১) ও. ভোগেশ্বর; নিংথৌরোল লম্বুবা (ইম্ফাল ১৯৬৭) লা: ১৮০-৮২*

ঈশিং লোনখোনবা অমসুং ঙাতান-ঙাফাবসি মরু ওইনা নুপীগীশীনফম ওইনরম্মী। নুপানা ঈশিং-পশ্বীংবা লুথুম-কাউথম্বা অমসুং খোইচোপ-লাংথাকপা তৌনরমই। ঙা লল্লোম্নবা, শোয়দগী ঙা লৌবা চৎনবগী ৱাফমসি লুৱাংদা ঙল্লিঙৈদগী চৎনরকপা উবা ফংই (খোঙজোম নুবী নোঙাঁরোন) মসিদগী হেন্দোক্নুনা শেন্দান লম্বীশিংসি পাংথোকপা চৎপদা ঈশিং য়েনশাংশিং হেকপা, কম্বোং, থমজেৎ থরোনচিংবা হেক্রুকপা ঈশিংদা তাবা উচেকশিং মরুম লোকপা ফাওবগী ৱাফম পল্লি।

খুৎশা হৈবগী শীম্ন অমসুং পোথোকশিংসীগী থবক্তসু মখোইগী মখোয়গী ওইবা লৈনরমই। য়ুম পানবগী পোৎলমশিং হায়বদি খুৎশু-খুৎলাই, হাপফম-থমফম, উ-ৱা শীনচিংবশিংগী পোথোকশিং শাবা অসিসু অমনি। মসিগী মথক্তা থোং থাক্নুনা চাননবা চফু-উয়ান, শাকু-ৱাল্লোং, থরুং-ঙাংখনচিংবশিং, শেৎনা-ইলননবা ফিশা-লোনশা, ফিরী-ফিরোনবা অসিসুনি। থাতু নীংথিনা শীজিন্নবা হৈবশিংবু লৈপাকমচা তাবা মীওইশিংনি হায়না লৌনরমই। লৈনুং-খোংগী পোৎথোক য়াম্না তাঙয়ি-থাতু মরাং কাইনা ফংলমদে।

মোইরাং অমসুং লুৱাংগী ওইবা শেন লাকফমগী মতাংদা — লোইপোৎ লৌরম্বগী ৱাফমসি মতমদুগী কলচর ওইনা থেংনৈ। অদুগা লানখোয়পোৎশিং (War Booty) ওইনা মাই পাকপা মাইকৈনা ফংই। মৈতৈ নিংথৌজা ফুরুপ কাংলুপকীনা লোই খুঙ্গংশিংসি খাগেম্বগী মতমদা লিংখৎলকপগী ৱাফম উৎলি [৩২]। লম্বান মমল ^x কাঙ্গৎলৌরম্বগী ৱাফম খংবা ঙমদে। লমলক-তুরক্কী পোৎথোকশীং মুম্নবদগী চায়না খোংফেন হানবগী ৱাফমসি হৈরেম খুঞ্জানগী মতাংদা য়াম্না য়াওরি। [৩৩] মরমশিংসিনা লৈপাক মচাশিংসিগী লৈপাক্কী ওইবা শেন লাকফমদি মহৌশা লাইরেম্বীগী পুকৈ অমসুং লানগী লানখোম পোৎশিংনি।

## ৱারোয়শিন

মথক্তা লৈনগ্রিবশিং অমসুং অফংবা ৱারোলশিংসিদগী উবা ফংলিবা মোইরাং অমসুং লুৱাংগী লৈনরম্বা মরিশিংগী ৱারোলশিংদি— মান্নবা

---

*(৩২) মশিন (খুৎই), খুল্লেম চন্দ্রশেখর; লোইয়ম্বা শিনয়েন (১৯৭৫) লা: ১৪*
*(৩৩) চায়নরোন (খুৎয়ি)*

খুন্নাইশিংগী মান্নবা মচৎ-মনাৎশিংগী মরক্তা পুন্না হিংমিন্নরিবশিংগী মনুংদা য়েক অনিসিগী খুন্নাই মচা মচাশিং – লুব্রাং য়ুমলেন, ফান্তেক অমসুং হৈরেম খুঙ্গা অমদি মোইরাং ঈব্রাং, মোইরাং থোকচোম অমসুং মোইরাং ব্রায়েনবম অসিশিংসিসু চৎনরিবা চৎনবীগী পনগোয়নুংদা অদুম মতম মতমগী ওইনা হিংনরম্মী। অদুবু লৈঙাকলোনগী লমদাংদা মিৎয়েং থলন্নকপদা মোইরাংগা নক্লনা লৈমিন-পানমিন্নরম্বা লুব্রাং শলাইনা য়োকচ-কপ্পবা লৈপাক ফান্তেক য়াম্না ওন্না খৃঃ ৭/৮ শুবা চহিচাদা মতমগী ঈরোনুংদা লুপশিনখি। চান্নবগীসু মাগী মায়য়োক্তা য়েংথীনবা হায়বসি লৈবনা, মতম চুপ্পদা চান্নদুনতা লৈবা ওইথোক্তবনা কায়নবা, থুগাইনবা অমসুং মাংহন-তাকহন্নবগী থৌদোক ব্রাথোকশিংসি থোম্লক্লিবনি। অসুন্না থোক্লক্লবদা অমনা অমদা লুপশিনখিবা তিনশিনবগী ব্রাফম্নি।

য়েক অনিমকসিনা মনীং তম্বা লৈপাক ওইরিঙৈদগী হৌনা অপুনবা মৈতৈ সমাজ অমসুং মণিপুর স্টেট শেম্নকপদা অতৈ য়েকশিংগুম মচাক অমমমদি ওইনখি অমসুং হৌজিকসু ওইরি হায়বদি মখোয় মখোয়গী হৌজিক হিংদুনা লৈরিবা য়ুম্নাক শাগেশিংনসু খুদম পীরি। লৈপাকশিংদু মুৎথ্রবসু য়েক অনিসিগী মচাক-মথুমদি মুত্তনা লৈরি। মোইরাংগী চৎন-লোনচৎকী খুদম লাইনিংথৌ নোংশাবা অমসুং থাংজীঙ কোয়রেল লাইনা ওইরি অদুগা লুব্রাংগীনা হোঙনেম লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবনা মৈতৈগী উমংমাপলগী মনুং চন্দুনা লৈরিবসিনা [৩৪] ওইরি।

মোইরাং অমসুং লুব্রাং অনিগী লৈনরম্বা মরীশিংসিনা মণিপুর ইতিহাসতা তৌরিবা খুদোলদি (১) তারিবা সমাজগী লোনচৎ-শাজৎ উৎপা (২) অরিবা লৈঙাক লোনগী ইতিহাসতা ফুরুপ কাংলুপ অনিনা লৈবাক লেপন্নবাগী মশক উৎপা অমসুং (৩) অরিবা মতদা মাংথ্রবা লৈবাকশিংগী মরমদা মচাক পীবা অসিনচিংবনি।

## রিবিউব্বরগী নোট্

I. খুদম ওইনা লুপশিনখিবনা "ফান্তেক" ফুরুপ, তাউথোকখিবনা মোইরাং নিংথৌ পুন্সিবগী মচা নিপা অতোম্বা লৈয়ি লাম্নবনি।

II. লুব্রাং য়ুমলেন লৈপাক হায়বদি লুব্রাংনিংথৌ পুন্সিবনা লুব্রাং মকুবী চীঙদা কোনুং ওইরগা পাল্লিবা লমদম / লৈপাক। মোইরাংগী

---

*(৩৪) এন. খেলচন্দ্র সিংহ, ফমলোন: লাঃ ১-২*

অৱাংদা লম্মাঙদোংদা কোনুং ওইদুনা পানবা লুৱাং লৈপাকপুনা ফাম্তেক অমসুং খুমন লৈপাক্কী খাদা হৈরেম খেরে/কেরে চীঙদা কোনুং ওইদুনা পানবা লুৱাং লৈপাকপুনা হৈরেম খুঞ্জান হায়না খঙনৈ।

III) I) খুমন নিংথৌরোল লম্বুবা (খুৎয়ি)

II) বি: কুলচন্দ্র : খুমন নিংথৌরোল লম্বুবা (১৯৮৯): লা: ৬ 'লাৱাং = লুৱাং'

IV. অহোঙ লোইরেন খৈবা অমসুং মাসিগা মান্নবা থৌরমশিংবু চাবদমক উবা বৃটিশনা 'ফিষ্ট ফও মেরিট' হায়না অর্থ লৌই। মসি 'মেরিট এস্পিরেসন সেলেব্রেসন' হায়বনা চান্নবা হেনগনি।

V. লৈশাফান অসি লৈশাবীশিং ওইবা ঈঙ্গ্রোইজী ৱাহৈগী 'ডোমিত্রী মোরুং' হায়বদুনি। মনুং হুনজিনবা চীঙগী লমদম/থুনশিংদদি হৌজিক ফাওবদসু লৈরি।

VI. শীন্নাইফম কাবাসি লৈশাবী ময়াম্না নুমিদাংদা মখোয়না লেপ্পবা য়ুম অমদা মখোয় মখোয় শীনশুনবা খুৎশু-খুৎলায়, মচাক-মথুম পুরক্কগা পুন্না থবক শুমিন্নবা, শীন্দম্নবা, শীন্দান্নবনচিংবসু তৌনবা মওংগীনি। লৈশাবীশিংদুগী শীন্তাক-শীন্দশীনবা অহল ওইবী শীত্তাকপী অমা য়াওই।

VII. লুৱাং লাপ্লোই তরুক্তমক হাৎখি, অমদি হান্নবা চৎখিদুনা হাৎখিদে।

VIII. পীশিল্লিবা মীশকসি "মোইরাং কংলৈ" ঈশৈগী (খম্বা থোইবীগী ৱারীগী) 'থোংলেন' দনি।

XI. ফাম্তেক ৮ শুবা খৃষ্ট কুমশীং চা অমসুং হৈরেম খুঞ্জান ১৩ শুবা খৃষ্ট কুমশীং চাদা মুৎখি।

X. টেক্স (খু



# PUBLICATIONS OF MANIPUR STATE ARCHIVES

1. Freedom Fighter Records in the Manipur State Archives.
2. Manipur State Durbar (1907-1947).
3. Early Manipuri Pre – 1951 Journals.
4. Extract Documents of Nehru and Manipur.
5. Manipur "Who is who" 1891.
6. The Importance of Archives and its preservation.
   *Edited by :* Kh. Sarojini Devi.
7. Administrative Changes in Manipur after 1891.
   *By :* Dr. Badar Ruddin
8. A vocabulary Manipuri to English Dictionary.
   *By :* L. O. Clark (Political Agent of Manipur, 1924)
9. Guide to the Records of the Maharajas of Manipur from 33 A.D. to 1955. Volume I & II.
10. Guide to the Records of the Manipur State Durbar, Volume I & II.
11. Guide to the Records of the Manipur State Council, Volume I & II.
12. Guide to the Records of the Manipur Political Agency. Volume I, II, and III, (1835-1947).
13. Guide to the Records of the P.W.D., Education Judicial and Revenue Department in Manipur (1947-1971), Volume I, II & III.
14. Manipur During World War – II (1941-45), Socio-Economic Change and Local Responses.
    *By :* N. Lokendra
15. A History of Manipur Police (1891-1972)
16. A Report of the Manipur State Archives. (1993-94)
17. সেমিনারগী খোমজিনবা ৱারোল – ১বা ভোল্যুম, (অরিবা মৈতৈ লাইরিকশিংগী নৈনরোল)।
18. সেমিনারগী খোমজিনবা ৱারোল – ২বা ভোল্যুম, ( মোইরাং, খুমন অমসুং লুৱাং সলাইগী নৈনরোল )।